# ꯁꯨꯃꯥꯡ ꯂꯤꯂꯥ ꯑꯃꯥꯗꯤ ꯃꯁꯤꯒꯤ ꯈꯣꯡꯆꯠ

# SUMANG LEELA AMADI MASIGI KHONGCHAT



Dr. L. Sashikumar

# শুমাঙ লীলা

# অমদি মসিগী খোঙচৎ

**Shumang Leela and its journey**

ডা. শশীকুমার য়ুরেম্বম



**SHUMANG LEELA AMADI MASHIGEE KHONGCHAT**

*Written by :* **Dr. L. Shashikumar**
Yurembam, Imphal West - 795 001

*Published by :* **Makhonmani Mongsaba**
For, MM Publications
Uripok Achom Leikai
Imphal West - 795001



Cover : Makhonmani Mongsaba



Price : Rs. 150/- For General
Rs. 300/- For Library Edition

Edition : First Edition, 2009

Printed at : B.S. Printing Press, Sagolband Road Nipa Keitehel,
near Aryan Theatre Manak, Imphal - 795001

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরগী তম্পাক্তা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা জাতি অসি হরাউ কূম্মৈ য়াম্না পাম্মী। জগোয়-ঈশৈদা ভাওজৈ। সাহিত্য কলা সংস্কৃতি মখোয়গী পূন্সিগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা পুন্সিগী মচল অমনি। চহী লিশিং অনী হেল্লবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী পরম্পরাদা লৈরিবা সংস্কৃতিগী পাক-চাউরবা পূক্কৈ অসিদি অঙকপগী মশক্নি। মরম অদুনা *"শুমাঙ লীলা"* কৌবা শুমাঙদা শান্নবা লীলা মখল অমা লমদম অসিদা লৈশাৎ তন্নক্নুনা ঙসি ফাওবা তগৎ-তগৎনা মীয়াম্না পূক্নিং খোয়দাজরবা লীলা মখল অমা ওইনা হিংলিবা অসি ঙকফম থোক্তে।

*"শুমাঙ লীলা"* বু কনাগুম্বনা *"শুমাঙ কূম্মৈ"* কৌনবা য়াওই। মসি অরানবা মিংথোল অমনি হায়না লৌজে। মরমদি, *"কূম্মৈ"* হায়বা অসিনা করিগুম্বা অকক্নবা আর্ট ফোর্ম অমবু তাকপা ঙমদে। শুমাঙ অমদি অতৈ মফমশিংদা শান্নবা পার্ফোমেন্স খূদিংমকপু কূম্মৈ কৌবা য়াদে। কূম্মৈ হায়বা অসিদি মাগী অকক্নবা আর্ট ফোর্ম লৈতবা পার্ফোমেন্স অমদা হেক্তা ওইবা য়াই। *"শুমাঙ লীলা"* দি মশাগী মওং-মতৌ, কয়াৎ, অকক্নবা structure অমা লৈজবা আর্ট ফোর্ম অমনি। শুমাঙ লীলাদি থিয়েটর মখল অমনি। থিয়েটরবু ঐখোয়না *"লীলা"* হায়না খঙনৈ। অদুগা *"ড্রামা"* হায়রগনা অইবা টেক্স (ড্রামাটিক লিটরেচর) অদুবু খঙনৈ। থিয়েটর অমা ওইবদা মঙোন্দা তঙাইফদনা মওং-মতৌ, মচল, structure (শান্নফম, উৎফম, ভাবোক, পার্ফোমর, পার্ফোমরশিংনা অভিনয় তৌদুনা উৎপা, টেক্স, মওং তারবা ৱারী পরীং), মওং তানা চরিত্রগী রূপ শাগৎপা অমসুং কলাগী ওইনা ফোঙদোকপা (communication) কয়া অসি য়াওরি। হায়রিবা মচলশিং অসি শুনা অমসুং মওং তানা য়াওরবা মতমদা, মদুগুম্বা পার্ফোমেন্স নত্ত্রগা কূম্মৈ অদুবু থিয়েটর নত্ত্রগা লীলা হায়না খঙনৈ। অদুনা শুমাঙদা শান্নবা কূম্মৈ নত্ত্রগা পার্ফোমেন্স খূদিংমক লীলা কৌবা য়াদে নত্ত্রগা লীলা ওইদে। মরম অসি লৈবননি, অনৌবা নৈনরোলগী মীৎয়েংদগী থায়নগী *"ফাগি লীলা"* বু লীলা কৌবা য়ারক্তিবা। থায়নগী *"ফাগি লীলা"* দি লীলা অমগী কয়াৎ শুদে, মাদি skit কুম্বনি। অদুনা মাগী মমিং অসি *"ফাগি"* হায়না অদুম থম্বা ফৈ, মসিদা *"লীলা"* হায়বা ৱাহৈ অসি হাপচিনবদা চমম্নবা পোকহল্লি। হৌরকপা মতমদসু *"লীলা"* হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নবা থেংনদে। মমাঙঙৈদদি ফাগি পুবা মীশক অদুদা মমিং থোনবা চৎনরম্মী। খূদম ওইনা *"চেংবা ফাগি"* *"পাঙম্না ফাগি"* অসিনচিংবা। *"লীলা"* হায়বা অসিদি কোম্না হাপচিল্লকপনি। অদুবু, করম্বা মতমদা হাপখিবনো হয়বা অসিদি খঙবা ঙমদ্রে। (মতৌ অসুম্না, সিনেমা নত্ত্রগা ফিল্মবু *"মমি কূম্মৈ"* হায়না কৌনবা থেংনৈ। *"সিনেমা"* হায়বা য়াম্না টেক্নিকেল ওইখ্রবা আর্ট ফোর্ম অসি *"কূম্মৈ"* অসিনা মহুৎ শীনবা ঙমদে নীংই। লাইবক ফবদগী *"থিয়েটর"* গী মহুত্তি *"লীলা"* অসিনা শীনবা য়ারে। অদগা *"সিনেমা"* গী মহুৎ শীন্নবা ৱাতৈদি (Technical term) থোক্নক্ত্রি নীংই।)

শুমাঙ লীলাগী হৌরকফম খোঙ্গুল লীবা মতমদা অয়াম্বনা লৌনরিবা ৱাফম অমদি —চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লৈরম্বা *"ফাগি কৃম্মে"* দগী হৌরকখিবনি হায়বা ৱাফম অসিনি। মরু ওইনসু, অয়েকপম শ্যামসুন্দর, নিংঙোম্বম ইবোবীনা ইবা লাইরিকশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা লৌনখিবা ৱাফম্নি। ডা. শশীকুমার য়ুরেম্বমনা ইবা লাইরিক অসিদসু, অইবা অনী অসিগী মোত লৌদুনা, ফাগি লীলাদগী শুমাঙ লীলা হৌরকই হায়বসি পল্লি। মসিদা অকায়বা থোইনা লৈতে, ময়াম্না লৌনবা ৱাফম অদু লৌরুবনি। অদুবু, মসিগী মতাংদা হৌজিক্তি নৌহৌনা অমুক থিজিনবা অমদি চঙলে হায়না নীংই। মরমদি, করম্বা তাঞ্জাদা, মওংদা, ফিবমদা *"ফাগি কৃম্মে"* দগী *"শুমাঙ লীলা"* ওইরকখিবগে হায়বসিদি তশেংনা ময়েক শেংনা হায়বা ঙমদ্রি। মরু ওইবা ৱাফম অমনা, আর্ট ফার্ম অমা ওইনা, ফাগি কৃম্মেগী শাংলবা পরম্পরা অমা লৈবা থেংনৈ। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগী লাকপ্লিবা *"ফাগি কৃম্মে"* গী মওং-মতৌ, মরমচৎ (থওইনা নোক্নবা তৌবা, অকক্নবা ৱারী লৈতবা, কেরেক্টর অমা অনী থোক্নগা ইমপ্রোভাইজেশন তৌবা, পাইরক্তি লৌশিং শীজিন্নবা, পার্ফোমরদা য়াম্না তাংজবা অসিনচিংবা) অসি হৌজিক মতম ফাওবদা *"ইপোম"* হায়না খণ্ডনদুনা শান্নরি। মণিপুরদা *"ফাগি কৃম্মে"* অসি তোখায়বা আর্ট ফোর্ম অমা ওইনা লৈ। মসিগী শাংলবা ইতিহাস অমসুং পরম্পরা লৈ।

মথক্তসু পনখ্রে, *"ফাগি কৃম্মে"* অসিদি লীলা (থিয়েটর) নত্তে। থিয়েটর অমদা য়াওগদবা মচলশিং অদু ফাগি কৃম্মেদা শুনা য়াওবা থেংনদে। শুমাঙ লীলা ওইরকপা মতমদা ফাগি কৃম্মেগী ঈথিল, প্রভাব চঙখিবদি ওইথোকই। অদুগা ফাগি কৃম্মে অসিমক্তগী শুমাঙ লীলা ওইনা হেক্তা ওইরকখিবনি হায়বসিগী মতাংদদি অমুক্তা কৃপ্না থিজিনবা মথৌ তারি। তশেংনা হায়বা তারবদি, শুমাঙ লীলা শাগৎপা মতমদা মতমদুগী ষ্টেজদা শান্নবা লীলা (ফম্বাক লীলা) গী ঈথিল য়াম্না চঙখি অমসুং ফম্বাক লীলাগী মওং-মতৌ য়েংলগা শুমাঙ লীলা অসি শেমগৎলকখিবা য়াবগী থাজবা লৈ। ৱাফম অসি ঐখোয়না, অহানবা, মওং তারবা অমসুং মপূং ফারবা শুমাঙ লীলা অমনি হায়না লৌনরিবা, *"হরিশ্চন্দ্র"* দা পানশিন্দুনা নৈনবা য়াই। শান্নফম অমসং ষ্টেজক্রাপ্ট নত্তনা, মতমদুদা শান্নবা ফম্বাক লীলাগা *"হরিশ্চন্দ্র"* গা মান্নবা কয়া লৈ। থিয়েটর অমা ওইনা, শুমাঙ লীলা অসি শাগৎলকপা মতমদা ফম্বাক লীলাগী মওং-মতৌ, মেলোড্রামা ওইবা মরমচৎ য়াম্না লৌই। মসিগী মথক্তা, মৈতৈ জাতিগা শাগোন্নজরিবা ফাগিগী মচাক কয়াসু হাপচিল্লি। মসিননি শুমাঙ লীলাগা ফাগিগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা মরী অমা লৈরিবা।

হৌজিকফাওবদা ঐখোয়না মৈতৈ জাতিগী ফাগিগী মরমদা (চীংমীগীসু য়াওনা) মপূং ফানা থিজিন্দ্রি হায়না লৌজে। মৈতৈগী ফাগিগী কলা-পূক্তে অসি য়াম্না পাক-চাউই অমসুং ইনাক খুল্লি। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লৈরম্লিবা ফাগি কৃম্মে অসিগী মমাঙদা ফাগি অসিদি হান্না লৈরম্নবনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদা ইহান হানবা ওইনা ফাগি অসি শেম্বা নত্তে। হান্না লৈজরম্নবা ফাগি অদু য়েংবা য়াবা কৃম্মে মচা অমা ওইনা শেমগৎখিবনি। ঐখোয় মৈতৈগী ফাগিগী মরমদা খোঙ্গুল লীদুনা থিগদবা অমসুং

মওং-মতৌ নৈনগদবা য়াম্না ৱাংলি। মৈতৈগী ঈ-তোংদা য়াওরিবা ফাগি অসিদগী ফাগিগী মরমচৎ অমা শাগৎলকই। ফাগিগী মরমচৎ অদুদগী কলাগী পোৎশক অমা ওইনা ফাগি কূম্মৈময়াম অসি শাগৎলকখিবনি।

ডা. শশীকুমার য়ুরেম্বমনা ইবা *"শুমাঙ লীলা অমসুং মসিগী খোঙচৎ"* হায়বা লাইরিক অসি খৃঃকৃঃ ১৯৯৮ দা ঐগী ইখাদা রিসার্স তৌদুনা পিঐচ.ডি. ডিগ্রি ফংখ্রবা *"শুমাঙ লীলা ঃ ফোক থিয়েটর অমা ওইনা নৈনবা"* হায়বা থিসিস্ অদুদগী মমিং ওন্থোক্লুনা, মাখোনমনি মোংসাবানা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপিবনি। শশীকুমারনা মাগী থিসিস্ অসি লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লে হায়রবা মতমদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইবা পোকচখি। থিসিস্ অসি চহী ১০গী মমাঙদা ইখিবা মরম্না, চহী ১০ অসিগী মতমদা হোংলক্লিবা শুমাঙ লীলাগী ফিবম, মওং-মতৌ অদুসু য়াওনা ইদুনা, অনৌবা পন্দুপ অমা হাপ্লা পাম্বগী অনীংবা অদু মঙোন্দা ফোঙদোকখি। মাগী খূদোংচাদবা কয়া লৈরম্বা য়াই, অনৌবা পন্দুপ লাইরিক অসিদা য়াওবা থেংনদ্রে। শোক-তারিখকী অহোংবা মচা-মশু খরা শেমদোকপা নত্তনা, লাইরিক অসি হান্নগী থিসিস্ অদুগী চপচাবা মশক অদুনি। মতুংদা মখা তানা ৱাংহৌরিবা শরুক অদুসু লাইরিক অমা ওইনা ফোংলক্কনি হায়না আশা তৌজরি।

ডা. শশীকুমার শুমাঙ লীলাদা লূপচবা মীশক অমনি। মহাক শুমাঙ লীলা ইবা অইবা অমা ওইবদা নত্তনা শুমাঙ লীলাগী সংস্থান অমসুং কলাকার কয়াগা মতম কুইনা লোয়নরক্লবা মীশক অমনি। মানা পামজবা হীরম অমগা ওইবগা, মানা শুমাঙ লীলাগী মরমদা রিসার্স তৌবা মতমদা, থৱায় য়াওনা থবক অসি পায়খৎখি। মঙোন্দা হোৎনবা কনবা, পূকচেল শেংবা অমসুং থিজিনবগী তন্দবা অমা লৈ। মাগী হোৎনজমলগী মহৈ ওইনা, ঙসিদি লাইরিক অসি মীয়ামদা ফোঙদোক্লুনা, শুমাঙ লীলাগী মরমদা মমল য়াম্লবা খুদোল অমা তৌবা ঙমলে। মসি উবদা ঐঙোন্দা অপেনবা পোকচৈ।

লাইরিক অসি পন্দুপ তরেৎথোক্লা খায়দোক্লুনা শুমাঙ লীলাগী হৌরকপা অমসুং মথং মথং চাউখৎলকপগী মরমদা শুগায়না নৈনরি। মসিগী মথক্তা, কলা অমা ওইনা শুমাঙ লীলাবু মীৎয়েং কয়াদগী নৈনদুনা উৎলি। শুমাঙ লীলাগী মরমদা নৈনরকপা অমসুং মখা তানা থিজিল্লকপদা লাইরিক অসিনা য়াম্না কান্নরবা মতেং অমা শোয়দনা ওইগনি নীংই। শুমাঙ লীলাদা মপূসি কখোকখ্রবা ওঝা-গুরুশিং পূম্নমক্কী মফমদা খুরুমজবগা লোয়নননা লাইরিক অসিনা শুমাঙ লীলাগী লমদা খজিক্তংদা ওইরবসু কান্নবা ফংলবদি, ঐনা ডা. শশীকুমারগী লমজীংবা অমা ওইখিবগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি। মসিগা লোয়নননা লাইরিক অসিবু ফোঙবিরিবা পূকচেল চাউরবা মাখোনমনিবুসু ঈশ্বরনা থৌজানবিবা ওইসনু হায়না থৌনিজরি।

প্রোঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকায়, ইম্ফাল।

তাং২৩/১২/২০০৯

# অইবগী ৱাফম খরদং

শুমাঙ লীলাবু ঐখোয়গী কলচর অমসুং কূম্মৈগী পোৎশক অমনি হায়না থৱায় য়াওনা পাম্নদুনা য়েংবীরিবা মীপূম খুদিংগী মফমদা শুমাঙ লীলাগী হৌরকফম, মতৌ করম্না হৌরকখিবা হায়বনচিংবগী মরমদা থিজিন্নবা হোৎনজবনি। মসি মপূং ফানবা হোৎনবদা লমদমসিদা খুন্দামিন্নরিবা অখঙ-অহৈ, ওজা-গুরু, মরুপ-মপাং অমসুং শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু থৱায় য়াওবা মীশকশিং কয়াদগী মতেং লৌজবা ফংখি। অসিদসু নত্তনা তোঙান তোঙানবা অখঙ অহৈশিংদগী মতেংসু লৌজখি। চহী চনীরোমগী ময়াদা লমদমসিগী মীয়ামগা শাগোম্নদুনা লাক্লবা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসি মপূং ফানা পুখত্তুনা মতুং তারকপা সাহিত্যগী খুৎই অমা ওইনা নৈনবা অমসুং পুথোকপীবদি অসুমক ৱাত্তুনা লাক্লি। অসিগুম্বা অৱাৎপা অসি য়েংলুরগা খরদা ওইরবসু মেনখৎচনীংবগী লাইরিক অসি ফোঙদোকচবনি। খরদং থিজিনবগী থবক অসিদা চিংথবা কয়া য়াওরমগনি। মসিমক্তা অরোয়বা ওইগদবা নত্তে। পূম্নমক্কী মমিং মথা পন্দুনা অমমমতা ওইনা মিং থাবতদা পাকমন চাউমনবা মরম্না পূম্নমকপু শুনা মমিং মথা পঞ্জদ্রে।

লাইরিকসি ওইননবা হোৎনবদা ঐবু ইখূৎ পায়দুনা কদায়দা করি, হায়না লমজীং লমতাকপিরকপা লমদমসিগী খ্বাইনা শকখঙনরিবা ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ ওজাবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা মতম মতমগী অচৌবা মতেং পাংবীরকখিবী নোংমাইথেম ওংবী যমুনা দেবীনা ঐগী জ্ঞান তাদবা কয়াদা অনৌবা মঙাল কয়া পিবীরকখিবী ইমা শক্লবীবুসু ইকায় খুম্নবা উৎচরি।

শুমাঙ লীলাগী লমসিদা থিজিনজবদা হেন্না মতেং পীবিরকখিবা শুমাঙ লীলাগী শক্লাইরবা কলাকারশিং, নহারোল, অহললোন পূম্নমক্কী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। শুমাঙ লীলাগী মরমদা থিজিনবগী মতাংদা কোয়না চৎতুনা মতাং মতাং ওইনা মতেং পাঙবীরকখিবা, ওজা লাঙ্গোন ইবোয়াইমা, ওজা রাধেশ্যাম অমদি নিংথৌরেল-বুসু থাগৎপা ফোঙজরি। লোয়ননা লাইশ্রম ওংবী মেমা দেবীগী থৌদাংবুসু কাউফম থোক্তে। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা ঐনা থিজিনজরিবা খরা অসি লাইরিক ওইনা পুথোক্তুনা ফোঙদোক্লবগী খ্বাইদগী চাউরবা মতেং পাংবীরিবা লমদমসিগী মীয়ামনা শকখঙনরবা মখোনমনি মোংশাববু থাগৎচরি। লাইরিকসি ফোঙবগী অচঙবা ভার পূম্নমক পুথোকপিদুনা মীয়ামদা য়ৌহনজবা ঙম্বসিমক ঐগী পোকচমল. হোৎনজমল পূম্নমক মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজরে। মসিগীদমক মখোলমনি মোংশাববু পুন্সিগী কাউঙম্নরোইদবা লমন অমদি তোনশিঞ্জরে।

অরোয়বদা লাইরিক অসিবু নম্বগী শরুক কয়াদা মতম শাংনা মতেং পীবিরকখিবা B S. Printing Press অদুগা প্রুফকী মতেং পীবিখিবা ওজা রাধেশ্যাম অমদি ঐগী মরুপ লাঙ্গোন ইবোয়াইমবুসু থাগৎচবা ফোঙজরি।

তাং ১৯/৫/২০০৯
য়ুরেম্বম

ডা. এল. শশীকুমার য়ুরেম্বম

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরী শুমাং লীলা লমদমসিগী মীপুং খুদিংমক্না খঙই, পাম্মী, য়েংনিংঙি। মতম্না পুরকপা য়াওন্না লীলাদা অহোংবা লাকই, য়েংলিবা মীগী অহোংবসু লৈবকই। শান্নফম মফম হোংলকই, খুদিংমক হোংলকই। অসিগুম্বা অওনবা অসিনা পুক্নিংদা নুংনাংবা অমসু ফাওহল্লবি। ঐখোয়না উহৌদবা লীলা কয়া লৈপ্রে। মতম অমা উখিবা লীলা কয়াসু, ঙসিগী হৌরক্লিবা মীরোলনা উহৌদবা কয়া অমসু লৈরি। খঙহৌ- উহৌবা লীলা কয়াসু, অইবা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকহৌদবনা নোংমা- নোংমগী অকাও-পরৈ চনখ্রে। লীলাগী মরমদা খঙননবা থিজিনজবসি ফনা কুইরে। পুক্নিংদা ইপেন্দি পেন্দে, চঙশিল্লুরগা থিজিনবা য়াম্না ৱাংলম্মী। মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী মবমদা নৈনবা, থিজিনবা ঐগুম্বা মীগী মশিংসু ফনা য়াম্না লৈবম্মী। মতাং অসি লাকপসিদা, শুমাঙ লীলাগীদমক মতিক চাবা অইবা লাইরিক তুংগী মীরোলগীদমক খল্লগা লৈহন্নিংলকখি। চঙশিনবা হৌরকই। থিববু লেপত্রবদি থেঙনরকই হায়দুনি। ইং কুমজা ১৯৮৬ অসিদা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী লমদা এল. শশীকুমারনা ইকায় খুম্নজরিবা ওঝা নোংমাইথেম তোম্বীগী লমজিং মখাদা রিছার্চ তৌদুনা ডোক্তরেট ডিগ্রি ওফ ফিলোসোফি ফঙবা মীশক ওইরমখি। কয়াদা মমল য়ামখ্রবনো? অসুক মমল য়াম্নবা মশক অমা, অমদি মহাক্কী থিসিস **মণিপুরী শুমাঙ লীলা নৈনবা** হায়বা অসি ঙসিগী লীলা পামজরিবা অমদি লীলাবু য়োকখৎপীরিবশিংনা ইখঙ খঙবীরমদনা লৈরম্বা অমুক থেঙনরকখি। ওঝা অসিনা খোমজিনবীরম্বা শুমাঙ লীলাগী পুৱারী, লীখুল অমদি পরিং অসি অসুক্কী মতীক মমল য়ামখ্রে। মহাক্না খোমজিনবীরম্বা কয়া অসিবু লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্কুনা মীয়াম পুন্না খঙমীন্নরগদি, কান্নবা ফঙলগনি হায়না পুক্নিংদা চপচানা থাজবা ফাওখি। লাইরিক অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা মখাতানা লীলাগী ওইবা অতোপ্পা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙম্নগনি হায়নসু খনজখি। মসিগীদমক ডা. এল. শশীকুমারদা লাইরিক ওইনা ফোঙলসি হায়দুনা হায়জরুবদা, হরাও- হরাও য়াবীরকখি। লাইরিক অসিগী মিংথোলসু **"শুমাঙ লীলা অমদি মসিগী থোঙচং"** থোনসি হায়না ওঝা শশীকুমারদা তান্নজরুবদা, মচা- মনাও অমা ওইনা হরাওনা য়াবিরকপদা নত্তনা লাইরিক প্রিন্ট তৌনবগী থৌরাং পূম্নমকসু হৌরসি হায়না পম্মুদনা হেক্তা শীনবিখি। লৈবাক্কী ইরাং, থৌদোক- ৱাথোক খর তোয়বনা, লোয়শিনগে খনবা মতম খর থেঙথখ্রে। মসিদি লাইবক্তা তম্নম্বা হায়বদুনি।

লাইরিক অসি পুথোক্রুবগী মতম লাক্রুবদা, স্কোলর অসিগী গাইদসু ওইবিখিবা প্রোফেসর নোংমাইথেম তোম্বীদা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরা ফোঙদোকপীনবা হায়জখি। ওঝানসু থম্মোয় শেংনা য়াবিরকখি লোয়ননা সজেসন কয়াসু পীবীরকখি। লাইরিক অসিগী বনান, ৱাহৈ- ৱাতা, লোনদা-পুদা পূম্নমক, অইবা মশাগীদি। লাইরিক অসি পুথোক্রুবা হোৎনবদা, প্রুফ রিদর ওইবিখিবা অমদি লাইরিক অসিগী কম্পুটর প্রিন্টিং, ফাইনেল প্রদক্সন ফাওবগী থৌদাং লৌবিখিবা বি.এস. প্রিন্টিং প্রেসকী প্রোপ্রাইটর, ও. বিজেন্দ্র লোয়ননা মহাক্কী স্টাফশিং, সগোলবন্দ এরিয়ান থিয়েটর ঘনাক্তা লৈববুসু থাগচ্চরি। লাইরিক অসি মীয়ামদা লাপ্থোকচরে। অফ- ফত্ত নৈনবীরকপদা, ঙক্নবংপা কয়া য়াওরম্নগস তাকপীরকপা খুদিংমক তরাম্না ওকচরি।

মখোনমনি মোংশাবা

ꯂꯃꯗꯃꯁꯤꯒꯤ ꯁꯨꯃꯥꯉ ꯂꯤꯂꯥꯕꯨ ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯤꯕꯁꯤꯡꯒꯤ ꯃꯐꯃꯗꯥ
লমদমসিগী শুমাঙ লীলাবু নুংশিবিবশিংগী মফমদা

য়াওফম তাকপা লমায়

*অহুমশুবা পন্দুপ*



*মরিশুবা পন্দুপ*



*মঙাশুবা পন্দুপ*

## অহানবা পন্দুপ

# ফোক থিয়েটর মশক তাকপা

শুমাঙ লীলা হায়বসি ফোক থিয়েটর মখল অমনি। ব্রাফম অসি অহানবা হেক তাবদা তবাই-তরাই থোক্লম্বা য়াই। অদুবু য়ায়া কৃপ্না মনুং হুনজিন্না থিজিল্লবা মতমদা ব্রাফম অসি অরায়বা অমদি ঈচম চম্বা ব্রাফম অমা ওইরমদ্রে। মথক্কী ব্রাফম অসি নৈনবদা ঐখোয়গী মাঙদা চাউরবা সমস্যা কয়া থোরকই। মসিগা লোয়নননা ভারত্তা ফোক থিয়েটর হায়বা কলা অসিগী হৌরকপগী অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপগী ইতিহাস অমা য়াম্না ময়েক শেংনা খঙবা তারকই। মসিগী মথক্তা ফোক থিয়েটর হায়বা কলা অসিগী অশেংবা মশক খঙদবা য়ারক্তে। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী মশক অসি লেপ্পবা হোৎনবদা ঐখোয়না অহানবদা ভারতকী ফোক থিয়েটর হৌরকপগী ইতিহাস অমা পীবগা লোয়নননা কলা অসিগী মশক তাক্লবা হোৎনরি।

ভারত্তা ফোক থিয়েটর হৌরকপা ঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসি থায়নঙৈগী য়াম্না চাওখৎত্রিঙৈ মতমগী মীওইশিংনা (*primitive people*) পাঙথোকপা লাইনীং লাইশোল, থৌনি, পূজাগা মরী লৈনবা জগোই-ঈশৈগা শাগোন্নন (*ritualistic dance and music*) হৌরর্কপনি। মসিগী মতাংদা *Julius Bab* না অসুম্না হায়ঃ-

> *The origin of the theatre is to be found in the religious and ceremonial cult through which primitive people of all times have sought to promote the welfare of the tribe by incurring the favour of deities and placating of spirit of evil* [১]

মমাঙঙৈগী চাওখৎত্রিবা মীশিংনা জ্ঞান বাৎপগী প্রকৃতিগী থৌদোক বাথোকশিং— য়ুহারহাবা, ঈশিং চাউবা, নোং-নুংশিৎ অসিনচিংবা মহৌশা লাইরেম্বীগী থৌদোকশিংদা অকিবা ভুজুংবা পোক্লম্মী অমসুং পূম্নমক অসি খঙবা ঙমদ্রবা শক্তি লৈরবা মশক উবা ঙমদ্রবা লাই অমনা থোকহনবনি হায়না থাজনরম্মী। অসিগুম্বা তমথীরবা অকিবশিংদগী কোক্লবা ফত্তবা লাইশিংবু তাম্থোকখিনবগীদমক মখল মখা কয়াগী থৌনি (*ritual*) পূজা কয়া তৌরম্মী।

---

[১] *Encyclopaedia of Social Sciences Julius Bab, Vol 13 p 598*

M L Varatpande (History of Indian Theatre 1992 The Tradition of Indian Theatre 1979) Adya Rangacharya (The Indian Theatre 1971) Farley P Richmond Darious L Swann Phillip B Zarrilli না সম্পাদন তৌবা (Indian Theatre Traditions of Performance Nemichand Jain (Indian Theatre Tradition, Continuity and Change 1992) অসিনচিংবা অখণ্ড অহৈশিংনা ইবা থিয়েটরগী ইতিহাসশিংদা মখক্কী হৌবল্পগী বাখম অসি শৌগৎপা থোংনৈ ।

এখণ্ড অহৈশিং মযাম অসিদগী নর্মিং চৎপা থিয়েটরগী ইতিহাসকা মরি লৈনবা হৌনগা য়াফম অমখক্তা লেংখৎতুনা মখাদা পীরি :-

> The roots of the theatre in our country are certainly very old and deep. Theatrical expression of some kind has been, since primitive and mythic age, an integral part of Indian life (৩)

ভারতকী থিয়েটরগী ইতিহাস অসি নৈনবদা চাউরাক্লা মখল মরি থোক্ল হায়নেক্লপা অসি চেনে মখলশিংদুদি :- (১) ক্লাসিকেল থিয়েটর (২) ফোক পোপুলার থিয়েটর (৩) ট্রেদিসনেল থিয়েটর অমসুং (৪) মোদর্ন থিয়েটর ।

ক্লাসিকেল থিয়েটর হায়বা খুঙনরিবসি মরু ওইনা সংস্কৃতকী নাটকশিংনি ফোক থিয়েটর হায়না খায়দোক্লিবসিনা মহৌশাদগী চীঙ্খাং লৈনা চৎলকপা মীয়ামগী ওইবা থিয়েটর মওং অসিনি। ট্রেদিসনেল থিয়েটরনা ১৫শুবা শতাব্দীগী অদুগী মথা যুগতা লাকখিবা ভক্তি অমসুং প্রেমদা খুংফম ওইবা থিয়েটরগী মওংশিং অদুনি। অদুগা মোদর্ন থিয়েটরনা বৃটিশনা ভারতপু লাক্লুনা পাল্লবা মতুংদা সহরগী লমদমশিংদা লাকখিবা লোংচুপকী ফম্নাক লীলাগী মওং লীলা থিয়েটরগী মওংশিং অদুনি খঙনৈ। পূন্নমকসিগী মথক্তা ফোক থিয়েটরদি ক্লাসিকেল থিয়েটরগী মওং অমনি।

ভারতকী থিয়েটর নৈনবশিংনা মতম অমদা ফোক থিয়েটর অসি য়াম্না হন্থবা, চাওখৎতবা থাক্কী থিয়েটর মওং অমনি হায়না লৌনরম্মী । অদুনা ফোক থিয়েটর নৈনবদা অকনবা মীৎয়েং থন্নমদে । অদুনা কলা অসিগী মরমদা মওং তানা নৈনবা হৌরকপসি কুইদ্রি । অয়াম্বনা ফোক থিয়েটর অসি সংস্কৃত ড্রামা অসিনা তরাশুবা শতাব্দীগী মতমদা মরায়-চায়থরক্লবা মতুংদা

[৩] Indian Theatre Tradition of- Continuity & Change, Nemichand Jain, Vikas, 1992,p 11

ভারতকী মফম কয়াদা লমদম-লমদমগী লোলশিং (*vernacular language*) চাওখৎলকপগা ঈরোয়ননা হৌরকখিবনি হায়বসি য়ানরবা বাফমনি। তশেংনমক্তী মসি অরানবা ৱাফম অমনি। ফোক থিয়েটরগী মশাগী শাংলবা ইতিহাস অমসুং পরম্পরা লৈজে। ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা অকা-অকূম কয়া লৈজরবসু ফোক থিয়েটর হায়বা কলা অসিদি লেপ্তুনা চত্থরকপা ঈচেলগুম ঙসি ফাওবা অরেপ্পা লৈতনা চেন্থ্রি। মসিগী ৱাফম অসি ক্লাসিকেল অমসুং ফোক থিয়েটর অনীসিগী মরক্তা চয়েৎনবা লৈবদগী থোরকপনি।

## ফোক অমসুং ক্লাসিকেল ঃ-

ক্লাসিকেল অমসুং ফোক থিয়েটর অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীসিগী মতাংদা ঐখোয়না তোখাইবা থিওরি, মত কয়া থেংনৈ। মদুদি ঃ-

(১) ক্লাসিকেল থিয়েটর অসি অঙনবা ফোক থিয়েটরদগী হৌরকখিবনি।

(২) ফোক থিয়েটর হায়বসি ক্লাসিকেল থিয়েটরনা শিরবা মতুংদা মদুগী লেমহৌবা মচাকশিংনা মহুৎ শিন্দুনা হৌরকখিবনি।

(৩) ক্লাসিকেল অমসুং ফোক থিয়েটর হায়বসি থোইদোক্না মখোয় মশেল প্রভাব লৈনদবা মরোমদোম তোখাই তোখাইনা হৌরকখিবনি।

মথক্কী তোঙান-তোঙানবা মত অহুমসিগী অকনবা ফিরেপ লৈজরবসু মখোয় অসি পূম্নমক চুন্নবনি হায়না লৌবা য়াদবা লৈ। কলা হায়বসিদি য়াম্না চীলহাও থিগনবা, লৌনগনবা পীথোক-পীশিন তৌগনবগী মরমচৎ চেনবা মওং অমনি। করিগুম্বা মফম, মতম অমত্তদা হিংবা কলাশিংনা মহে-মহে লৌনবা অমসুং প্রভাব তানবা হায়বসি শোয়দবনি। লেপ্পা লৈতনা চেন্থরক্লিবা ঈচেলগী মতৌগুম্না কলানা মঙোন্দা য়ৈরবা, থেংলবা ঈথিলশিংদুগা ঈরোয়ননা চেন্থমিন্নে। ফোক থিয়েটর হায়বসি ঙল্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা লেপ্তুনা চেন্থরক্লিবা ঈচেল অমনি। মতমগী মতুং ইন্না কলাগী মশক-মচু মওং-মতৌ হোংবা য়াই। ঈচেলদু কনবা য়াই, তপ্পা য়াই। অদুবু অরেপ্পা লৈতনা ফোক থিয়েটরগী ঈচেলদি ঙসি ফাওবা চেন্থ্রি। মসিগী মীৎয়েং অসিদা ঐখোয়না ফোক অমসুং ক্লাসিকেল থিয়েটরগী মরী অনীসি য়েংফম থোকই। মমাঙদা হান্না লৈজরম্লবা ফোক থিয়েটরগী মওংশিং অসিনা য়ূম্ফম ওইরগা

ভারত মুনিনা মাগী নাট্যশাস্ত্র অসি শোয়দনা ইবা ওইরমগনি হায়বা থাজে। এরিষ্টোটলগী পোইটিক্স অসিসু মাগী মতম অমসুং মমাঙদা লৈরম্বা লীলাশিং অদু য়েংদুনা নৈনরবা মতুংদা ড্রামাগী ওইবা থিওরি অমা ওইনা শেমখিবনি। মসিগী মতাংদা Adya Rangacharya না অসুম্না হায় ঃ-

> *The Natyashastra not only recognises its existence but also complains that there was more of vulganty (gramya-dharma) and ignorance and nothing of knowledge or instruction. That was the main reason that induced Bharata to compose his Natyashastra, to recognise ten forms (dasha rupaka) of drama and to prescribe the do's and the dont's of the stage. In course of time and with the increasing prestige of and patronage to classical Sanskrit Drama, the folk-stage seems to have been influenced to the extent of borrowing themes from the epics and of introducing some characters like the Sutradhara and the Vidushaka (Jester). Nevertheless, the element of entertainment must have dominated it, leading to the retention of much of what Bharata and his like would call low or vulgar With the decline of Sanskrit Drama, it would be natural for the folk-stage to revert to its earlier form. [৪]*

মসিগী অশম্বা ব্রাফমদি নাট্যশাস্ত্রনা মসিগী মমাঙদা ফোক থিয়েটরগী মওং অমা লৈরম্মী হায়বসি য়াই। চুম্নগী লৈরম্মী হায়বসি য়াবদা নত্তবা ফোক থিয়েটর হায়বসি খরা চাওখৎতবা মওং অমনি হায়নসু লৌরম্মী। মরম অদুনা ভারত মুনিনা ফোক থিয়েটরদগী হেন্না চাওখৎপা নাট্য কলা অমা শেম্নবা নাট্যশাস্ত্র ইদুনা ড্রামা মখল ১০খক শেম্লম্মী। মসিগী মথক্তা ফোক থিয়েটরগা মান্নদবা ষ্টেজদা তৌবা য়াবা অমসুং য়াদবা নিয়ম কয়া অমসু ইদুনা থম্লম্মী। মতৌ অসুম্না ক্লাসিকেল থিয়েটরগী নিয়ম শেমদুনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎখিবনি। মতমগী মতুং ইন্না অসিগুম্বা অৱাংবা থাক্কী ক্লাসিকেল থিয়েটর অসিদগী মচাক খরা ফোক থিয়েটরদা প্রভাব তাদুনা চঙখিবা হায়বসি মহৌশানি। মরু ওইনা ক্লাসিকেল থিয়েটরদা য়াওরিবা সূত্রধার, বিদূষক অমসুং ক্লাসিকেল থিয়েটরগী

[৪] The Indian Theatre Adya Rangacharya, 1971, p 69

চৎনবী খরা ফোক থিয়েটরদা মমি তাখি। নৈনবসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি ফোক থিয়েটরনা ক্লাসিকেল থিয়েটরগী মমাঙদা হান্না লৈরম্মী অমসুং ফোক থিয়েটর অসিদগী য়ূম্ফম ওইরগা (অতৈ কলাশিংদগীসু মচাক লৌরগা) ক্লাসিকেল থিয়েটর হায়বসি ওইরকখিবনি। *M.L. Varatpande* নসু মসিগী মতাংদা হায়রি ঃ-

> Many Scholars believe that classical Sanskrit theatre had its origin in the folk theatre of our country. The preliminaries or *purvaranga procedures, the use of many dialects, of music and dance, the simple stage and the character of Vidushaka, according to the scholars, are signs of the impact of folk theatre on the classical theatre However, it was not a one-way flow Both grew together influencing each other [৫]*

ব্রাফম অসিনা তাক্লিবদি ফোক অমসুং ক্লাসিকেল থিয়েটর অনী অসিদগী মহৈ-মহৈ অমগা অমগা মচাক লৌথোক-লৌশিন তৌই হায়বসিনি। লৌথোক-লৌশিন তৌবগী মওং অমসুং অকোন-অহানগী মতাংদদি খেন্নবা মত কয়া লৈবা য়াই। অদুগা লেঙদ্রবা ব্রাফমদি হায়রিবা থিয়েটরগী ফোর্ম অনী অসিগী মরক্তা মহৈ-মহৈ অমগা অমগা লৌথোক-লৌশিন তৌনৈ হায়বসিদি শোয়দ্রবা ব্রাফমনি। মসিগী মথক্তা নাট্যশাস্ত্রদা পল্লন্নিবা নাটক মখল তরা (১) নাটক (২) প্রকরণ (৩) অঙ্ক (৪) ব্যায়োগ (৫) ভাণ, (৬) সমবকার (৭) বীথী (৮)প্রহসন (৯) ডিম (১০) ঈহামৃগ; মসিগী মনুংদা "নাটক" অমসুং "প্রকরণ"অনী অসি নত্তনা অতৈদি চাওখৎপা য়ৌদ্রিবা ফোক দ্রামাগী মওংনি হায়না কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মত ফোঙদোকপা য়াওই। ব্রাফম অমনা সংস্কৃত থিয়েটর অসিদি সংস্কৃত হৈরবা, লাইরিক-লাইশু খঙ-হৈরবা মীওই খরগীনি, মতমদুদা মফম কয়াদা সংস্কৃত খঙদবা কাঙলুপ কয়ানা মখোয়গী ওইবা মমালোন্দা ফোক থিয়েটর কয়া শান্নরমগনি হায়বসি অরানবা ওইরোই।

মপাল ফনা চাওখৎলম্বা সংস্কৃত দ্রামানা ১০শুবা শতাব্দীদা মরায় চায়থখ্রবা মতমদা লম-লমদুগী ওইবা লোন্দা শান্নবা লীলা কয়া থোরকখি। হায়রিবা লম-লমগী লোলদা শান্নবা থিয়েটরগী মওংশিং অসিবু ভার্নিকুলর থিয়েটর হায়না কৌনবসু য়াওই। হায়রিবা থিয়েটরশিং অসিগী খোঙহৌ অমসুং

[৫] History of Indian Theatre, M.L. Varatpande, 1992, p 3&4

হৌরকফম মওং-মতৌ চপ মান্নদ্রবসু অপূনবা মীৎয়েংদা ফোক থিয়েটরগী মশক চেনবা ঙাক্তনি। মধ্য-যুগতা ভক্তিগী ঈহৌ লাক্লে। মতমসিদা লাকখিবা লীলাগী মওং অসি নাট্যশাস্ত্রগী য়ুম্ফম লৌই। চৎনবী *(convention)* কয়া শীজিন্নে, অদুম ওইনমক মখোয় অসি চপ চাবা নাট্যশাস্ত্রগী মওংদু ইনবা নত্তে। ফোক থিয়েটরগী মওংশিংসিদা নাট্যশাস্ত্রগী মওংগা য়াম্না নকশিন্নবা মওং অদুবু কনাগুম্বনা ট্রেদিসনেল থিয়েটর কৌবসু য়াওই। ক্লাসিকেল থিয়েটরগী মচাক য়াম্না য়াওবা মরম্না অসিগুম্বা ট্রেদিসনেল থিয়েটরগী মওং খরদি ফোক থিয়েটর কৌবদা চিংনবা ফাওবা পোকপা য়াই। মতাংসিদা ফোক অমসুং ক্লাসিকেল হায়দুনা লৈই অমনা খায়দোকপা ঙমদবা মতাং য়াওরকই। অদুবু ক্লাসিকেল হায়বসিদি শাস্ত্রগী নিয়ম চেৎনা পুনবা, শাস্ত্র কয়াদা য়ুম্ফম ওইবা হোংদোক-হোংজিন পাক যাদবা কলাগী মওং অমনি। ঐখোয়না ঙসি খঙনরিবা ফোক থিয়েটর অসিদা ক্লাসিকেল থিয়েটরগী মচাক অমসুং চৎনবী খরা য়াওরবসু মখোয়বু ঐখোয়না ক্লাসিকেল থিয়েটর কৌবদা য়ানা থোকই। ফোক থিয়েটরদি ফোক থিয়েটরনি। ফোক থিয়েটরগী মরমচৎ চেনবা থিয়েটরবু ঐখোয়না ফোক থিয়েটর হায়না খঙনগনি। অসিগুম্বা ফোক থিয়েটর অসি ভারততা কয়া লৈবা থেংনৈ। মখোয়গী মনুংদা মমীং পনবা য়াবদি নৌতংকি, খ্যাল, ভাগত, স্বাং, যাত্রা, ভাবাই, ভিধি নাটক, যঞ্জগান, তমাশা, আঙ্কয়া, শুমাঙ লীলা, লাই হরাওবা অসিনচিংবনি। হায়রিবা ফোক থিয়েটরগী মওংশিং অসি মশক খঙবা ঙম্নবা মখাদা ফোক থিয়েটর হায়বসি করিনো হায়বদু শম্না পাউদমজগে। লোয়ননা হৌজিক্কী মতমদা ফোক থিয়েটরগী মরমদা অখঙ-অহে কয়াগী তোঙান-তোঙানবা মত কয়ামুক পীনবা লৈরি। মদু পূম্নমক্কী মরক্তগী খরদং খনগৎচরগা পাউদমজনবা হোৎনজগনি।

## ফোক থিয়েটর মশক তাকপা ঃ-

ফোক থিয়েটর মশক তাকপা হায়বসি য়াম্না লুবা থবক অমনি। কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা ফোক থিয়েটরবু চপ চাবা দিফিনিসন অমখক্তদা মশক তাকপা ওইথোক্তে। মরমদি কলা অসিগী মওং-মতৌ, মশক, মচাক, হৌরকফম, চৎনবী, শান্নবগী মওং-মতৌ অসিনচিংবসি য়াম্না পাক চাউই, অমসুং মখল-মখা য়াম্মী। মরম অদুনা ফোক থিয়েটরগী মশক অসি লেপ্পা ঙম্নবা মখাদা অখঙ-অহে কয়াগী তোঙান-তোঙানবা মতশিং লৌখৎতুনা উৎলি। অদুনা মতশিং অসিদগী তারকপা লোনচৎ *(characteristics)* লৌখৎতুনা নৈনরি।

(A) *Folk theatre is the theatre which originated and evolved among, and has been transmitted through the common people Its relationship with the common people is deep, multiple and multilayered It is a kind of entertainment which is not entertainment alone It carries within it the entire folk culture with all its social and religious institutions We find reflected in folk theatre the cults, customs, rituals and beliefs of common people It assumes different forms and fulfils multiple functions [৬]*

**মথক্কী দিফিনিসন্দা য়াওরিবা মচাকশিংদি ঃ-**

(১) ফোক থিয়েটর হায়বসি থিয়েটর মখল অমনি। মীয়ামদগী হৌরকপা চাওখৎলকপা মীয়ামদগী মথং-মথং চীন্থাং য়ৈনা শন্দোরকপা থিয়েটর মখল অমনি। মফমসিদা য়াম্না মরু ওইরিবদি মীয়ামগী থিয়েটব ওইগদবনি। মীয়ামগা ফোক থিয়েটরগা লৈনবা মরী অসি য়াম্না নকশিন্নে।

(২) ফোক থিয়েটরগী মরুওইবা মখল অমদি মচাক অসি হরাও-নুংঙাইবা (entertainment) কৃম্মে অমা ওইগদবনি। মীয়াম্না নুংঙাইবা মচাক য়াওগদবনি।

(৩) ফোক থিয়েটর অসি ফোক কলচর ওইগদবনি। মসিদা মীয়ামগী থাজনবী, চৎনবী মমি তাগনি।

(৪) ফোক থিয়েটর হায়বসি করিগুম্বা অকক্লবা মফম অমদা অপীকপা ষ্টেজ অমদা শান্নবা লীলা নত্তে। খুল অদুগী লৈকাইদুগী সোসিয়েল ইনভাইরোনমেন্ট পুম্নমক্না শরুক য়াবা থিয়েটর মখল অমনি। খুদম ওইনা সহরগী লীলা শান্নফম শঙ অমদা মী খরনা টিকেট কক্লগা লীলা য়েংই। লীলাদু অয়েংবা ভাবোক খরখক্তগী ওই। করিগুম্বা খুল অমদা, লৈকাই অমদা, শুমাঙ লীলা শান্নবা নৎত্রগা লাই হরাওবগী কৃম্মে অমা পাঙথোকপা তারবদি মদু খুলদুদা লৈবা মীয়াম পুম্নমক্কী ওই।

---

[৬] *History of Indian Theatre M L Varatpande, 1992 p 1 "Introduction"*

*(B) Whatever their origins, they depend for patronage upon the masses, profane rather than sacred purposes Folk -popular forms focus their concern on the mundane life of human beings rather than on the gods [৭]*

**মসিগী মরুওইবা ৱাফমদি ঃ-**

(৫) ফোক থিয়েটর হিংহনবা হায়বসি মীয়াম্না য়াবা অমসুং শৌগৎপগী মখা য়াম্না পোল্লি। করিগুম্বা মীয়াম্না পাম্নদ্রবা য়ানদ্রবদি ফোক থিয়েটর অদু কৈদৌনুংদা হিংহনবা ঙম্লোই।

(৬) ফোক থিয়েটর হায়বসি লাই-তীনগী ওইবা য়াম্না শেংবা ধর্ম্মগী ৱাফমলোমদা য়াম্না চঙশিনবগী মহুত্তা ধর্ম্ম অমসুং লাই-তীনগা থোইনা মরী লৈনদবা তাইবঙ মীরমলেনতগী ওইবা পুন্সী অমসুং থৌদোক-ৱাথোক্তা হেন্না মীৎয়েং থম্মী। ফোক থিয়েটরনা হৌজিক্কী মীওইশিংগী পুন্সী, অৱা-অনা থৌদোক-ৱাথোক কয়াদা মীৎয়েং থম্মী। হৌজিক-হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাগদি য়াম্না চানবা ৱাফম অমনি।

*(C) Theatre was originally folk-theatre only, predominantly musical and dance-based, the plays produced by the common folk, the audience belonging to the same simple, unsophisticated class One main characteristic of the folk-theatre was that it was not confined to any particular place as its performance was always held in open air and no play-house or stage was required for it, so it was always a mobile theatre In course of time the theatre come to the towns and cities when the folk-theatre was converted to urbanised sophisticated theatre .. Folk-plays were performed during festive occasions and religious ceremonies, but the plays in the urban play-houses were performed*

---

*[৭] Indian Theatre, (Tredition of performance) Edited by Fardey P Richmond, Darious L Swann, Phillip B Zamlli, Indian Edition, 1993*

*throughout the year and the patrons wanted aesthetic pleasure from them and not the fulfilment of religious cravings Folk-performance was open, vast rooted to the soil and aimed at upholding ethical and religious values The folk play was simple, unadorned and loosely constructed [৮]*

মথক্কী পীরিবা দিফিনিসন অসিদগী লৌথোকপা য়াবা মরুওইবা ব্রাফমদি ঃ-

(৭) ফোক থিয়েটর হায়বসি অহাঙবা লমহাংদা শান্নে। মসিগী শান্নফমগী অকক্লবা মফম লৈতে। ব্রাফম অসি মথক্কী মরিশুবা নম্বরদসু নৈনখ্রে।

(৮) ফোক থিয়েটর অসি কোয়না চৎপা (মোবাইল) থিয়েটর মখল অমনি।

(৯) ফোক থিয়েটর অসি অয়াম্বা মতমদা লৈবাক্কী হরাও-কুম্মৈ, ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমগা মরী লৈনবা পৌদোক কয়াদা শান্নে। অদুগা ধর্ম্মগী উৎসবকা মরী শুক্লে লৈনদবা মতমদসু শান্নে।

(১০) ফোক থিয়েটর শান্নবসি অহাঙবা মফমদা শান্নে। শান্নফম অদুসু পাক চাউই। অদুগা লমদমদুগী চৎনবী, ঈশিং-নুংশিৎ, লৈহাও অদুগা য়াম্না মরী লৈননা মরা তানা শম্নবা মওং অমনি।

(১১) ফোক থিয়েটর হায়বসি মীওই কাঙলুপ অদুগী লমচৎ-শাজৎ অমসুং ধর্ম্মগী ফজবা অচুম্বা অশেংবদু ঙাক্লবা, ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। ফোক থিয়েটরনা নৈনরিবা সমস্যা, ব্রারীশিং অসি অরোইবদা অশেংবা অচুম্বগী জয় ওইবা শক্তমদু মীয়ামদা পাউজেল অমা পী। *Ethical and religious value* অসি মীয়ামদা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। অচুম্বা অমসুং ধর্ম্মনা জয় ওই হায়বসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবনা মপূং ওইবা পান্দমনি।

(১২) ফোক-প্লে হায়বসি য়াম্না চম্না লায়না শান্নে, লৈতেং কয়া য়াওনদে, য়াম্না কোম্না মীয়ামদা উৎনবা হোৎনবা লীলা মখল অমনি।

---

[৮] *Folk-Theatre and Its Impact on the Modern Theatre Movement, Dr Ajit Kumar Ghosh Quarterly Journal Vol No iv & Vol v No 1 M S K A Imphal December 1988*

*(D) As in other genres of art we may distinguish, however between three types of drama – folk, popular and sophisticated. Folk drama exists on a village or small group level. The performers are members of the community and therefore known to most of the audience. The dramas are given on special occasions only as commonly a seasonal festival. [৯]*

মথক্কী পীরিবা দিফিনিসননসিগী ৱাফমদগী ঐখোয়না নৈনবা য়াবা মকওইবা ৱাফমশিংদি ঃ-

(১৩) ফোক ড্রামা হায়বসি খুঙ্গং নৎত্রগা অপীকপা কাঙলুপশিংগী মরক্তা শান্নবা লীলা মখল অমনি।

(১৪) ফোক ড্রামা অসিদা শান্নবিবা মীশকশিং অসি খুঙ্গংগী মীশক্তা অয়াম্বনি। অদুনা মখোয় মশেল ইখঙ খঙনৈ।

(১৫) লীলা অসি হৱাও-কুম্মৈ, মতম নাইবা চহীগী ওইবা ফেষ্টিভেলশিংদা শান্নে। (মপুং ওইবা মতভি লোংচুপলোমগী ফোকলোরনা পীবা দিফিনিসন অমনি। মণিপুর অমসুং ভারতকী ওইরিবা ফোক ড্রামাদা চপ চানা পানশিনবদা খরা বানা থোকই। অদুবু মপাম্বোংগী চাউরাকপা মীৎয়েংদি অদুম্মক মান্নে হায়না লৌবা য়াই।)

*(E) The folk theatre on other hand is several centuries old and have retained a remarkable continuity through oral traditions. In our vast country it can truely be called "vernacular" theatre with clearly marked regions of birth and growth. The themes have been invariably related to the natural environment whose superior forces are to be dreaded and therefore, propitiated through rituals. Nature have been transformed into many deities, to be both endeared and worshiped through*

[৯] Folklore and Folklife. Edited by Richard M. Dorson. University of Chicago Press London - 1972, p. 354

*music dance and theatre all mingled into one The stories of kings and chieftains have mixed with the earthly humorous and woes & this common man to be handed down through pastoral shows from generation to generation [১০]*

মথক্কী দিফিনিসন অসিদগী খঙবা ঙম্বদি ঃ-

(১৬) ফোক থিয়েটর হায়বসি য়াম্না কুইরে।

(১৭) মসি চীন্থাং য়ৈনা অসুম-অসুম শমথরকপনি।

(১৮) ভারত্তদি ফোক থিয়েটর অসি ভার্নিকুলর থিয়েটর হায়না কৌবা য়াই। লমদম লমদমগী ওইনা খেন্নবা মতুং ইন্না হৌরকপনি, অদুগা চাওখৎপসু খেন্নে।

(১৯) লাইগী শক্তি কিবদগী জগোই ঈশৈগা লোয়ননা থৌনি কয়া তৌদুনা খুরুম্বগী থবক অসিনা অহানবা ওইনা হৌরকই।

(২০) নিংথৌ অঙম-অথৌ মীচমগী অৱা-অনা কয়া উৎতুনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা খুঙ্গংগী কুম্মৈ ওইনা শান্নরকই।

চ) *The folk theatre is impolite rude, vulgar It shocks prudes Folk drama is unself conscious, spontaneous boisterously naive The folk is unhewn the folk sprawls The folk theatre can make a whole community take part The folk has mass appeal and caters to the lowest common denomitor, the ordinary man Folk art (singing, dancing, acting) crosses the boarders of class religions and country [১১]*

মথক্কী দিফিনিসন অসিদগী খঙবা ঙম্বদি ঃ-

(২১) ফোক থিয়েটর হায়বসি লমচৎ ব্যবহার কয়া য়াওদবা, অকাম্বা ওইনা তৌবা, নোল্লুক্তবা, ফজবা মশা হিদোক্লিবা, পংশেম শেমজিনবা

---

*[১০] Indian Performing Arts Dr Utpal K Benerjee Vikas Second Revised Edition 1994 [১১] Folk Theatre of India Balwant Gargi Rupa & Co Calcutta 1991*

মতোমতা ওইবকপা, তৌশিন্নবা থোইনা য়াওদবা অদুগুম্বা মখলগী থিয়েটব মখল অমনি ।

(২২) খুল পূম্নমক শরুক য়াই, মীয়াম্না য়াম্না পামই। মীচমশিংগী অপাম্বা নীং থুংহল্লি ।

(২৩) ফোক থিয়েটব অসিদা ধর্ম্ম, জাৎ-বীজাৎ, লম, মফম-মতম শাগৈ-নাতৈ খায়দে ।

(২৪) লমদমদুগী (খুলদুগী) ব্রাঙাঙ-শাঙাং, ঈশৈ-নোংমাই, জগোই লমচৎ-শাজৎ, ফাগি, লাই-তীনগী ব্রারী, প্রমাণ-পাম্থে পুক্লীং লৌশিং পূম্নমক ময়েক শেংনা মমি তাই ।

> *(F) Under this heading may be grouped the rough and ready dramatic entertainments given at village festivals by this villagers themselves These were derived from the dramatic tendencies inherent in primitive Folk Festivals and were given on May-day, at Harvest home, or at Christmas, when to the central theme of a symbolic death and resurrection, which comes from remotest and antiquity, were added the names and feasts of local worthies [১২]*

মথক্কী দিফিনিসনসিদগী লৌথোকপা য়াবা মরুওইবা মচাকশিং ঃ-

(২৫) মওং মরীল কয়া নাইদবা ড্রামাগী মওংদা শান্নবা কূম্মে অমনি।

(২৬) মসি খুঙ্গংগী মীশিংনা খুঙ্গংদা শান্নজবা কূম্মে মখল অমনি।

(২৭) মসি অরিবা মমাঙঙৈগী *Primitive Folk Festival* দগী ওইরকখিবনি, লাকখিবনি।

মথক্তা ফোক থিয়েটরগী মরমদা য়াম্না খঙ-হৈরবা পণ্ডিত ১২দগী মাগী মাগী মত লৌথোক্তুনা দিফিনিসন খরা উৎখ্রে। মখোয়না ফোক থিয়েটরগী মরমদা তোঙান-তোঙানবা মত কয়া ফোঙদোকপা থেংনরে; হায়রিবা পণ্ডিত ১২ অসিনা পীরিবা দিফিনিসনশিংদগী ঐখোয়না তোঙানবা ব্রাফম ২৭ ফংবা ঙম্মী। হায়রিবা ব্রাফমশিং অসি য়াম্না মান্নবা, হনজিনবা কয়াসু য়াওরি। মসি পূম্নমক কূপ্না নৈনরগা মখাদা ঐখোয়না

[১২] *The Oxford Companion to the Theatre Edited by Phyllis Hartnoll O U P 1993 p 298*

ফোক থিয়েটর অমদা তঙাই ফদনা য়াওগদবা মচাক লেপথোকপা য়াই। মখোয়গী মচাকশিং মখাদা পীজরি।

ফোকথিয়েটরগী মচাকশিং (**characteristics of Folk Theatre**) :-

(১) ফোক থিয়েটর হায়বসি মীয়ামগী ওইবা ফোক থিয়েটর অমনি ঃ-

ফোক থিয়েটর অমা হায়বসি মীয়ামগী ওইগদবনি। মীয়ামগা নকশিন্নবা কৃস্মে ওইগদবনি। মীয়াম অমসুং মীচম্না য়াম্না নুংঙাইজবা কৃস্মেনি। মসিদা মীয়ামগী থম্মোয়গী অপাম্বা অনীংবা কয়া ফোঙদোকই। মীয়ামগী থাজনবগী চৎনবী মমি তাগদবনি। সহরগী অপীকপা ষ্টেজ অমদা শান্নবা লীলা নত্তে, খুল লৈকাইদুগী সোসিয়েল ইনভাইরোনমেন্ট পূম্নমক্কা শরুক য়াবা থিয়েটর মখল অমনি। থোইদোক হেন্দোক্না ফোক থিয়েটর অসি খুঙ্গংগী পুন্সীগা য়াম্না মরী লৈনৈ। খুঙ্গংগী মীয়ামগী থাজনবা, চৎনবী, পুন্সী মরেলদা, নুংঙাইবা পূন্না হিংমিন্নবা মীয়াম পূম্নমক অসি ফোক থিয়েটরদা ফোঙদোকপা থেংনৈ।

মীয়াম অমদি মীচমগী অপাম্বা থম্মোয়গী ঈহুলদা লূপচবা কৃস্মে মখল অমনি। ফোক থিয়েটর হায়বসি মীয়াম্না য়াবগী মখা পোল্লি। মীয়াম্না য়াদ্রবদি ফোক থিয়েটর হিংবা খক ঙমদে। ফোক থিয়েটর অসি মীয়ামগী অশেংবা, অচুম্বগী শক্তমদু মীয়ামদা খঙহল্লি। খুল পূম্নমক শরুক য়াই, মীয়াম্না পামই, ধর্ম্ম, জাৎ-বীজাৎ, লম, মফম, মতম, শাগৈ-নাতৈ খায়দে পূম্নমক্কী ওই।

(২) চীন্থাং য়ৈনা লাকপা ঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসি চীন্থাং য়ৈনা লাকপা থিয়েটর মখল অমনি। চীন্থাং য়ৈনা মথং-মথং শমথরক্তুনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা লাকই। ফোক থিয়েটর হায়বসি চীনবৃংদা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা তম্নরকই।

(৩) নুংঙাইহন্নবা মচাক ঃ-

ফোক থিয়েটরদা হরাও-তয়াম্বা নুংঙাইবগী মচাক য়াম্না য়াওগদবনি। নুংঙাইবগা লোয়ননা তুংগী অনৌবা আশা পীগদবনি। মীয়াম্না পাম্না, নুংঙাইজনা হরাওনা য়েংবা য়াবা লীলা অমা ওইগদবনি।

(৪) সেকুলর ওইবা মওং ঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসিদা য়াওরিবা ৱারী থৌদোক-ৱাথোকশিং অসি লাই-তীনগী ওইবা, আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অৱাংবা দর্শন অসিনচিংবা কা হেম্না ফোঙদোক্তে। খুদম ওইনা— রাস লীলা, সংকীর্ত্তন, ভক্তি প্রেমগী দর্শন

অসিনচিংবা। কা হেন্না ফোক থিয়েটরদি লাই-তীন ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থোইনা য়াওবা থেংনদে। তাইবঙ মীরমলেনতগী ওইবা পুন্সীগী থৌদোক রাথোক্তা মপূং ওইবা মীৎয়েং থম্মী। হৌজিক-হৌজিক্কী ওইরিবা পুন্সীগী অরা-অনা থৌদোক-রাথোক কয়াদা সমাজগী থেংনরিবা পূম্নমক মমি তাই।

(৫) অইবা খূৎই ঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসি অইবা টেক্স লৈরমদে। মমৈথংদা অইবা টেক্স কোন্না লাকখিবনি।

(৬) শান্নফম ঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসি অহাঙবা লমহাং অমদা শান্নে। মসিগী শান্নফম অকন্না মফম লৈতে। শুমাঙদা, শঙ্গোয়দা, লমহাংদা, মাগুবতা অমসুং অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খায়দনা শান্নে। মথক কূপ্তবা মফম অমদা *(open space)* হেক্তা শান্নে। ফোক থিয়েটর হায়বসি য়াম্না লায়না চন্না শান্নে। মসিদা লৈতেং কয়া য়াওদে। য়াম্না কোম্না উৎনবা হোৎনবা লীলা মখল অমনি। ফোক থিয়েটর অসি মওং মরীল নাইদবা শেমদোক-শেমজিন হাপতোক-হাপচিন য়াবা ওই।

(৭) কোয়না চৎতুনা শান্নবা ঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসি কোয়না চৎতুনা শান্নবা লীলা মখল অমনি। লীলা পার্টি অদুনা কোয়না চৎতুনা খুঙ্গং সহর খায়দনা শান্নে।

(৮) ফোক থিয়েটরগী হৌরকফমঃ-

ফোক থিয়েটর হায়বসি থায়নঙৈগী য়াম্না চাওখৎত্রিঙৈগী মতমগী মীওইশিংনা *(primitive people)* পাঙথোকপা লাইনীং-লাইশোল থৌনি পূজাগা মরী লৈনবা জগোই-ঈশৈগা *(ritualistic dance and music)* শাগোম্লনা হৌরকপনি।

ফোক থিয়েটর অমা ওইনা শুমাঙ লীলা ঃ-

শুমাঙ লীলাগী মরমদা মণিপুরগী অখঙ-অহৈশিংগী মত খরা লৌখৎতুনা য়াম্না শম্না মখাদা পীদুনা নৈনরি। হায়রিবা মতশিং অসি নৈনরগা শুমাঙ লীলাবু ফোক থিয়েটর অমনি হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

*১) মণিপুরগী শুমাঙ লীলা হায়বসি কনা কনাগুম্বনা যাত্রা নত্রগা যাত্রাবালী হায়নসু কৌনৈ। ... শুমাঙ নত্রগা লমহাংগুম্বা অমদা মীৎ থকপা পোৎচঙ ইয়াও য়াওদবা ভাবোক্লা ইকোয় কোয়শিল্লগা, আর্টিষ্ট খরনা হৈ-শিংলবা ব্রাঙাং-শাঙাংগা লোয়নননা চুনরবা শাথেক শাওং উত্তুনা ময়ামদা রস কয়াগী নুংঙাইবা পীরিবা কৃষ্মেদু শুমাঙ লীলা কৌই।*

*অদুম ওইনমক হায়রিবা মওং অসিদা শান্নবা মণিপুরগী লীলা মখৈ মীতৈনা শুমাঙ লীলা হায়না কৌবদি নত্তে। গৌড়লীলা ষনশেনবা, উদূখল অসিনচিংবসি হায়রিবা মওং মতৌ অসিদা শান্নরবসু শুমাঙ লীলা কৌদে। মী খরনা অব্রামল লৌদুনা কোয়না চৎলগা হায়ব্রিবা মওংসিদা শান্নবা লীলাতবু শুমাঙ লীলা হায়না কৌই। [(১৩)]*

মথক্কী ব্রাফম অসিদগী লৌখৎপা য়াবা খরদি ঃ-

(ক) শুমাঙ নৎত্রগা লমহাং অমদা আর্টিষ্ট খরনা ভাবোক্লা ইকোয় কোয়শিল্লগা শান্নবা মখলগী লীলা অদুবু শুমাঙ লীলা হায়না কৌই।

(খ) শুমাঙ লীলাদি শান্নবগী অব্রামল (দক্ষিনা) লৌই। আর্টিষ্ট খরনা কোয়না চৎতুনা শান্নে।

*২) শুমাঙ লীলা হায়বসি শুমাঙ নত্রগা অহাঙবা লম্পাক্তা ভাবোক্লা ইকোয় কোয়শিন্না য়েংলগা শান্নবা লীলা মখল অমনি। মসি মণিপুরগী লীলাশিংগী মনুংদা মীয়াম্না খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা লীলানি। য়ুম অমগী নত্রগা লৈকাই অমগী নত্রগা খুল অমগী মীয়াম পূম্নমক মফম অমত্তদা পূন্না য়েংমিন্নবা য়াবা অমসুং ফংবা লীলানি। লীলা কাওবু অমনা মখোয়না শান্নরিবা লীলা অদুবু উৎপীনবা বার্তন তৌরবা মফম খুদিংদা চৎতুনা লীলা উৎলি। লীলাগী অকক্নবা য়ানবা মমল পী। [(১৪)]*

ব্রাফম অসিদগী লৌখৎপা য়াবদি ঃ-

(গ) মথক্কী নম্বর অমদা শ্যামসুন্দরনা পীরিবা দিফিনিসন অসিগা থোইনা খেন্নবা লৈতে।

(ঘ) মথক্কী লীলা হায়বসি খুলগী মীয়াম নৎত্রগা লৈকাই হুপ্না পূন্না য়েংমিন্নবা লীলা মখল অমনি।

*৩) শুমাঙ লীলা হায়বসি লমহাঙ লীলা হায়ফম থোকপনি। অদুবু অয়াম্বা মতমদা শুমাঙদা শান্নবনিনা শুমাঙ লীলা কৌখিবা তাই। অমুক*

[১৩] মণিপুরগী শুমাঙলীলা অমসুং থিয়েটর, অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, অহানবা চেফোঙ, ১৯৮০, লাঃ২

[১৪] শুমাঙ লীলাগী পাউজেল, থা ৬/৬কী চেফোঙ, অবাম্বম সমবেন্দ্র, মণিপুর ষ্টেট শুমাঙ লীলা কাউন্সিল, ১৯৯৩, লাঃ ৯

*লীলাদমক হায়দুনা শুমাঙ শব্দসী তপশিল্লম্বদি ড্রামা শান্নফমগা খেন্নবা উৎনবগীদমক ওইরিনি হায়না খল্লি। গৌড়লীলা, রাসলীলানচিংবা শান্ননবগীদমক্তদি মাণ্ডব চাউনা খল্লি, অদুগা শুমাঙ লীলা কৌবা অসিগুম্বা লীলা শান্নবগীদমক্তদি মাণ্ডব অমত্তা খন্দে, অদুগা ড্রামাদৌনা রঙ্গমঞ্চস্টেজ শাদে অদুগা সিন য়াওদে। অদুনা লীলা শঙ য়াওদবা লীলাবু শুমাঙ লীলা থোল্লম্বা ওইরমগনি হায়না নীংঙী। [১৫]*

মসিদা য়াওরিবা ৱাফমশিং ঃ-

(ঙ) শুমাঙ নৎত্রগা লমহাংদা শান্নবা লীলা মখল অমনি।

(চ) শুমাঙ লীলা ষ্টেজ খনবগী মথৌ তাদে, অহাঙবা লমহাং অমদা হেক্তা শান্নে'

*৪) মণিপুরী শুমাঙ লীলা হায়বসি ... শুমাঙ-শুমাঙদা কোয়না চৎতুনা শান্নবা লীলা হায়বনি। অসুম্না শুমাঙ শুমাঙদা চৎতুনা শান্নরিবা লীলানা... সমাজগী জন সাধারনগী ঙসিগী পুন্সীগা হেন্না নকনহনবদি শুমাঙ লীলানা ওইগনি ... শুমাঙ লীলাদি ঐগী ইশুমাঙদা তৌরবনি অদুননি ঐগা হেন্না তোরো খোদান্নবদি শুমাঙ লীলানা ওইরি ... শুমাঙ লীলাদা মতম মতমগী সমাজগী মমি তারি, অসুম্না তারিবা মমি অদু অরায়বা লোন্দা, মীয়াম্না খঙবা ৱাঙাঙ শাঙাংদা ঙাঙনবনা মরম ওইদুনা লাইরিক হৈবা হৈতবা, মীপূম খূদিংনা নুংঙাইনা খঙজবা ঙক্সগী মওংসু শুমাঙ লীলানা ওইরি। [১৬]*

মথক্কী ৱাফম খরসিদা য়াওরিবশিংদি ঃ-

(ছ) শুমাঙ লীলা হায়বসি শুমাঙ শুমাঙদা কোয়না চৎতুনা শান্নবা মখলগী লীলানি ।

(জ) মীয়ামগী পুন্সীগা শুমাঙ লীলাগা য়াম্না কা হেন্না নকশিন্নবা, তোরো খোদানবা শুমাঙ লীলানি ।

(ঝ) শুমাঙ লীলাদা মতম মতমগী সমাজগী মমি শেংনা তাই।

(ঞ) মীচম্না খঙবদা লায়বা, অরায়বা লোন্না শান্নে। লাইরিক হৈবা হৈতবা মীয়াম্না খঙনবা লোন্দা শান্নে।

*৫) লনাই ঙাঙনীংবা ৱা পংহাপ্তা হাপচিনবা য়াবা মতম মতমগী ওইনা তৌবা শুমাঙদা শান্নবা লীলানা হোঙই। মুম্না ফাদবা য়াদে, প্রোম্পট*

---

[১৫] শুমাঙলীলাগী পাডিজেন, থা ৬/৬কী চেফোঙ, শীতলজিৎ, মণিপুর ষ্টেট শুমাঙ লীলা কাউন্সিল, ১৯৯৩ লাঃ ২০.

[১৬] মণিপুর শুমাঙ লীলা অমসুং ৱারেং মখল মখা, নিঙোম্বম ইবোবী, ১৯৮৬, লাঃ ১

*তৌবা য়াদে, ব্রারী মচেৎ অমদা ফাগিনা থোমজিনবা ওইনা তৌই। লীলা মশা পূম্বদা ফজবা ব্রারেংগী পরেং ময়েক লানা চত্তে। ... শুমাঙ লীলাদা লীলানা তেরা মোম্পাক্তা তিঙ্গোই য়েংদৌ মপাল য়ানবগুম থোক্কদবদু লৈরবদি নাতে চাবা চাদবা ওইবা য়াদবা থিদনা ফাগি পংহাপ্তা হাপচিল্লি (১৭)*

মসিদা য়াওরিবশিংদি ঃ-

(ত) পংহাপ্তা হাপচিনবা য়াবা (*loosely constructed* ) মওং অমনি।

(থ) শুমাঙদা শান্নবা, মতম মতমগী সমস্যা, ব্রারী উৎপা লীলা মখল অমনি।

(দ) মতম মতমগী ওইনা ফাগিনা য়োমশিনবা লীলানি।

*৬) The origins of the Manipuri Folk Theatre, therefore, are to be sought in the ritual dances connected with ancestor-worship and propitiation of presidıng deities of the clan, community of settlement. The Meiteıs of the valley, who are the predominant ethnic group in Manipur are Mangoloid in racial character and are practitioners of sophisticated rice-culture. Leisure is one of the fundamental characteristics of rice cultivation and it is from creative use of leisure that dance, music and the performing arts had developed. [১৮]*

মথক্কী পীরিবা ব্রফমসিদা য়াওরিবদি ঃ-

(ধ) ফোক থিয়েটরগী হৌরকফমদি মৈতৈগী রিচুয়েল দান্স অমসুং মপা মপু ঈরাৎপগা মরী লৈননা হৌরকখিবনি।

(ন) লৌ উবনা মরু ওইবা শিনফম ওইবা মরম্না অহাঙবা মতম অসি য়াম্না মরু ওই। অহাঙবা মতমদগী জগোই-ঈশৈ হরাও-কুম্মৈ চাওখৎলকখি।

মথক্তা শুমাঙ লীলাগী মরমদা থোইদোক হেন্দোক্না খঙ-হৈরবশিংগী ব্রাফম ১৫ লৌখৎতুনা নৈনখ্রে। হায়রিবা মতশিংসি য়াম্না কুপ্না নৈনরগা শুমাঙ লীলা অমদা চেনবা মচাকশিং মখাদা পীজরি।

(১) শুমাঙ লীলা মীয়ামগী থিয়েটর অমনি ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি খুলগী মীয়ামগী লৈকাই হুপ্না পূন্না য়েংমিন্নবা য়াবা লীলা মখল অমনি। শুমাঙ লীলা অসি তশেংনমক মীয়ামগী ওইবা

---

[১৭] মণিপুরী থিয়েটর দি, সি, তোন্ত্রা, *Souvenir, Edited by E Nilkanta Singh* ১৯৬৮ লাঃ ১১

[১৮] *Enact, The Indian Drama, Monthly, July-Aug 1981. Folk Theatre of Meiteıs, by Lokendra*

লীলানি। মপূং ওইনা সহর খুঙ্গং অনীগী মরক্তা খুঙ্গংগী ভাবোক্লা হেন্না থব্রায় য়াওনা পাম্মা য়েংনরিবা লীলানি। শুমাঙ লীলা মীয়ামগীনি। শুমাঙ লীলা হায়বসি মীয়াম লাইরিক হৈবা হৈত্তবা খুঙ্গং সহর মীপূম তিংনা নুংঙাইনা খঙজবা ঙম্বগী মওংসু শুমাঙ লীলানা ওইরি। মীয়ামগী পুন্সীগা শুমাঙ লীলাগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা য়াম্না কা হেন্না নকশিন্নবা মরী লৈ।

## (২) চীন্থাং য়ৈনা লাকপা ঃ-

হৌজিক হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মওংসিদা চীন্থাং য়ৈনা লাকপা থেংনদে। মরমদি হৌজিক্তী অইবা লৈনরে। লোয়ননা লীলা তম্বীবা ডাইরেক্তরসু লৈরে । অদুবু য়াম্না ঙল্লিঙৈগী ফাগি লীলাগী মতমদদি চীন্থাং য়ৈনা লাকপা মওং (*oral tradition*) অসি থেংনৈ। ঐখোয়না ফাগি লীলাশিংদা ফংলিবা ব্রাঙাঙ-শাঙাং ফাগিগী মতৌ লোন্দা পুদা অসি মৈতৈগী অরিবা ট্রেদিসন্দগী মথং-মথং চীন্থাং য়ৈনা শমথরকপনি। মোইরাং পর্ব্ব হায়না ঐখোয়না থেংনখিবা লীলাসিমক পেনা শকপা ওজাশিংদগী চীন্থাং য়ৈনা শমথরকখিবনি।

## (৩) নুংঙাইহন্নবা মচাক ঃ-

শুমাঙ লীলা অসি মমাঙঙৈদদি ফাগিগী শরুক য়াম্না য়াওরম্মী। হৌজিকমকসু মসিগী মশক অসি মাঙদ্রি। অয়েংবা ভাবোকশিংগী নুংঙাইনবা অমদি নোকপনা মপূং ওই। হৌজিক্কী লৈরিবা শুমাঙ লীলাসিমক ফাগিগী লীলাদগী হৌরকপনি; ফাগি হায়বা নুংঙাইনবগী মচাক অসি শুমাঙ লীলাগী থব্রায়নি। মরম অদুনা হৌজিক হৌজিকমক ফাগি পুবা অসি য়াম্নমক মরু ওই ।

## (৪) সেক্যুলর ওইবা মওং ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি হৌজিক হৌজিক্কী সমাজ অসিগী মমি তশেংনমক তাই। হৌজিক্কী সমাজগী মশক তশেংনা উৎলি। মমাঙঙৈ য়াম্না ঙল্লিঙৈগী মতমদা তাঙনা হরিশ্চন্দ্রনচিংবা লীলা খরদি লৈরম্মী। অদুবু অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদগী সমাজগী ওইবা মীওৎ-মীনৈ, মীফা-মীপূন, হুরান-চীন্থি, শেঞ্জা-থুমজা, লানহৌবগী ঈরাংনচিংবা মতম মতমগী হোংলক্লিবা সমাজসিগী য়াওল মতুং ইন্না শুমাঙ লীলা শান্নরে। লাই-তীনগী ধর্ম্মগী ওইবা ব্রারী থোইনা হেন্না য়াওবা থেংনদে।

## (৫) অইবা খূৎই ঃ-

শুমাঙ লীলা ঙল্লিঙৈ মতমদা অইবা খূৎই লৈরমদে। হৌজিক ফাওবা ফাগি লীলাগী অইবা খূৎই ফংবা ঙমদে। মমাঙঙৈগী মতমগী ফাগি লীলা

নত্তবা অতৈ লীলাশিংসু অইবা খূৎই ফংবা ঙমদে। খূঃ কুম ১৯৫০ অদুব্রাইদগী 'পুরান মৈথাবা' হায়বা লীলাসিদগী অইবা খূৎই লৈরে হায়না লৌনরি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদু ফাওবা লীলাগী খূৎই লৈরমদে। অইবা খূৎই লৈরবসু শান্নবা মতমদা খূৎইগী ব্রাংমদা মনীং তম্না শান্নবা য়াম্না য়াওই। অইবা স্ক্রিপ্টনা শুমাঙ লীলাবু ফাজিন্দুনা থম্বা অসি য়াম্না ব্রানা থোকই।

(৬) শান্নফম ঃ-

শুমাঙ লীলা অমা হায়বসি ভাবোক্লা কোয়শিন্দুনা অহাঙবা লমহাং, শুমাঙ মাঙবনচিংবা মফম অমদা শান্নবা থিয়েটর অমনি।

(৭) কোয়না চৎতুনা শান্নবা ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি শান্নরিবা পার্টি অদুনা কোয়না চৎতুনা শান্নবা লীলা মখল অমনি। সহরদা অমদি খুঙ্গংদা লৈবা থিয়েটর হোলশিংদদি অয়েংবা ভাবোক্লা লাক্লগা য়েংলবনি, লেঙদবা হোল অমদা লীলা শান্নবনি। শুমাঙ লীলাদি খুঙ্গং সহর খায়দনা করিগুম্বা লম্পাক, মীয়াম পূনবা য়াগদবা মফম অমদা লীলা পার্টি অদুনা চৎ-চৎতুনা শান্নে। শুমাঙ লীলাদি লীলাদুবু কৌরিবা মীশকশিং অদুনা বার্ত্তন তৌরুরগা লীলা মফম অদুদা লাক্তুনা শান্নবনি।

(৮) হৌরকফম ঃ-

শুমাঙ লীলাগী মপূং ওইবা হৌরকফমদি ফাগিনা য়ুম্ফম ওইরগা শারেপ ফানা চাওখৎলকখিবা কলা মওং অমনি। ফাগি লীলাগী হৌরকফমদি কদায়দগীনো ? মসিগী মরমদা হৌজিক ফাওবা চপ চাবা খঙবা ঙমদ্রবসু মৈতৈগী থায়নদগী লৈজরক্লবা হরাও-কূম্মৈ লাইগী থৌনি *(ritualistic dance, ancestor worship)* অসিনচিংবা ময়াম অসিগী প্রভাব অসি হকথেংননা অমসুং নাকোয়ননা ওইরবসু তারম্বা য়াবগী থাজবা লৈ। মণিপুরদদি জগোই-ঈশৈ, হরাও-কূম্মৈ, *ritualistic festival* শিংগী শাংলবা পরম্পরা অমা লৈ। হায়রিবা পরম্পরা অসিগী ঈচেল অসিদগী হরাও-কূম্মৈ কয়াসি মথং-মথং ওইরকখিবনি। অদুগা অনৌবা হরাও-কূম্মৈ মওং অমা শেম্লকপদা হায়রিবা পরম্পরা অসিদগী নাম্থোকপা ঙমদে। মখোয়গী অকনবা প্রভাব তাই।

মথক্তা নৈনরিবসিদগী ঐখোয়না শেংনা খঙবা ঙম্মী – মণিপুরগী শুমাঙ লীলা হায়বসি ফোক থিয়েটর অমনি। ফোক থিয়েটর অমদা চেনগদবা মরুওইবা মচাক, মগুণ, মওং মরমচৎশিং পূম্নমকসি শুমাঙ লীলাদা য়াওবা থেংনৈ। শুমাঙ লীলা ফোক থিয়েটর অমা ওইনা চহী কয়া হিংদুনা লাক্লি। ❑

অনীশুবা পন্দুপ

# শুমাঙ লীলা হৌরকপগী ইতিহাস অমসুং মথং-মথং চাওখৎলপা

## মণিপুরগী হরাও-কূম্মৈ অমসুং শুমাঙ লীলা ঃ-

মণিপুর হায়বসি হরাও-কূম্মৈগী লৈবাক্নি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। মৈতৈ হায়বা জাতি অসি মহৌশানা হরাও-কূম্মৈ য়াম্না পামই। ঐখোয়গী লাইনীং, লাইশোল, চৎনবী, পূজা অমসুং পুন্সীগী থৌদাং কয়াদা জগোই ঈশৈ হায়বসি থাদোক্লবা য়াদ্রবা মচল অমা ওইনা লৈরি। মরম অদুনা জগোই, ঈশৈ, লীলা, কলা হায়বসি মৈতৈ জাতিগী পুন্সী মহিংগী মশক অমনি। মসি চন্নগী নুংঙাইনবা কূম্মৈ নত্তে, মৈতৈগী পুন্সীগা জগোই-ঈশৈগা থাদোক্লবা য়াদে। ঐখোয়গী অনীংবা অপাম্বা, পুন্সীগী ফজরোল পূম্নমক কলা বিদ্যাগী মশক ওইনা ফোঙদোকই। মরম অদুনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা লৈবাক অসিদা মখল মখা কয়াগী হরাও-কূম্মৈ, জগোই-ঈশৈ কয়া মরাং কায়না লৈরক্লি। থোইদোক হেন্দোক্লা য়াম্না মরুওইবা মমীং পনবা য়াবা হরাও-কূম্মৈশিং খরদি – লাই হরাওবা, উকায় কাপ্পা, উ-হোঙবা, ফৌওইবী খুরুম্বা, কোংবা লৈথোঙ ফাৎপা, শীং-শৎপা, চৈরাওবা, অনৌ-অপেন কৎপা, লৈমরেল তল কৎপগী লাইশোল, নোংশাবগী থৌনি, পাখঙবগী থৌনি, য়ুমজাও লাইরেম্বীগী থৌনি, থোকঙাক লাইরেম্বীগী থৌনি, তরুং লৈমগী থৌনি, পাখঙবা চেঙ হোঙবা, কুরাক লমদাইবা, সনামহি চেঙ হোঙবা, লাই তানবা, হৈক্রু হিদোংবা, মেরা হৌচোংবা, ক্বাক তানবা, মেরা মেন তোংবা, চনৌ কৎপা, নীঙোল চাক্কৌবা, ফৌগৌবনচিংবা অসিনি। হায়রিবা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লিঙৈগী হরাও-কূম্মৈশিংসিগী মনুংদা 'লাই হরাওবা' হায়বসি য়াম্না মরুওইবা মৈতৈ জাতিগী কূম্মৈ অমনি। লাই হরাওবসি মৈতৈ জাতিসিগীদি সংস্কৃতিগী পূক্লেনি। লাইনীং লাইশোল, জগোই-ঈশৈ, থাঙ-তা, সাহিত্যগী মচাক পূম্নমক অসি লাই হরাওবদা য়াওবা থেংনৈ। তাইবঙ শেম্বা অমসুং মীওইবা জাতিনা খুন্দা লৈতাবগী ৱারী(*creation myth*) অসিবু জগোই ঈশৈ অমসুং নাট্যগী মওংদা ফোঙদোকপা অতাঙবা কূম্মৈনি । লাই হরাওবগী রিচুয়েলিষ্টিক ফেষ্টিভেল অসিদা নাট্যগী ওইবা মচাক অমসু য়াওবা থেংনৈ । কুইরবা মতমদগী ঙসিমক ফাওবা লেপ্পা লৈতনা অমসুং মুৎনাইদনা চত্থরকইবা লাই হরাওবগী কূম্মৈ অসি মণিপুরগী পারফোর্মিং আর্টস কয়াগী হৌরকফম লেম্ফুনি হায়না লৌবা য়াই।

ক্যাম্বা মহারাজনা পানবা মতম (১৪৬৭-১৫০৮) দগী মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকপা হৌখি। মতমসিদগী হৌনা হিন্দু ধর্ম্মগা লৈনবা লাইনীং লাইশোল, পূজা, কূম্মৈ, জগোই ঈশৈ কয়া অমসু চঙলকখি। অনৌবা চঙলক্লিবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ধর্ম্ম ঈশৈগা হান্না লৈজরম্লবা হরাও-কূম্মৈশিংগা তিনশিন্নরগা য়াম্না ফজরবা অনৌবা খূৎশেমগী ওইবা কলাগী ফজরবা খূৎশেম অমা থোরকই। ক্যাম্বা মহারাজগী মথংদা পাল্লকপা নিংথৌশিংনা বেঙ্গোলগী বৈষ্ণব ধর্ম্মবু লৈবাক অসিগী ধর্ম্ম ওইনা লৌদুনা চৎনবা হৌরকখিবদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হরাও-কূম্মৈ অমসু মণিপুরদা পোক্লকখি। মতৌ অসুম্না চথরক্লিবা ধর্ম্মগী ঈচেল অসিদা চরাইরোংবা (১৬৯৭-১৭০৯), গরীবনীৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮), ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ (১৭৫৯-১৭৬১), চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ (১৮৫০-১৮৮৬), চূরাচাঁন্দ মহারাজ (১৮৯১-১৯৪১) হায়রিবা নিংথৌশিং অসিনা অকনবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ভক্ত ওইনা মণিপুরদা শীংথানবা য়ারবা হরাও-কূম্মৈ, জগোই ঈশৈ কয়া হৌদোক্লম্মী। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনি। মহাক্কী মতমদা গোবীন্দ নিরুপন তৌদুনা কাঞ্চিপুরগী রাস মণ্ডলদা নুমিৎ মঙানি রাস কৎখি। মসি মণিপুরগী সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদোক অমনি। মসিগী মথক্তা গোবীন্দগী সেবাগীদমক অষ্টকাল খায়দোক্লুনা সেবা তৌরম্মী রাধা কৃষ্ণগী পুন্সীগী লীলাগা মরী লৈনবা উৎসব হরাও-কূম্মৈ কয়া অমসু হৌদোক্লম্মী।

বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংদা মণিপুরদা লাক্লিবা হরাও-কূম্মৈশিং অসি মখল মখা কয়ানি। থা খুদিংগী মখল মখা কয়াগী কূম্মৈ কয়া মরাঙ কায়না লৈ হায়না লৌবা য়াই। মহৌশাদগী চৎনরক্লবা "লাই হরাওবা" গী থৌরম কয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হরাও-কূম্মৈ, জগোই, ঈশৈশিং মমীং পনবা তারবদি— দূর্গা পূজা, স্নান যাত্রা, রথ যাত্রা, হরিশায়ন, ঝূলন, কালিয়দমন, হরি উত্থান, শিব ব্রত, নাগ পঞ্চমী, কৃষ্ণ জন্মষ্টমী, রাধাষ্টমী, বামন জন্ম, মহালক্ষ্মী পূজা, তর্পন, মহালয় লক্ষ্মী পূজা, দীপৱালী, গোবর্ধণ পূজা, নীঙোল চাক্কৌবা, বসন্ত-পঞ্চমী, শিবরাত্রি ব্রত, (হোলিকাদহন) য়াওশঙনচিংবা মখল কয়ানি। পূম্নমকসিগী মথক্তা মতম মতমগী ধর্ম্মদা য়ূম্ফম ওইবা মাগুবতা শান্নবা লীলা কয়াসু থোরকখি। মখোয়গী মনুংদা— নিমাই সন্যাস. মহাভারত, রামায়ণ, সভা পর্ব্ব, গৌড় লীলা, ষণশেনবা, ভারত বিলাপ, সীতা হরন, সীতা সয়ম্বর, অহল্যা উদ্ধার

অসিনচিংবা অসি শীংথাবা য়াই। মতৌ অসুম্না ধর্ম্মগা মরী লৈননা লাকখিবা হরাও-কূম্মৈশিংগী মনুংদা য়াম্না তোপ-তোপ্পা ধর্ম্মগী ৱারীগা থোইনা মরী লৈনদবা হরাও-কূম্মৈ অমদি "শুমাঙ লীলা" হায়বসি অমনি।

শুমাঙ লীলা হায়বসি ফাগি লীলাদগী লাকখিবা মওং অমনি। হায়রিবা ফাগি লীলাসি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা দূর্গা পূজাগী কূম্মৈদগী ওইরকখিবনি। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম অমসুং লাইনীং লাইশোলগী ৱাখল্লোন্দা থোইনা মরী লৈনদনা কোনুংগী পুন্সীদগী হৌবর্কাখিবা, ফাগি পরম্পরাদগী ওইরকখিবা মওং অমা ওইবদগী ফাগি লীলাদা সেক্যুলর ওইবা (ধর্ম্মগা মরী লৈনদবা) মশক অসি লাকখিবনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা সনা কোনুংদা দূর্গা পূজা হৌখি। হায়রিবা দূর্গা পূজাগী মনুংদা হরাও-কূম্মৈ, জগোই ঈশৈ কয়া পাঙথোকই। মখোয়গী মনুংদা ফাগি লীলা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা, ভাবোক্লা খোয়দাজবা কূম্মৈ মখল অমা ওইখি। অসিগুম্বা ফাগি লীলাদগী শুমাঙ লীলা হৌরকফমগী মতাং মখাদা কূপ্না নৈনজরি।

**শুমাঙ লীলাগী খোঙ্গুল লীবা ঃ-**

**শুমাঙ লীলা (ফাগি লীলা) হৌরকপগী মতাংদা অখণ্ড অহৈশিংগী তোঙান-তোঙানবা মত কয়া থেংনৈ। শীংথাবা য়ারবা অখণ্ড অহৈ কয়াগী মত খনগত্তুনা মখাদা পীজরি।**

**(ক) মমীং চৎলবা অইবা অমসুং শুমাঙ লীলাগী মরমদা য়াম্না কূপ্না থিজিনবীরম্বা লৈখিদ্রবা নিঙোম্বম ইবোবী সিংহনা শুমাঙ লীলা হৌরকপগী মতাংদসু অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী।**

> *... তশেংনমক হায়রুরবদি "ফাগি লীলা" হায়বসি অহানবা হৌবকপদা শুমাঙ লীলাসে ফাগি লীলা কৌনরম্মী। খুদমদি —অবুজাম্বা ফাগি, অমুথোই ফাগি, য়োৎশুবী ফাগি, চেংবা ফাগি, অসুম্না ... সমাজগী চল্লিওৈদা শুমাঙ লীলাগী শক্তম "ফাগি লীলা" ওইনা লাকপনি হায়না মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী সনা হাক্তক্তা ফাগি হৈবা অবুজাম্বা সাইতোন (নম্বোল ফোইজিং চীংনীং) খরিবম লাইশুবা (চঙাঙ্গৈ ঘড়ী) অনী অসি ফাগি পুবা মরাসি ফবা নিপানি। মখোয় অনীবু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা য়াম্না চাম্না তৌই। ইতৎ তৎত্না*

*সনা কোনুংদা লাক্লগা সনা নাক্তা ফম্লগা ফাগি জুগাই ওইবা ব্রাহৈ ব্রাতা ঙাঙদুনা মহারাজ সনা কোনুং পেলহল্লি। [১৯]*

এন, ইবোবীগী মত অসি নৈনবদা খঙবা ঙম্বদি ফাগি লীলাদগী শুমাঙ লীলা ওইরকখিবনি অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা ফাগি লীলাসি শান্নবা হৌখি।

খ) মণিপুরগী থিয়েটরগী জগত্তা শক্লাইরবা লীলা ইবা, এক্টর অমসুং ডিরেক্টর নোঙ্গাম্লবা অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা অসুম্না হায়রি—

*মৈতৈগী শুমাঙ লীলা অসি করম্বা মতমদগী করম তৌনা হৌরকপনো হায়বসি মণিপুরগী লাইবক থীবদগী অইবা লাইরিক নীংথিনা লৈরমদবনা, অহল লমন, লাই গুরুশিংদগী চীন্থাং ওইনা অসুম অসুম লাকপসু থীজিল্লুবদা মণিপুরদা দূর্গা পূজা হৌরকপগী মতাং অদুব্রাইদগী ওইনা থেংনৈ। দূর্গা পূজা মখল অনী থোক্লা লৈ— বসন্তী পূজা, সারদীয় পূজা। বসন্তী পূজাদি মৈতৈশিংনা চহী চা কয়াগী মমাংদগী.অদুম তৌরকপা মওং ওইনা লৈ। অদুবু সারদীয় পূজাদি ১৮ শুবা শতাব্দীদা মৈদীংঙু পামহৈবগী সনা হাক্তক্তা রামান্দি ধর্ম্মনা মণিপুরদা চঙলকপা মতম অদুদগীনি। মতম অদুদা তৌবা পূজাদি চুম্নগী ঘটস্থাপনতমক তৌরগা ইচম চম্না তৌরম্মী। মতুংদা ১৯ সুবা শতাব্দীদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ময়াম্না নোংমাইজিং বৈষ্ণবী হায়না খঙনবী ভৈরবী, কালি নীংবী অদু ফাওরক্লবদা, মহাক অসি মহারাজগী য়াম্না চান্নবা মীশক অমা ওইনা, মাগী ইথিন্দগী দূর্গা দেবীগী মূর্ত্তি লিংখত্তুনা য়াম্না চাউনা ধুম-ধামগা লোয়ননা দূর্গা পূজা তৌবা হৌখি। পূজা নুমিৎ ১০ নি, হায়বদি চাউরেল হৌবদগী বিজয়া দশমী ফাওবা মৈতৈগী নুপা পালা, নুপী পালানচিংবা লাইমাঙদা থৌগল তৌহনখি। অদুগীসু মথক্তা মণিপুরগী ফাগি হৈবা মীশকশিং কৌখত্তুনা ফাগিগী ওইবা লীলা কয়া লাইমাঙদা শান্নহনখি। অসুম্না ফাগি লীলা শান্নখিবা অসিনা মীতৈ শুমাঙ লীলা শান্নরকপগী অহানবা য়ুম্ফম ওইখি। [২০]*

অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী মত মতুংইন্নসু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা দূর্গা পূজা লাৎপা মতমদগী ফাগি লীলা হৈবা কৌখৎতুনা ফাগিগী ওইবা

[১৯] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং ব্রারেং মখল মখা, নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লা৪,৫

[২০] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, ১৯৮০, লাঃ ৮

লীলা কয়া লাইমাঙদা শান্নহনখি হায়বসিনি। অসুম্না ফাগি লীলাদগী শুমাঙ লীলা ওইরকখিবনি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মসিগী মতাংদা শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্রনা হায়ঃ-

*(গ) শুমাঙ লীলা হৌরকফমদি ফাগি লীলানা ওইরকই। ফাগি লীলা অসি অহানবা ওইনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগী শান্নবা হৌখি। [২১]*

মসি পূম্নমক্কী মথক্তা হৌজিক-হৌজিক (২০০১-২০০২) ফাওবদা হিংদুনা লৈরিবা শুমাঙ লীলাগী লমদা থোইদোক্লা মমীং লৈরবা ওজা কয়াগী নাক্তা চৎতুনা ইশামক্লা উন্নদুনা ৱারী শান্নরুবা মতমদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগী শুমাঙ লীলাসি হৌরকখিবনি হায়না ফোঙদোকপিরকই। হায়রিবা শক্লাইরবা ওজা গুরু খরা মখাদা পীজরি ঃ-

(১) শ্রীথোঙাম গৌরহরি সিংহ, য়ুরেম্বম, মশাগী চহী ৭৮ (বি,এ, মপা লম্বোইবগী ইবোতোম্বী শাবা)

(২) হৈস্নাম লালজি সিংহ, পাৎশোই, মশাগী চহী ৮২ (বি এ মপা লম্বোইবগী বি,এ, শাবা)

(৩) তখেল্লম্বম নবকুমার সিংহ, কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই, মশাগী চহী ৮৩ (থোক লীলা, পীদোম্নু, শায়োল সাফবনচিংবা লীলাদা শরুক য়ারকলবা কলাকার, শুমাঙ লীলাগী ওজা)

৪। মংসিদম বীনোদ সিংহ, কোন্থা অহল্লুপ, মশাগী চহী ৬৯ (ইপাগী ইবুংঙো লীলাদা জগৎসিং শাবা, শুমাঙ লীলাগী এক্টর অমসুং ডিরেক্টর)

৫। শ্রীতখেল্লম্বম মনিকচান্দ সিংহ, কোংবা, মশাগী চহী ৯২ (বিধাতপুরুষ, থোক লীলা, পাম্থোইবী শায়োলনচিংবা লীলা কয়াদা শরুক য়ারবা, মমীং চৎলবা ফাগি পুবা)।

৬। হঞ্জবম নন্দকিশ্বর শর্ম্মা, ৱাঙ্খেই নিংথেম পুখ্রী মপাল মশাগী চহী ৭৯।

৭। শ্রীতখেল্লম্বম চাউবা সিংহ, কোঞ্জেং লৈকাই, মশাগী চহী ৬৮ (শনরেম্বী চৈশ্রাগী মমীং চৎলবা কলাকার লৈবাক্লা ফাগি পুবা হায়না শকখঙলবা) অসিনচিংবা।

---

[২১] শুমাঙ লীলাগী পাউজেল, শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ, ১৯৯৬, লাঃ ৯

মথক্তা নৈনরিবা অসিদগী খণ্ডবা ঙম্বদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা হৌজিক শুমাঙ লীলা হায়না খণ্ডনরিবা লীলা মওং অসি ফাগি লীলা ওইনা লৈরমই। অমসুং দূর্গা পূজাগী মতমদা ফাগি লীলা ওইনা শান্নবদগী মথং-মথং চাওখৎলকখিবনি। কনা কনাগুম্বা মীওই খরনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারজগী মমাঙদগী শুমাঙ লীলা অসি লৈরক্লে হায়বা মত ফোঙদোক পা য়াওই। তৌইগুম্বসুং মসিগী চপ চাবা বৈজ্ঞানিক ওইবা মচাক ফংদবা মরমনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমাঙদা শুমাঙ লীলাগী মওং লৈরম্মী হায়বসি থাজবা ব্রানা থোকই। হৌজিক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লৈরমলিবা ফাগিগী মওং অসি মখাদা শন্দোক্লা নৈনরি।

## চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতম অমসুং ফাগি লীলা ঃ-

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম (১৮৫০-১৮৮৬) অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা য়াম্না শীংথাবা য়ারবা লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরম কয়াদা, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা অহোংবা মশক কয়া লাকখিবা তাঙ্কক অমনি। মহাক্কী মতমদা জগোই-ঈশৈ, হরাও-কূম্মৈ য়াম্না চাওখৎলম্মী । মখল মখা কয়াগী জগোই-ঈশৈ, লীলা-ফলা, ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হরাও-কূম্মৈ কয়া অমা পাঙথোকখিবগী রেকোর্ড ফংই। মতাংসিদা থোইদোক্লা পনবা য়াবদি নট সংকীর্ত্তনগী লমদা রস (৬৪) হুম্ফুমরি ফাংনদুনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী লমদা খম থেংনা অন্নাংবা থাক য়ৌনা কাখৎখি। মসিগী মতাংদা শ্রীএলাংবম নীলকান্তনা অসুম্না হায়রম্মী ঃ-

> *Rajarshi Bheigachandra introduced a new style of kritana singing known as Nata Sankritana which found its supreme expression during reign of king Chandrakirti of Manipur (1850-1886) when the 64 rasas were presented for the first time in 64 session spreading over 32 days. [২২]*

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তক্তা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম য়াম্না চাওখৎলম্মী। মশামকসু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা য়াম্না চেৎনা থাজবা, লাই য়াম্না নীংবা নিংথৌ অমনি। মহাক্কী মতমদা চয়োল অমা চূপ্পা শ্রীমদ্ভাগবদ তাবা, ধর্ম্মগা মরী লৈনবা পূজা কয়া পাঙথোকখিবগী থৌদোক কয়া থেংনৈ। মহাক্লা রাম, কৃষ্ণ,

---

[২২] রস হুম্ফুমরি, এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, সম্পাদক, জি সুবচান্দ শর্ম্মা, ১৯৭৬, লাঃ ৭

গোপাল দেবনচিংবগী মূর্ত্তি লাৎপা হৌদোকখি। হৌদোকপগী থৌরমশিংদা তোঙান-তোঙানবা পালা তরেৎনা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ শকখি। মহারাজ মশামক য়াওনা আরতিগী ঈশৈ শক্লম্মী। হৌজিকমক নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈরিবা রামজি প্রভুগী মূর্ত্তি অসি মহারাজ অসিগী সনা হাক্তক্তা পূজা তৌবা হৌখিবনি। মন্দিরগী মমাঙদা হনুমান অমসুং গরুড়গী থোংঙাকপগী মূর্ত্তি শাদুনা থম্লিবসি মহারাজগী মতমদা হৌদোক্লম্বনি। মহাক্কী মতমদা গোবীন্দগী মাঙুব অসি শেল য়াম্না চঙনা শেমজিন-শাজিনবদা নত্তনা ধর্ম্মগী ওইবা থৌরম কয়া পাঙথোকখি। খৃঃ কুম ১৮৬৯ দা শ্রীযুৎকী লৈফম সনা কোনুং শঙ্গাবদা নট সংকীর্ত্তন পালা ১৯ না বামোন ৬০ না নুমিৎ ১৫ চঙনা তল হৌদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মপৃং ফাবা অচৌবা কৃম্মৈ অমা পাঙথোকখি। ঙসি ফাওবা গোবীন্দগীদা খীংনরিবা কাংশি অসি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অসিনা কৎলম্বনি হায়নৈ।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা মপান্দগী মমীং চৎলবা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব কয়া লাকখি। মপান্দগী লাকখিবা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংবু য়াম্না লুনা চান্না তৌরম্মী। মপান্দগী লাকখিবা ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা খরা অমদি সনা কোনুংদা ফাওবা লৈহন্দুনা ধর্ম্মগী থৌদাং কয়া পাঙথোক্লম্মী। মপান্দগী লাকপা ব্রাহ্মণশিংদগী লমজিং অমসুং মতেং কয়া লৌদুনা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি পাক চাউনা শন্দোক্লবা হোৎনরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা মণিপুরগী পণ্ডিত কয়া মপান্দা থাদুনা লাইরিক লাইশু তমহল্লম্মী অমসুং মমল য়াম্লবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া থিদুনা পুরকহনখি। মসিগা লোয়ননা ফংবদা ন্নারবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়াসু শিন্দোকহল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মহারাজ অসিগী সনা হাক্তক্তা পণ্ডিত লোইশঙ কয়া চাওখৎখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা পাঙথোকখিবা ধর্ম্মগী কৃম্মৈশিংগী মনুংদা ধর্ম্মগী মেলা অসি থোইদোক্লা শীংথাবা য়াই। মহাক্কী মতমদা চহী খুদিংগী কালেনগী ৩নি পানবদগী ৭নি পানবা ফাওবা অচৌবা ধর্ম্মগী ওইবা মেলা অমা হৌদোক্লম্মী। নুমিৎ ৫নি চৎথবা মেলা অসিদা মখল-মখা কয়াগী হরাও কৃম্মৈ কয়া পাঙথোক্লম্মী। বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লূপ্না ওইরবসু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থায়নদগী চৎনরক্লবা মৈতৈগী ওইবা লাইনীং লাইশোলদি তাথীবা খক তৌরমদে। মহাক্না মৈতৈগী উমংলাই হরাওবা, নোংশাবা হরাওবা, পাখংবা সনামহিবুসু চপ মান্নना লুনা খল্লম্মী অমসুং খুরুম্লম্মী। খৃঃ কুমঃ ১৮৬৭ তা জুন/জুম্শাই ২৩দা নুমিৎ মঙানি চূপ্না পাখংবগী পূজা তৌরম্মী।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা পাঙথোকখিবা হরাও-কূম্মৈশিংগী মনুংদা থিয়েটর অমসুং শুমাঙ লীলাগা নকশিন্নবা মখল খরদি কালিদময়ন, সভা পর্ব্ব, প্রহলাদ চরিত অসিনচিংবা পনবা য়াই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা কোনুং শঙ্গাবগী মতাংদা হায়রিবা নুমিৎ অসিগী নুংথিলদা সভা পর্ব্ব শান্নে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা হৌদোকখিবা নুমিৎ ৫নি চূপ্পা পাঙথোকপা ধর্ম্মগী মেলাগী লোইবা নুমিৎ, মে ৫, ১৮৮০ ইংদা প্রহলাদ হায়বা লীলা শান্নখি। মতৌ অসুম্না চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হরাও-কূম্মৈ লীলা-ফলা কয়া শান্নবা হৌদোক্লম্মী।

কূম্মৈশিং অসিগী মনুংদা দূর্গা পূজাগা মরী লৈননা লাকখিবা 'ফাগি লীলা' অসি থোইদোক্লা শীংথাবা য়াই। হায়জরিবা ব্রাফম অসিগা মরী লৈনবা ব্রারোল মখাদা নৈনরি।

## দূর্গা পূজা অমসুং ফাগি লীলা ঃ-

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা মণিপুরদা দূর্গা পূজা ঈরাৎপা হৌবদগী 'ফাগি লীলা' হৌরকখিবনি। হৌজিক দূর্গা পূজা লাৎপা হৌখিবা অমসুং মসিগা মরী লৈননা লাকখিবা 'ফাগি লীলা' অসিগী মরমদা নৈনফম থোকই। মণিপুরদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপূং ওইনা চৎলবসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অতৈ লাইনীং লাইশোল কয়াসু চৎনরম্বগী খুদম ফংই। মসিগী মনুংদা 'শিব অমসুং দূর্গা'গী লাইনীং অসি থোইদোক্লা পনবা য়াই। কনাগুম্বা পণ্ডিত খরনা 'শিব' লাৎপসি য়াম্না কুইরবা মতমদগী মণিপুরদা চৎনরক্লি হায়বা মত ফোঙদোকপা য়াওই। ব্রাফম অসিগী মতাংদা ইকাই খুম্নজরিবা শ্রীএলাংবম নীলকান্তা সিংহনা অসুম্না হায়ঃ-

> *The pre-historic period of Manipur proves the wide prevelence of Shaivism and Tantric cults. On many a hill top there remian still Shiva Lingas, whom people on special occasions, worship and pray too. The Manipuri equivalent of god is lai which is a corrupt form of linga (1961:30).* [২৩]

[২৩] Lai Haraoba, Marg, 14 (4). 30-34,1991

মৈতৈগী লিজেন্দ অমসুং মিথোলোজি কয়াদসু শিব, দূর্গাগী ব্রারী অসি ফংই। মহাদেবগী ত্রিসুলনা চীংনুং হুত্তুনা ঈশিং চিংথোকখি হায়দুনা মীওই খরদি হৌজিক ফাওবা চীংনুংহুৎ হায়না খঙনবগী ব্রারী লৈরি। নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্থোইবীবু শিব দূর্গানি হায়না থাজনবা কয়া অমা লৈরি । মণিপুরগী মফম কয়াদা শিব দূর্গাগা মরী লৈনবা লাইশঙ, ঈরাৎফম কয়া অমসু লৈরি। নোংমাইজিংদা লৈরিবা বারুনীগী লাইফমদা মহাদেব খুরুম্বা হৌজিক ফাওবা চৎনরি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা নোংমাইজিং চীংদা মহাদেবগী লাইশঙ শাখি হায়বগী রেকোর্ড ফংই। মহাক্কী মতমদসু মহাদেবগী শঙ হৌএ হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লি। মসিগা লোয়ননা মণিপুরদা দূর্গাগী লাইশঙ শাদুনা পূজা তৌবসি চৎনরি। মহাদেবগী শঙ হৌবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না পল্লি।

*১০নি পানবা নিংথৌকাপাতা মহাদেবগী শঙ হৌএ [২৪]*

অঙনবা মতমদগী শিব অমসুং দূর্গা ঈরাৎপসি চৎনরক্লবসু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লাইনীং অসি হেন্না মপূং ফাবা অমসুং মরুওইবা অমা ওইনা ঙসি ফাওবা চৎনরক্লি। মসিগী মতাংদা সরোজ নলিনি পার্রাটনা হায়ঃ-

> *We have seen that a good deal of the evidence for Siva worship emanates from the reign of Chandrakriti; this period also seems to have marked on increased importance in the status of Durga by 1855 A.D. (CK p. 327) the Hiyangthang Lairembi has become identified with Durga and was receiving the Hindu puja of the milk of one hundred and eight cows. Some years later a Durga temple was created at Jiri (CK for 1868 A.D. p. 379). By this time then Durga worship was well estabilished and had taken over the traditional Mother Goddess cult. [২৫]*

মরম অদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পানবা মতম ১৯শুবা শতাব্দীদা শিব অমসুং দূর্গা ঈরাৎপা অসি নিংথৌগী মখাদা পাঙথোক্লুনা য়াম্না চাউনা শন্দোকপা হৌরকখি। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লৈপাক্লা দূর্গাগী মূর্ত্তি শাদুনা পূজা তৌবা হৌখি ডাঃ এম, কীর্ত্তিনসু অসুম্না হায় ঃ-

---

[২৪ ] চৈথারোল কুম্বাবা অহানবা খুৎনম, এল, ইবুঙোহল অমসুং এন খেলচন্দ্র, ১৯৬৭, লাঃ ২৬২
[২৫ ] The Religion of Manipur, Sorojnalini Parratt 1980, P 184.

*He is reported to have introduced the worship of Devi in clay image on 10th Mera September/October 1851 On Monday Sajibu March-April 9 1868 he constructed a brick temple of Devi at the Thana of Jiribam on the western boundary of Manipur The chronicle records the creation of another temple In Nongmaiching hill a great centre of saivism in the eastern portion of Imphal valley he constructed Kundas (receptacles for sacred fire) to Lakshmi and Saraswati He used to perform secrifice which involved such costly things as marcury and gold [২৬]*

মতৌ অসুম্না লৈপাক্লা দেবীগী মূর্ত্তি শাদুনা কোনুংদা অমসুং লৈবাক্কী অতৈ মফম কয়াদা পূজা তৌবা হৌদোকপা লাংবনগী নোংমা পানবদগী নুমিৎ ৮নি অসিদা ঈরাৎ থৌনিদুনা থৌরম কয়া পাঙথোকই। অসিগুম্বা হরাও-কূম্মৈ ময়ামশিংগী মনুংদা "ফাগি লীলা" হায়বসি অমনি। মণিপুরগী কোনুংদা পাঙথোকপা দূর্গা পূজাগী থৌরমদা ফাগি লীলা অসি য়াম্না মরুওইবা কূম্মৈ মখল অমা ওইনা হৌদোরকখিবনি।

## ফাগি লীলা ঃ-

চন্দ্রকীর্ত্তিনা মপাল ফনা পাল্লিবৈ চহী ৩৬কী (১৮৫০-১৮৮৬) মতমসিদা দূর্গা পূজাগা মরী লৈননা ফাগি লীলা কৌবা লীলা অসি লাকখি হায়বসি মথক্তা ময়েক শেংনা উৎখ্রে। অদুবু "ফাগি লীলা"গী কলাকারশিং কনা কনানো ? মখোয়সি দূর্গা পূজাগা মরী লৈননা শেম্লকপা কলাকারশিংলা ? নৎত্রগা হান্না লৈরম্লবা মীশকশিংলা ? মসিগী ব্রাহংশিংসি কূপ্না নৈনবা চঙই। চুমই, জগোই ঈশৈগীদমক্তদি মমাঙবৈদগী হৌনা কোনুংগী লোয়শঙশিংদা মখল মখা কয়াগী কলাকারশিং লৈরকপগী প্রমাণ ফংই। অদুম্মকপু ফাগিগীদমক্তদি তোখায়বা লোয়শঙ অমা লৈবদি থেংনদে। নৌনা লাকইবা দূর্গা ঈরাৎপগী লাইনীংগা মরী লৈননা লাকখিবা ফাগিগী কূম্মৈশিং অসিগী কলাকারশিং অসি নৌহৌননা থোক্লকপা তাবনি। অদুবু লাইবক ফবদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থওইনা অনৌবা ফাগি পুবা

[২৬] Religion Development in Manipur, Dr M Kriti Singh, 1980, P 174

কলাকার পুথোকখিদে। মহাক্কী কোনুংদা মহৌশাদগী হৌনা ফাগি-জুগাই তৌবা মীশক কয়া থম্লমই। হায়রিবা মীশকশিং অসিনা ফাগি কলাকারশিং ওইরকখিবনি হায়বা য়াই। জি, সি, তোংব্রানা হায় ঃ-

*তোঙান তোঙানবা মতমদা পৃথিবীগী মফম মফমদা লৈরম্বা নিংথৌ অমসুং নিংথৌগুম্বশিংনা ফাগি তৌবা হৈবা মী, ব্রাহৈ-ব্রাতা, নুংঙাইবা মী ঙাক্তা থম্মৈ। [২৭]*

মথক্কী ব্রাফম অসি অচুম্বনি, ইংলেন্দগী নিংথৌশিংনা মখোয়গী কোনুংদা কোর্ট জেষ্টর কয়া থম্লমই। আকবরগী মতমদা লৈরম্বা বীরবল ঙসি ফাওবা শোন্নরি। মতৌ অসুম তৌনা মণিপুরগী ওইনাম বিজান্দো ঙসি ফাওবা মীয়াম্না শোন্নরি। মরম অদুনা নিংথৌশিংনসু মাগী মাগী মতমদা ফাগি-জুগাই তৌবা, নিংথৌগা লোয়নবা মীশক কয়া থম্বগী চৎনবী লৈরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লৈরম্বা মমীং চৎলবা ফাগি তৌবা মীশকশিংদি ঃ-

*১) অবুজাম্বা সাইতোন*
*২) খরিবম লাইশ্রবা*
*৩) হৈনীং মরু*
*৪) লাইথাংবা*
*৫) উরিৎ মহুম । [২৮]*

মথক্তা পল্লিবা কলাকার মঙাসিদগী হেন্না লৈরম্বসু য়াই। অদুবু মখোয়শিং অসি নত্তবা অতোপ্পা মমীংদি ঙসি ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি। মখোয় মঙাগী মনুংসিদা অবুজাম্বা সাইতোন অমসুং খরিবম লাইশুবগী মরমদি খজিক্তুং ফংবা ঙম্মী। মখোয়গী মরমদা অসুম্না ইরি ঃ-

*খরিবম লাইশুবা সিংহ অমসুং খ্বাইনা অবুজাম্বা সাইতোন হায়রগা খঙনবা শ্রীঅবুজাম্বা সাইতোন সিং খৃঃ কৃমঃ ১৮৩০ দা পোকই। শ্রীলাইশুবা পোক্লফম লমদম চাঙাঙ্গৈ ঘড়ীদগীনি। অদুগা শ্রীসাইতোনগী পোক্লফম্না নম্বোল ফোইজিং চীংনীংদগীনি। ফাগি লীলাগী খুৎমাবা অনীমক লৈখিদ্রে। [২৯]*

[২৭] মণিপুরগী থিয়েটর, সোভেনিয়ার, জি. সি. তোংব্রা, ১৯৬৮ , লাঃ ১০
[২৮] মণিপুরগী শুমাং লীলা অমসুং ব্রারেং মখল মখা, এন. ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লাঃ ৭.৮
[২৯] কনানা কনানো ? ১বা শরুক, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ১৯৭৭, লাঃ ২

হায়রিবা কোনুংগী ফাগি লীলা তৌবশিং অসিনা দূর্গা পূজাগী মতমদা কোনুংগী মাগুব নৎত্রগা লাইমাঙদা ফাগি লীলাগী কলাকার অমা ওইনা চোংথোরকখি। মখোয়না মখল মখা কয়াগী ফাগি তৌদুনা নিংথৌ, লৈমশিং অমদি অতৈ ভাবোকশিংগী নোক্লবা ফাগি কূম্মৈ কয়া শেমদুনা পুথোরকখি। অসুম্না ধর্ম্মগা মরী লৈনবা কূম্মৈ নত্তবা মতমদসু ফাগি লীলা শান্নবসি চৎনরকখি। হায়রিবা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লৈরম্বা ফাগি হৈবা মীশকশিং অসিনা তৌরম্বা ফাগিগী মওংশিং অসি কনানা কনানো অহানবা শরুক ১৯৭৭, এনঃ ইবোবী সিংহনা ইবা মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং ব্রারেং মখল মখা, ১৯৮৬, অমসুং অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর শোক ১৯৮০ হায়রিবা লাইরিকশিংদা ময়েক শেংনা পনবা থেংনৈ। মখোয়গী লাইরিকশিংগী মনুংদা খুদম অমা লৌখত্তুনা উৎলি ঃ-

*নোংমা ফাগি হৈবা মনাই অনীদা, ফাগিগী কূম্মৈ উৎনবা তাকপীখি। খুদক অদুমক্তদা মনায় অনীনা ফাগি হৌখি। ইতাউ, শিদগী খোঙ্গুলসি কনাগী মাল্লি? অমুক্তা য়েংবীয়ু।*

*ইতাউ মসিদি অতৈ নত্তে শামু খোঙ্গুলনি।*

*হেরা ইতাউ, কোনুংগী শঙ্গাই মাঙ্গোলদা শামু চঙলবদি কমদৌনি। শামু· ফাসি ইতাউ।*

*মফি শেমদুনা শামু ফানবা থৌরাং তৌরম্মী। মওং মতৌ অদুদা শ্রীযুৎ অমদি তিল্লিবা অঙম অথৌনচিংবা পূম্নমক নোকপদা পূক্নি পায়দুনা খাঙলম্মি।*

*ইতাউ শামু লৈতেদা, ইবানিসে ঙসি মায় থকমনখ্রে। খোঙ্গুলসি অমুক্তা মুন্না য়েংখিসিদা।*

*হেরা, অসিদি শামু খোঙ্গুল নত্তেদা, খুনিংজাও খোঙ্গুলনিদা। মীয়াম ব্রা লাউনা নোকখি। খুদক অদুদা খুনিংজাও হায়না পনবা য়াদবা নিংথৌগী অচানবা মনাই লৈবাক প্রজানা কিনা ব্যবহার তৌনবা থোকচাও সিং ফুক হৌগৎলকই।*

*করিগীনো? নখোয়গী চুম্না ফাগি তৌগেরা তৌ। ঐগী অশাউবী করি পন্দুনা লক্লরি। কনা অমত্তা পাউখুম পীবা ঙম্লমদে। ফাগি হৈবা অনী থক থক নীকখি। অঙকপনি ফাগি হৈবগী মগুণ থোকচাওগী থাঙগী ময়াদা অঙাং ওল্লমগদবা ফাগি হৈবা অনী নিংথৌগী লেঙয়ান ফি মনা ওইনা ফংজখি। অসুম তৌনা লৈবাক মীয়ামগী মমাঙদা ফোংনা হায়দোক পল্লোকপা য়াদবা ব্রাফমশিং ফাগি লীলাদা পুথোক্লুনা মীয়াম্না মীৎ মায় শিংহনবদা কনাগীসু অথিংবা লৈখিদ্রে। মসিমক্লা লৈবাক্লী অচৌবা অহোংবা কান্নবা পুরকপদা মতেং ওইখি। [৩০]*

---

[৩০] কনানা কনানো? ১বা শরুক, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ১৯৭৭, লাঃ ১

মথক্তা ফাগি ৱারী মতেক অসিদগী খঙবা ঙম্বদি লৈবাক প্রজা মীয়াম মমাঙদা ঙাঙবা-শকপা ঙম্বা, ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না হৈবা, পাইরক্কী লৌশিং য়াম্না লৈবা, অঙম-অথৌশিংগী ফম্নাইবা কয়াগী অফ-ফত্ত কয়াবু ফাগি ওইনা পুথোক্নুনা শাউহনদবা ঙম্বা, খুদক খুদক্কী শেমজিন শাজিনবা য়াম্না হৈবা ফাগিগী মওং কয়ানি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মরম অদুনা ফাগি তৌবা অমসুং নোকহনবা হায়বসিনা কোনুংদা তৌবা ফাগিশিং অসিগী মরুওইবা মথৱায়নি। কোনুংগী ফাগি তৌবা মীশিং অসিনা দূর্গা পূজাগী মতমদা ফাগি লীলাগী কলাকার ওইরক্লবা মতমদা নোকহনবা অমসুং ফাগি তৌবা হায়বা মরুওইবা মচং, মথৱায়সিমক ফাগি লীলাগীসু মরুওইবা মচং ওইরকই। ফাগি লীলাদা থৌদোক-ৱাথোক, প্লোট, ৱারী-ৱাতাই শাবা অসিনচিংবা ড্রামাটিক ইলিমেন্টস খরা খরা য়াওজরবসু ফাগি অমসুং নোকহনবা হায়বসিনা মরুওইবা মথৱায় ওই। ফাগি লীলানা অমুক শুমাঙ লীলাগী শক্তম লৌরকপা মতমদসু হৌরকপদগী থাদোক্লবা য়াদনা লোয়নরকপা ফাগি অমসুং নোকহনবা হায়বা মচং ওইবা মচাকশিং অসিদি অসুম কায়দনা ঈরোয়নরি। মরম অদুনা ঙসি ফাওবা শুমাঙ লীলাগী মরুওইবা রস অসি হাস্যরসনা মপুং ওইরি। নোকপা, ফাগি, নুংঙাইহনবা অসিনচিংবসি শুমাঙ লীলাগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা রর্সনি, মথৱায়নি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা শান্নখিবা ফাগি লীলাগী মওংসি ঐখোয়না চপ চানা খঙবা ঙমদে। মসিগী লীলাসিগী অইবা স্কৃপ্ট নৎত্রগা ফোটোনচিংবা মীৎনা উবা য়াবা মচাক অমত্তা ঙসি ফাওবা ফংবা ঙমদে। অদুমকপু ঐখোয়না মতম অদুগী "ফাগি লীলা" শান্নবগী চাউরাকপা মওং মিষ্টর গ্রিমরুদনা ইবা *My Three Years in Manipur* হায়বা ১৮৯১ দা ফোঙবা লাইরিক অদুদা য়াওবা থেংনৈ। মদুদা অসুম্না ইরি ঃ-

> *An to wind up there was a play. The Maharaja had three jesters, exactly like the old English fashion of having court-jesters to amuse royalty. The Manipuri specimen were very funny indeed. Their heads were shaved like the back of a poodle, with little tufts of hair left here and there; and their faces were painted with streaks of different coloured points; and their eyebrows whitened. They wore very few clothes, but what they had were striped red and green and variety of shades They walked up to the tent where we were sitting to watch the sports, all leaning against each other and carrying on a lively conversation in Manipuri, which seemed to*

*amuse the spectators very much On reaching the door of the tent they all fell down at our feet making terrible grimaces by way of greeting and then they picked each other up and retired a few yards off and commenced the performance One disguised himself as an old woman and another as a native doctor and the third as a sickman lying on the ground covered with a white sheet Someone out of the crowd was impressed into the play, and he had to call the doctor to the sick man, who was meanwhile heaving up and down upon the ground in a very extraordinary manner The doctor came and poked him about making observations in Manipuri at which everyone roared with laughter and then the old women arrived and dragged the doctor off home She was supposed to be his wife and as soon as she appeared a scuffle ensued in which the old woman's clothe's fell off We thought best to beat a retreat as the play was beginning to be rowdy and the dialogue vulgar but I believe that it went on for some hours afterwards as we heard shouts of laughter proceeding from the direction of pologround where the sports were held late it night and the princess told us the next say that it had been a very good play, and the only pity was that we had witnessed so little of it [৩১]*

মথক্তা লৌথোক্লিবা ৱাবী মতেক অসিনা মতমদুগী ফাগি লীলাগী য়াম্না ফজববা মশক অমা ময়েক শেংনা উৎলে হায়না লৌবা য়াই। মরমদি লাইরিক অসি ইরিবা অমসুং সাহেবশিং মদুগী তশেংনা উহৌবা পাউদম অমনি। মখোয়না পল্লিবা ফাগি তৌবা অহুম (*Three Jesters*) হায়রিবসি মতমদুদা মমীং য়াম্না চৎখিবা অবুজাম্বা সাইতোন, খরিবম লাইশুবা অমসুং হৈনীং মকনি হায়না লৌবা য়াই। মখোয় অহুম্না শান্নরিবা ফাগি লীলাগী থৌদোক মতেক অসি মাইবা হনুবা অমনা অনাবা অমা য়েংবগী তাঙ্কক অমনি। অমনা মাইবা শাই, অমনা মাইবগী নুপী শাই। অতোপ্পা অমনা অনাবা মীশক শাই। মখোয় অহুমগী থৌদোক, ৱাঙাঙ, খুচৎ ফাগিনা তিল্লিবা

[৩১] *My Three years in Manipur and Escape from the recent Muniny Ethel St Clair Grimwood London, Richard Bentley and Son, 3rd Edition 1891 P 127-129 or New Edition, Chap IX, P 84*

ভাবোক ময়ামা য়াম্না নুংঙাইনা হৌনা তৎতনা নোকই হায়রি। অদুগা কলাকারশিং অসিগী মেকঅপ থওইনা নোক্লবগী তৌবা মওংনি। মরু কোক্লগা শিখা খাকই। মমায়দা মচু কয়া তৈশীল্লি, পীশূমদা অঙৌবা মচু শঙই। ফিজেৎনা ফি খরদমক শেৎলি। মওং তাবা ফিজেৎ ওইদে। লীলা শান্নবগী মতমসি অথেঙবা অহিংগী মতমদনি। মসিনা মতমদুগী চাউরাকপা 'ফাগি লীলাগী' মওং অমনি হায়না লৌবা য়াই। ফাগি লীলাগী শক্তমগী মরমদা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা অসুম্না হায়রিঃ-

*মৈতৈনা ফাগি হায়রগসু অসুম্না খঙনবা ফাগিগী লীলাসি হাস্যরসতনা মপূং ওইনা শান্নবনি। মসিদা য়াওরিবা মীশিংসি পাইরক্লী লৌশিংদা অঙকপা ফংনা হৈ-শিংলবা মীশক ঙাক্তা ওইনা তৌই। মতম মতমদুদা থোকপা থৌদোক ব্রাথোক কয়া ফিভম কয়াগী ফজবা নোক্লিংবা মতৌদা পুখোক্তুনা ফাগি লীলা ওইনা হেক্তা শান্নবা ঙম্মী। মখোয়গী মগুণসি ঐখোয়না লাইরিক লাইশুদা থেংনবা অমসুং তাবদা চাওখৎলবা নোংচুপলোমগী ফাগি হৈবা মীশিংদগী থোইনা তাবা নত্তে। অবুজাম্বা সাইতোন, হৈনীং মরু হায়রিবা ফাগিগী মীশকশিং অসি ঙসি ফাওবদা মমিংতা পল্লকপদা অহল লমন কয়ানা নোক্লিংবা পোক্লরি। মখোয়গী পাইরক্লী লৌশিং লৈবা, নোক্লিংবা ব্রারী কয়া ঙসি ঐখোয়না অহল লমনগী মফমদগী তাবা ফংই। অসুম্না হায়— নোংমা অবুজাম্বা সাইতোম্না মনিংলোমদগী লাকপদা হৈনীং মরুনা মখারোমদগী লাকপগা লমখাঙদা থেংনরে। অমনা অমদা কদায়দগী লাকপনো হংনৈ। মদুদা অবুজাম্বা সাইতোম্না মখুৎ অনী শাংনা তিংথোরকই। অদুগা হৈনীং মরুনা মনগন পোম্না নোম্থরকই। অদুনা মবানি অদুমক ভাব তানরে-খঙনরে। অমনা লমশাংদগী লাকপনি, অমনা নম্বোলদগী লাকপনি। মতৌ অসুম্না মতম চুপ্পদা মফম মতম লৈতনা ফাগিগী মীশক ওইদুনতা লৈরবা মীওই ঙাক্তনি। করি অমুক হায়গনি, নিংথৌনা অসুপ্পা মপু ওইনা পাল্লিগৈ মতমদুদা অঙম অথৌদগী হেন্দোক্তুনা লৈমা নিংথৌ ফাওবা মখোয়না ফাগি মওংদা লক্লবা ঙম্মী। অদুম্নদি ওইরগা মখোয়গী ফাগিদা রাজ ব্যবভার কায়বা ব্রারেন্স অমা ফাওবদি য়াওদে। য়াম্না চঙখোনবা ফজবা লোন্দা অদুমক তৌবা ফাগি মতৌনি। অদুগা দূর্গাগী নুমিৎ ১০ নি চুপ্পা*

*মথং মথং ফাগি লীলা শান্নবদা নোংমতা প্লোট ৱাহৈ ৱাতা মান্নহন্দনা মবীকচন্না শান্নবা ঙম্মী। নিংথিনা শেম্বা প্লোট লৈতে, নোকহনবতনা মরু ওইবা মখোযগী ৱাহৈনি। [৩২]*

মতৌ অসুম তৌনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগী লাকখিবা ফাগি লীলাগী ঈচেল অসিনা চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী (১৮৯১-১৯৪১) মতম ফাওবদা কায়দনা চেন্থরকই। অদুগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লৈরম্বা মমীং চৎলবা ফাগি লীলাগী কলাকারশিং অসিদি নিংথৌবেল অহুম (চন্দ্রকীর্ত্তি, সুরচন্দ্র অমসুং কুল্লচন্দ্রগী মতমদা চহী ৪১ পানখিবা) অসিগী মতমদা লৈরম্বনি। চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী মতমদগীদি ঐখোয়না অনৌবা ফাগি লীলাগী কলাকার কযা থেংনৈ। ফাগি লীলাগী মওং-মতৌ লীলা শান্নবগী উৎলিবা মউৎ অসিনচিংবদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগী চত্থরকইবা পরম্পরা অদুগী থোইদোকপা অহোংবা থেংনদে। অদুম ওইনমক লীলাগী ৱারী অমসুং প্লোটতা মওং তাবা খরদি হেল্লকই। নুপানা নুপী শাবী কলাকার কয়া থোরক্লুনা হেন্না মওং তাবা খরদি হেল্লকই। নুপানা নুপী শাবী কলাকার কয়া থোরক্লুনা হেন্না মওং তাবা, হেন্না মপূং ফাবা শক্তম ময়েক শেংনা তরু-তরুনা চোংথোরকই।

চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী মতমদা থোরকপা ফাগি পুবা মমীং চৎপা কলাকারশিংদি ঃ-

(১) য়োৎশুবী (লমশাং কৈথেল) (২) পাঙম্বা (য়াইরিপোক) (৩) চেংবা, (চান্নবা মমীং বোকুল অহানবা চেংবা শাবনি, চরাংপাত্তগীনি) (৪) চেংবা (চান্নবা মমীং থাংজম শীতলসিংহ, অকোনবা চেংবা শাবনি, চরাংপাত্তগীনি) (৫) কোল্লু থোংপাক (চরাংপাৎ) (৬) মতুম ইবোতোন (হাওবা কিয়ামদগীনি, মহাক অয়াম্বা মতমদা তকমান অপাকপা অমা শি) (৭) ঙাথেম পোদোন (হাওবা কিয়াম) (৮) লৈশাংথেম অমুথোই (৯) চুংখা হৌদোং, অমসুং (১০) মোইরাং শারি (য়াইরিপোক কৈশাম)

হায়রিবা মতমসিদা থোরকখিবা নুপানা নুপীগী শক্তম লাংবশিংদি ঃ- থোকচোম চাউয়াইমা (খোংহামপাৎ মন্ত্রী লৈকাই) (২) কোন্সম য়াইমবী (খুরাই) (৩) লৌরেম্বম ইবোমচা (চরাংপাৎ) (৪) কমেং য়ুমজাও (কমেং)।

*মতমসিগী নুপী শাবীশিং নুপীদৌনা মশম শাংনা থাকই। নুপীগী শঙ্খলগুন্না মশম চাউনা পুন্দুনা লৈবনি। [৩৩]*

---

[৩২] মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, এ শ্যামসুন্দর, ১৯৮০, লাঃ ৮,৯

[৩৩] মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং ৱারেং মখল মখা, এন, ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬৬, লাঃ ৮,৯

হায়রিবা মতমসিদা মমীং য়াম্না চৎপা নুপী শাবী কলাকার নুপাদি লৌরেম্বম ইবোমচানি (চরাংপাৎ), মহাক্না নুপী শাবদা য়াম্না নুপী মান্দুনা পকচবা অমদি তশেংনা নুপী ওইরবোই নীংদুনা মহারাজ চূড়াচাঁন্দনা মহাকপু ইবেচা দেবী হায়না কৌখি। মদুদগী লৈবাক মীয়াম্না মাবু ইবেচা হায়না অদুমক শকখঙনখ্রে। মহাক নত্তবা নুপী শাবদা লৈবাক্না শকখঙনখিবা কলাকার অমদি কোন্সম য়াইমবী সিংহনি। মহাকপু লৈবাক্না চেংবা ফাগিদা য়াইমবী শাবী হায়না ফাওখি। মহাক্কী মরমদা অসুম্না ইরি ঃ-

*অশেংবা নুপী মশক মতৌ লৈবী কয়ানা মাবু উরুবদা ইকাইমনবা, ব্রারী তাবদা মহাক্কুম্না ওইজনিংলুবনা তৎতনা শোন্নখিবা চেংবা ফাগিদা য়াইম্বী শাবী কোন্সম য়াইম্বী খৃঃ কুম ১৮৯৭ তা পোকই। লীলাদা নুপীগী শক্তম লাংদুনা ১৯০৪ দগী লাকখি। ওজাগী কুচু ফজৈ, ফীভম মূর্ত্তি নীংথিজে। অশেংবা অশাংবা মশাগী মশম্না নিংদু য়ৈনা শাংই। শাই চান্ননা ককই। অসুম্না পাউদম্না নত্তনা ওজাগী মরমদা কম্লনা থাদুনা লোইবা ঙমগদৌবা লৈতে।*

*নোংমা চূড়াচাঁন্দি মহারাজনা নঙবু নুপী অশাবরা অশেংবরা ? হায়না হংখিবগী ব্রারী, ওজা অসিগী পাউখুম ফংলবা ফাওবদা থাজদবদগী চিংনবা ব্রাখল কোক্লনবা য়েংখি। ওজাগী চান্নবা মিংনা লীলাগী শক্তম লাংবদসু য়াইম্বী হায়না শকখঙনখিবদগী য়াইম্বী শাবী হায়না লৈবাক শীনবা থুংনা ফাওখি। অহানবা লীলাদা খোঙদারকপদগী হৌনা তাকপী তম্বীরকপা, শেম্বীরকপা লীলাদা নুপানা নুপীগী শক্তম লাংমিন্নখিবা শ্রীফিজম বোকুল সিংহ চেংবা ফাগিনা লৈখিদবা নুমিত্তা নীংবা কায়রবা পুন্সি ওইদুনা ওজাগী নিংদু য়ৈনা শাংবা শম ককথৎখি। অমসুং লীলাগী জগৎতগী থাপ্লা লৈখি।*

*মতুং পংকুই কুইদনা ব্রাখলগী লৈনা অমনা নাদুনা চহী ওনবা নংদনা শক ১৯৩৪ দা পুন্সী চেনা থুপচিনখি। [৩৪]*

মতম অদুদা ফাগি পুবা কলাকার অমদি য়োৎশুবী ফাগি হায়রিবসিনি। াহাক্কী মরমদা চৈথারোন কুম্বাবদা তৎতনা পনবা থেংনৈ ঃ-

*থাশি নোং নিংথৌকাবদা তখেল নিংথৌগা মনাও অহুমগা বাবু মরিগা ফম্মাইবা ৭, সাহেব অমা সিফাই ২৫ সুম্না মীওই ৬১ থুংলৈএ। মদু নুমিত্তা কাঙজে অখোম্বী শান্নদুনা য়েংহল্লে। শজীবু থাদি লৈবাকপোকপনা হল্লে। অদু নুমিত্তা হোল্লিনে য়োৎশুবী ফাগি য়েংহল্লে। [৩৫]*

৪] কনানা কনানো ? ১বা শরুক, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ১৯৭৭, লাঃ৫
৫] চৈথারোল কুম্বাবা, ২ শুবা খুৎনম, ১৯৮৯, লাঃ৫৬৫

য়োৎশুবী ফাগিগী মিংথোল ফংলিবা কলাকার অসি ফানজৌবম চাউবা হায়রিবসিনি। মহাক্কী মতীক মগুণগী মরমদা অসুম্না শৈথাবা থেংনৈ ঃ-

*কুচু মুবদা লম যৌবা শক থীবদা মপা লৈতবা অমসুং ফাগি লীলাগী শক্তম লাংবদা শকফম কায়বা ফীভম উংতুনা মখল মখেলশিংগী নোক্লিংবা ব্রাঙাঙ-ব্রাতাশিংনা ভাবোকশিংদা পেলহনবা ঙমখিবা য়োৎশুবী ফাগি কনাসু নত্তে। মপোক্কী পীথোরকপা মগুণ চেনবা ওজা শ্রীফানজৌবম চাউবা সিংহনি। ওজানা পুথোকখিবা ফাগিগী কৃম্মৈ খুদিংমক য়োৎশুবী ফাগি হায়না ফাওখি। হৌজিক ফাওবা মিংচৎ অদু লেঙদনা লৈহৌরি।*

*ওজাগী মথক্তা নোংমা অখাম হায়বা লমদা লৈবাক লৈঙম থোনবা য়াওদে হাযবগীদমক খুঞ্জাশিংনা কোনুংগী মহাবাজদা ব্রাকৎলম্মী। মদুদগী মহাবাজ লেঙবীবকতুনা খুঞ্জাশিংদা তাকপিখি – ''হায খুঞ্জাশা নখোয়গী লমহেনবা চাউবা হায়বদু কৌবকউ।'' যাথং অসি তাবদা কনা-কনাগুম্বশিংদি ওজাগীদমক মথব্রায় ব্রাবীবম্মী। ওজানা ফৈজোম মতেক অমা শেৎলগা কোয়েৎ ফৈজা শাবগা য়োৎপাক খুদোল অহুম পাকপা মখোক লম অমা থগায শাংবা অমা পায়দুনা মহারাজগী মাঙদা দণ্ডবত তারম্মী। ''খুলগী থবক্তা নাইতোম তাবা নিংথৌগী দণ্ডি কিদবা লম হেনবা চাউবা হাযবদু নঙলা ?'' মসি তাবদা চাউবনা ফুক হৌগৎচরগা ওম্হোকপা বীকাব অমদা ফৈনা চিংবা খয়াৎ নাম্মা খদাং য়ৌনা, নাম্মনা পীশুম য়ৌনা চিংলগা ''অহোই ননাই ঐহাক্লি'' হাযদুনা পাউখুমজরম্মী। ''খুঞ্জা নুপা অসিদা কনা অমত্তা ব্রাহৈ কাযবা ঙাঙবা য়ারোই। ঙসিদগী লৈবাক লৈঙম নিংথৌ ঐনা কোকপীরবনি।'' শগোল মথক্তগী কুমথদুনা নোক্লিংবা খাঙলুরবা মতুংদা মসি তাকপীরম্লগা মহারাজ লেঙখি। মতৌ অসুম্না মাগী পীথোরকপা গুণদা খুৎশেমগী লৈতেং হাপকৎতুনা য়োৎশুবী ফাগি মিংথোন্দা ফাওখ্রবা ওজা ফানজৌবম চাউবা সিংহ কাংচুপ রোদ অখাম খুন্দা শোক ১৮৮৪ দা পোকখি। মশাগী চহি ৫১ শুবা ১৯৩৪দা অহিবং পুন্সি লোমখি। ওজানা ফাগি লীলাদা খোঙ্দারকপনা ১৯০৮ দগীনি। ওজা চাউবা ফাগি লীলাদা মমিং হেন্না ফাওখিবদগী মাগী অতোপ্পা শিনফম পেনাগী লমদা মীনা শীংথানবা ব্রাৎলি। [৩৬]*

[৩৬] কনানা কনানো ? ১বা শরুক, ওল মণিপুব শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ১৯৭৭, লাঃ৪

মতম অদুদা য়োৎশুবী ফাগিগা চপ মান্ননা চপ মান্ননা ফাওখিবা ফাগি শুবা কলাকার অমদি চেংবা ফাগি হায়রিবা অসিনি। মাগী মমীং হিজম বোকুল সিংহ কৌই। মহাক্কী মতীক মগুণগী মরমদা অসুম্না ইরি ঃ-

*ফাগি লীলাদা নোংমা-নোংমগী মিংচৎ শন্দোকপা হৌগৎলকখিবা চেংবা ফাগিনি। নোংমা শ্রী চূড়াচান্দ মহারাজনা কৌখৎপিদুনা মীৎয়েং তাবিখি। ফৈজোম কুঞ্জা তুংদা য়েপ্লগা হকচাংগী ফিভম কায়বা শক্তম মীয়াম মাংদা থাংগৎতুনা কোয়চেন চেন্দুনা ফাগিগী কূম্মৈ উৎলি। ওজা হিজম বোকুলগী মওং মতৌ অদুদা চেংবা ফাগি হায়বসে মসি ওইরে হায়না পূক্লি পায়দুনা নোকপা খাঙনরম্মী। শ্রীযুৎকী ময়াম্বুং অহলনা মনাক্তা লীচৈ অমা থম্লগা ফুরিৎ লিংতনা নোয় পেল্লবা পুক থাদোক্লুনা কূম্মৈ য়েংলিবা মতৌ অদুদা সনখ্যা অহল মচা পোক্কদৌরে মদুগী মাইবী কৌবা চেল্লিবনি হায়দুনা চেনবা লেপ্লমদে। অয়েংবা, অতাবা মী পূম্নমক হান্নদগী হেন্না নোকখি। ময়াম্বুং অহল ফম্বা য়াবক্তদুনা লীচৈ তাপ পায়খৎলগা হায় ঙাইখো। ময়াম পূম্নমক নোকপা চপ লেপ্লে। তুমিন তুমিন লৈবদগী "নঙ ঐবু মশক খঙবরা ? ননাই ঐহাক সনখ্যা অহলনি খঙজে। ননাইনা করি লানখ্রবনো ? অসুম হায়দুনা মঙক্তা মফি য়েৎতুনা খুরু খুদক কুল্লম্মী। "নঙনা ফাগি চুম্না তৌদ্রদুনা ঐবু লক্লরিবা করিগীনো ? ঐবু উশিৎতবরা ?" মসি হায়রগা লীচৈ হাইগৎলম্মী। "ননাই ঐগী ইরাল অমুক্তা ঙাকপীয়ু অশেংবা নচ্ছদে ফাগিনি" হায়দুনা দন্দবত তৌদুনা খুরুমজরম্মী। ফিভম অসিদা অশাউবগী মহুৎতা পূক্লিং তানা নীংশিং নীংশিং নোক্লগা চান্দিগী লুপা অমা পুথোক্লুনা পীখি। নুমিৎ অসিদগী হৌনা হান্নগী থাক্তগী হেন্না চেংবা ফাগিগী মিংচৎ শন্দোকখি। লোয়ননা মুৎনাইদবা মিংচৎ ওইদুনা লৈহৌই। শ্রী চূ ডাচান্দ মহারাজনা কে: সি: এস: আই: হায়বা মিংথোল ফংবা শোক ১৯৩৪ দা চেংবা ফাগি হায়বা মিংচৎকী উরোং খিল্লম্লগা বোকুল সিংহ নোঙ্গাখি।*

*ওজা বোকুল সিংহ নোঙদা হায়বা খুলদা খৃ: কুম: ১৮৮৪ দা পোকই। চেংবা ফাগি হায়বসি তুঙ্গোল মঙক্লুম চেংলবা ওজাগী ঙক অমসুং খ্বাঙগী ফজবা অদুদগী থোকখিবা মিংথোলনি। [৩৭]*

পাঙম্বা ফাগি হায়না মৈতৈ লৈবাক্কী মীয়াম্না খঙনরবা কলাকার অসিগী মরমদা অসুম্না মীয়াম্না ঙাঙনবা হায়নবসু থেংনৈ ঃ-

[৩৭] কনানা কনানো ? ১বা শকক, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ১৯৭৭, লাঃ ৩

*য়োৎশুবী ফাগি (ফানজৌবম চাউবা সিংহ) চেংবা ফাগি অনীসিগী মথক্তা পাঙম্বা ফাগিসু থোইদোক্লা শীংথানববা কলাকার অমনি । খৃ: কুম: ১৯০৮ গী ফেব্রুযাবী তাং ৪ দা শ্রীযুৎ চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী অভিষেক তৌখিবা কুমজাদা শ্রীপাঙম্বম চাউবা সিংহ ফাগিগী লীলাদা খোঙদাবা হৌরকখি। মাগী অশেংবা মমীংগী মহুৎতা লীলাগী মিংথোলনা হেন্না খঙনবকখি। হৌজিক ফাওবদা অশেংবা মিং হায়রবদি ঙক্লা থোক্লরি অমসুং করম্বা মীশকনো হায়বা খঙনদে । অদুগা লীলাগী মমীং হায়বদি খঙদবা য়াওদে । ওজা অসিগী পোক্লফম লমদম যাইরিপোক্তগীনি । অদুগা পোকখিবা কুমজানা ১৮৮৩ দনি । কোযনা লীলা শান্নবা চৎপদা খুদক্কী ওইবা লায়না অমনা লীলা শান্নফমদা লীলা উৎনা উৎনা ওজাগী হকচাং লেকথরকখি। ফিভম অদুদা লীলা উৎমিন্নরিবা অমসুং অযেংবশিংনা (ভাবোক) মহৌশাগী ফাগিনি হায়না খন্ন-খন্না পূক্লিং তানা য়েংদুনা লৈখি । অদুবু মযাম্মক্লা থাজদনা থৌদোক অদু মাঙদা শঙশঙনা থোক্লরবদা মীৎম্না পিরাং শীন্নরকই। কুমজা ১৯৩২ ইংদা ওজাগী অরোইবা পীরম্বা পাউতাক মীওইবগী পুন্সিগা কলাগা থানবা যাদবা মরীনি হায়বসে চেৎনা থাগোন্নদুনা ঐখোয় খুদিংমক লৈহৌরে। [৩৮]*

মথক্তা খরদং নৈনজরিবা অসিদগী খঙবা ঙম্বদি ফাগি লীলা হায়বসি মণিপুরী ফোক থিয়েটরগী য়াম্নমক মরু ওইরবা পারফোর্মিং আর্ট অমনি। মসিগী শাংলবা ইতিহাস অমসুং পরম্পরা লৈ । চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগী হৌরকপনা চউরাক্ল খৃ:কুম: ১৯৩০ ফাওবগী মতম (চাউরাক্লা চহী ৫০ গী মতম ) ফাওবা য়াম্না মপাঙ্গল কন্না অমসুং লৈবাক মীয়াম্না পাম্বনা অমসুং য়াম্না খোয়দাজনা য়েংনরম্বা অঙনবা মতমগী শুমাঙ লীলাগী শক্তম অমনি ।

ফাগি লীলা অসিদা চঙলিবা মচাক, কয়াৎ অমসুং চাউরাকপা শক্তম অসি মখাদা উত্তুনা নৈনরি ঃ-

## ১) মিংথোল ঃ-

ফাগি লীলাগী মিংথোল অসি মরু ওইনা শরুক য়ারিবা কলাকার অদুগী মমীং লৌদুনা থোনবা চৎনৈ । ব্রারী নৎত্রগা সমস্যাগী মতুং ইন্না থম্নদে । খুদম ওইনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা কলাকারশিংগী মমীং লৌদুনা থোল্লি । অবুজাম্বা সাইতোন, খরিবম লাইশুবা, হৈনীংমরু অসিনচিংবা ।

[৩৮] কনানা কনানো ? ১বা শকক, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসেসিয়েসন, ১৯৭৭, লাঃ ২

চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী মতমদা ফাগি হায়বা ৱাহৈসিগা কোন্ননা কলাকারশিং অদুগী মমীং লৌরগা থোনবা চৎনৈ। খুদম ওইনা পাঙম্বা ফাগি, চেংবা ফাগি, অমসুং য়োৎশুবী ফাগি।

২) কলাকার ঃ-

ফাগি লীলাদা কলাকারশিংগী মথৌ য়াম্না চাউই। মরম অসিনা ফাগি লীলাদা মপূং ওইনা শরুক য়ারিবা কলাকার অদুগী মখা য়াম্না পোল্লি। মসিগী আর্ট ফোর্ম অসি কলাকারদা তাংজবা কলাকারগী মখা পোনবা কৃম্মৈ মখল অমনি। ফাগি লীলাদা কুমলিবা কলাকারশিংদুগী হৈশিংবা, মখোয় মখোয়গী পাইরক্কী লৌশিং, মখোয়গী মগুণ অমসুং শেমগৎ শাগৎপা হৈশিংবগী মখা যাম্না পোল্লি। মরম অদুনা মণিপুরদা চৎনরিবা পারফোর্মিং আর্ট কয়াসি শরুক য়ারিবা কলাকারশিংগী মমীংগা শাগোন্ননা চৎমিন্নবগী মওং অসি চৎনৈ। খুদম ওইনা অভিরাম শাবা, থোংলেন শাবা, বামন ফত্তবা শাবা, জগৎসিং শাবা, চৈতৈ শাবা, অবির খান শাবা, নোংবাল শাবা, থোইবী শাবী অসিনচিংবা চৎনবসি মণিপুরগী পারফোর্মিং আর্টগী ট্রেদিসন অমনি। কলাকারশিংগী মতীক মগুণবু থোইদোক্না শীংথাবগী ফজরবা চৎনবী অমনি।

৩) ৱারী ঃ-

ফাগি লীলাগী অককনবা ৱারী লৈতে। করিগুম্বা পরীং নাইবা থৌদোক নৎত্রগা মরুওইবা সমস্যা নৈনবসু নত্তে। কলাকারশিং অদুনা পামজবগী মতুং ইন্না ভাবোক্না পামগদবা নোক্নীংবা থৌদোক-ৱাথোক অমা লৌখৎতুনা শান্নবনি। মতমদুগী চৎনবী য়ূম্বাল কৈবালদগী নোক্নীংবা থৌদোক-ৱাথোক অমদা পুথোক্তুনা মরী লৈনবা লৈনদবা ভাবোক্কী পুক্নীংদা হরাওননবা পেন্নবা মখলগী শান্নবা ফাগি লীলানি। মৈতৈগী ওইজবা প্রমাণ-পান্থেদা অমদি ফাগি-জুগাইদা য়ূম্ফম অমা ওইরগা কলাকারশিং অদুনা তিল্লিবা ভাবোকপু নোকহন্নবা, পেলহন্নবা শান্নবা ফাগি লীলানি। খুদম ওইনা ঃ

(ক) খৎ-খৎ লাউরুবদগী খৎনরকই। (খ) ৱাংমনখ্রবদুনা ৱারকপা লাম্বা ফংদ্রে। (গ) মৱা খাংঙেনফমদা হুন্দোক্লন্নগা শামু ইরুজবা য়েংবা। (ঘ) খোইরুম তৌবী মতুং ইল্লুবদগী য়োৎখোক চায় (ঙ) মায়থোং ফবীনা মাঙদা লেপ্পু, তুংয়ান ফবীনা তুংদা লেপ্পু অসিনচিংবা য়াম্না চম্বা অর্থ চেনবা, মৈতৈগী প্রমাণ পান্থেদা য়ূম্ফম ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া শীজিন্নৈ।

কোনুং মনুংগী পুন্সী, লীচৎ-শাজৎ অমাং-অশেং, নীঙোল মৱা অপঙবা, নুপী লোনবা, মৱা ঙাঙনবা, কৈ ফাবা অসিনচিংবসি ফাগি লীলাগী পামজরবা থৌদোকশিংনি। মসিগী মথক্তা অমুক মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু চাউনবা শেন্নক্লগা নুপী থিরগা নুপী মৱা লৌদুনা মমা মপাবু হন্না য়েংবীদবা, মমা পোক্তবীনা মচা য়োকপগী হিগাইৱাদগী চীনগাইৱানা হেল্লি হায়বনচিংবা মরক মরক্তা ঈশৈ-নোংমাই, জগোই-ঈশৈ, পাখং-লৈশাবী, কায়নবা থুংনবা, খোংজোম পর্ব্ব, মন তৌবনচিংবা হাপচিন্দুনা অয়েংবা ভাবোকপু হরাওহল্লি, নোকহল্লি। খুদক খুদক্তা কলাকারশিংগী পূক্লীংদা লাকপা পাইরক্কী ৱাহৈ ৱাতা কয়া হাপচিন্দুনা ভাবোকপু পেলহন্নবা হোৎনৈ। ফাগি লীলাগী মতেংনা ফোঙনা মতম মতমদুগী চৎনবী নিংথৌগী মায়োক্তা আলোচনা তৌবা ঙম্মী। অয়েংবা ভাবোক্লসু অদুমক হরাওনা য়াই। সমাজবু আলোচনা তৌবগী য়াম্না কান্নরবা উপায় অমসু ওই। মদুগীদমক অকক্লবা নিয়ম অমা লৈতে। ফাগি লীলাদি হোংদোক-হোংজিন য়াবা মখলগী কূম্মৈ অমনি।

## ৪) মেকঅপ অমসুং ড্রেশ (ফিজেৎ-লৈতেং)ঃ-

ফাগি লীলাগী ফিজেৎ-লৈতেংদি থওইনা নোকহন্নবগীদমক্তা শেম্বা মওং অমনি । ফিজেৎ চান্নবা চান্নদবা থোইনা য়েংদে, মমায়, মমীৎতা হামোক তৈশিন্দুনা মশাদা মখল মখা কয়াগী মচু কয়া তৈশিনবা, শম খাকপা খাক্তবা থোইনা নিয়ম লৈতে। মপূং ওইনা অয়েংবা ভাবোক্লা নোক্লনবা ফিজোন্না মপূংনি।

## ৫) লীলা উৎপগী মওং ঃ-

মাগুবতা নৎত্রগা করিগুম্বা অহাঙবা মফম অমদা ভাবোক্লা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা লীলা শান্নবগী মওং অমনি। কলাকার অহুম মরিনা য়াম্না চম্না অফা-অপুন য়াওদনা লীলা শান্নৈ। যন্ত্রনচিংবা অরুবা খূৎলাইগী মতেং থোইদোকপা শীজিন্নরমদে, ধোলোক অমসুং রামতালনচিংবা খরা নত্তনা যন্ত্র য়াম্না শীজিন্নরমদে।

## ৬) ফাগি ঃ-

ফাগি হায়বসি আর্ট ফোর্ম (ফাগি লীলা) অসিগী চঙদবা য়াদ্রবা য়াম্না মরুওইবা মচাক অমনি। ফাগি লীলাগী পান্দমদি য়েংলিবা ভাবোকপু নোকহন্দুনা নুংঙাইহনবনি। মসিদা শীজিন্নরিবা ফাগি মওং অসি য়াম্না ৱাংবা থাক্কী ফাগি নত্তে। নোক্লবগীদমক্তা তৌবা ফাগিনা অয়াম্বনি। মথোঙ হুক্তবা

নাতৈ চাদবা শাবান মূর্ত্তি কায়বা, নিয়ম লানবা অসিনচিংবা কয়াসিনা ফাগিগী উপায় ওইনা শীজিন্নে। অসিগুম্বা ফাগি লীলাসি মথং-মথং চাওখৎলক্কুনা মমৈথঙদা শুমাঙ লীলাগী মওং তারকখি।

## কাবুল লীলা অমসুং ফদিবী পালা ঃ-

চেংবা ফাগি হায়না মীয়ামগ্না শকখঙনখ্রবা কলাকার অসিনা ফাগি লীলাদগী থুপখিবগা ইকান কান্নদনা কাবুল লীলা অমসুং ফদিবী লীলা থোরকই।

> *মহারাজ চূড়াচাঁন্দগী সনা হাক্তুক্তা চেংবা ফাগি লীলাগী লেঙ্গা ওইনা খ্বাই য়াইস্কুল মোইরাংখোমদা লৈবা সনামচানা তম্বীবা কাবুল লীলা হায়বা ফাগিগী মওং মানবা লীলা অমা পুথোরকখি। (৩৯)*

হায়রিবা লীলা অসিদা শরুক য়াখিবা মরুওইবা মীশকশিংদিঃ- (১) য়ুমলেম্বম গুলাপসিং (কমান্দেন্ট শাবা, য়াইস্কুল গন্তিনীগী মপা) ২) মুতুম চাউবা (মেম শাই) ৩) হুইরেম কৈফা (শেলুংবা শাবা, খোলোক য়ৈ) ৪) লাইশ্রম কুলবিধু ৫) স্নাখ্বা উত্তরসনা ৬) নোংমাইথেম তোলপীশক ৭) নোংমাইথেম খোইমচা ৮) মৈতালকৈশংবম জিরঞ্জি ৯) তোমচৌ শেলুংবা (কাবুল ফিয়োনবা শাই) অসিনচিংবনি।

মতমসিদা শান্নখিবা অসি লীলাগী ৱারীদা থোইদোকপা পরীং নাইবা লৈতে। ঈশৈ নোংমাই কয়াসু শকই অসামী, কবো বেঙ্গোলীনচিংবা ঈশৈ মানবা কয়া শকই।

## অসামী ঈশৈ ঃ-

> *জল্লী খলা হে খেলা হে-হে পালরোই মন্দি লাশোহে, পিপোং পদেশ পদেশ ক্যা লাহে দেশ মিল য়া য়া আলদিকা পালরো পালবোহে।*

## কবোগী ঈশৈ মানবা ঃ-

> *অল্লোদা ঈম্নে হাশো শমদিং একটিং ফাটিংলো মাশো য়েন্দে, রেনদেম টিলো থিয়াদ চায়েল্লা, শদিন ব্রায়েন কাটি, ব্রায়েন দেবো রেনদেম টিলো থিয়াদা থিয়াদা ব্রামবনো।*

---

[৩৯] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং ৱারেং মখল মখা, এন. ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লাঃ ১১

মসিগী মথক্তা বেঙ্গোলী ঈশৈ মানবসু শকই।

*গঙ্গা জিও মাতা হমাবে*
*তহা হমারি আরো দুখোপাই*
*বর মক মগুণ শেজমে নিচয় ।*

অসুম্না ঈশৈ কয়া শক্তুনা জগোই শাই ফিজোল শেৎলগা হলিগী মতৌগুম্না কোনুং তান্না সভাযাত্রা চৎপসু য়াওই । কাবুল লীলা অসি মহারাজনা মণিপুরদা সাহেবনচিংবা অচৌ অশাং থোরকপা খুদিং উহল্লি। মদুগী খুদম মখাদা পীজরি ঃ-

*২৯ নি পানবা থাংজদা লাৎ সাহেব থুংলৈ। মহারাজসু চীংমৈবোংদা শামু তাইবোৎ তোংদুনা ওকএ। লাৎ সাহেব শামু তোংমিন্নদুনা কোন্থৌজম ইম্ফাল বাঙ্গলাদা চংএ । ফাইরেন থা নিংথৌকাবনা হাল্লে । অদু নুমিৎ কাঙজৈ শান্নে । নুমিদাং কাবুল জগোই শান্নে । [৪০]*

**ফদিবী পালা ঃ-**

কাবুল লীলা তৌরকপা মতম অসিদা লেঙ্গা ওইনা ফদিবী পালা লিংখৎলকই । লীলা অসি লিংখৎপদা মকোক ওইবদি খ্বাই ললাম্বুং মখোঙদগী মৈতালকৈশংবম ওজা অদুগা ব্রাহেংবম লৈকাইরোমদগী মীওইশিং খরনা ওইবনি । হায়রিবা মীশকশিং অদুদি মখাগী অসিনি ঃ-

১) রাজকুমার থম্বালসনা ২) হাওরোকচম তোম্পোক ৩) হাওবম চাউবা ৪) রাজকুমার ইবোতোম্বীসনা (বিজয় গোবীন্দ ) ৫) অরিবম অমুবী (তেরা) ৬) অচোম গোপাল (শগোলবন্দ অখাম লৈকাই )

অসুম্না মকোক ওইবা খরসিগী মরমদা ফদিবী পালাসি ব্রাহেংবম লৈকাইগীনি হায়না খঙনখি । হায়রিবা ফদিবী পালা অসিদা শক্লখিবা ঈশৈ খরদং মখাদা পল্লি ঃ

*লমদা থাগী পুর্ণিমাদা চৈতন্য প্রভু পোকলেনে*
*চৈতন্য পোকলবদা হরিবোল য়াউশঙ মৈথারে*
*চৈতন্য প্রভু উবদা মমা শচি রানীনা*
*নিংথিনা নাচে জগোই শাজরে ।*
*জগন্নাথ মিশ্রনা চৈতন্য প্রভু উবদা*
*পাম্বোম ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা ।*

অসিগুম্বা ঈশৈ শক্লদুনা ফদিবী লীলা অসি শাম্লৈ ।

---

[৪০ ] চৈথাবোল কুম্বাবা, ১বা খুৎনম, ১৯৬৭, লাঃ ৫৪৫

ফদিবী পালা অসি বৃটিশ সাসনগী য়াম্না কমপ্লেক্স ওইবা মওংদুবু লক্লবগী ঈশৈ মওংদা শকই । সরকারগী কর্ম্মচারি বেঙ্গোলী বাবু ভায়াশিংগী ইচাউ চাউথোকপনচিংবা মতৌবু থাদুনা শকপা ঈশৈ অমসু ফদিবী পালা লীলাদা য়াওই মদুদি ঃ-

*বোম কাপ্পা বোমজাও কাপ্পা*
*ব্রাশকাৎ লিৎপা কোইজোম্বা*
*মোরা ফম্বা নিংশুম্বা। [৪১]* অসিনচিংবা

অসিগুম্বা ফাগিগী মওং অসি ১৯৩০ স্বাই ফাওবা চখরম্মী অমসুং মসিগী মতুংদগীদি লমদমসিগী মীয়ামদা খরা হেন্না সেরিয়স ওইবা পুন্সী অমা লাকখি । মসিগী মতাংদা শ্রীনিংঙোম্বম ইবোবীনা অসুম্না হায় ঃ-

*ঈশৈসি শক্র-শক্রা মলনচিংবা তৌই । মতম অসিব্রাই ফাওবা শুমাঙ লীলাগী পুন্সিদা মপূং ওইবা ফাগি লীলা ওইনা উরি । মতৌ অসুম্না মৈতৈনা মতম শাংনা পঙথদুনা লৈখিবনা চাউরাক্লা চহী ৫৭ রোমনি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক খৃ: কুম: ১৮৮০ ফাগিনা মপূং ওইবা শুমাঙ লীলা শান্নবা হৌবনা খৃ:কুম: ১৯৩০ অসিব্রাইদা ফাগি লীলাগী মশক লোইখি । হায়রিবা মতমসি মৈতৈ লৈবাক্কী মী অয়াম্বা য়াম্না চমলম্মী । পূং, ঈশৈ, মুক্না কাঙজৈ, কাং শান্নবা, শগোল কাঙজৈ অসিনচিংবা হৈবা নুপাদুবু নুপা থোকপনি লৌনরম্মী । মতম অদুদা লাইরিক লাইশুগী ব্রা থোইনা খন্নরমদে, লাইরিক তম্বগী স্কুল চৎপগী চৎনবীদু তুক্কচনরম্মী, লোয়ননা মাংঙি হায়না লৌনরম্মী । মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা জোনষ্টোন স্কুল এম, ইগী থাক্তা লৈরে । মণিপুরগী মপান্দা শিলংদা অমদি কলিকতাদা বি এ,এম,এ, নচিংবা তম্বা ছাত্রশিংবু মাংই হায়দুনা ঈম্হোক্রম্মী । মৈতৈগী অচৌবা অওনবা থোকখি । মতাং অসিব্রাইদা "নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা" লিংবগী য়ূম্ফম ওইখি । খুল্লক লৈরক্তা রামায়ন মহাভারত চানক্য স্লোকনচিংবা তম্মী । [৪২]*

## হরিশ্চন্দ্র লীলা ঃ-

মণিপুরী জাতি অসিগী ওইনা মপূং ফারবা লীলা চঙলকপা হৌবা ঃ-

*মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী শীংথানবা য়াবা তাঙ্কক অমদি খৃ: কুম: ১৯১৮ গী মতমদা হরিশ্চন্দ্র কৌবা লীলা শান্নবা হৌখিবসিনি । লীলা অসি ব্রারী প্লোট অমসুং মউৎতা মশানা মপূং*

[৪১] মণিপুবগী শুমাঙ লীলা অমসুং ব্রারেং মখল মখা, নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লাঃ ১৬,১৭
[৪২] মণিপুবগী শুমাঙ লীলা অমসুং ব্রারেং মখল মখা, নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লাঃ ১৯

*ফাজরবা মণিপুরগী ইহান হানবা শুমাঙ লীলা অমনি। মসিগী মতাঙদা শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহনা হায়, অসিগুম্বা তাঙ্কক অসিদা শ্রীঅরিবম অমুবী শর্ম্মনা শুমাঙদা কোয়না চৎতুনা শান্নবা য়াবা লীলাগী ব্রাখল ফাওদুনা শ্রীলাইরেনজম চাউবগা লোয়ননা হরিশ্চন্দ্র লীলা পুথোরকখি। লীলা অসি ইং ১৯১৮ দা অহানবা ওইনা শান্নখি। মসিনা মপূং মরৈ ফারবা ব্রারী পরীং অমা ইন্দুনা শান্নখিবা অমদি কোয়না চৎতুনা উৎপা ঙম্লবা অহানবা শুমাঙ লীলানি।[৪৩]*

মসিগীসু মথক্তা শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দরনসু অসুম্না ফোঙদোকই ঃ-

*... মৈতৈলোন্দা রস মখল কয়া শুনা উৎপা শুমাঙ লীলাসি হরিশচন্দ্রনা মহাপ্লে। (৪৪)*

হরিশচন্দ্র পৌরাণিক লীলা অমনি। লীলাসিগী ব্রারী অসি মীয়াম্না খঙনরবা রামায়নগী আদি কাণ্ডদা য়াওবা ব্রারীগী মতাং অমদা য়ূম্ফম ওইরগা শাগৎপনি।

হরিশ্চন্দ্রগী অশম্বা ব্রারী ঃ-

থায়না মমাঙঙৈদা অযোধ্যাদা হরিশ্চন্দ্র কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। শৈব্যানা মাগী মহারানীনি, রুহিদাসনা মবানিগী মচানুপানি। মহৌশা ইন্দ্রলোক্তা জগোই শাবী মঙানা জগোই শাবদা তাল কায়বদগী শাউরদুনা ইন্দ্রদেব পুরন্দরনা মখোয়বু বিশ্বামিত্রগী তপবন্দা লৈরুরো হায়না অভিশাপ তৌরম্মী। মখোয়গী শাপ কোকচনবা হায়জবদা ইন্দ্রদেবনা হরিশ্চন্দ্র নিংথৌ উবদা নাম্থোকচৌ হায়না তাকপিরম্মী। বিশ্বামিত্রগী তপবন্দা লৈদুনা জগোই শাবীশিংদুনা হৈপাল-লৈরাং মশা মরেং থুদেক্লুবগীদমক্তা বিশ্বামিত্র মুনিনা শাপ তৌদুনা মখোয়বু উরীনা পুন্দুনা থম্লম্মী। বন অদুদা নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রনা শাদানবা লাকপদা জগোই শাবীশিংদুনা মহাকপু উরম্মী অমসুং মাবু উবদা শাপ কোক্লুনা লাইরৈবাক্তা হনখিরম্মী। বিশ্বামিত্র মুনিনা নুপীশিংদুবু থাদোকখিবগীদমক্তা হরিশ্চন্দ্রদা য়াম্না শাউরম্মী। মীনুংশি চাউবা নাপল তৌবা নিংথৌনি হায়না লৌরদুনা বিশ্বামিত্রনা নিংথৌগী মফমদগী দান নিরম্মী। নিংথৌনসু মুনিনা পাম্বা দান পীগনি হায়না ব্রাশক্লম্মী। মুনিনা হায়বগী মতুংইন্না

---

[৪৩] শুমাঙ লীলাগী পাউজেল, অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ, ১৯৯৩, লাঃ ১৪

[৪৪] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, এ. শ্যামসুন্দর, ১৯৮০, লাঃ ১৫

হরিশ্চন্দ্র নিংথৌনা (লৈপাক) পৃথিবী তোলা অহুম দান ওইনা কৎলম্মী। মুনিনা পৃথিবী অপুম্বা দান তৌরবনিনা মুনিনা লৈবাক্কী মপু ওইরে হায়না লৌরম্মী। নিংথৌবু লৈবাক অদুদগী তাম্থোক্লম্মী। নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা দান অসিগী দক্ষিনা ওইনা সনা কোটি তরেৎ পীগদবনি হায়রম্মী। গতি লৈত্রবা নিংথৌনা শৈব্যাবু কৈথেলদা মীনাই ওইনা য়োল্লে। মাবু বামোন অরিকপা অমনা লৈখিরম্মী। মহাক মশাবুনা কালু কৌবা অমদা য়োল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মুনিগী মফমদা দক্ষিনা কৎখি। শৈব্যা অমসুং রুহিদাসনা বামোন ফত্তবা অরিকপগী ময়ূমদা য়াম্না ৱানা লৈরম্মী। নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রনা হরিদাস হায়বা মিং ওন্দুনা বারানসি খোঙবান্দা পোৎলোইবগী থবক তৌদুনা লৈরম্মী। নোংমা রুহিদাসনা বিশ্বামিত্রগী তপবন্দা লৈ হেকপা চৎপদা লিন্না চিক্কুনা শিরম্মী। মচাগী অশিবা হকচাংদু পুরদুনা শৈব্যানা বারানসি খোঙবান্দা পোৎলোইবা লাক্লম্মী পোৎলোইনবা পৈশা পীনিংঙাই লৈতদুনা শৈব্যানা মপুরোইবা হরিশ্চন্দ্রগী মিংখৈ শোন্দুনা কপ্লকপা মতমদা শকখঙনরকখি। নিংথৌ মহারানীগী ৱারবা লীলাদু মতাংসিদা অরোইবা তাঙ্গা লাক্লে। হরিশ্চন্দ্রগী সৈত্যগী পরিক্ষা লোইরে। ধর্ম্মরাজ লাক্কুনা নিংথৌদা অশির্ব্বাদ তৌররে। অযোধ্যাগী লৈবাক্তা হন্দুনা নুংঙাইনা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা চঙনা স্বর্গ কাখি।

হরিশ্চন্দ্র হায়রিবা শুমাঙ লীলা অসি নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রগী য়াম্না চম্নবা আদর্শ ওইরবা অচুম্বা ধর্ম্ম চৎচবা অমসুং মহারানী শৈব্যাগী মপুরোইবা নীংবা সতী ওইবগী মগুণ অসি মণিপুরীশিংদা অনৌবা নত্তে। মরমদি মতম অদুনা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাব লৈরম্মী। মাগুব কয়াদা মহাভারত, রামায়ন্নচিংবা ৱারী লাইরিক তাবা হায়বসি মতম অদুগী তৌদবা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী থৌদাং অমা ওইনা চৎনরম্মী। পুরানগী ৱারী থৌদোক ময়াম অসি মণিপুরীশিংগী নাকোংদা অমসুং থম্মোয়দা থাগোম্নদুনা লৈবা মতমনি। মরম অদুনা মতমদুদা হরিশ্চন্দ্রগুম্বা পুরানগী ৱারী অমদা য়ুম্ফম ওইবা শুমাঙ লীলা অমা পুথোরকপা হায়বসি থোইনা অঙকপা নত্তে। খৃ: কুম: ১৯৩১ *D.G. Phalkes Raja Harishchandra India* গী অহানবা ফিল্ম (*Indian first real feature film released in April 1913*) দা পুথোকপ্রে। থৌদোক অসিগী প্রভাব অসি মণিপুরদা হকথেংননা লৈরম্বা য়াই নৎত্রগা লৈরমদবা য়াই অদুবু মতম অদুদি পৌরাণিক্কী ওইবা ৱারীবু পামজবা, লাই-তীন, অকন

অথৌগী পুন্সী ৱারীবু ঈরাৎচবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অৱাংবা পান্দমশিংদু পামজবা যুগ অমনি। মরম অদুনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী খ্বাইদগী মপূং ফারবা, মওং তারবা শুমাঙ লীলা অসি হরিশ্চন্দ্র কৌবা পৌরাণিক লীলাসিনা ওইখি।

হরিশ্চন্দ্র হায়বা লীলাসি করম্বা মায়কৈদগী করম্বা পার্টিনা শান্নবগে হায়বসি তশেংনমক খঙবা ঙমদে। অদুবু কনাগুম্বনা শগোলবন্দ মায়কৈদা লৈবা কাঙবুনি হায়দুনা মত ফোঙদোকই। হরিশ্চন্দ্র লীলাদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংগী মিং মখাদা পীরি।

> *১) বিশ্বামিত্র -অরিবম অমুবী ২) বেহলাখোংবা-লৌক্রাকপম গুলামজাৎ ৩) কালু নিংথৌ-আর কে, গোপালসনা ৪) পাঙন ধোবী-নাওরেম থরোঙৌ ৫) বামোন ফত্তবা-অতোম গোপাল ৬) শিষ্য-লাইরেনজম চাউবা ৭) পাঙল নুপী - থাঙজম তোলঙৌ ৮) রুহিদাস- সনাতোম্বা ৯) শৈব্যা-য়ুম্নাম অমুবী দেবী ১০) হরিশ্চন্দ্র অসিনচিংবা। [৪৫]*

> *হায়রিবা লীলা অসিগী লুচিংবদি অমুবীনি। শগোলবন্দগী হরিশ্চন্দ্র পার্টি অসি নত্তবা অনীশুবা লানজাওগী মতুংদা চাউরাক্লা খৃ: কু ম: ১৯৪৬/৪৭ মতম অদুৱাইদা খোংহামপাৎকী হরিশচন্দ্র পার্টি হায়বা অমসু থোরকখি। [৪৬]*

হায়রিবা পার্টি অসিদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংগী মমীং মথা মখাদা পীজরি ঃ-

১) রুহিদাস-লোইতাম তোমাল, ২) বামোন ফত্তবা-লাইশ্রম মোহোন সিংহ (খ্রামন) ৩) কালু-শ্রী মধুমঙ্গল ৪) হরিশ্চন্দ্র-ঙাইরাংবম তোমচৌ ৫) পাঙন-মোংজম মণি ৬) বিশ্বামিত্র-কোনশম মধুমঙ্গল ৭) মন্ত্রী-নিংথৌজম নাগেশ্বর ৮) জগোই শাবী-সামোম কৃষ্ণমণি ৯) শৈব্যা-মুতুম নাগেশ্বর ১০) শিষ্য-মোংজম মণি ১১) মাইনু-নোঙানজাও অসিনচিংবা।

---

[৪৫] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং ৱাবেং মথল মথা, নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লাঃ ২০
[৪৬] তাকপিবকপা, শ্রী লৈতাম তোমাল সিংহ, উবিপোক, চহী ৬৮ (লীলাসিদা রুহিদাস শাবা)

হায়রিবা লীলাসি লৈবাক শীনবা থুংনা শান্নে। অদুবু মহারাজ চূড়াচাঁদ সিংহগী মতমদা লীলাসি নিংথৌনা য়াম্না ৱামল্লি শান্নগনু হায়না ফাওবা থিংখিবগী ৱারী লৈ। মতমদুদা অমাং-অশেংগী চৎনবী য়াম্না কন্না লৈরম্মী। হরিশ্চন্দ্র নিংথৌদা পাঙন শাবনা য়ু পীথক্লবা কন্না হোৎনৈ অসিনচিংবা কয়া য়াওই। রামায়নগী ৱারীদা য়াওদবা ফাগি থৌদোক য়াম্না য়াওই।

হরিশ্চন্দ্র লীলাসি মতম অদুগী মীয়াম্নসু য়াম্না পামনখিবা পৌরাণিক্কী থিমদা শান্নখিবা শুমাঙ লীলা অমনি। লীলাসি চহী য়াম্না শাংনা শান্নখি। রামায়নগী আদি কাণ্ডগী মতাংদগী লৌথোকপা ওইজরবসু রামায়ন্দা য়াওরিবা ৱারী পরীং অদু কায়দনা শেম্বা মপূং ফাবা লীলা অমনি। অদুগা ভাবোক্লা নুংঙাইনবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াদি মতাং মতাংগী ওইনা অদুম পংহাপ হাপচিল্লি। মতাং মতাংদা নোক্নবা ফাগি হাপ্লবসু ফাগি লীলাগী মতমদা ফাগিনা মপূং ওইদুনা নোক্লবগীদমক্তা ফাগি ঙাক্তা পংহাপ হাপচিনবদু হরিশ্চন্দ্রগী লীলাদদি উবা ফংদে। মসিমক মতমদুগী ওইনা অচৌবা মশক থোকপা অহোংবা অমনি। মসিগী মতাংদা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা অসুম্না হায়ঃ-

> *It was a landmark in the development of Sumang Leela Because it was full length play based on a story and the Language was in vernacular. It was received with enthusiasm by the people, the royalty as well as the commoners and it travelled through out the country. [৪৭]*

হরিশ্চন্দ্র লীলাগী ৱারীনা মপূং ওইনা শান্নরগা ফাগি অমসুং অতৈ অতৈ থৌদোকশিংনা মফেল ওইনা হাপচিল্লকপনি। ফাগি লীলাদনা ফাগিনা মপূং ওইরগা ৱারীনা মফেল ওইনা লৈবনি। হরিশ্চন্দ্রদা ঐখোয়না খোংজাই শাবা, পাঙন শাবা কয়া থোরক্তুনা মতমদুগী চৎনবীদা য়ুম্ফম ওইবা ফাগি কয়া পুথোরকই। হরিশ্চন্দ্র লীলা থোরকপা খৃঃ কুমঃ ১৯১৮ মতম অসিৱাইদা মণিপুরী সমাজদা অমাং-অশেংগী অকন্নবা চৎনবী অমা লৈরম্মী। মতম অদুৱাইদা ব্রহ্ম সভা কৌবা হিন্দু ব্রাহ্মনশিংতগী ওইবা সংস্থান অমা লৈরম্মী। ব্রহ্ম সভানা হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইনীং লাইশোল চৎনবী কয়াবু য়েংশিল্লি। সংস্থান অসিনা নিংথৌ য়াওনা মীওই কয়াবু মাংই হায়দুনা ঈস্থোকপা ঙম্মী অমসুং মদুগীদমক্তা শেংদোক্লবগীদমক্তা প্রাইচিৎ ওইনা পৈশা কয়া লৌরম্মী।

[৪৭] Manipur Today, Directorate of Information and Public Relation, Govt of Manipur 1993, Vol XIII No 1 P. 21

মসিগী অমাং-অশেং অসি মতমদুগী খ্বাইদগী শাথীবা ধর্ম্মগী মিংদা মীচম প্রজাবু ওৎ-নৈবা চৎনবী অমা ওইরম্মী। অসিগুম্বা চৎনবীসিগী মায়োক্তা হরিশচন্দ্র লীলাদা খোংজাই শাবা, পাঙন শাবা পুথোক্কুনা অমাং-অশেংগী সমস্যা অসি ফাগিগী মওংদা আলোচনা তৌবনি হায়না লৌবসু য়াই। থোইদোক হেন্দোক্না মতমদুদা অৱাংবা কাঙলুপতা লৈরিবা ব্রাহ্মনশিংগী হেনজিনবা নীতি নিয়ম অদুগী মায়োক্তা পেন্দবা ফোঙদোকপা ওইনা বামন ফত্তবগী চরিত্রসি পুথোরকই । মসিগী মতাংদা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা হায় ঃ-

> *In the play "Harishchandra" along with the telling of the story, the play projected the social conditions of the time with a bit of surcasm. It was time when the Manipuri society was in the grip of Brahma Sabha and the King and at the same time patronised by the British. The oppressive character of the then regime was projected in the exploitative nature of Brahman in the play This character became to be known as Bamon Phattaba. The bad Brahman by the audience of the time. The comic tradition of the Fagee plays was highlighted with characters portraying Tribals and Muslims. [৪৮]*
>
> *বামন ফত্তবগী হরিশ্চন্দ্রদা য়াওরিবা চরিত্রসি মমাঙৰৈগী সংস্কৃত ড্রামাদা য়াওরিবা "বিদুষক" চরিত্রগা চাংদম্নবা য়াই। অখঙ অহৈ খরনা বিদুষক্কী চরিত্রসি মতমদুগী ব্রাহ্মণশিংগী লমচৎপু করেম্নবা ওইনা পুথোকপনি হায়না মত পীরি। [৪৯]*

বীদুষক অসি ব্রাহ্মণ ওইগদবনি । মহাক য়াম্না চাগন থক্কনবা শোইনাইবা মীশক অমা ওইনা য়েকই। মসিগী মরমদি মতমদুগী ব্রাহ্মনশিংগী লীচৎপু করেম্নবা মওং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মতৌ অসুম তৌদুনা ক্রিয়েটিব আর্টিষ্টশিংদদি অনৌবা শেমগৎ-শাগৎপগী লৌশিং য়াম্না লৈ। মখোয়না ইতিহাস অমসুং সমাজগী চৎনবীশিংবু অনৌবা মীৎয়েংদা অর্থ হনবা ঙম্মী। হরিশ্চন্দ্র লীলাবু শেমলিবা মণিপুরীগী কলাকারশিংগী মীৎয়েংদা মতমদুগী অমাং-অশেংগী চৎনবী অসি য়াম্না শাথীবা অমনি হায়না ফাওখি, মখোয়না চৎনবীসি য়ানীংখিদে। অদুনা কলাগী খূৎশেম ওইনা বামন ফত্তবগী চরিত্রসি পুথোক্লম্বনি হায়না লৌবা য়াই।

---

[৪৮] Manipur Today, Directorate of Information and Public Relation, Govt. of Manipur 1993, Vol. XIII No. 1 P 121

[৪৯] বীদুষক; I Shekker Sanskrit & Drama Its Origin of Decline, University of Tehran, Iran 1960

হরিশ্চন্দ্রগী ৱারীদা রামায়ন্দগী লৌরগা শাগৎচরবসু লমদমসিগী ওইবা মতম অদুগী সমাজগী চৎনবীগা মরী লৈনবা থৌদোক কয়া মতাং চানা চানা হাপচিনবা হায়বসি শুমাঙ লীলাগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অমনি। হরিশ্চন্দ্রগী ৱারীদা নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রনা ৱাবা নংবা মহারানী শৈব্যাগা কায়নবা মমৈথংদা রুহিদাস পোৎলোইবদা থেংনবা অসিনচিংবা নুংশিরবা ৱারী পরীংসি কায়দনা উৎলি। কায়নবা অৱাবা কয়া নত্তবা রস কয়া উৎলকপদা ভাবোকশিং য়াম্না তোয়না কপহনবা ঙমখিবা শুমাঙ লীলা অমনি। করুন, বীরহ অমসুং হস্যরসনা মপূং ওইবা রসতা শাগৎলকই। মতমদুগী হৈ শিংলবা কলাকার কয়ানা রসশিং অসি মতীক চানা মফম চানা ফোঙদোকপা ঙমখি। মীনুংশি য়াওদবা বামন ফত্তবগী চরিত্র অদুবু মীয়াম্না বামন ফত্তবা হায়না খঙনখি। লীলা অসি য়েংবদা মদুদা য়াওরিবা বামন ফত্তবগী চরিত্র অসিদগী হেন্না ফত্তবা মীশক অমা লৈরম্লরোই হায়না খন্নখিবসিমক থোইদোক্লা মায় পাক্লা শান্নখিবা, মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলা অমনি। মসিগা লোয়ননা হরিশচন্দ্র শৈব্যানচিংবা রুহিদাস (চাইল্ড আর্টিষ্ট) পূন্নমকসি য়াম্না ফজরবা চরিত্র ঙাক্তনি। পৌরাণিক থিমদা শান্নবা ৱারীগী মনুংদা হরিশ্চন্দ্র হায়বা লীলাসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা লীলা অমনি হায়বা য়াই। মসিগী মতাংদা শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দরনা অসুম্না ইরি ঃ-

*মৈতৈলোন্দা রস মখল শুনা উৎপা শুমাঙ লীলাসি হরিশ্চন্দ্রনা মহাল্লে। শুমাঙ লীলাগী আর্টিষ্টশিংগী মায়কৈদগীসু থাক ৱাংনা উৎলি। শৈব্যাবু মীনাই ওইনা লৈবা কাশীগী ব্রাহ্মন শাবা নিপাদু ফত্তবদা তমথীবদা য়ৌনা শাবা ঙমখিবনা ভাবোক্লা মাবু বামন ফত্তবা হায়রগা অদুমক খঙনখ্রে। অদুগা অমুকসু বামন ফত্তবসিনা শৈব্যা, রুহিদাস মমা মচাবু শাথিনা ফূ চৈদুনা নৈরকপদা পীক্লিবা অঙাং রুরিদাসনা মমাদা ইমা ঐদি অদোমদা চৎনিংদে, বামন ফত্তবনা ফুরক্কনি হায়দুনা পেহৌ থম্মোয় শোক্লা হায়খিবা খোন্থাংদু ভাবোক্কী থম্মোয়দা অসুক্কী মতিক শোকখ্রে। লীলানি হায়বা কাউদুনা হৌগৎলগা বামন ফত্তবদু ফুরসিরা হায়বদু য়ৌই। হৌজিক হৌজিকসু মতাং চাবা কয়াদা মৈতৈনা রুহিদাসকী ৱাহৈসিমক পানশিন্দুনা শীজিন্নরি। করুন রসতা হকচিন্না য়ৌথিবনা রুহিদাসপু লিন্না চীকপা মতাং অদুৱাইদদি অয়েংবা ভাবোক পূম্বা নহা অহল খায়দনা কপ্তবা য়াওদে। কনাগুম্বা থম্মোয় খরা নৌবা মীদি মখোল থোক্লা কপ্পকপফাও য়াওই। অসুম্না অহানবা*

*চৈকোকমক্তদা রস শুরবা মণিপুরীগী সংস্কৃতিগসু চুশিন্নরবা শুমাঙ লীলা হরিশ্চন্দ্রনা ভাবোক লাক্ষ লাক্ষকী থম্মোয় খোনখিবদগী ঙসি শুমাঙ লীলাবু লৈবাক শীন্না পামহনবা অমা পোকহনখিবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্কনি নীংদে। (৫০)*

## হরিশ্চন্দ্র অমসুং অতৈ পৌরাণিক লীলাশিং ঃ-

### পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ ফাওবা

হরিশ্চন্দ্র লীলাগা থৌমু-নাওমু ওইনা মথং-মথং পৌরাণিক লীলা কয়া শান্নরকখি। চাউরাক্লা হরিশ্চন্দ্র লীলা থোরকপা খৃ: কুম: ১৯১৮ দগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙ খৃ: কুম: ১৯৪২ মতমসিদা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা শীংথানবা য়ারবা লীলা কয়া মওং তানা থোরকখি। মতমসিদা থোবকখিবা শুমাঙ লীলাগী মনুংদা তোপ-তোপ্পা অমদি মৈতৈগী কংলৈরোলদা য়ুম্ফম ওইবা "মোইরাং পর্ব্ব"হায়না খঙনরিবা শুমাঙ লীলা মখল অসি থোরকখিবসিনি। তশেংনমক মতম অসিগী মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী ঈচেল কন্না চেন্থবা, অকনবা ঈহৌ অমা ওইরিবা মতমনি। বৃটিশকী লোইলম সাসন মখাদা চূড়াচাঁন্দ মহারাজনা হাইনা হুম্না পাল্লিঙৈ, অচেৎপা হিন্দুগী রাজ্য অমা ওইরিঙৈ মতমনি। মতম অসিদা সেক্যুলর ওইরবা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা শুমাঙ লীলা খরা থোরকপা হায়বসি য়াম্না শীংথানিংঙাই ওই। মতম অসিদা থোক্লকখিবা শীংথাবা য়ারবা শুমাঙ লীলা খরদং মখাদা লৌখৎতুনা নৈনরি।

### মখোয়শিংদি ঃ-

১। সাবিত্রী সত্যবান, ২। মোইরাং পর্ব্ব, ৩। মৈরাবা চরন, ৪। চন্দ্রজীনী, ৫। চন্দ্রহাস, ৬। সত্য-চরিত, ৭) ভাগ্যচন্দ্র শামু ফাবা, ৮। থোক লীলা (ঠক লীলা), ৯। একাসিনি সয়ম্বর অমসুং ১০। সুভত্ত শুরি হুরানবা অসিনচিংবা লীলাশিংনি।

### ১) সাবিত্রী সত্যবান ঃ-

সাবিত্রী সত্যবান লীলা হরিশ্চন্দ্র লীলাগী মওংদা চত্থরকপা পৌরাণিক ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা লীলা মওং অমনি। সাবিত্রী সত্যবানগী ৱারীসি য়াম্না মমীং চৎলবা মণিপুরী হিন্দুশিংনা পামজবা অমনি। সাবিত্রীগী ৱারীসি পূজাগী

[৫০] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, এ. শ্যামসুন্দর, ১৯৮০, লাঃ ১৫

মওং অমা ওইনা ভগবদ্ পাঠ তৌবদৌনা ব্রাহ্মণশিংনা ৱারী-লাইরিক ওইনা লীনবগী চৎনবী অমা লৈ। ৱারী অসি তারগা মপুরোইবগী মঙ্গল ওই অমসুং য়ূম পাল্লবী নুপীশিংদা অফবা কয়া ফংই হায়না থাজনৈ। মরম অদুনা শুমাঙ লীলানা লৌখৎলিবা সাবিত্রী সত্যবানগী ৱারীসি, মতম অদুগা য়াম্না চানবা, হিন্দুশিংগী আদর্শ ওইরবা মীৎয়েংদা শাগৎপা অমনি। মতমদুগী ষ্টেজদসু সাবিত্রী সত্যবানগী ৱারীসি পাম্না শান্নবগী প্রমাণ ফংই। সাবিত্রী সত্যবানগী ৱারী অসি মপৃং ওইবদি সাবিত্রীনা মপুরোইবা সত্যবানবু যমরাজগী মফমদগী মথৱায় কনবগী ৱারীনি। মপুরোইবা নীংবগী অয়ৌবী সতী ধর্ম্মগী খুদম উৎপা ৱারী অমনি। শুমাঙ লীলাগী চৎনবী অমা ওইনা সাবিত্রী সত্যবাননা পুরাণগী ৱারীদসু য়াওদবা থৌদোক কয়া হাপচিন্দুনা উৎলি। খুদম ওইনা শুমাঙ লীলাসিদা থেঙ্গূ হুনবগী ফাগি মতেক অমা য়াওরি। ফাগি মতেক অসিনা হেন্না মমীং চৎখিদুনা মমৈথঙদদি সাবিত্রী সত্যবান হায়বা শুমাঙ লীলা অসিগী মহুৎতা থেঙ্গূ লীলা হায়না লৈবাক মীয়াম্না খঙনখ্রে। থেঙ্গূ লীলা হায়না মীয়াম্না খঙনখিবা থৌদোকসিগী অশম্বা ৱারীশিংদি —খুঙ্গং অমদগী য়াম্না চমজবা নুপা অমনা ইম্ফালদা সোরাৎকী পোৎ-চৈ লৈবা কারকই। নুপা অদুদা থেঙ্গূ হুনজিন্দুনা মহাক থেঙ্গূদগী থোরকপনি হায়দুনা ফাবীবা অমসুং মদুদগী থোরকপা নুংঙাইরবা ফাগিগী ৱাহৈশিংনা ভাবোকপু পেলহনবা, নোকহনবা, য়াম্না নুংঙাইরবা মতাং অমনি। য়াম্না চমজরবা পঙজরবা লৱায়গী মীশিংনা ইম্ফাল কারকপদা থেংনবা থৌদোকশিংবু য়াম্না চম্না অয়েংবা ভাবোকশিংদা নোকনীংহনবা মখোয়গী ফজরবা ৱাঙাঙ-শাঙাংশিংনি। থেঙ্গূ লীলা অসিগী মতাংদা শ্রীনিঙোম্বম ইবোবীনা অসুম্না ইরি ঃ-

> *অমরোমদা হায়রবসু লৱায় ইম্ফালগী খেন্নবা উশিৎনদবা উৎপদা নত্তনা মণিপুরী লৈবাকপু মণিপুর প্রজানা বৃটিশকী নোংমৈ চীন্দোনগী মশক ওইনা থেঙ্গূদগী থোকপগুম ওইখ্রবনি অসুম্না শুমাঙ লীলাগী জগৎতা মৈতৈনা মজাতিসিবু মশক খঙলকপা অওৎ-অনৈশিংবু মশক উরকপা রাজ শক্তি খাঙবা ঙমলক্তবা সাহেবকী লোইলমগী অফ-ফত্ত শাজৎ লমচৎপু শীংননিংলকপগী ঈছল লাকই। মসি সমাজগী মমিনি। মতম অসিদা মণিপুর সমাজদা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংগী মনুংদা রাজনীতি মীকপ থোক্লরক্রে। মদুগী মমি শুমাঙ লীলাদা তারকপনি। [৫১]*

---

[৫১] মণিপুর শুমাঙ লীলা অমসুং ৱারেং মখল মখা, নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, ১৯৮৬, লাঃ ১১,১২

মসিগী মথক্তা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা থেঙ্গূ লীলাগী মরমদা হায়রম্বা বাফম অসি নীংশিংবা য়াই ঃ-

*পোৎহাপ ওইনা হাপ্পা থেঙ্গূ হুনবা মতাংসিদা অঙম্বনা অচুম্বা শকপা অতোনবনা অঙম্বশিংগী মখুৎতা হায়ঙমদবা অৱাবা নংবগী মওং মযেক শেংনা মযেক লানা উৎপা ভাবোক্তা থৱায তানা শোকপগা লোয়ননা মশা-মশাগী ফিভম খন্থনবা মচাকসু পী। থেঙ্গূ লীলাদা থেঙ্গূ হুনবা শাবা খোমদোন অদুগা থেঙ্গূদগী থোক্লকপা থেঙ্গূজম থোকচাও শাবা লৈবাক মচা, অবাংবা থাক্কী আর্টিষ্ট ওইখিবনা মীযাম্না কাউঙমদবা অমা ওইনা ঙসি ফাওবা লৈ। হাযবিবা লৈবাক মচা হাযবসিনা হুনুবা শাবকপা মতমদা হাযখিবা ইপলদি ওম্মোক্না শোল্লেদা, শোনমন্দুনা শিববূ ঙম্মি হাযবা থাজদ্রে হাযনচিংবা নাতৈ চানা চানা চাদবা ৱাঙাঙশিংনা ভাবোকপু ৱা লাউনা নোকহল্লি। মসি হৌজিক্তি মৈতৈগী নাকোংদা হেক হেক তানবকপা ৱাহৈ অমা ওইখ্রে। [৫২]*

হায়বিবা লীলা অসিদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংগী মমীং মখাদা পীবিঃ-

১। নিংথৌ অশ্বপতি-কলা অমু শর্ম্মা, ২। সত্যবান-অহৈবম মনিকচান্দ, ৩। দূত-লাইমযুম ইতুখোম্বী, ৪। নিন্ধু শাবা লবায় নুপা-মোইরাংথেম লৈবাকমচা, ৫। মহাদেব কেসপতি-অহৈবম মনিকচান্দ, ৬। স্নাহল-খোইরোম অঙাংহল, ৭। মন্ত্রী শাবা-উদ্বপ, ৮। সাবিত্রী-অরিবম গৌবচন্দ্র, ৯। নুপী ফাগি পুবী-খোইরোম গৌরমনি অসিনচিংবা।

২। মোইরাং পর্ব্ব ঃ-

মোইরাং পর্ব্ব হায়বা মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলা অসি তোখাইবা পার্টি অহুম্না শান্নখিবগী রেকোর্ড ফংই। মখোয়গী মরমদা য়াম্না শমনা নৈনরি।

১। অঙনবা মতমগী মোইরাং পর্ব্ব (অহানবা মোইরাং পর্ব্ব পার্টি অসি নিংথৌনা শান্নবা থিংখি হায়বা থাজনরিবা অঙনবা মোইরাং পর্ব্ব পার্টি অসি চাউরাক্না খৃঃ ১৮৯৪/৯৫ মতমদা শান্নরম্বা য়াই হায়না লৌনৈ।)

২। কোংপাল মোইরাং পর্ব্ব পার্টি (অরিবা)

৩। কৈশামপাৎ মোইরাং পর্ব্ব পার্টি (অনৌবা)

[৫২] মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, এ শ্যামসুন্দর ১৯৮০, লাঃ ১৬

## ১। অঙনবা মতমগী মোইরাং পর্ব্ব ঃ-

সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম্না ইবা মণিপুর থিয়েটর অমসুং দ্রামাগী মৈতৈলোন্দা শান্নবা অহানবা শুমাঙ লীলা মোইরাং পর্ব্ব হায়না মিংথোনবা পন্দুপ অসি চাউরাক্লা খৃঃ কুমঃ ১৮৯৪/৯৫ গী অদুব্রাইদা ব্রাহেংবম লৈকাইগী পাঞ্জিময়ুম লম্পাক্তা মোইরাং পর্ব্ব শান্নখি হায়বা মত ফোঙদোক্লি। পীরিবা শোক অসিদা চিংনবা খরা লৈরবসু অঙনবা মতমদা মোইরাং পর্ব্ব শান্নখি হায়বসিদি থাজবা য়াবা ব্রাফম কয়া লৈ। লীলাসি শগোলশেম তোলচৌ অমসুং রাজকুমার সনাজাওবা অনীনা মরু ওইনা লিংখৎপনি। পেনা শকপা ওজা উরিকখিনথমদগী মোইরাং কংলৈরোলগী বারী তারবা তুংদা মতাং নাইনা মোইরাং পর্ব্বগা লীলাগীদমক্তা শেমদোকখিবনি হায়। মৈতৈলোলগী শুমাঙ লীলা মোইরাং পর্ব্ব অসিবু লমজেল, লৈলাংবা, শামু-খোঙয়েৎপা, লোইকুম লোইকাবা, ফি ব্রায়বা অমসুং কৈ ফাবনচিংবা মতাং কয়া খায়দোক্নুনা শান্নখি। লীলাসিদা শরুক য়াখিবশিংদি ১। থোইবী-ফরাইলাংপম গৌরয়াই শর্ম্ম, ২। তালোই- সোইবম চাউবা সিংহ, ৩। শৌরা অরাম চাউবা সিংহ, ৪। খমনু-হাওবম চাউবা সিংহ, ৫। কবো মন্ত্রী-ব্রাহেংবম তোলচৌ, ৬। চীংখুবা-য়াম্বেম খোমদোন সিংহ, ৭। ফৈরোইজাম্বা মাইস্নাম সাজৌ সিংহ অসিনচিংবা কয়ানি।

> *লীলা শান্নবগী মওংনা থোইবীনা তশেংনা শগোল তোংদুনা কাঙবম লৈকায়দা লোই কারকপদা নোংবান্না তান্নরক্নুনা ব্রাহেংবম লৈকায়গী লীলা শানফম তান্না শগোল মতুংদা শাবল পোরদুনা চেল্লকপদু মীযাম্না নুংঙাইনা য়েংনখি হায়। সনা কোনুংনা পাউ অসি তাবদগী অমসুং মসিনা মোইরাং থাংজিং অমসুং নিংথৌগী মফমদা অকায়বা কয়া থোকপা য়াই হায়না চিংনবদগী লীলা অসি শান্নবা থিংজিনখি হায়।* [৫৩]

লাইরিক অসিদা মোইরাং পর্ব্বগী শান্নখিবগী অশেংবা উহৌবা পাউদম নৎত্রগা চপ চাবা রেকোর্ড পীদে। মথং-মথং পাউ ওইনা তান্নরকপা ব্রাফম ওইনা পল্লি। তন্নিবা পাউদম অসিনা অচুম্বনি হায়না লৌরগা অঙনবা মতমদা মোইরাং পর্ব্ব শান্নখি হায়বসি থাজবা য়াই। মসিগী মতাংদা খরা হেন্নে কূপ্না থিজিন্নিংঙাইদি ওইরি। লীলা অসিবু মখা তানা শান্নখিবগী পাউ ফংদে।

[৫৩] মণিপুরী থিয়েটর অমসুং দ্রামা, সনাখ্যা ইবোতোম্বী, ১৯৮৭, লাঃ ১১২, ১১৩

## ২) কোংপাল মোইরাং পর্ব্ব (অরিবা পার্টি)ঃ-

*অঙনবা মতমগী মোইবাং পর্ব্বগীহৌবক পগী মতাংদা যাম্না কৃপ্না ব্রাবোল ফংবা ঙমদ্রবসু কোংপাল মোইবাং পর্ব্ব (কনাগুম্বনা অবিবা মোইবাং পর্ব্ব) হাযনা খঙনবি। লীলা অসিদি মৈত্রবাক শীনবা থুংনা যাম্না মমিং চৎখিবা মীযাম্না যাম্না পাম্নখিবা লীলা অমনি। খৃঃ কুমঃ ১৯০০ দগী ১৯২০ সিগী মতমসিদা লীলা অসি শান্নবমগনি হাযনা লৌবা যাই। মবমদি মসিগী মভুংদা লাক্লিবা মোইবাং পর্ব্ব হাযনা মীযাম্না খঙনবিবসি খৃঃ কুমঃ ১৯২০গী মতমদা লীলা অসি শান্নবা হৌখিবনি হাযবগী ব্রাফম অসি মমিং চৎলবা শ্রীলোইতাম গাইমা সিংহ (নোংবান শাবা) পূসিগী ব্রাবী কযাদগী খঙবা ঙম্মী। [৫৪]*

বাফম অসি খৃঃ কুমঃ ১৯৮৬ আগষ্ট ২৮,'২৯ দা পাঙ:থাখিবা *Traditional Drama Festival of Eastern India* গী *Brocheure* নসু য়াম্না ময়েক শেংনা শৌগৎলি। *Brocheure* দসু অমসুনা ইনি ঃ-

> ***Moirang Parva** is a visual dipiction in the form of the courtyard theatre of the National epic of Khamba and Thoibi sung by the Pena-Mintrels It was first played in a grand style in the next few years of 1900 A D But it was learned due to court intrigues By the year 1914 a professional group emerged which took up a chepter of Khamba and Thoibi, known as Shamu Khongyetpa (Bound on the leg of Elephant) This play strick deeply to the Meitei (People of Manipur) sensibilities and its wake spred far and wide [৫৫]*

অরিবা মোইরাং পর্ব্বদা শক্তম লাংখিবশিং মখাদা পীরিঃ-

১। নোংবান-লৈখাম কোইরেং, ২। খম্বা-থৌদাম থম্বৌ, ৩। মোইরাং নিংথৌ-খাইদেম ইবোতোন, ৪। থোংলেন-ক্ষেত্রি কহ্নাই, ৫। সৌরা-মাইবম মোহোন, ৬। নাইজহনবা-থৌদাম চাউবা, ৭। যুবরাজ-তখেলময়ুম অচুম্বী

[৫৪] শ্রীলোইতাম যাইমা খৃ: কুম: ১৮৯৯ দা পোকই, মশাগী চহী ২১ শুবদা মোইরাং পর্ব্ব য়াওই। মসিনা অকপদি ১৯২০ দা মোইবাং পর্ব্ব শান্নবা হৌবে। ব্রাফমসি মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা খৃ: কুম: ১৯৬৯ দা নাট্য বিশারদ উপাধি পীখিবগী পুন্সি ব্রারী অমসুং কন্নানা কন্নানো ? লাঃ ৬

[৫৫] *Traditional Drama Festival of Eastern India The Directorate of Social Welfare, Arts and Culture, Govt of Manipur, In collaboration with M S K A on August 28/29/1986 at Culcutta*

৮। থোইবী- সলাম রুদ্রা, ৯। সেনু- নুংলেপ্পম মৈনো, ১০। বাবুরাম (মমৈদা সেনু শাখি) অসিনচিংবা কলাকারশিংসিনা মোইরাং পর্ব্ব অরিবা শান্নখি।

৩। কৈশাম্পাৎ মোইরাং পর্ব্ব (অনৌবা পার্টি) ঃ-

খৃঃ কুমঃ ১৯২০ গী মতমদা অনৌবা মোইরাং পর্ব্ব থোরকই হায়না মথক্তা পনজখ্রে। অনৌবা মোইরাং পর্ব্ব অসি কৈশাম্পাৎ নৎত্রগা থোংলেন শাখিবা অজ্ঞ্যা নীলকৃষ্ণগী মোইরাং পর্ব্ব হায়নসু লমদমসিগী মীয়াম্না খঙনৈ। হায়রিবা মোইরাং পর্ব্ব অসিদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংগী মমীংশিং ঃ-

১। থোংলেন-ফুরাইলাৎপম নীলকৃষ্ণ, ২। নোংথোল-লোইতাম থম্বাল, ৩। নোংবাল- লোইতাম য়াইমা, ৪। খম্বা-চিংথাম অহোংজাও, ৫। মোইরাং নিংথৌ-ব্রাহেংবম তোলচৌ, ৬। শৌরা-গোপাল, ৭। কবো নিংথৌ-গুলাপ অপাইবী, ৮। যুবরাজ-তখেল্লম্বম মাঙ্গোলজাও, ৯। তম্পাকয়ুম হঞ্জবা-ক্ষেত্রি খোঙনেম, ১০। মুবা শাবা- মাইবম অমুবা, ১১। থোইবী-মোইরাংথেম ইবোমচা, ১২। মুক্ত্রাম-টিকোইস্না, ১৩। কোম্না থোইবী শাবা-খোমদ্রাম মাঙ্গোলজাউ (খমুসু শাই) ১৪। সেনু-থোকচোম অমুবী।

মোইরাং পর্ব্ব হায়বসি মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা তোপ তোপ্পা মশক অমনি। ব্রারীনা মোইরাং কংলৈরোলদা মরু ওইনা খম্বা-থোইবীগী ব্রারীদা য়ূম্ফম ওইবনি। খম্বা থোইবীগী ব্রারীদা য়াওরিবা তাক্ককশিং, ষণ-শেনবা, লোই কাবা, লোইকুম লোইকাবা, ফি ব্রায়বা, কংলা বিচার, শামু খোঙয়েৎপা অসিনচিংবশিংবু পর্ব্ব হায়না খায়দোক্তুনা শান্নবা লীলানি। মপূং ওইনা পেনাগী শৈশক, খুলং ঈশৈ, লাই হরাউবগী জগোই, মৈতৈগী ফিজেৎ মশান্নচিংবা শীজিন্নৈ। মসি ওপেরাগী মওং অমনি হায়না লৌবা য়াই। হিন্দুগী পৌরাণিক ব্রারীদগী খেন্নরবা মৈতৈগী সংস্কৃতিদা য়ূম্ফম ওইবা সেক্যুলর ওইবা (ধর্ম্মগা থোইনা মরী লৈনদবা ) লীলা মওং অমনি। মোইরাং পর্ব্ব হায়বা লীলাসি খৃঃকুমঃ ১৯৩১ গী মতমদা মীয়াম্না য়াম্না পাম্না শান্নরে হায়বসি *য়াকাইরোল* চেফোঙদগী খঙবা ঙম্মী। চেফোঙ অসিগী মতুং ইন্না মোইরাং পর্ব্ব হায়বা লীলা অসি শান্নবা থিংনবা মিটিংনচিংবা কয়া তৌখিবগী ব্রাফম থেংনৈ। অদুম্মকপু থিংবা ঙমদনা শান্নখি হায়বা পল্লি। মসিগী মতাংদা য়াকাইরোলদা অসুম্না ইরিঃ-

*হৌজিক তৌনরিবা মোইরাং পর্ব্ব হায়বা কৃম্মৈ অসিদগী করিগুম্বা তম্বা য়াবা উপদেশ ফংবা কান্নবা বিষয় অমত্তা উদবা কৃম্মৈ অসি য়েংঙুবদগী সমাজগী হেন্না কান্নদবা অমাঙবা থোকপা য়াই। প্রমাণ অমদা হায়রগা মোইরাং পর্ব্ব অসিগী মতাং অমদা খম্বগা খমুগা থোংলেনগীদা অহিং ফি ব্রায়বা লাকপদা থোঙশঙবনা ফৃদুনা শিথহল্লি। মদুদা অহল লমন ময়াম কপ্লে। অহল লমন কপ্পা অদু উবদা অঙং মচা মশুদি অমুক্কা হেনজিনখ্রে। করিগুম্বা লাইরিক অমত্তদসু খম্বা-খমু ফৃদুনা ব্রাম্থে হায়দে। লৈশাবী অমগা পাখং অমগা থোঙদা চুম্না ফোংনা চঙঙকপবু কাল অদুগী মীনা কয়ামুক হিংচাবা ওইদুনা ফৃগনি হায়বসি থাজনদে। চুমদে হায়বা খঙনা খঙনা কপ্পসিনদি চুমদবা পোৎ থাজনবা তম্বীবা লম্বেল ওইরকপা য়াই, অদুগা নীপানা খম্বা ওইনিংবা নুপীনা থোইবী ওইনিংলবদি মদু মান্নবা হোৎনরকপদা হৌজিক্কী মতম অসিদদি ফজফম থোক্কে। অদুগা শেল য়াম্না অরেম্বদা তিংই। অসিনচিংবা অয়াম্বা অনংবা উবদগী লৈকাই অসিদা মোইরাং পর্ব্ব কৌরনুসি হায়না লেপ্লখ্রে। [৫৬]*

মথং য়াকাইরোলগী খৃঃ ১৯৩১ গী ওক্টোবর চেফোঙ মোইরাং পর্ব্ব শান্নবদা অমাংবা লংশিল্লকপা অদুগা অমুক মোইরাং পর্ব্ব থিংবা ঙমদবা, অহল লমনশিংনা মোইরাং পর্ব্ব পামখৎনরকপগী ব্রাফম অমসু পল্লি। মদুদা অসুম্না অমুক ইরিঃ-

*তাং ১৭-৪-৩২ ইংদা একাদশি নুমিত্তা সাং ব্রাম্খে খুনৌদা মী পূম্নমক্কা য়ুমদা শান্নহন্দ্রদুনা লমহাংদা মাগুব খন্দুনা কৈশাম্পাৎকী মোইরাং পর্ব্ব শান্নবদা থোইবী থোক্নুনা জগোই শাবা মতাং য়ৌরকপদা অমাংবা চফু লংশিল্লক্নুনা কৃম্মৈ কায়রে। থোইবী শাবীগী মমায় মখুৎনচিংবা মশা পূম্নমক অদো অমাংবদু চোংই। অহানবদা তেংপাক্লচিংবা লংশিন্দুনা কায়ননবা হোৎনরম্মী। মদুনা কায়বা ঙমদ্রদুনা মমৈদা থবক অসি থোক্লখি।*

*হন্দক লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা নহা খরনা মোইরাং পর্ব্ব তৌজগে হায়বদা অহল অহম্না য়াবিদুনা তৌগনি হায়না তৌবদগী লৈকাই মীয়াম চঙদুনা তৌনু, মসি হাকুমদগী হৌনা তৌরনুসি হায়দুনা লেপখ্রবা পোৎনি হায়দুনা খামজিন্নবদা য়ানপ্রে। মদুদগী চয়োল অমরোম*

---

[৫৬] য়াকাইরোল, M.S.K A 1991 Oct. লাঃ ৪৬৭

*লৈরগা ইখঙ খঙহৌদনা হান্নগী কাঙবু অদুনা মোইরাং পর্ব্ব অনী ফাংনহনখি। ধন্য ধন্য লিংজেল ফবগী পম্বেং অরোইবা উৎখি। ওম্বোকপনি নহানা মোইরাং পর্ব্ব তৌসি হায়রগা অহলনা খামগদবনি । অদুবু ওন্না তৈনখিদুনা অহলনা মোইরাং পর্ব্ব পামখৎলক্লে। যুগ অসি ওম্বোকপা হায়বদুনি।[৫৭]*

৩। মৈরাবা চরন ঃ-

মথংদা লাকপা মরুওইবা শুমাঙ লীলাদি মৈরাবা চরননি। শ্রীগুলামজাৎনা লীলা অসিগী ওজানি । হায়রিবা লীলা অসি পুরাণগী ব্বারীদা য়ূম্ফম ওইরগা বৃটিশনা পাল্লিবৈঙেগী মতমগী রাজনীতিগী সমস্যাবু নাকোয়ননা নৈনৈ। চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী মতমদা লৈরম্লিবা সাসনগী মওং বড় সাহেব, ছোটো সাহেব অমসুং নিংথৌ অহুমগী লৈনবা মরী, শক্তি মুন্নবা, অদু নাকোয়ননা লীলা অসিদা উৎলি হায়না লৌবা য়াই।

লীলা অসিগী অশম্বা ব্বারীদি খোংজাই অমনা তাম্বুল অমগী মচানুপী লৌবা মংকৎ কোন্না পীগে হায়নবা, লাইগী নোংদমদগী তাম্বুল মচানুপীদু শিখিবগী সমস্যা কয়া থোরকপা উৎলি । মংকৎ থৌবদা খৎনরকপা, বড় মন্ত্রী, ছোটো সাহেব, নিংথৌ অমসুং যুবরাজ মখোয় মশেল মত খেন্নরকপা (মান্নরক্তবা), মহৈ মহৈ পৈশা চান্নবা উৎলি। মমৈথঙদা যুবরাজনা নিংথৌ অমসুং বড় মন্ত্রী হাৎলগা নিংথৌ খুবম মুনখি। নিংথৌগী মচা অঙাং অনী মৈরাবা অমসুং চরনবু যুবরাজনা হাৎনবা হোৎনরকপদা লাইনা কনবা অমসুং মমৈথঙদা অঙাং অনীদুনা নিংথৌ ওইখিবা উৎলি। লীলা অসিদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংদি ঃ-

১। ইরোম রাশি- মৈরাবা, ২ য়ুরেম্বম শচি-চরন, ৩। শামুরাইলাৎপম ইবোমচা-বড় মন্ত্রী, ৪। অঙোম নাথো-ছোটো সাহেব, ৫। চিংশুবম মৃত্যুঞ্জয় - তম্বুল, ৬। লৌক্রাকপম গুলামজাৎ-খোংজাই, ৭। শামুরাইলাৎপম নিত্যাইচান্দ-যুবরাজ, ৮। লাইরিকয়েংবম গৌরচন্দ্র-বীধাতা পুরুষ, ৯। তোল্লমু জুগাই শাবা-মুনি, ১০। ব্রাহেংবম ইবোতোম্বা-চণ্ডান লুচিংবা, ১১। লৌক্রাকপম গুলামজাৎ-মালিনি, ১২। গোসাইময়ুম থম্বাল দেবী-মহারানী, ১৩। নিংথৌজম ইবেমপীশক-রানী (ভদ্র লাইয়েকপগী মচা), ১৪। চিংথাম ইবোহল-শিষ্য, ১৫। ঝূলন বাবু-মন তৌবা।

---

[৫৭] য়াকাইরোল, M S.K.A 1991 Oct. লাঃ ৪৩৫/৩৬

৪। চন্দ্রজীনীঃ-

খৃঃকুমঃ ১৯৩৩ গী মতমদা শান্নখিবা *চন্দ্রজীনী* হায়বা লীলাসি মতমদুদা য়াম্না মমীং চৎখিবা শুমাঙ লীলা অমনি। লীলা অসিগী ৱারীদি পুরান্দগী লৌথোকপনি। চন্দ্রবাল কৌবা নিংথৌ অমগী মচানুপী চন্দ্রজীনীনা পোকপদগী নুপা পনবা য়াদবা, য়ূম পানবসি য়াদবা করিগুম্বা নুপা পল্লুরবদি থাঙনা য়ান্দুনা হাৎপগী য়াম্না নুংঙাইরবা অঙকপা পুরানগী ৱারী অমনি। মমৈথঙদা লৌশিং লৈরবা মন্ত্রীগী মচানুপা ধৃষ্ট্যবুদ্ধিনা লমজীংদুনা ৱাঙাঙদগী চন্দ্রজীনীবু অপাম নুংশিগী লাংদা পুশিন্দুনা ময়ূম পালহনখি। মরুপ অমনা মরুপ অমগীদমক তেঙবাংবা মরুপকী নুংশিনবা উৎপা লীলা অমনি। লীলা অসিদা মতমদুগী সমস্য কয়া ফাগি ওইনা উৎলি। লাল্লুপচিংবা ফাগি পোইলা সাহেবগী ফাগি অসিনচিংবা য়াম্না মমীং চৎখিবা লীলা অমনি। লীলা অসিদা শক্তম লাংখিবশিংদিঃ-

১। চন্দ্রজীনী-যদুমনি (ডি এস পি), ২। মন্ত্রীগী মচা-কুলচন্দ্র, ঈ, বনবিহারী, ৩। মালি-অধিকারিময়ুম হিরন্যগর্ভ শর্ম্মা, ৪। বীরসিংহ-কুমুদ সিংহ, ৫। (ক) চপ্পলা-ইতুখোম্বী শর্ম্মা, (খ) চন্দ্রজীনী ফাবা মন্ত্রী-ইতুখোম্বী শর্ম্মা, ৬। কাহ্নু শাবা-আর কে রামোম্না, ৭। লাল্লুপনচিংবা-এ হিরন্যগর্ভ, ৮। লৈনৌ-মৈনম ইবোবী সিংহ।

৫। চন্দ্রহাস (চন্দ্রহংস)ঃ-

মথংদা লাকখিবা *চন্দ্রহাস* লীলা অসিসু মহাভারতকী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা মতমদুগী মীয়াম্না থৱায় তানা পামনখিবা লীলা অমনি। মপূং ওইবদি ফম মুন্নবগী ৱারীনি। ফৎত্রবা মন্ত্রী ধৃষ্ট্যবুদ্ধিনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ *দধিমুখবু* হূ পীজদুনা হাৎলগা মানা নিংথৌ খুভম মুনবা মমৈথঙদা মরাল লৈত্রবা নিংথৌ মচা চন্দ্রহাসনা নিংথৌ খুভম ফংখিবগী ৱারী উৎলি। লীলা অসিদা রাজনীতিগী ফম মুন্নবগী ৱাফম নাকোয়ননা য়াওই অমসুং ধর্ম্মগী অধর্ম্মগী নীতি চুম্না চৎপা ময়েক শেংনা উৎলি।

লীলা অসিদা লুহোংবগী মতাংদা নুংঙাইরবা ফাগি কয়া হাপচিল্লি। লীলা অসিগী কলাকারশিংদি ঃ-

১। চন্দ্রহাস-থিংবাইজম য়াইমা, ২। পাঙন নুপী-য়েন্দ্রেম্বম পারিজাৎ, ৩। কলিঙ্গ নিংথৌ-থৌদাম তোম্বা, ৪। মাইপাক শাবা-সলাম মনাও, ৫। কবুই শাবা-মুতুম অঙাংজাও, ৬। ধৃষ্টবুদ্ধি-খাদিংবম তোয়াইমা, ৭। মুনি শাবা-নাওরেম থরোঙৌ, ৮। পাঙন শাবা-নাওরেম থরোঙৌ, ৯। শিষ্য-য়ুম্নাম অবের অসিনচিংবনি।

৬। সত্য চরিত ঃ-

মতম অসিব্রাইগী তাঞ্জাসিদা টিডিম রোডলোমদগী *সত্য-চরিত* হায়বা শুমাঙ লীলা অসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা মখলগী লীলা অমা ওইনা লৈবাক শীনবা থুংনা খঙনরকখি। লীলা অসিসু বায়ু পুরানদগী লৌথোকপনি হায়নৈ। মপুংদদি ফাগিতনা মপুংনি। লীলা অসিদা নুপীনা কদায় ফাওবা তৌবা ঙম্বগে হায়বা উৎলি। সত্য-চরিত লীলাসি থাউমৈ মখোঙ লীলা হায়না মৈত্রবাক শানবা থুংনা ফাওখ্রবনি। সত্য-চরিত লীলাসি মীয়াম্না কা হেন্না ঙসি ফাওবা কাউংমদনা শোন্নরিবদি হনুবী শাবা গন্ধার সিংহগী ফাগি মতৌবু ঙসি ফাওবা লৈবাক্না শকখঙনৈ। লীলা অসি সত্য-চরিত হায়না খঙনজরবসু মপুং ওইবা লীলাদি ফাগি জুগাই ওইনা নাকোয়ননা শান্নখি। লীলা অসিদা য়াওখিবা মতমদুগী শকনাইরবা কলাকারশিংদি ঃ-

১। কাংভুজম তোম্বা-কবুই নুপী শাবী, ২। নেপ্রম কাংলেঞ্জাও-থাউমৈ মখোঙ শাবা, ৩। নেপ্রাম গৌরো-লফোই য়োনবা, ৪। লুখোই চৌকিদার-মন্ত্রী শাবা, ৫। তোইজম নাথো সিংহ-মুণি শাবা, ৬। অচৌ শর্ম্ম-শিষ্য শাবা, ৭। গন্ধার লাইরেঞ্জম-হনুবী শাবা, অসিনচিংবা।

৭। ভাগ্যচন্দ্র শামু ফাবা ঃ-

হায়নরিবা মতম অসিব্রাইদা কোংপাললোমদগী ভাগ্যচন্দ্র শামু ফাবা হায়বা শুমাঙ লীলা অসি পুথোরকই। লীলা অসিদা মাগী জাতি অদুগীদমক্তা হাক্কন চঙখিবা কনানো অমসুং লোয়ননা ধর্ম্মগী নাক য়াখিবা কনানো হায়বগী মশক তাকনীংলকপা খঙহন্নীংলকপা শক্তম অদুগীদমক্তা ভাগ্যচন্দ্র শামু ফাবা লীলা অসি পুথোরকখিবনি। লীলা অদুদা শক্তম লাংখিবশিংদি ঃ-

১। অঙোম গোপী-নাওরেম অঙৌ, ২। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ-নাওরেম ইবোতোন অমসুং শামোম রুদ্র, ৩। মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা-ক্ষেত্রিময়ুম

তোনম্না, ৪। হেমনাইবা শেলুংবা-সলাম মনাও অমসুং শামোম রুদ্র, ৫। কবো নিংথৌ-ব্রায়েনবম মুহোরি, ৬। ফাগি পুবা-চুংখাম ইবোহল, ৭। মহারাণী-য়ুম্নাম অমুবী দেবী, ৮। কৃষ্ণ শাবা-নাওরেম সনা দেবী, ৯। হাও শাবা-ব্রাহেংবম মিখু, ১০। থাবল চোংবা শাবা-লাইশ্রম কুঞ্জ অসিনচিংবা।

৮। থোক লীলা ঃ-

থোক লীলা শান্নখিবগী মতাংদা ''য়াকাইরোল'' চেফোঙদা য়াম্না নুংঙাইরবা রেকোর্ড অমা ফংই। মসি খুঃকুমঃ ১৯৩২ গী মতম অদুব্রাইদনি। চেফোঙসিদা অসুম্না ইরি ঃ-

> *১৭-৪-৩২ ইং, একাদশি নুমিৎতা সাং নম্বুল মপাল স্বর্গয় মবুধৌ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী য়ুম থোক লীলা শান্নবদা মাগুব কীন্থরক্তুনা লীলা অদো কায়রে। মীসু শোকই হায়বা তাজে। মাগুব অদু জিন্থনা কুপ্পনি। মাগুব অসি নুপাশিংনা খনবীয়ু য়াদদুনা নিঙোল মখেনা শেল খায়নদুনা নেকই হায়বা তাজে। মাগুব অদু নিঙোল মাগুব হায়না ফাওই। [৫৮]*

থোক লীলা থোইদোক্না মমীং চৎখিবা, মতম শাংনা শান্নখিবা শুমাঙ লীলা অমনি। থোক লীলাগী মরমদা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা অসুম্না ইরি ঃ-

> *থোক লীলা মপূং মরৈ ফানা চথরকই। ঙক্লিংঙাই অমনা শুমাঙ লীলাগী ঙল্লিঙৈ তানফম্মক্তদা মতমদুগী লৈবাক ব্রায়েলগী ইথিলগীসু অদুগা মশা-মশাগী ওইনসু ধর্ম্মদা পূক্লিং হকচাং লূপচরবা ঈশ্বরগী ওইবা, পুরাণগী ওইবা, ব্রাফমতদা মথব্রায় তাজরবা মৈতৈগী সমাজনা পৌরাণিক লীলা অমদা পোৎহাপ ওইনা হাপ্লসু নত্তবা ফাগি লীলাগুম থোক্ল থোক্লবা উৎপসু নত্তবা ধর্ম্মগসু হাইফেৎ তায়োন্নবা পূং অহুম/ মরি লিশাং শিৎনা শান্নবা সামাজিক থোক লীলাবু থব্রায় তানা মতম শাংনা লৌনখিবনি। মসিনা তাকপদি লীলাদু শেন্নিবা অদুগা তম্বীরিবা ওজাদু অঙকপা ফংনা গুণ চেল্লি। অদুগা কুন্নিবা আর্টিষ্টশিং অদুসু অয়ৌবী থাক্কী আর্ট এক্টিং, ডাইলোগ, উৎপা ঙম্মী হায়বসিনি। অদুগা মতমদুগী মণিপুরী সমাজগী চন্নবা ব্রাখল পুন্সি মরেল অদুনসু থোক লীলাসিগী হয়িংনা তল চাপ্রে, ইয়ানা ইচা পুপ্রে হায়বনচিংবা ইচম*

---

[৫৮] য়াকাইরোল, M S K A 1991 Oct লাঃ ৪৩৫

*চম্বা ফাগিনসু ভাবোকপু থবায় তানা নোকহনবনি। মসিগী মথক্তা অমুক মরু ওইনা পনবা য়াবা অমনা লীলাসিদা মরু ওইবা মীশক ওইখিবা মরাশি ফবনা লৈবাক্না কাউঙমদনা লৈখ্রবা রাহৈ-ব্রাতা হৈরবা চুংখাম ইবোহলনা শুমাঙ লীলাদা প্রজা কয়াগী মমাঙদা রাজনীতি শোকপা ব্রারোল হৌদোক্রম্বসিনি। [৫৯]*

হায়রিবা থোক লীলাসিগী মরমদা শ্রীনিঙোম্বম ইবোবীনা ইরি ঃ-

*অসুম্না শুমাঙ লীলাগী খোঙথাং চঙশিল্লকপসি নিংথৌগী মরমচৎ পুসু ক্রিতিসাইজ তৌবগী মতাং য়ৌশিল্লকই। ফোংনা তৌবা ঙমদে নাথৈননা তৌই। কবো নিংথৌগী মরমদা ওইনা পুথোকপা থোক লীলা পুথোরক্লে। অচৌ-অশাংশিংনা লমদা পোকপা মচাবু থওইবিদবা অদুমক থোক লীলা অসিদা উৎলকপনি। লীলা অসি পুথোকপা অমসুং তম্বীবা অনীমক নোঙ্গাম্রবা তখেল্লম্বম থম্বালঙৌ ওজাননি। [৬০]*

লীলা অসিদা য়াওখিবা কলাকারশিংদি ঃ-

১। লাইরেংবম গৌরচন্দ্র-খুত্তামচা, ২। শামুরাইলাৎপম নিত্যাইচান্দ শর্ম্মা-মন্ত্রী, ৩। শামুরাইলাৎপম গৌরো শর্ম্ম-পাঞ্জি, ৪। তখেল্লম্বম নবকুমার-মনাও ইবুংঙো, ৫। লাইশ্রম কুঞ্জ-হয়িং শাবা, ৬। চুংখাম ইবোহল-অনাবা শাবা, ৭। রাণী-মন্ত্রীগী নুপী, ৮। মোইরাংথেম মংলেম-মন্ত্রীগী নুপী অতোম্বী, ৯। রাজা শর্ম্ম-মনাও ইবুংঙোনা কোয়বা নুপী, ১০। লোংজম গৌরমনি-থোক মমা অসিনচিংবা। থোক লীলা অসিগী অশম্বা ব্রারী মখাদা পীজরি।

অশম্বা ব্রারী ঃ-

কবো নিংথৌগী মচানুপা অমা লমদা পোক্তুনা লৈবদু নিংথৌনা হন্না য়েংবিদ্রে, মাবু কনা অমত্তনা নিংথৌগী মচানি খঙবীদ্রে। লমজা শারা মচানি হায়না খঙনৈ। নোংমা অঙাং অসিনা কোনুংদা গৌতম মুনি খুরুম্বদা চঙবা য়াদে হায়না চঙহনখিদে। অঙাংনা কপ্তুনা লাক্লগা মমাদা মাগী মপাগী মশক হংজখি। মতম অদুদা মমানা কবোগী নিংথৌ অসি নঙগী নপাবুংনি তাকপীখি।

---

[৫৯] মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, এ শ্যামসুন্দর ১৯৮০, লাঃ ১৭,১৮

[৬০] মণিপুর শুমাঙ লীলা অমসুং ব্রারেং মখল মখা; এন ইবোবী, ১৯৮৬ লাঃ ২৭

অঙাং অদুনা শাউদুনা কোনুংদা থোক চঙখি। মহাক্না থোক শাদুনা লৈবাক অদুগী অচৌ-অশাং অঙম্বগী ময়ূমদা চঙদুনা হয়িং শাদুনা তল চাথোকখি। ইযা কৌই হায়দুনা মচা নীঙোল পুখি। হায়রিবা থোক লীলা অসিদা গৌতম মুনি খুরুম্বগী ঈশৈদা চুংখাম ইবোহলনা মণিপুরগী তুংগী ওইবা ব্রাফমদা হাযবদি ঙসি ঙসিগী সমস্যা কয়া প্রিডিক্সন তৌবম্মী। মদুদি- *মৈতৈ মচা দুকান ফমহল্লো* হায়বা ঈশৈনি। অমরোমদা ওজা ইবুংঙোগী ফাগি ওন্থোক্না হৈখ্রবনি। অনাবা শাবদা চরি থবৎ তৎনা উই। মচানা চঙলক্তুনা পাজি ইমাতোন লাক্লে হেক হায়রকপদা চরনামৃত ফাওবা লেকউ য়াখিদ্রবা মাগী ফিভমদুদা *হা অদুদি কদাই অনোক পুবকউ* হায়না ফিংনা তফিং তফিং হৌগৎলকপদু উবদা নোক্লোইদবা কনা য়াওবগে ? নুপী লোনবা নুপানা নুপী অতোনবীদা খোইদাজবগী অবোইবী মতৌদু উৎলি। ফদিগোম মকা তানবনি ফনেক ফৌবনি হায়বদু খংনীং নীংশিংহল্লি।

মতাং অমদা লীলা অসিদা মনাও ইবুংঙোগী মনাই খুত্তামচাগী ফাগি মণিপুরদা শেগাক কায়না ফাওখিবনি। থোক লীলাগী মমীং চৎলব্রা কলাকার খুত্তামচা য়াম্না মগুণ লৈবা, ফাগি তৌবদা মপা লৈতবা মতমদুদা ফাওখিবা ফাগি পুবা কলাকার অমসুনি। মহাক ফাগিগী লমদদা নত্তনা মূক্না শান্নরোই অমসু ওইরম্মী। মহাক্কী *ডিস্ক রেকোর্ড*তা ফাগিগী ঈশৈ, ঠিকাদার মৈতৈ মচা *অপুম্বসে* হায়বসি পুথোক্লম্মী। মাগী পুন্সীগী অরোইবা শরুক্তা মাণ্ডবগী ব্রারী লীবা ওজা অমসু ওইখি। মণিপুরগী শাংলবা ফাগিগী পরম্পরা হেন্না ইনাক খুনহল্লম্বা কলাকার অমসু ওইরম্মী। করি অমুক হায়গনি। খুত্তামচা শারিবা শ্রীলাইরেংবম গৌরচন্দ্র মাগী মমীং তোক্তুনা *'খুত্তামচা'* হায়না মৈত্রবাক শীনবা থুংনা ফাওখিবনি।

৯। একাসিনী সয়ম্বর ঃ-

একাসিনী স্বয়ম্বর হায়বা শুমাঙ লীলাসি চাউরাক্লা ১৯৪২/৪৩ দা য়ুরেম্বম লীলা পার্টিনা মৈতৈ লৈবাক্কী লোইজিং লোয়া কয়াদা শান্নখিবা মীয়াম্না শকখঙনরবা লীলা অমনি। মপূং ওইনা লীলা অসি ইম্ফাল সহর ময়োলদা কা হেন্না শান্নখিদে। লীলা অসি পৌরাণিক্কী ব্রারীনা য়ুম্ফম ওইরগা শান্নবা লীলানি। লীলা অসিদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংগী মমীং পীজরি ঃ-

১। শাপম কহ্নাই সিংহ, য়ুরেম্বম-মন্ত্রী শাই, ২। মোইরাংথেম মোইরাংনিংথৌ, য়ুরেম্বম-নিংথৌ শাই, ৩। থোঙাম গৌরহরি, য়ুরেম্বম-মহাদেবগী নুপী শাই, ৪। করাম মোহোন, য়ুরেম্বম-শিষ্য শাই, ৫। হুইদ্রোম অমুজাও, য়ুরেম্বম-নুপী অতোনবী কোয়বা নুপা শাই, ৬। কোংগ্রাইলাৎপম নোংমাইজিং শর্ম্মা, য়ুরেম্বম-মন্ত্রী অহল শাই, ৭। লাইশ্রম পাপু, পাৎশোই-ফয়েং শাই, ৮। তোংব্রম যাত্রা, পাৎশোই-নুপী শাই, ৯। হৈন্নাম লালজি, পাৎশোই-শিষ্য শাই, ১০। নুংশিতোম্বী সিংহ, তাকয়েল-শিষ্য শাই (কোন্না য়াওরকপনি)। হায়রিবা লীলা অসি পৌরাণিক্কী লীলানি।

*একাসিনী সয়ম্বর হায়বসি মহাভারতকী মনুংদা য়াওবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইরগা শান্নবা লীলানি। নিংথৌ সুবাহু অমদি মন্ত্রী ধনঞ্জয়নচিংবা মহাভাবতকী মনুংদা য়াওবা ৱারী মতেক অমদা য়ূম্ফম ওইরগা সামাজিক ওইনা শান্নখিবা লীলা মখল অমনি। লীলা অসি খোনচোপ, ফজদবা ৱাঙাঙ-শাঙাং খরনা য়ূম্ফম ওইবদগী ইম্ফাল সহর ময়োন্দা কা হেন্ন' শান্নখিদে। লীলা অসিদা হনুবা অমদা নহা ওইবী নুপী অমনা ময়ূম পাল্লুবগী ৱারীনি। মরম অদুনা খরা চোপ্পা ৱাঙাঙ য়াওবনা লীলাসি মীয়াম্না খরা হঙ্গোইরপ তৌবা লীলা ওইনা য়েংনখি।[৬১]*

লীলা অসিদা ঈশৈ মতেক অমসু য়াম্না তোয়না শকই। ঈশৈদু মখাদা পীজরিঃ-

*পেল্লেদা পেল্লেদা হনুবনা নহা লৌরুবা,*
*ওক্লেদা নহানা হনুবদা য়ূম পাল্লুবা* অসিনচিংবা।

ঈশৈ মতেক অসি তশেংনমক মহাভারতকী মনুংদা য়াওবা অমত্তা নত্তে। মহাভারতকী মনুংদা য়াওবা একাসিনী সয়ম্বরগী ৱারীদি একাসিনী পোকপা মতাংদা লোইশিল্লি। অদুগী মখাদা সামাজিক লীলা ওইনা পার্টি অসিনা শান্নখিবনি। সামাজিক লীলাগী মনুং হুনজিন্না অহনদা নহা নুপীনা য়ূম পানবগী ফত্তবা লমচৎ ময়েক শেংনা তরু-তরুনা উৎলি। মরম অদুনা ৱাচোপ, ৱাঙাঙ-শাঙাং খরা য়াওবনা লীলা অসি সহরগী মনুংদদি থোইনা হেন্না শান্নখিদে।

## ১০) সুভত্ত শুরি হুরানবা ঃ-

সুভত্ত শুরি হুরানবা শুমাঙ লীলা অসি মপূং ওইনা য়াম্না কন্না মৈতৈ লৈবাক্কী কাচিন কোয়া থুংনা শান্নখিবা অমা নৎত্রবসু থোইদোক্না ধর্ম্মগামরী লৈননা উৎপা শুমাঙ লীলা মখল অমনি। লীলা অসি কছারগী মফম

---

[৬১] তকপিরকপাঃ- শ্রীথোঙাম গৌরহরি সিংহ, (একাসিনী সয়ম্বরদা নুপী শাখিবা) চহী ৭৮

কয়াদসু চৎতুনা শান্নরুবা, পৌরাণিক্কী ৱারীনা মৃম্ফম ওইবা লীলা অমনি। লীলা অসিগী মপৃং ওইবা ৱারী-ৱাখোঙ পৃম্নমক লীলা অসিবু লমজিং লমতাকপীরম্বা শ্রীকোংগ্রাইলাৎপম নোংমাইজিং শর্ম্মগী লুচিং মখাদা শান্নখিবা শুমাঙ লীলা অমনি। লীলা অসিগী কলাকারশিংঃ-

১) নিংথৌশাবা - কোংগ্রাইলাৎপম নোংমাইজিং - যুবেম্বম (ক্লাকৈথেলদা হোংখ্রবা)

২) সুভক্ত-শুরি হুরানবা - থোঙাম গৌরহরি সিংহ (য়ুরেম্বম)

৩) কুলদেবতা (ফাগি পুবা) - লাইশ্রম পাপু সিংহ (পাৎশোই)

৪) লাম্মী (নিংথৌ ঙাকপা) - হুইদ্রোম অমুজাও (য়ুরেম্বম)

৫) নিংথৌ - মোইরাংথেম মোইরাংনিংথৌ (য়ুরেম্বম)

৬) পাউ পুবা - হৈম্নাম লালজি (পাৎশোই)

৭) নিংথৌগী মনাই নুপী তোংব্রম যাত্রাসিং (পাৎশোই) অসিনচিংবা

*লীলা অসি পৌরাণিক ওইবা লীলানি। অদুবু ফাগি পুবা শ্রীপাপুগী ফাগিদা লৈবাক্লা শকখঙনখি। কলিঙ্গ দেশকী নিংথৌ সুবাহুগী ৱারীদা মপৃং ওইবা ৱারীনি। সুবাহু নিংথৌগী মফমদা লৈবা শুবি অমা হুবানবগী ৱাবীনি। শুরি অসি হুরান্নবগীদমক্তা নীংবা লাই অদুগী শক্তি অদুবু সুভক্ত হাযবা অসিগী মফমদা লীবদগী সুভক্ত হায়বা অসিনা শুবি অদু ফংনবা হোৎনবকপা মতমদুদা শুবি অসিগী মযাইসি নঙনা নীংবা খুদিংমক শুবি অসিবু ফংলবদি নীংবা থুংগনি হাযবদগী মদু ফংনবা কুলদেবতা (শাগৈগী লাই) অসিনা শোয়দনা তাকপীগনি হায়বদুগী ৱারী পৃম্নমকচুম্না চৎলবগী তুংদা শুরি অদুবু হুরানবনি। মতুংদগী সুভক্তবু শুরি হুরানবগীদমক্তা সুভক্ত শুরি হুরানবা হায়না খঙনখি। ৱারী অসি সুবাহুনা মমা লাইরবীবু থাকনবা নীংজবা লাই, মদুদা মচা অনীগী নুংশিনবা প্রেম অদুগী মতাংদা য়াম্না নুংশিবা ৱারীনি। [৬২]*

## অনীশুবা লানজাও অমসুং সামাজিক শুমাঙ লীলা চঙলকপা ঃ-

মণিপুরী সমাজগী পুন্সীদা অনীশুবা লানজাও হায়বসি য়াম্না চাউরবা থৌদোক অমনি। খৃঃ কুম ১৯৪২ মেগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎতা মণিপুরদা বোম থাদদুনা মণিপুর অসি অনীশুবা লানজাওগী অচৌবা লানফম

[৬২] অকপিরকপাঃ- শ্রীথোঙাম গৌরহরি সিংহ, য়ুরেম্বম, (একাসিনী সয়ম্বরদা নুপী শাখিবা) চহী ৭৮

অমা ওইখি। চীংলোন মাপন্না কোয়শীন্দুনা ঈংনা তপ্পা মকা লাম্মা পাঞ্জরম্বা মণিপুরবু মীকপ খংথোক থোকহনখি অমসুং পৃথিবীগী ঈরাং কয়াদা মায়োকনহন্দুনা অনৌবা মশক অমা লাকহনখি। লান অসিনা মণিপুরীশিংগী পুন্সীদা অহোংবা কয়া অমা পুরকখি। মসিগা লোয়ননা মতমগী ঈরাং অমসুং চাওখৎপগী খোঙজেল লাকখি। মসিগী মতুং ইন্না মণিপুরীশিংগী পুন্সীদা অনৌবা সমস্যা কয়া লাকখি। পূন্নমকসি সাহিত্য, কলাদা মমি তাবা থেংনৈ। মরম অসিনা মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস নৈনবশিংনা অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী সাহিত্যগী তাঙ্কক হৌই হায়না লৌই। মসিমক শুমাঙ লীলাগী ইতিহাস অমসুং খোঙহৌগী মতাংদা চুম্না থোক্লি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা অনৌবা মশক কযা ঐখোয়না উবা ফংই। লান মমাওগী পৌরাণিক, ঐতিহাসিক ওইবা লীলাশিংদু অসুম কায়দনা শান্নবা থেংনরবসু মতমগী হোংলকইবা ঈচেল মতুং ইন্না সামাজিক শুমাঙ লীলা কয়া মথং মথং থোরকই। মতমগী ভাবোকশিংনা পৌরাণিক লীলাগী মহুৎতা সামাজিক লীলানা হেন্না পাম্নরকই। মতমদুগী পুন্সীগা মান্নবা য়াম্না নকশিন্নবা, সমাজদা হৌজিক হৌজিক হকথেংনরিবা সমস্যাশিংবু লীলাগী ৱারী ওইনা পুথোক্লবকই। লান মমাঙদা, পৌরাণিক লীলাশিংদা সামাজিক্কী ওইবা থৌদোক মতেক মতেক কয়ানা নপচদুনা লাকখিবদু লান মতুংদগীদি সামাজিক্কী বারী অমসুং থৌদোকশিংসিনা হেন্না মপূং ওইরকই। সামাজিক শুমাঙ লীলানা মতোমতা মনীং মখা তন্নবা কলা অমা ওইনা শাফু কন্না হিংবা ঙমখি। অহানবদা সামাজিক লীলাগা য়াম্না নকশিন্না মমীং চৎলবা থোক লীলা থোরকখি। মসিমকসু ৱারী অমসুং প্লোটতা য়াম্নমক মপূং মরৈ ফারবা সামাজিক শুমাঙ লীলা অমা ওইবদি ঙমখিদে। য়ানশিন্নবা মওংদা মতমদুগী সমাজগী থৌদোক কয়া মচেৎ-মচেৎ উৎপা ওইনা তৌখি। অদুবু ইতিহাসকী মীৎয়েংদা থোক লীলা হায়বসি য়াম্না শীংথাবা য়ারবা শুমাঙ লীলা অমনি। থোক লীলাগী মথংদা য়াম্নমক মপূং ফারবা সামাজিক শুমাঙ লীলাদি বিঃএঃ মপা লম্বোইবনি। লীলা অসিদগী হৌরগা ঙসি ফাওবা চথরিবা অনৌবা সামাজিক শুমাঙ লীলাগী মশক অমা নৈনরি।

১) বি এ মপা লম্বোইবা
২) পুরাণ মৈথাবা
৩) মহাপ্রভু ফিতা ওনবা
৪) নোংপোক পাম্বোইবী অসিনচিংবা।

## ১) বি এ মপা লম্বোইবা ঃ

*বিঃ এঃ মপা লম্বোইবা হায়বা সামাজিক শুমাঙ লীলা অসি খৃঃ কুমঃ ১৯৪৫/৪৬ গী অদুৱাইদা য়ুরেম্বম লীলা পার্টিনা শান্নবা সামাজিক শুমাঙ লীলা অমনি। মতমদুদা লীলা পার্টিগী মমিং থোইনা লৈনরমদে। খুল নৎত্রগা লৈকাই অমসুং মাযকৈগী ওইনা মমিং থোন্নরম্মী। হায়রিবা য়ুরেম্বম লীলা পার্টি অসিনা বি,এ, মপা লম্বোইবা শুমাঙ লীলা অসিদা নত্তনা একাসিনী সয়স্বর অমসুং সুভত্ত শুরি হুরানবা হায়বনচিংবা লীলাসিং শান্নরম্মী হায়বগী রেকোর্ড ফংই। পার্টি অসিগী লুচিংবদি শ্রীকোংগ্রাইলাৎপম নোংমাইজিং শর্ম্মনি। কলাকাব অসি বিঃ এঃ মপা লম্বোইবদা লম্বোইবা শাবদা থোইদোক্লা মমিং চৎখিবা কলাকার অমনি। ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী লীলা অসি সামাজিক লীলা অমা ওইনা অহানবা মপূং ফাববা সামাজিক লীলা অমা ওইনা থোইদোক্লা অচৌবা মফম অমা কল্লিবা শুমাঙ লীলা অমনি। কনাগুম্বনা বি, এ, মপা লম্বোইবা হায়বা লীলা অসি অহানবা অইবা (written play) শান্নখিবগী মত ফোঙদোক্লবা য়াওই। তৌইগুম্বসুং লীলা অসিগী অইবা স্ক্রিপ্ট লৈতেহায়বসি লীলা অসিদা শরুক য়াখিবা হৌজিক হৌজিকমক (২০০২) ফাওবা হিংদুনা লৈরিবা কলাকারশিংনা হায়বদগী খঙবা ঙম্মি।* [৬৩]

শুমাঙ লীলাগী অহানবা অইবা স্ক্রিপ্ট ওইনা শান্নখিবা লীলাদি পুরাণ মৈথাবনি। মসিগী মরম মখাদা নৈনরকখিগনি। অদুগা বিঃএঃ মপা লম্বোইবগী চাউরাকপা ৱারীদি— মপানা মচানুপা অহল ইবোহলবু বিঃএঃ ওইহনবা, থবক তৌহল্লবা মতুংদা নুপীগী শরৈদা লৈখি। নোংমা মনাওনুপা ইবোতোম্বীনা মিং চন্নবা পৈশা পীয়ু হায়বদা পীদে। ঙাইহাক লৈরগা মনেমবোক্ল পীয়ু হায়রবদা বিঃএঃ মচানুপা অসিনা হরাও হরাও অবোক্কী তীর্থ চৎতবা য়াৱা হায়দুনা লুপা ৫০০ পীখি। ৱারী পূম্নমক ইবোতোম্বীনা কপ্পুনা মপাদা তম্লুরে। মচানুপা অতোম্বা ইবোতোম্বীগী ৱা তাবদগী মপানা ইবোহলদা পৈশা পীবীনবা হায়রুবদা বিঃএঃ ইবোহলনা চৈ থাংদুনা পীবীরকখিদে।

[৬৩] তাকপিরকপা-
১। থোঙাম গৌবহবি সিংহ, য়ুরেম্বম, বি এ মপা লম্বোইবদা ইবোতেম্বী শাবা, চহী ৭৮
২। হৈস্নাম লালজি সিংহ, পাৎশোই, বি এ মপা লম্বোইবদা বি এ শাবা চহী ৮১
৩। ৱাহেংবম কোকঙাং সিংহ, মাকলং, বি এ মপা লম্বোইবদা মনিভোম্বী শাখিবা, চহী ৬৭

মপুক্লীং নুংশিরবা মনাওনুপা য়ূম থাদোক্কুনা চৎখ্রে, বি এ মপাসু নুংঙাইরক্কদুনা ময়ূম থাদোক্লগা বৃন্দাবন পাংলকই। ঈশ্বরগী নোংদম হায়বদুনি লম্বীদা লম্বোইবগী মালা খাউ মনুংদা য়াওরিবা তুলসী মনানচিংবদু পুলিসনা গঞ্জানি হায়দুনা থোক তৌদুনা লম্বোইবা বিঃএঃগী মপাবু ফাবিরে। ফারগা থানাদা পুরক্লে। মতম অদুদা থানাগী ওঃ সিঃ ওইরম্লিবা অদুদি মচানুপা ইবোতোম্বী ওইরম্লে। মপাবু ফাদুনা পুরকপা শেল চানীংবা সিফাই অদু দণ্ডী পীগে তৌরে। মপানা মচানুপাদা হায়খি— *নঙগী সিফাই অসিনা ঙসি ঐবু ফাবিরকপা মরমনা ঙসি ইপা ইচা মফমসিদা উনবা ফংলিবনি। মদু নৎলমদ্রবদি উনবা ফংলম্রোই, মাবু দণ্ডী পীবীনু।* মতৌ অসুম্না সিফাই অদুবু ঙাকপিখি। মচানুপানা কন্না হায়জদুনা মপা লম্বোইবা অদু পুরদুনা ময়ূম্লোমদা মপা-মচা লাকমিন্নখি।

অসিগুম্বা বিঃ এঃ মপা লম্বোইবা শুমাঙ লীলা অসি মণিপুরগী শুমাঙ শুমাঙদা কোয়না শান্নখি। লীলা অসিগী ব্বারীসি নোঙ্গাখ্রবা ওজা ভুটনাথনা লীলাগী পার্টি অসিদা য়াওরিবা নোংমাইজিং অমসুং গৌরহরি অনীগী মফমদা ব্বারী ওইনা লীদুনা তাহল্লবগী তুংদা মখোয় অনীনা লীলাগী ব্বারী ওইনা পুথোক্কুনা শান্নখিবা মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলা অমনি। লীলা অসিদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংঃ-

১) বিঃএঃ শাবা - হৈস্নাম লালজি (পাৎশোই)
২) ৰিঃএঃ মপা - কোগ্রাইলাৎপম নোংমাইজিং শর্ম্ম (য়ুরেম্বমদগী ক্বাকৈথেলদা হোংখ্রবা)
৩) মনাওনুপা - থোংঙাম গৌরহরি (য়ুরেম্বম)
৪) দারুগা সিফাই - হুইদ্রোম অমুজাও (য়ুরেম্বম)
৫) লৈত্রাম শাৰা (ফাগি পুবা) - লাইশ্রম পাপু (পাৎশোই)
৬) ফাগি পুবা - তোম্বী (ময়াং ইম্ফাল) কোন্না য়াওরকপা
৭) মনেম লৈহাউ - যাত্রাসিং (পাৎশোই)
৮) মনিতোম্বী - ব্রাহেংবম কোকঙাঙ (মাকলং)
৯) মনিতোম্বী মনম্মা - সোরাইশম কুল্লা সিংহ (কদোম্পোকপী) কোন্না য়াওরকপা

লীলা অসিগী ফাগি পুবা শ্রীলাইশ্রম পাপুগী তোঙানবা প্রতিভা অমা লৈ। মাগী ফাগি মতৌসি য়াম্না তপ্না ইহা হাদনা তৌই। মহাক্না ওম্লোকপা

ফাগি জাৎ-জাৎ তৌই। ব্রাঙাঙগী অওক-অথোম নুংঙাইহনবা ফাগিনি। নিংথেম মচানা কৌনবা স্নাখ্যা হায়বা মিঙ্গৌগী মমাঙদা তাদা হান্নী— তান্নাখ্যা হায়বা লৈশ্রামগী লোন খোইরপ্পা খোম্থাদা তোয়না পল্লি তান্নাখ্যা মাগী খোম্থোক্ত ভাবোক্পা নোকচবগী লোইবা নাইদে। মাগী মমীং অসি লৈবাক মীয়াম্না তান্নাখ্যা হায়না অদুম খঙনখি।

বিঃ এঃ মপা লম্বোইবা হায়বা লীলাসিদা নৈনরিবা মপূং ওইবা সমাজগী সমস্যাদি লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোলশিংনা মখোয়গী মমা মপাবু থৌশারক্তবা অসিনি। নোংচুপলোমদগী অনৌবা শিক্ষা লাকখিবগা ঈরোয়ননা নহারোলশিংবু নৌনা মহৈ-মশিং তম্বীবগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। লাইরিক-লাইশু হৈজদ্রবা, লায়রবা মমা মপাশিংনা মচাশিংবু অনৌবা শিক্ষা ফংনবা কন্না হোৎনবসি লীলা অসিদা নৈনরী। হায়রিবা লীলা অসিদা মপানা মচাবু য়াম্না ব্রানা লাইরিক তমহনবা উৎলি।

মপানা য়াম্না ব্রানা মচাবু হোৎনজদুনা মহৈ-মশিং তমহল্লবা মতুংদা লাইরিক-লাইশু হৈরবা মচানুপা ইবোহলনা মমা মপাবু থৌশাবীরক্তবগী মযেক শেংলবা মশক তরু তরুনা উৎলি। মাগী নুপী অমসুং মনেমগী খুজীলদা চৎখিদুনা মাবু পীশক পীক্লিঙৈদগী চাউনবা য়োকপীরক্লবা মপাবু থৌশারক্তবা অমসুং নুপী খুজীন্দা চৎখিবদগী মচীন-মনাও মপা মচা নুংশিনরক্তবগী ময়েক শেংলবা অশেংবা ভাবোক্তা থম্মোয়গী নুংঙাইতবা ফাওহল্লি। লাইরিক-লাইশু হৈতবা মমা মপা অমসুং নৌনা লাইরিক হৈরবা মচা অনীগী লৈনবা মরী অসিগা লোয়ননা মতমদুগী য়ুম্বাললোন ইমুং-মনুংগী কাং-খোং চাইবা মশক অসি সমাজ অসিদা পুথোক্তুনা উৎলকপা সামাজিক সমস্যাগী উৎপা শুমাঙ লীলা অমনি। ইমুং মনুং অমসুং য়ুম্বাল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইনা পুথোরকপা মতমদুগী লৈবাক মীয়াম্না থব্রায় তানা পাম্নরবা মরু ওইরবা সমস্যাদা খুৎ থারকপা মওং তারবা শুমাঙ লীলা অমনি।

## ২) পুরাণ মৈথাবা ঃ-

বিঃ এঃ মপা লম্বোইবগী মতুংদা চাউরাক্লা খৃঃ কুমঃ ১৯৫০ গী মতমদা লাকপা ধর্ম্মগা য়াম্না মরী লৈনবা সমস্যাদা য়াম্না মনুং হুনজিন্না নৈনবা মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলা অমদি পুরাণ মৈথাবা অসিনি। লীলা অসিগী মপূং ওইবা লুচিংবা ওজাদি কোংবা লাইশ্রম লৈকাইগী মমীং চৎলবা কলাকার শ্রীনিঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈনি। হিন্দু ধর্ম্মনা য়াম্নমক মপাল ফরিঙৈদা

গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইনা কন্না চৎনরিঙৈ মতমসিদা ধর্ম্ম অসিগী মায়োক্তা শীংনদুনা ইরকপা শক্তি লৈরবা লীলা অমনি। লীলাসিদা গরীবনীৱাজ মহারাজগী হাক্তক্তা শান্তিদাস গোসাই কৌবা ময়াং লম্বোইবা অমা লাক্তুনা অনৌবা ধর্ম্ম হৌদোকপা অমসুং মসিগা মরী লৈননা মৈতৈ অরিবা পুয়া কয়া মৈ থাখিবগী ৱারীদু উৎলি। লীলাসিনা সনামহি লাইনীংগী মহুৎ শিন্দুনা ভাবোকশিংদা অনৌবা মহাও অমসুং ৱাখললোন পীনবা হোৎনখিবা লীলা অমনি। লীলা অসিদা সনামহি লাইনীংগী অনৌবা রিভাইবেলিজম (*revibalism*) গী মমি তাই। হৌখ্রবা মৈতৈগী অরিবা লাইনীং লাইশোল, ইপানাৎ ইপুনাৎকী ফজবা কয়া নৌহৌনা থিবগী মীৎয়েং য়াওরি। পারফোর্মিং আর্ট (*performing art*) কী মেদিয়মদা শান্তিদাসপু হুন্দুনা চৈবা ঙাঙবা অমসুং গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মবু শীংনদুনা মীয়ামগী কৃম্মে ওইনা শুমাঙ লীলাদা উৎলকপসি লীলা অসিনা অহানবনি। লীলা অসিদা শান্তিদাস শাবগীদমক্তা শ্রীঅঙৌতোনবু শান্তিদাস শাবা হায়না মীয়াম্না শকখঙনখি মমীং চৎখি। মসিগী মথক্তা মণিপুরীগী শুমাঙ লীলাগী ইতিহাসতা লীলা অসি ইহান হানবা খৃৎই ওইনা শান্নখিবা লীলা অমা ওইবগী থোইদোকপা শীংথাবা য়াই। লীলা অসিগী ডিরেক্তর ওইরিবা শ্রীঅঙৌতোম্না পুথোকখিবা ইহান হানবা অইবা শুমাঙ লীলা অমনি। মসিদগী হৌনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা অইবা (*script*) লাকপা হৌখি। অমসুং মথং মথং শুমাঙ লীলা ইবা কয়া মতুংদা থোরক্তুনা শুমাঙ লীলাগী ওইবা সাহিত্যগী মশক থোরকখি। ৱাফম অমনা লীলা অসি অতোপ্পা ধর্ম্ম অমবু হুন্দুনা চৈবগীদমক্তা সরকারনা শান্নবা থিংখি হায়না কন্না কন্নাগুম্বনা ইরম্বা থেংনৈ।

হায়রিবা লীলা অসিদা শরুক য়াখিবশিং ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | শান্তিদাস গোসাই | - | নিঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈ |
| ২) | গরীবনীৱাজ | - | মুতুম মণি |
| ৩) | খোংনাংথাবা | - | চান্দম নিমাই |
| ৪) | নোংশামৈ | - | ব্রহ্মচারিময়ুম সনাতোম্বা |
| ৫) | ইরোম অমু | - | চান্দম মুহোরী |
| ৬) | শগোল মকোক | - | ঙাঙোম মাইমু |
| ৭) | থম্বাল | - | ইরোম ইবোবী (চাইবী শাবী) |

৮) অহানবা নুপী - শোরোকখাইবম মঙ্গোল
৯) অনীশুবা নুপী - অহন্থেম ইবোতোম্বী [৬৪]

লীলা অসি অয়েংবা ভাবোকপু পেলহনবা ঙমহনখিবদি শান্তিদাস শাবা অঙৌতোন, লোয়ননা খোংনাংথাবা শাখিবা নিমাইনি। শান্তিদাস অমসুং খোংনাংথাবা অনীগী ফজবা আর্ট এক্টিংদা ভাবোক পূন্নমক ঙম্লা মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংনখিবা মওং তাবা শুমাঙ লীলা অমনি।

৩) মহাপ্রভু ফিতা ওনবা ঃ-

মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী ঈহৌদা ইনৌ নৌবা মথেল অমা ওইনা থৌনা অমা য়াওনা লৈবাক মীয়াম মাঙদা পুথোক্নুনা শান্নরকই মহাপ্রভু ফিতা ওনবা। লীলা অসি মতমদুদা তোপ তোপ্লা মখলগী মহাও অমা পীনবা হোৎনরকই। মণিপুরী সমাজদা রাজনীতিগী শক্তমদগী তোঙানবা ঈখাই ফৃজীল্লকপা, গৌড়িয়া ধর্ম্মগী মায়োক্তা মৈতৈগী হান্নগী লৈজরম্বা ধর্ম্ম চৎকদবনি, ইপা ইপুশিংগী ধর্ম্ম ঙাক্কদবনি হায়বগী অকনবা শাফৃ অমা উৎখিবা লীলা অমনি। লীলা ইবনা পণ্ডিত য়ুম্নাম বুদ্ধি পিশুম নিংঙোম লৈরক্তগীনি।

লীলাসিগী অশম্বা ব্রারীদি ঃ-

লীলা অসিগী ব্রারীদি যাত্রাসিং কৌবা গৌড়িয়া ধর্ম্মদা লম য়ৌবা পঙ্কোৎ অমনা মাগী গুরুদেব ধনবাপু শর্ম্মদা মহাপ্রভু অমা নির্পন তৌজদুনা কৎচৈ। মানা কৎচরিবা লাই অদু মীয়াম হৌদুনা ঈশৈ শক্নুনা লম্বীদা পূরকপদা ফোরেষ্টরনা লাইদু শারিবা উদু সরকারগী টেক্স থিদে হায়না ফিতা থাদুনা উগী টেক্স কয়া তাবগে য়েংবদা লাই অদু মাংথোকই হায়দুনা খৎনবা, মমৈদা টেক্স থিদনা ফোরেষ্ট রিজার্ভতগী উ য়ানথোক্লুবগী দণ্ড পীবনচিংবা উৎপা লীলানি।

লীলা অসিদা য়াওখিবা কলাকারশিংদি -

১) মহাপ্রভু শাবা - খাংঙেম্বম মঙ্গি মৈতৈ (থাংমৈবন্দ)
২) বামোন ধনবাপু - তোমচৌ (খাগ্রন)
৩) যাত্রা - খুরাইজম ইবোমচা
৪) ফোরেষ্টর - ব্রাংখেময়ুম নুংশি (কাইরঙ)
৫) জর্জ - লাইশ্রম ইবোহল (খোংহাম্পাৎ)

---

[৬৪] অকপিরকপাঃ নিঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈ, কোংবা লাইশ্রম লৈকাই শান্তিদাস শাবা চহী ৮২

৬) জর্জগী মপা - শগোলশেম বীর মৈতৈ (থাংমৈবন্দ)
৭) চম্প্রাসি - অধিকারিময়ুম রাধা
৮) পঙ্কোৎ অহানবা - মোংজম মনি (খাম্রন)
১০) পঙ্কোৎ অনীশুবা - লাইশ্রম মধুমঙ্গল (খাম্রন)
১১) পঙ্কোৎ অহুমশুবা - ঙাথেম অপাবী (খাম্রন)

লীলা অসি খ্বাইদগী ইতোপ তোপ্পা মখলগী লীলা অমনি হায়না লৌবসু য়াই। মরমদি লীলাসিদা নুপীগী পার্ট অমতা য়াওদে। অদুগা ব্রাফম অমনা পুরাণ মৈথাবা অমসুং মহাপ্রভু ফিতা ওনবা লীলা অনীসিনা নাকোইননা মণিপুরী লীলা ইবা খরদা প্রভাব পী হায়না লৌবা য়াই। মরমদি তুংদা লীলা ইবশিং খরনা এন্টি হিন্দু অমসুং মৈতৈ রিভাইবেলিজমগী থিমদা লীলা কয়া ইরকপা থেংনৈ। এমঃ বীরমঙ্গোলগী লীলাশিংনা মসিগী অরাবা খুদমনি।

৪) নোংপোক পান্থোইবী ঃ-

মণিপুরগী অশেংবা লাইনীং লাইশোল অমসুং সংস্কৃতিগী ফজবা মশক কয়াসু উৎনবা হোৎনবদা পুথোরকপা শুমাঙ লীলা অমনি নোংপোক পান্থোইবী রাজনীতিগী চয়েৎনবা, সমাজদা লৈরিবা অৱা অনাগী সমস্যা কয়া নাথৈদুনা থমলমলগা মৈতৈ জাতিগী লাইনীংগী য়ূম্ফম ওইরিবা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবী অনীগী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইনা শান্নবা লীলা অমনি।

লীলা অসিদা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইনীং লম্বী সংস্কৃতি ময়েক শেংনা উৎলি। ৱারীগী মনুংদা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবী অনীগী অপাম নুংশি মশক উৎপনি। অরোইবদা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবী থুংনখি। নোংপোক পান্থোইবী মখোয় অনীগী মতীক ময়াই মচরিৎপু পান্থোইবী খোঙ্গুল কৌবা মৈতৈগী পুয়াদা য়াম্না নিংথিজনা নৈনরি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকপিরম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনীং পথাপমক পান্থোইবী, নোংপোক নিংথৌ অনীগী ফিদমদগী লৌথোকপনি। নোংপোক নিংথৌগা নোংপোক পান্থোইবীগা অনীগী চেৎলবা অপাম নুংশিগী লমদাংদা মীয়ূমদা

[৬৫] তাকপিরকপা ঃ লাঙ্গোলজম বারুনি সিংহ থম্বালখোং, খাবা শাবা, চহী ৭৮

নোংমাইতেংনা য়ুমগাইখ্রবী পান্থোইবীনা চৎপা লমচৎকা আয়নগী মফমদা লুহোংখ্রবী রাধাগী শাজৎকা মওং তানা চাংদমন্নখি। নোংমাইজিংদা নোংপোক্কা পান্থোইবীগা অনীনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদা লাইয়াম্না লাই হরাওখিবগী জগোই মশা মওং মতৌমক জগোই রাস শান্নবগী মওং লৌখিবনি। অসিগুম্বা মৈতৈগী সভ্যতা সংস্কৃতি লাইনীং মওংবু মশক মুন্না খঙগে হায়রবদি পান্থোইবী খোঙ্গুল নৈনবা তাই। শুমাঙ লীলা ওইনা উৎপা তাবগী মতৌ লাকপদগী নোংপোক পান্থোইবী লীলা অসি পুথোক্কুনা মীয়ামগী ওইনা শান্নরকপনি হায়না লৌদবা ঙমদে। লীলা অসিদা কৃমখিবা কলাকারশিং মখাদা পীরি ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | খাবা | - | লাঙ্গোলজম বারুনি (থম্বালখোং) (নিংথেম পুখ্রী মপাল) |
| ২) | পান্থোইবী মপা | - | নোংথোম্বম নিংথেমতেন |
| ৩) | নোংপোক নিংথৌ | - | মুতুম রাজমনি (থম্বালখোং) |
| ৪) | থৗংবা | - | অঙোম বারুনি (থম্বালখোং) |
| ৫) | কেংবা | - | লালা শর্ম্ম (বামোন লৈকাই) |
| ৬) | কবোমচা | - | লোংজম মঙ্গি (পোরোম্পাৎ) |
| ৭) | খাবগী মনাই | - | কৈরাউ নবদ্বিপ (ফাগি পুবা) |
| ৮) | পান্থোইবী | - | নোংথোম্বম ইবোবী |
| ৯) | লীক্লাই লৈমা | - | নিংঙোম্বম রাজমনি (খুরাই) [৬৫] |

মতৌ অসুম তৌনা মণিপুরগী শুমাঙ লীলাসি তোঙান তোঙানবা শক্তম কয়াগী লমদা চঙশিল্লকই। লেপ্পা লৈতনা হোংলকই। মতম মতমগী য়াওনগী তোঙানবা শকলোন্দা শুমাঙ লীলা পুথোক্লরকই।

## অনৌবা শুমাঙ লীলাগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকপাঃ-

অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা লাকইবা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী খোঙচৎ অসিদা অনৌবা মশক অমদি উবা ফংই। থোইদোক হেন্দোক্লা থোক লীলা, বি এ মপা লম্বোইবা, পুরাণ মৈথাবা, মহাপ্রভু ফিতা ওনবনচিংবনা অনৌবা শুমাঙ লীলাগী মশক শাগৎপা হৌখি। মতম মতমগী সমস্যাদা য়ুম্ফম ওইদুনা উৎপা লীলাশিং লান মমাঙগী পৌরাণিক অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা লীলাশিংদগী খেন্নরবা মশক ঙাক্তনি। অদুম ওইনবক অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা

লাকইবা শুমাঙ লীলাশিংসিদা হান্নদগী চত্থরকপা পরীংদা শান্নবা শুমাঙলীলা খরসু অদুমক থেংনৈ। মরম অদুনা অনীশুবা লানজাও মতুংদা লাকইবা শুমাঙ লীলাগী ঈচেল অসি অনী শুই ঃ-

১) অনৌবা শুমাঙ লীলাগী ঈচেল অমসুং ২) হান্নগী অরিবা ঈচেল। অনী অসি মতমগী মতুংইন্না অনৌবা ঈচেলনা খুদুম চল্লক্কুনা অনৌবা শুমাঙ লীলাগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা হেল্লকখি। খৃঃ কুমঃ ১৯৬০ গী মতমদগী বাজনীতি অমসুং সমাজগী সমস্যাদা হকথেংননা উৎপা শুমাঙ লীলা থোরক্লে। মতমসিদা থোরকপা শুমাঙ লীলা ইবশিংগী মনুংদা জিঃসিঃ তোংবা থোইদোক্লা শীংথানবা যাই। মহাক্লা শুমাঙ লীলা কয়া ইদুনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা অনৌবা মহাও অমা পীরকখি। অমসুং অনৌবা শুমাঙ লীলা শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। খৃঃ খুমঃ ১৯৬৫ গী মতমদা থোরকপা, ইরকপা, শান্নরকপা তোংবাগী মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলা খরদি— *মনি মমৌ, মেট্রিক পাস, মৈতৈ চনু অমসুং নিঙোল মৱানচিংবা* লীলাশিংনি। মসিগা ঈরোয়ননা মতমদুগী সমস্যাদা খূৎ থারকপা শুমাঙ লীলা কয়াসু থোরকই। মখোয়শিংদুগী মনুংদা শীংথানবা যাবদি— *নুংশি লৈবাং, মন্ত্রী চাককৌবা, চাক তাঙবা, বানোম শরেং অমসুং মপুনা হুবানবা* অসিনচিংবা অসিনি।

*নুংশি লৈবাং* হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা নয়নী হায়বী ওক্তবী য়ুয়োনবী অমনা পামজৌ কৌবা নুপী লৈরবা নুপা অমবু মাঙহনবা উৎলি। লীলা অসিদা লমচৎ মাঙবা মৈতৈ নুপী ওইবশিং মশক নৈনবা হৌরকই। মতমসিদা লীলাগী থোইদোকপা মশক্লা লীলা অদু উৎপদা হেন্না মশক থোকপা মান্নবা লীলা পার্টি অদুনা মশা মশাগী শেৎননবা ফিজেৎ-লৈতেং মচাক পূম্নমক পুরক্কুনা শান্নবা হৌরকই। *চাক তাঙবা* লীলা অসিদা ছাত্র নহারোলশিংনা চাক তাঙবগী মতমদা আন্দোলন হৌরকপা মদুদা সরকারগী মায়কৈদগী চুম্না সরকারদুদা চেঙ পীয়ু হায়জবা চম্না খূৎলায় য়াওদবা ছাত্র নহারোলশিংদা চেঙগী মহুৎতা নোংমৈ গুলি ওইনা পীরক্কুনা মীশি মীনা থোকখিবা ময়েক শেংনা উৎখি। মতমদুগী চাক তাঙবা হায়বা লাই অদুগী শক্তম লাংখিবা চীফ মিনিষ্টব অদু ঙসি ফাওবা লৈবাক মীয়াম্না কাউনবা লৈতনা নীংশিংনরি। মন্ত্রী চাককৌবা হায়বা মতমদুগী শুমাঙ লীলাসিদা সরকার পায়রিবা মন্ত্রীশিংনা প্রজাশিংদা চেঙ য়েনবা মতমদা নমথাক তৌবা করপসন অদুবু শীংনদুনা চাক কৌরগা

মখোয়না চাননবা চাক্তা লৈকাইগী নুপী অঙাংশিংদুনা চাক মরক্তা নূংক্লুপ হাপচিন্দুনা মতমদুগী সরকারবু করেমনবা লীলা মখল অমনি। মদুনা মরম ওইদুনা সবকারনা যেনবা চেঙদা নূং য়াওই হায়বা মযেক শেংনা ফমনাইবা মন্ত্রীশিংদা খঙননবা উৎখি। লোয়ন-লোয়ননা ব্রানোম শরেং মতমদুদা করিগুম্বা সরকারগী থবক অমা ব্রানোম্বদা শেল চারে হায়বসি ময়েক শেংনা উৎতুনা মন্ত্রী ওফিসারশিংগী ময়ূমদা লুপা পৈশা শরেং মরেং তাবা থিন্দুনা থবক হাপ্পগী শেনজা-থুমজা চৎনরক্লে হায়বা মতমদুগী লৈবাক মীয়ামদা মরীক চুম্বা শক্তম খঙহল্লি। মথংদা মপুনা হুরানবা হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা সরকাব পায়রিবা মন্ত্রীশিং অদুনা লৈবাক মীয়ামগীদমক্তা পীথরকপা শেল-থুম পূম্নমক প্রজাশিংদা মশা য়াওনা য়েম্ঘোক্লুনা তৌগদবদু অমুক মশানা হুরালহৌদুনা মশাগী মরল মথুম অদুবু মপু ওইরিবা মশানা অমুক হুরানবগী ফত্তবা কয়া শেংনা উৎলি।

## জিঃসিঃ তোংব্রা ঃ-

মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা জিঃসিঃ তোংব্রা থোরকপসি অনৌবা শুমাঙ লীলাগী মশক অমনি। মমাঙদা হান্ননা লীলা কযা ইবদুনা শান্নখ্রবা মমীং চৎলবা লীলা ইবসিনা মাগী লীলা খরা শুমাঙ লীলাগীদমক্তা ইদুনা শান্নবা হৌরকখি। *মনি মমৌ, মেত্রিক পাস, অঙম্বু অঙম্বা* অসিনচিংবা লীলাশিং অসি মাগী ড্রামাশিংদগী শুমাঙ লীলাদা খরা শেমদোক্লুনা ইবনি অদুগা *নিঙোল মব্রা, মৈতৈ চনু* হায়বা লীলাশিংনা শুমাঙ লীলাগীদমক অখন্ননা ইবা লীলানি। তোংব্রানা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা ফজরবা সাহিত্যিক ওইবা খূৎই কয়া শীজিন্নদুনা অয়াম্বা ভাবোকপু নোকহন্দুনা, ব্রাখল খন্থহন্দুনা শুমাঙ লীলাগী কলা অসিবু হেন্না ঈনাক খুলহনখি।

## শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল ঃ-

থিয়েটর সেন্তর মনিপুরনা শীন্দুনা ইহান হানবা ওইবা মে তাং ১২, ১৯৬৫ ইংদা মপাল কাঙজেবুংদা পাঙথোকখিবা ওল মণিপুর যাত্র-ফেষ্টিভেল অসি মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী ইতিহাসতা থোইদোক্লা শীংথাবা য়ারবা থৌদোক অমনি। মসিদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা লেপ্পা লৈতনা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল অসি তোঙানবা সংস্থান কয়ানা পূনশিন্দুনা পাঙথোক্লুনা লাক্লি। খৃঃ কুমঃ ১৯৬৫ দগীনা ২০০২ ফাওবা চহী ৩৭ অসিদা পাঙথোকখিবা ফেষ্টিভেল অহানবা অমসুং অনীশুবা মনা ফংখ্রবা পূম্না লীলা ৭৪ রোমনি।

চহী ৩৭ গী মতমসিদা হৌরকখিবা অপূনবা ডিরেক্তরনা ৫০/৬০ গী মথক্তনি অদুগা লীলা ইবনা ১৬১গী মথক্তা লৈ।

শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল অসিদা মণিপুরী লীলাগী ঈচেলদা অকনবা ঈনোৎ কয়া হাপচিন্দুনা মগুণ হেনগৎহনবদা নত্তনা কলা অসি প্রোফেসনেলিজমগী মায়কৈদা পুরক্লবা হোৎনবনা অচৌবা মতেং অমা ওইখি।

কলাগী লমদা চাংদম্নদুনা অফ-ফত্ত তান্নবসি কনাগুম্বগী মীৎয়েংদা অরানবনি হায়না লৌবা য়াই, মসিগী ফত্তবা কয়াসু লৈরম্বা য়াই। অদুম ওইনমক ঙসি ফাওবদা চথরকইবা শুমাঙ লীলাগী ফেষ্টিভেল অসি নৈনদুনা য়েংবদা মায়কৈ কয়াদগী কান্নবগী শরুক্লা হেল্লি হায়না লৌবা য়াই। লীলা চাংদম্নবসিনা লীলাগী সংস্থানশিংদা মতমগা চূনবা অফবা লীলা পুথোক্লবা কন্না মতম চঙনা হোৎনরকই। অনৌ অনৌবা ৱারী সমস্যা, অনৌবা মখলগী লীলা মউৎ কয়া চাংয়েং তৌনরকই। মসিনা শুমাঙ লীলাগী মগুণ হেনগৎপদা অচৌবা শাফূ অমা পীবা ঙমহল্লকই। এক্টরগী মায়কৈদগীসু থৱায় য়াওবা কলাকার কয়া পুথোক্লরকই। লোয়ননা বেষ্ট এক্টের ৪৩ রোম পুথোকখ্রে অমসুং বেষ্ট এক্ট্রেস ৪৩ রোম থোকখ্রে। বেষ্ট কমেদিয়ান ৩৭ রোম পুথোকখ্রে।

অফবা লীলা অমা হায়বসি অফবা স্ক্রিপ্টকী মখা পোল্লি। মরম অদুনা ফেষ্টিভেল অসিনা অফবা অইবা পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং অমা ওইরি। ফেষ্টিভেল অসিনা ঙসি ফাওবদা বেষ্ট স্ক্রিপ্ট রাইটর ৩৭ রোম পুথোক্তুনা মনা মথুম পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রে। হায়রিবা অইবশিং অসিগী মনুংদা ঙসি ফাওবা মণিপুরী মীয়াম্না শীংথানবা অইবশিংদি জিঃসিঃ তোংব্রা, এঃ তোমচৌ, থাংজম বীরচান্দ, এনঃজিঃ ইবোহল, হৈঙাং ইবোমচা, রূপচন্দ্র ঘোস, চানা লুখোই, শশীকুমার য়ুরেম্বম, ডিনেস তোংব্রম, রাজেন তোইজাম্বা, হিয়াং দেবেন, জিবন হৈস্নাম্বনচিংবা কয়ানা ঙসিগী মমাঙগী থৌদোক ৱাথোক কয়াদা মওং তারবা স্ক্রিপ্ত কয়া পুথোক্তুনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী চঙখোল্লবা মশক অমা মীয়ামগী মীৎমাঙদা উহন্দুনা অনৌবা মখলগী জ্ঞান অমা পীবা ঙমখিবসিমক শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল পাঙথোকপগী অচৌবা কান্নবসু ফংহল্লি। মসিগী মতাংদা তোখাইনা মরিশুবা মতাংদা কুপ্না নৈনরক্কনি।

অইবশিং অসিনা সমাজগী মখল মখা কয়াগী থৌদোক-ব্রাথোক্তা খূৎ থারকই। মরুওইনা ঙসিগী লৈবাক ঙাকপগী পেন্দবা, শেঙ্গা থুমজা অঙম-অথৌশিং অমোৎ অকায় মনুং হুনজিন্না নৈনরকই । নাকল অমদা মতমসিগী নহারোল কয়াগী পেন্দবগী অহোংবা লাকপা, থবক ফংদবগী অব্রাবা, লালহৌবগী ওইরকপা য়াবা, ওইরকখিবা কয়া ময়েক শেংনা ঙসিগী মীয়ামদা তরু তরুনা উৎনবা হোৎনরকই । অমরোমদা ফেষ্টিভেল অসিনা অনৌবা ডিরেক্টর কয়া পুথোক্লবগী ঈনোৎ পীরি । শুমাঙ লীলাদা ডিরেক্টরনা লৌরিবা থৌদাং অসি য়াম্না মরু ওইরকই অমসুং লীলাগী প্রদক্সন্দা অচৌবা থৌদাং য়ারি ।

শুমাঙ লীলা হায়বসি নুপী অঙাংগী ঙাইহাক নুংঙাইনবা হরাও-কূম্মে ওইনা চম্না লৌনরম্মী। অদুবু লৈবাক্কী অচৌবা কলাগী অথোরিটি ওইরিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগুম্বনা শক খঙবীদুনা ফেষ্টিভেল কয়া তৌরকপদগী কলাসিগী মগুণ হেন্না ব্রাংখৎহল্লকই। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা অখঙ-অহৈ কয়ানা কলাসিবু পুক্নীং চঙনা কূপ্না নৈনবা হৌরকই। খবর কাগজ চেফোঙ জরনেল কয়াদা শুমাঙ লীলাগী মরমদা নৈনবা হৌরকই। ফেষ্টিভেল অসিনা শুমাঙ লীলাগী ওইবা অচৌবা ভাবোক অমা শেমগৎপা ঙম্মী। থা অমরোম চূপ্না চত্থবা শুমাঙ লীলাগী ফেষ্টিভেলদা ভাবোক ব্রাৎপা লৈতে। ভাবোক্কী মখল মখা কয়াসু থোরকই। লাইরিক লাইশু হৈরবা কয়াসু শুমাঙ লীলাগী ভাবোক ওইরকই। পূম্নমক অসিগী মথক্তা শুমাঙ লীলানা হিংনবগী শেলতাল লম্বী অমা ওইনা প্রোফেসনেলিজমদা চঙশিল্লকপদা ফেষ্টিভেল অসিনা অচৌবা তেঙবাং অমা ওইরি। করিগুম্বা ফেষ্টিভেল অসিদা মকোক মথং তাখিবা লীলাশিং অদুদি মখোয়গী হিংনবগী অমসুং শেল থুমগী ফিভমদা য়াম্না কান্নবা অমা ওইরি। মসিনা কলাকার কয়াবু হিংহনবা ঙম্মী শ।ম্না হায়রবদা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল অসি য়াম্না কান্নরবা অমনি। মসিমক্তা শুমাঙ লীলাগী অকনবা ঈচেল অমা শাগৎপদা অচৌবা মতেংনি। শুমাঙ লীলাগী মনুংদা মতমগী য়াওন অমা ওইনা তোঙানবা মশক অমা লাকই।

মদুদি ঃ- ১) ইপোম লীলা
২) নুপী শুমাঙ লীলা
৩) ঈশৈ লীলা

## ১) ইপোম লীলা ঃ-

ইপোম লীলা হায়বসি শুমাঙ লীলাগী মখল অমনি। মসিগী হৌরকপগী মতাংদা ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা অসুম্না ইরি ঃ-

> *মণিপুরগী ফাগিগী ইতিহাসতা ইনৌ নৌনা থোরকপা ইপোমগীসু মফম অমা পীদবা য়ারোই। নোংমাইথেম সুখির লৈরিঙৈদা খৃঃ কুমঃ ১৯৬৯/৭০গী অদুৱাইদা অকাশবানী ইম্ফালনা ফাগিগী প্রোগ্রাম অমা ওইনা হৌদোকখিবনি। ইপোম হায়বা মিংসি জি.সি. তোংব্রানা থোনখিবনি হায় ওইনাম বাবুনা। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লৈরম্বা ফাগি লীলাগী পরম্পরা অদুগী মওংনি হায়বা য়াই। রেডিওদা তাম্নরকপদগী শুমাঙ লীলা শান্নবদা ইপোম হাপ্লু হায়দুনা লীলাগী অরোইবদা হাপ্পরম্বদগী থোরকখি। তোঙান্না শুমাঙদা ইপোমগী মীথীৎ অতৈ খরা লৈরবসু ইপোম হায়রগদি তোম্বী, বাবু, চাউবা ওইনা খঙনরম্মী। ইপোমগা তোম্বী, বাবু, চাউবগা অমতা ওইনা লৌনৈ। মখোয় অহুমগী অপূনবা ফাগি অতাঙবনি। [৬৬]*

ইপোম লীলা হায়বসি ফাগিনা মপূং ওইনা শান্নবা মখল অমনি। অদুবু শুমাঙ লীলাগী চৎনবী কয়াৎ পূম্নমক ইপোম লীলাদসু অদুম ইল্লি। অহানবা হৌরকপদা ইপোম অসি অখন্নবা ভাবোক্কী মমাঙদা অকাশবানী ইম্ফালনা করিগুম্বা হোল অমদা শীল-লাঙদুনা ফাগি তৌবা কলাকার খরবু কৌদুনা শান্নহল্লি। মসি অমুক অকাশবানীগী অখন্নবা থৌরম অমা ওইনা শন্দোক্লম্মী। ইপোমগী থৌরমসি মতম অদুদা মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি। অসিগুম্বা মীয়াম্না ফাগিদা য়ূম্ফম ওইবা ইপোম অসি শুমাঙ লীলাদা চঙলকপা হৌখি। শুমাঙ লীলাদা চঙলক্লিবা মওংদি শুমাঙ লীলানা মপূং অমদা ইপোম লীলাগী থৌদোক অসি মতেক ওইনা হাপচিন্দুনা উৎপনি। মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলাগী মমৈদা নপচদুনা হিংলম্বদগী মমৈথঙদা মীয়াম্না পাম্নরকপদগী ইপোম খক্তগী ওইবা শুমাঙ লীলা মখল অমা ওইনা কোয়না চৎতুনা শান্নবা শুমাঙ লীলা মখল অমা ওইরকখি। ইপোম লীলাসি পার্টি নাইবা তোঙান তোঙানবা মশক অমা ওইরকখি। মমৈথঙদা ইপোম লীলাবু পার্টি নাইবা মশক ওইরকই। তশেংনা ইপোমগী লীলা পার্টি অসি কলাকার মশীং শুমাঙ লীলা অমনা ১০/১৫ লৈবা অসুম্না ইপোমগী লীলাদা কলাকার মশীং য়াম্নদে; ৪/৫না পার্টি অমমম শাদুনা মণিপুরগী মফম কয়াদা কাচিন কোয়া য়ৌনা পার্টি নাইনা চৎনরকই। ইপোম লীলা পার্টিগী মমীং খরদং পীজরিঃ-

---

[৬৬] পোক্লফম অখন্নবা চেফোঙ, ফেব্রুৱারী, ১৯৯৩ লাঃ ৩০

১) ইম্ফাল পিপলস আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন

২) পিপলস যাত্রা মণ্ডল

৩) মোর্দন দ্রামাতিক ইউনিয়ন অসিনচিংবা।

মপূং ওইবা লমদমসিগী থোইদোক্লা ইপোম লীলাগীদমক মীয়াম্না শকখঙনবা কলাকারশিংদি ঃ-

১) বাবু ওইনাম ২) তখেল্লম্বম চাউবা সিংহ ৩) ময়াং ইম্ফাল তোম্বী ৪) ইতুখোম্বী ৫) নবদ্বিপ ৬) গুলামচু ৭) মংলেম৮) কুঞ্জরাজ ৯) বিধু ১০) খুরায় জয় অসিনচিংবা ।

মখোয় খরা অসিনা ইপোম লীলাগী নুপাগী শক্তম লৈবাক মীয়াম্না শকখঙনবা থোইদোক্লা লমদমসিদা মশক নাইবা কলাকারশিংনি। মখোয়শিং অসি নত্তবা ইপোম লীলাগীদমক্তা অইবা ইপোম লীলাদা নুপীগী শক্তম লাংবশিং খরসু লৈরি। মখোয় অদুদি ঃ-

১) ইনাওমচা

২) অচৌবী (খোংমন)

৩) চিরাং রনজিৎ

৪) ঙোঙোচা

৫) টিঃ কুল্লা শর্ম্মা

৬) ওইনাম বীজান্দো অসিনচিংবা।

ইপোম লীলাগী মপূং ওইবা শান্নবগী মওংসি ফাগিনা য়ূম্ফম ওইবা ঙাক্তনি। খরা অঙনবা মতমদা ব্রারীনা লীশাংশিংনা চত্থনরমদ্রবসু মমৈদা ইপোম লীলাবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা ব্রারী পরীং অমগী মখাদা নিয়ম নাইনা ফাগিগী ওইবা মওংদা শান্নরকই। ইপোম লীলা অসি মরুওইনা অয়েংবা ভাবোকশিং নোকহন্নবা ঙাঙন-শকনবনা লীলাগী পান্দম ওই। মতম অমদা নিংথৌকোন্দা ফাগি হৈবা কয়া নিংথৌগী নাক্তা তম্নরম্বা অদুগী মওংদগী লাকপনি হায়না লৌবদা থোইনা কায়দে। মতম অমদা শুমাঙ লীলাগী অরোইবদা মরাশি ফবা মীনা ফাগি কয়া তৌদুনা পোৎহাপ ওইনা হাপ্নরন্নবসু মতম খরগী তুংদা পার্টি নাইনা ইপোম লীলা লাকপদগী ব্রারী

পরীং নাইবা ইপোম লীলা শান্নরকখি। খুদম ওইনা মমীং পনবা য়াবা খরদং মখাদা পীজরি ঃ-

১) ইয়ানা ইচা পুস্রে

২) মংদা শেল থৌবা

৩) থাউ তৈরবা লীচৈ মরু

৪) সনা পাম্বী থাবা

৫) হুৎ-ফেৎ

৬) হীগায়ব্রা চীনগায়ব্রা

৭) লাইতং লৈমা হরাওবা

৮) হয়িংনা তল চাখ্রে

৯) থোক লীলা

১০) সনাগী খোনি থিবা — অসিনচিংবা।

মথক্তা পনজখিবা খরসিগী মনুংদা ইপোম লীলা হায়বসি তশেংনমক মপূং ওইবদি কলাকারশিংগী মখা য়াম্না পোল্লি। মরাশি ফবা কলাকারশিংতগী মগুণদগী ইপোম লীলা মীয়াম্না কৌনৈ, য়েংনৈ মরম অদুনা ইপোম লীলা অসি চাউবা, তোম্বী অমসুং বাবু অহুম্না মপূং ওইবা ইপোম লীলানি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই নীংই। ঙসি ফাওবদা মপূং ওইনা মণিপুরগী ফাগিগী লময়ানবা লৈবাক মীয়াম্না শকখঙনরবা কলাকারদি চাউবা, বাবু, তোম্বী অহুমনা মপূংনি। লৈবাক চাউই, মী য়াম্মী মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী মশা অমা ওইনা ঙসি ফাওবা লোয়নদুনা লাকমিন্নরবা ইপোম (ফাগি লীলা) অসি অফ-অফবা কলাকার কয়া শোয়দনা লাকখিগনি হায়বদা খক লাল্লোই।

## ২) নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি ঃ-

নুপীশিংতনা শান্নবা শুমাঙ লীলা মখল অদুবু নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি হায়না মীয়াম্না খঙনৈ। নুপীশিংতনা শান্নবা লীলা অসি অঙনবা মতমদা লৈরমদে, অদুবু য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা নুপীশিংনা নুপাগী শুমাঙ লীলাদা য়াওবগী ব্রারী ব্রাখোঙদি তাবা ফংই। মসিসু মরক মরক্তা য়াম্না তাঙনা খৃঃ কুমঃ ১৯১৮ দা থোকখিবা হরিশ্চন্দ্র লীলাদা শৈব্যা শাখিবী কলাকার অসিমক য়ূম্নাম অমুবী দেবী কৌই । মহাক অসি য়াম্না অঙনবা মতমগী

কলাকার অমনি হায়বা লৌবা য়াই।

*তশেংনমক নুপীশিংতগী ওইবা শুমাঙ লীলা পার্টি লিংখৎতুনা লীলা অমা মপূং ফানা শান্নবা হৌরকপদি খৃঃ কুমঃ ১৯৭৫/৭৬ অসিৱাইদা ওইগনি হায়বগী ৱারী ৱাখোঙ খরা অহল লমনশিংদগী ফংই। অহানবদা নুপীশিংনা শুমাঙ লীলা পার্টি অমা ওইনা হৌরকখিবগী ৱারী ৱাখোঙসি হৌজিক্কী হিংদুনা লৈরিবা শুমাঙ লীলা পার্টি কয়াগা উন্নদুনা ৱারী শান্নজরুবদগী মখোয়গী মত মতুংইন্না, নুপী শুমাঙ লীলা অসি খুঙ্গংগী লাই হরাওবগী লাই শুমাঙদা মতেক ওইনা মোইবাং কংলৈরোলগী ওইবা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইরগা লাই শুমাঙদা লাই থৌগন তৌনবদগী মমৈথঙদা নুপী শুমাঙ লীলা অমা ওইনা হৌদোবকখিবগী ৱাবী ৱাখোঙ কয়া ফংই।* [৬৭]

নুপীশিংতগী ওইবা শুমাঙ লীলা অসি খৃঃ কুমঃ ১৯৭৫/৭৬ তা হৌরকখিবদগী ঙসি ফাওবা থোইদোক্লা নুপী কলাকারশিংগী মরক্তা থোইদোক্লা শীংথাবা য়ারবা কলাকার কয়া পুথোক্লুনা ঙসিদি নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি কয়া খৃঃ কুমঃ ১৯৭৫ দগীনা ঙসি ফাওবদা চাউরাক্লা নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি ৩৯ রোম লৈরে। মখোয়শিং অদুদি ঃ-

১) কংজাবী মৈতৈ চনু আর্টিষ্ট কম ড্রামা এসোসিয়েসন
২) ওল মণিপুর উইমেন আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
৩) তুবী লৈমা নুপী শুমাঙ লীলা কম ড্রামা এসোসিয়েসন
৪) ইম্ফাল উইমেন আর্টিষ্ট ইউনিয়ন
৫) শগোলবন্দ শয়াঙ উইমেন্স আর্টিষ্ট এণ্ড কলচরেল এসোসিয়েসন
৬) কোংখাম লোয়া লাকপা শিন্দম শঙলেন
৭) চনুরা যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসন
৮) য়াংলেম লৈরক নুপী এসোসিয়েসন
৯) থিয়েটর উইমেন এসোসিয়েসন

---

[৬৭] তাকপিরকপা ঃ
১। ছইদ্রোম নিঙোল ঙাম্বী দেবী, শগোলবন্দ শলাম লৈকাই চহী ৭৭,
২। লাইয়েংবম ওংবী গম্ভীনি দেবী (থোংলেন শাবী) শিংজুবুং, চহী ৬২,
৩। সলাম ওংবী মুক্তাবলি দেবী (নোংবান শাবী) খুবাই সলাম্থোং, চহী ৪৯,
৪। চাওবী দেবী, হৈবাঙ্গোইথোং, চহী ৭৮

১০) উরিপোক শোর্বোন থিঙেল নুপী শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন
১১) আর্ট এণ্ড কলচর ড্রামাতিক ইউনিয়ন (মোইরাং)
১২) শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মৈতৈ লৈমা যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসন
১৩) মালোম তুলিহল অৱাং লৈকাই নুপী চাওখৎ থৌরাং লুপ
১৪। মৈদিংঙু খাগেম্বা নুপী শুমাঙ লীলা মরুপ
১৫। লাইনিংথৌ ঈশিং চাইবী নুপী থৌগল লুপ
১৬। শিব যাত্রা মণ্ডল
১৭। উইমেন ফোর কলচরেল সেন্টর
১৮। হৈরাঙ্গোইথোং ব্রেষ্ট য়াঙম নুপী এসোসিয়েসন
১৯। নিয়ু ড্রামাতিক ইউনিয়ন মালোম
২০। মোইরাং লৈরক নুপী শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন
২১। শগোলবন্দ উইমেন আর্ট এন্দ কলচর এসোসিয়েসন
২২। লোয়া লাকপা শিন্দম শঙলেন
২৩। মণিপুর উইমেন আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
২৪। ইম্ফাল উইমেন আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
২৫। শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক নুপী শুমাঙ লীলা কম ড্রামা এসোঃ
২৬। মোইরাং হনুবা চাওখৎ থৌরাং লমজিং লুপ
২৭। উরিপোক শোর্বোন থিঙেল উইমেন যাত্রা কম ড্রামা এসোঃ
২৮। ইষ্টর্ন যাত্রা এসোসিয়েসন
৩৯। মৈতৈ লৈমরোল থিয়েটর আর্ট পারফোর্মিং সেন্টর অসিনচিংবা।

নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি কয়া থোরক্কুনা মণিপুরী জাতি অসিগী ওইনা শুমাঙ লীলাদা নুপীশিংতগী ওইবা মফম অমা ঙসি ফাওবা কনবা ঙমলি। তশেংনমক নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি অসিনা নুপাগী পার্টিগুম মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীনবা থুংনা কোয়না চৎতুনা শান্নবগী মওংদি লৈতে হায়না লৌবা য়াই। মসিমক্তা তশেংনা কোয়না চৎতুনা শান্নদ্রবসু করি করিগুম্বা মতমদা মরক মরক্তা লৈকাই খুঙ্গংদা শান্নবসু য়াওই। ঙসি ফাওবা নুপী শুমাঙ লীলা পার্টিনা মীয়ামদা মপূং ওইনা শুমাঙ লীলা শান্নদুনা উৎলিবসি মোইরাং

কংলৈরোলগী ৱারীনা মপূংনি। তশেংনমক ফোকক্কী ওইবা লীলাদা অয়াম্বা শান্নখিবা ঙাক্কনি। করি করিগুম্বা মতমদা হৌজিক্কী সামাজিক লীলাসু খরমখৈ উখ্রে। মখোয়গী মনুংদা খরদং পনজরবদা ঃ-

১) অহিংগী হেল্লোয়
২) মতমগী থৌনা
৩) নুপীগী থৌদাং
৪) ঈগী শম্বল অসিনচিংবা।

তশেংনমক নুপী শুমাঙ লীলা ঙসি ফাওবা মপূং ওইনা মোইরাং কংলৈরোন্দা য়ূম্ফম ওইরগা শান্নখিবা শুমাঙ লীলা অমসুং সমাজগী লীলা কয়াগী মরক্তগীসু থোইদোক্লা নুপীলক্তগী নুপা শাবগী চঙখোল্লবী শক্তম খরা নুপীনা নুপা শাবদা তশেংনা মসিবু নুপারা হায়না ফাওবা হংনবা য়াবা অফ-অফবা কলাকার কয়া পুথোকখ্রে। মরম অদুনা নুপী শুমাঙ লীলা পার্টিগী মনুংদা বেষ্ট এক্টরগী মনা ফংবা কয়া লৈখ্রে। খৃ: কুম:১৯৭৫/৭৬ তগী ঙসি ফাওবা ২০০১/২০০২ ফাওবদা চাউরাক্লা নুপী শুমাঙ লীলা-কাঙলুপ্তগী লীলাগী লমদা অহানবা মনা ফংখ্রবা ২৭/২৮ রোম লৈখ্রে। লমসিদা খৃ: কুম: ২০০১/২০০২ ফাওবদা পূন্না লীলা ২৭/২৮ গী ডিরেক্টর কয়া পুথোকখ্রে। লোয়ননা তোঙান-তোঙানবা মনা মথুম কয়া ফংখিবগা ঈরোয়ননা মশক থোকপা কলাকার কয়া পুথোকখ্রে। মতৌ অসুম্না মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শীন্দুনা নুপীশিংতগী ওইবা লীলা পার্টি কয়াদা খৃ: কুম: ১৯৭৫/৭৬ তগী ঙসি ফাওবা লেপ্পা নাইদনা নুপী শুমাঙ লীলাগী অথোই অহেন তান্নবগী থৌরম পাঙথোক্তুনা নুপী মরক্তগীসু অফবা কলাকার পুথোক্তুনা কলাগী লমসিদা অনৌবা থৌনা কয়া পীরি। লোয়ননা *fellowship award* কয়া পীবীদুনা নুপীগী মফম অমসু কলাগী লমদা কন্দুনা থম্লী।

৩) ঈশৈ লীলা ঃ-

ঈশৈ লীলা হায়বসি খৃ: কুম: ১৯৭৬ কী মতমদা থোরকপা অনৌবা শুমাঙ লীলা মখল অমনি। মসিদা মপূং ওইবা ম্যুজিক অমসুং ঈশৈগী শরুক য়াম্না য়াওই। লীলা অমদা য়ামদ্রবদা ঈশৈ ১০/১১ শকই। লোয়ননা ঈশৈগী

যন্ত্র কয়া শীজিন্নদুনা ঈশৈনা মপূং ওইনা খল লূন্না উৎপা শুমাঙ লীলা মখল অমনি । ঈশৈ শকপা মতমদা নুপানা নুপীগী খোনজেল শাদুনা বেক গ্রাউন্দগী শকই। মদুদা কলাকারশিংনা অভিনয় তৌদুনা উৎলি । ঈশৈ লীলাগীসু ব্রারী মপূং লৈ । ডাইলোগনচিংবা অব্রায়-অখুম অদুমক শীজিন্নৈ । মপূং ওইনা ঈশৈ অমসুং ম্যুজিক য়াম্না য়াওবদগী অসিগুম্বা শুমাঙ লীলাগী মখল অসিবু ঈশৈ লীলা হায়না খঙনরকখি । অদুম ওইনমক লীলাগী মশান্না অহৌবা অমসুং অরোইবা শান্নবা মওংদা শুমাঙ লীলাগী কয়াৎ অমসুং চৎনবীগী মতুংইন্না শান্নৈ । খরদং খেন্নবা মওং অমনা শুমাঙদা হৌবদা থ্বাজ অমসুং বৈঠাগী মহুত্তা ঈশৈ লীলাদনা অয়াম্বা মতমদা লীলা পার্টি অদুগী ওইনা তোঙান তোঙান শৈহৌ ঈশৈ অমনা লীলা হৌই । মরম অদুনা ঈশৈ লীলাগী খেন্নবা মশক অসি তাকপা নুংঙাইনবা হায়দুনা হান্নগী শুমাঙ লীলাবুনা ডাইলোগ লীলা হায়না খঙনখি। লোয়ননা লীলা অসিবু য়েংলিবা ভাবোকশিংনসু ঈশৈ লীলা হায়বা য়াদুনা অদুমক লাকখি ।

ঈশৈ লীলাসি মতৌ করম্না হৌরকখিবনো হায়বগী মতাংদা চপ চানা হায়বা লুনা থোকই । মদুম ওইনমক লীলা অসিগী মওং অমসুং মতমদুগী ফিভমনচিংবা মরম কয়া নৈনরবা মতুংদা ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি ঈশৈ লীলা হায়বসি মহৌশা চম্বরকখিবা শুমাঙ লীলা অদুদগী করিগুম্বা অনৌবা অহোংবা অমা পামদুনা শেমখিবা মওং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মসিগা লোয়ননা ঈশৈ য়াম্না হাপচিন্দুনা ভাবোকশিংদা কূম্মৈগী শরুক অসি হেনগৎহন্দুনা অনৌবা তোপ-তোপ্পা মহাও অমা পীবা পাম্বগী ব্রাখল্লোন্দগী শাগৎলম্বসু য়াই । মৈতৈগী ভাবোকশিংসি মহৌশাদগী ঈশৈ নোংমাই পামজবা জাতি অমা ওইনা লাকপা মরম্না ঈশৈনা অয়েংবা ভাবোকপু নুংঙাইহনবা ঙমগনি হায়বসি থাজবদগী অনৌবা লীলা মওংসি শেমলকখিবা ওইরম্বা য়াই । অমবু ওইরবসু মতমদুদা কৈশাম্পাৎ থীয়াম লৈকাইদা লৈবা মমীং চৎলবা কমেদিয়ান হুইরেম মংলেমনচিংবা মাগী কাঙবুনা লৈকাইগী লাই হরাওবনচিংবা থৌরমশিংদা কৃষ্ণ বাল্য লীলা হায়দুনা মীয়াম নুংঙাইনবা নোক্লনবগীদমক্তা তৌবা কূম্মৈ মখল অমা মতম খরা চৎনরম্মী। হায়রিবা ঈশৈ নোংমাইনা মপূং ওইনা য়াওবা ফাগিগী কূম্মৈ অসি উরুবদগী অমসুং তারুবদগী হীয়াঙথাংদা লৈবা শুমাঙ লীলাগী অইবা অমসুং ডিরেক্টর ওইরিবা

হীয়াঙ দেবেন হায়না শকখঙনবা অইবসিনা অহানবা ওইনা মণিপুরদা ঈশৈ লীলা অসি শেন্নকখিবনি হায়বসি মতমদুগী কলাকার অমসু ওইরিবা মুতুম লুখোই (প্রেমান্দ) অমসুং অইবা অহৈবম দেবেন অনীগী মফমদগী ফংই।

> *খৃ: কুম: ১৯৭৬ কী জুনগী তাং ২০ দা অহানবা ফোঙবা লীলানি। মতমদুদা শান্নখিবা শ্রীহীয়াঙ দেবেন্না ইবা থাদোই হায়বা খন্বা থোইবীগী ব্রারীনা মপূং ওইবা শুমাঙ লীলা অসি মণিপুরগী ইহান হানবা ঈশৈ লীলানি হায়না লৌবা য়াই। থাদোই হায়রিবা ঈশৈ লীলাসি মোইরাং কংলৈরোনগী খন্বা থোইবীগী ব্রারীগী মনুংদগী মতাং অমা লৌখৎতুনা শান্নখিবা লীলানি। মসিদা য়ুম্ফম ওইরগা অইবনা ঈশৈ ১০/১১ মতমদুগী ফোক অমসুং মতমগী ঈশৈগী শৈশক য়ান্নদুনা শান্নখিবা লীলা অমনি। [৬৮]*

থাদোই হায়বসি হীয়াঙথাংগী কামখ্যা সঙ্গীত মন্দলনা চহী ৫/৬ লোম মণিপুরগী মফম কয়াদা কোয়না চৎতুনা শান্নখি। লীলা অসি মতম অদুদা অনৌবা মখলগী শক্তম অমা ওইবদগী মৈতৈ লৈবাক্কী শুমাঙ লীলাবু পামজবা মীয়াম্না য়াম্না পাম্না কৌনখিবা লীলা অমনি। থাদোই হায়বা শুমাঙ লীলা অসি অনীশুবা শরুক ফাওবা শান্নখি। অনীশুবা শরুক ১৯৮২ অদুব্রাইদা অমুক নৌনা শেমদোক্লগা মমাঙগী লীলাদগী হেন্না মওং তাবা মখল ওইনা উৎখি। থাদোই হায়রিবা শুমাঙ লীলা অদুদা শরুক য়াখিবা কলাকারশিংদি ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | খন্বা | - | শরাংথেম নবকিশ্বর |
| ২) | শৌরা | - | হিয়াঙ দেবেন (Script Writer) |
| ৩) | তোরো শাবা | - | মুতুম লুখোই (প্রেমান্দ) |
| ৪) | নোংবান | - | হিজম মনিমুহোন সিংহ |
| ৫) | নাইজহনবা | - | য়ুম্নাম ইরাবোত অমসুং বীরেন্দ্র. |
| ৬) | তাতোন | - | শগোলশেম ইন্দ্রমনি |
| ৭) | চীংখুবা | - | লোইতোংবম ইবোহল (ডিরেক্তর) |
| ৮) | সেনু | - | হুইরেম দোরেন্দ্র |

[৬৮] তাকপিরকপা

১। অহৈবম দেবেন সিংহ, হীয়াঙথাং (Script Writer) চহী ৪৮

২। মুতুম প্রেমানন্দ (লুখোই), হীয়াঙথাং (কলাকার) চহী ৪৭

৯) তম্পাকয়ুমহঞ্জবা - য়ুম্নাম ইরাবোত সিংহ
১০) থোইবী - লোইতোংবম বিমোচা সিংহ (অঙৌচা)
লীলা তম্বীবা - লোইতোংবম ইবোহল সিংহ

ঈশৈ নোংমাইদা ঃ-

নুপা খোঞ্জেল - শগোলশেম জ্ঞানেশ্বর
নুপী খোঞ্জেলদা - তোম্বা
তবলা - নোংথোম্বম দেবেন্দ্রো
গীটর - মুতুম ইঙোচা অসিনচিংবা।

থাদোইগী মতুংদা য়াম্না নক্না ঈকান কান্নদনা চহী অদুমক্তৌদা শেকমাইজিনরোমদগী *থাম্না* পার্টি হায়বা অমা ঈশৈ নোংমাইনা মপূং ওইবা ঈশৈ লীলা অমসু লাকখি। হায়রিবা লীলা পার্টি অদুদা কুমখিবা কলাকারশিং ঃ-

১) লৈহাউথাবম জয়কুমার শর্ম্মা - ফ্লাস কুমার শাবা
২) শ্যামচরন - কান্ত শাবা
৩) গিরানি - শান্ত শাবা
৪) মুহিন্দ্রো - ফ্লাস কুমারগী মপা শাবা
৫) জুগিন্দ্রো - ব্রোজেন
৬) ইবোয়াইমা -
৮) হুইদ্রোম ইঙোচাবী সিংহ - থাম্না শাবী
৯) শগোলশেম খোংনেম - বালা শাবী

ঈশৈ নোংমাই ঃ-

নুপা খোঞ্জেল - রাজেন কোঞ্জেংবা
নুপী খোঞ্জেল - হবোয়াহমা
পূং - দিনমনি
গীটর - তোম্বা [৬৯] অসিনচিংবা।

ঈশৈ লীলাবু মীয়াম্না খরা খরা পাম্নরকখি। মথং মথং ওইনা ঈশৈ লীলাগী পার্টি কয়া থোক্লরকখি। খৃঃ কুম ১৯৭৮ দগী হৌনা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলদা ঈশৈ লীলা অসি তোখায়না চাংয়েংনবদা য়াওবা হৌরকখি। ঙসি ফাওবদা ঈশৈ লীলা য়াম্না থব্রায় য়াওনা শাম্নরিবা লীলা পার্টি শরদি ঃ-

[৬৯]অৱাপিবকপা: ১. হুইদ্রোম ইঙোচবী, ব্রাবগাহি, (থান্নাশাবী) চহী ৪৯, ২. রাজেন সিংহ, সেকমাইজিং (কলাকার) চহী ৪৬

১) কমাখ্যা সঙ্গীত মণ্ডল (হীয়াঙথাং)
২) নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
৩) ব্রার্ল্ড আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
৪) জুপিটর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
৫) পান্থোইবী সঙ্গীত মণ্ডল, (য়ুরেম্বম)
৬) বীর টিকেন্দ্রজিৎ আর্টিষ্ট ইউনিয়ন
৭) পান্থোইবী যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসন, (য়ুরেম্বম)
৮) মণিপুর কো-আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
৯) সুর মন্দির
১০) ডেডিকেটেদ ব্রার্ল্ড আর্টিষ্ট ইউনিযন
১১) লিভিং ওপেরা
১২) ইম্ফাল আর্টিষ্ট ইউনিয়ন
১৩) সনালৈবাক নাচোম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
১৪) য়াইফকোল আর্টিষ্ট এসোসিযেসন
১৫) পাখংবা আর্টিষ্ট ইউনিয়ন
১৬) পিচ মেকর আর্টিষ্ট এসোসিযেসন
১৭) শঙাই আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন
১৮) লমজিংবা আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন অসিনচিংবা ।

হৌজিক ফাওবদা ঈশৈ লীলা অসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরিবা শুমাঙ লীলা মখল অমনি । মহৌশাগুম ঈশৈগী মশীংদি য়াম্না হম্থরে অদুগা ম্যাজিক্কী শরুক্তদি মতমগী য়াওন মতুংইন্না যাম্না হেনগৎপা থেংনৈ । ঈশৈ লীলাদা শরুবিবা ঈশৈশিং অসি হৌজিক্কী আধুনিক ঈশৈগী মওং ঙাক্তনি । মরুওইনা ঈশৈ লীলা অসি সিনেমাগী ঈশৈ শৈশক সুর তাল কয়া লৌদুনা শীজিন্নে । মসিগা লোয়ননা মরম্নাইগী ওইনা লেংবা ঈশৈ মখল কয়াসু শকই । ঈশৈ লীলা অসি অহানবা মতমদা ডাইলোগ লীলা হায়না খঙনরিবা লীলাগী মতৌগুম বেষ্ট প্লে খনবগুম ঈশৈ লীলাগী মনুংদা খৃ: কুম: ১৯৮০ দগী ঈশৈ লীলা চাংদম্নদুনা তোঙান তোঙানবা মনা মথুম পীনরবসু ঈশৈ লীলাগী ওইবা ঈশৈ ময়েক ইবগী বেষ্ট লিরিক্সকী মনা পীবদি খৃ: কুম: ১৯৮৮ দা বেষ্ট লিরিক্স পীখিবসিনা

অহানবনি । চহী অসিদা বেষ্ট লিরিক্স শশীকুমার য়ুরেম্বমনা ফংখি । চহী অসিদগী হৌদুনা মথং মথং বেষ্ট লৈরিক্সকীদমক তোঙানবা মফম অমসু ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চখরকখি।

মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী মশক অসি মখল মথেলগী শকলোন্দা শুমাঙ লীলাগী মশক কয়া থোক্লা উবা ফংই । মদুদি ডাইলোগ লীলা, ঈশৈ লীলা, ইপোম লীলা, অমসুং নুপী শুমাঙ লীলা, অদুবু পূম্নমক অসি মপূংদদি শুমাঙ লীলাগী তোঙান তোঙানবা শকলোন ঙাক্তুনি । খৃ: কুম:১৯৯৬ তগী হৌনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শীনবা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলদা মহৌশা ঈশৈ লীলা অমসুং ডাইলোগ লীলা হায়না অনী থোক্লা খায়দোক্লম্বদু তোক্তুনা ঈশৈ লীলাবু শুমাঙ লীলাগী কাঙলুপ্তা চনবা হৌখি ।

ঈশৈ লীলাবু তোঙাল্লম্বদগী পূনশিন্দুনা অমতা ওইনা লাকখিবসি শুমাঙ লীলাগী ইতিহাসতা অনৌবা পন্দুপ অমা লাকপনি হায়না লৌবা য়াই। ঈশৈ লীলাদা ঙসি ফাওবা মমীং চৎখিবা লীলা খরা মখাদা পীজরি ঃ-

| নম্বর | লীলা মমীং | অইবা | শোক |
|---|---|---|---|
| ১) | নঙতনিকো ইমৌনুপী | রুপচন্দ্র ঘোস | ১৯৮৬ |
| ২) | চীংগী ঈচল | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৮৭ |
| ৩) | তমগী ইবুং | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৮৭ |
| ৪) | ঈ থক্লবা কংলাশা | রাজেন তোইজাম্বা | ১৯৯১ |
| ৫) | কলা বাজার | জি বি শর্ম্মা | ১৯৯২ |
| ৬) | নুংশিবৈ চৈনাখোল | রাজেন তোইজাম্বা | ১৯৯২ |
| ৭) | ঈখেংলক্তা মোমোন মীনোক | এন জি মোহেন | ১৯৯৩ |
| ৮) | থব্রায়গী তেংথাখোল | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৮৯ |
| ৯) | ঈ তৈরবা পৃথিবী | কিরন মৈতৈ | ১৯৯৪ |
| ১০) | মৈরীলক্তা | জি বি শর্ম্মা | ১৯৯৪ |
| ১১) | লুপা অনী | জিবন হৈস্নাম্বা | ১৯৯৪ |
| ১২) | মীরাওখোল | এন জি মোহেন | ১৯৯৪ |
| ১৩) | ব্রাকচীংগী নোং | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৪ |
| ১৪) | কপ্লবা মালেম | হীয়াঙ দেবেন | ১৯৯৪ |
| ১৫) | শরূ মপৈ | রাজেন তোইজাম্বা | ১৯৯৪ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৬) | চৎলেদো ঐখোয় নখোয়গী হয়েংগীদমক | গুনচন্দ্র শর্ম্মা | ১৯৯৭ |
| ১৭) | মীহাৎপৃংগী লৈঙাকলোন | প্রফুল্লো সিংহ | ১৯৯৮ |
| ১৮) | পোষ্ট মোরটেম | ডিনেশ তোংব্রম | ১৯৮৯ |
| ১৯) | ইঙাগী পুর্ণিমা | ইবোমচা লাংপোকলাকপম | ১৯৮৮ |
| ২০) | অখুনবা তখেল্লে | এন জি মোহেন | ১৯৮৭ |
| ২১) | ওলাংথাগী লৈবাকলৈ | শশীকুমার য়ুবেম্বম | ১৯৮৭ |
| ২২) | কাঞ্চি আশ্রম | হীয়াঙ দেবেন | ১৯৮৮ |
| ২৩) | ঐসু তুং ইল্লক্কে | জি বি শর্ম্মা | ১৯৭৮ |
| ২৪) | কৈদৌঙৈ লাক্কনি তামোচা | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৮৯ |
| ২৫) | ত্রিবেনী শঙ্গম | গৌববিধু শর্ম্মা | ১৯৯৫ |
| ২৬) | ঈগী মহাও | ডিনেস তোংব্রম | ১৯৯১ |
| ২৭) | কৈশামথোং খোইবী | চানা লুখোই | ১৯৯৮ |
| ২৮) | সংসারসি কনাগীনো | ডিনেস তোংব্রম | ১৯৯৬ |
| ২৯) | স্বর্গগী গুলাপ | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৮৬ |
| ৩০) | নোংমা হায়গে | জিবন হৈস্নাম্বা | ১৯৯৫ |
| ৩১) | ঙসিগী মণিপুর (১বা শরুক) | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৫ |
| ৩২) | তোর্ব্বান ব্রাংমা | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৬ |
| ৩৩) | মৈরা পায়বী | গুনচন্দ্র শর্ম্মা | ২০০২ |
| ৩৪) | নুংশি মপাও তাদ্রবসু | নবকুমার | ২০০২ |
| ৩৫) | নিঙোল চাক্কৌবা অসিনচিংবা | রনজিৎ নিংথৌজা | ২০০২ |

মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী য়াওন্দা তোঙান তোঙানবা মশক কয়া মতমগী মতুংইন্না হোংখ্রবসু মমাঙঙৈগী অঙনবা মতমদগী লাকখিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অদু ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা লাকল্লি। মতৌ অসুন্না মণিপুরগী শুমাঙ লীলাসি মমাঙঙৈদগী লেপ্পা নাইদনা মতমগী হোংলকইবা য়াওনগা ঈরোয়ননা মথং মথং চাওখৎলকপা মশক অমা ঐখোয়না উরি। ❑

অষ্টমশুবা পন্দুপ

## শুমাঙ লীলা শান্নবা অমসুং উৎপা

শুমাঙ লীলা হায়বসি ফোক থিয়েটর অমনি। মসি মতোমতা মপূং ফাজরবা কলাগী মওং অমনি। শুমাঙ লীলা অসিগী শান্নবা অমসুং উৎলকপদা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা কয়াৎ, পরীং, চৎনবী, মওং মতৌ কয়া তোঙানবা লৈজে। হায়রিবশিং অসি মখাদা নৈনরি ঃ-

১। শুমাঙ লীলা শান্নফম ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি মরুওইনা শুমাঙদা ঙাক্তা মপূং ওইনা শান্নে। মরম অদুনা লীলা অসিগী মমীংবু শুমাঙ লীলা কৌনরম্বা য়াই হায়বগী ব্রাফম অনীশুবা পন্দুপতা পনখ্রে। অদুবু করিগুম্বা মতমদা শুমাঙ নত্তবা জগাদসু লৈকাইগী বামোন মাগুব, অচৌবা মীয়াম পূনবা য়াবা শঙ্গোয়, খুলদুগী অপূনবা ওইবা য়াবা লমহাং অসিনচিংবা খুদোংচাবা য়েংদুনা শুমাঙ লীলা শান্নে। মপূং ওইনা মৈতৈগী য়ূম ওইবা তোঙানবা শুমাঙ অমমম লৈনৈ, মসি মৈহৌরোন্দগী ঙসি ফাওবা চৎনরক্লি। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা অসি মতম অয়াম্বদা শুমাঙদা শান্নবনা মৈতৈগী অঙনবা মতমদগী চৎনবী ওইরকখি। হৌজিকসু শুমাঙ শুমাঙদা শান্নরি। অদুমকপু করিগুম্বা মতমদা অখন্নবা ষ্টেজ ওইনা শেমদুনা শান্নবসিসু চৎনৈ। অদুগা শুমাঙ লীলা চাংদম্নবগী তঙাইমক ফদনা ষ্টেজ শাবগী চৎনবী অসি ঙসিদি লৈরে।

মৈতৈগী শুমাঙ ঃ-

মৈতৈগী শুমাঙ অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি। মৈতৈ ঐখোয়গী য়ূমশারোলগী মতুংইন্না শুমাঙ-থেলোং হায়বসি থওইনা খাক্তুনা থমনৈ। অসিগুম্বা শুমাঙ অসিদা ইমুং অমগী হরাও-কূম্মে, উৎসব মেলানচিংবা পূজা পূম্নমক পাঙথোকনৈ। মৈতৈগী য়ূম লিংবগী সমাজদা য়ূমজাও পরেং পরেং শারগা য়ূমদুগী মমাঙদা লৈরিবা শুমাঙ মখে শম্নহন্দুনা পরেং শানা লৈবসি চৎনৈ। অসিগুম্বা শুমাঙশিং অসিদা হরাও-কূম্মে, থাবল চোংবা, লীলা ফলানচিংবা তৌনবসি মহৌশাদগী চৎনরকই। তৌইগুম্বসুং অথাপ অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদদি ঙসি ফাওবা চৎনরি।

**অসিগুম্বা শুমাংগী মরমদা শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখরনা হায় ঃ-**

*শুমাং হায়বসি য়ুমগী মমাংদা লৈবা মফম অমনি হায়বসি খংনরবা ব্রাফমনি। অদুম ওইনমক হীরম অসিদা খরদং নৈনবা কান্নগনি হায়না নীংই। ঈথোল অমদা য়ুম্ফম মাপল লৈ। মদুদি ১. ফিরাল য়ুম্ফম ২. মৈখু য়ুম্ফম ৩. নোংশা য়ুম্ফম ৪. লমহূই য়ুম্ফম ৫. তম্ফা নৎত্রগা শল য়ুম্ফম ৬. লংজা নৎত্রগা লোলা য়ুম্ফম ৭. শামু য়ুম্ফম ৮. ক্বাক য়ুম্ফম ৯. শঙ্গায় য়ুম্ফম অসিনি। মৈতৈগী অহল লমনশিংনা শঙ্গায় য়ুম্ফম অমদি তম্ফা য়ুম্ফম অনীমক শোক্লা য়ুম শানৈ। য়ুমগী শূম অনীগী মমাংনি হায়দুনা শুমাং হায়না কৌই।*

*নমু তাইবং মীগী থব্রায়না সূপ্পা মাংখি হায়দুনা লমলেন মাগী মমিংবু শামু শুমাং কৌনৈ। নমু তাইবংগী অশিবা শমু হকচাংনা লোংনা খেন্দুনা লৈ হায়বগী লমদম মাবু খেলোং কৌই। তুলসী পূংগী মখা থংবা শরুকপু হায়বদি খাঙেনফম্বু খেলোং কৌই। মরম অদুনা মৈতৈনা শুমাং খেলোং অসুম্না হায়না শীজিন্নৈ। ব্রাহে অনী অসিনা পূল্লগা শুমাং হায়না খংনৈ। [৭০]*

শুমাং লীলা অমগী শান্নফম অসি ভাবোক্লা ঈকোয় কোয়শিনবা শুমাং ময়ায়দা অহাংবা শরুক অমদা লীলা উৎলি। মসি চাউরাক্লা ফুট ১৩/১৩ দগীনা ১৬/১৬ পাক চাউবা মফমনি। মসি শুমাং ওইবা য়াই, লমহাং ওইবা য়াই, মাগুব ওইবা য়াই, করিগুম্বা মতমদা শুমাং লীলা ফেষ্টিভেলগুম্বা অচৌবা মফমদদি ফুট ১৮/১৮ দগী২০/২০ ফাওবসু তৌনৈ। হায়রিবা শান্নফম অসিগী খা নোংচুপ তাইনবা নৎত্রগা অব্রাং নোংচুপ তাইনবা মফমদা লীলাগী ফি-শেৎফম ( green room) থম্বা অসি চৎনৈ। অতৈ মায়কৈশিংদা থম্নদে। শম্না হায়রবদা অব্রাং নোংচুপ্তগী খা নোংচুপ ফাওবগী মরক্তা লীলা ফি শেৎফম থম্বগী চৎনবী লৈ। লীলা তৌফম শুমাংগী ময়ায়দা উ নৎত্রগা ব্রানচিংবা য়ুংলগা মৈ থানফমগীদমক শেমনৈ। অদুগা চৎনবী অমা ওইনা কৈরাক শূক্লচিংবদি থাউমৈ থানবগী পোষ্ট ওইবা তৌনদে। শুমাং লীলাগী মৈ থানফমদি মরুওইনা শুমাং ময়ায়দনি। মসি পেত্রোমেক্স, হেন্দ লেম্প নৎত্রগা ইলেক্ট্রিক থাউমৈনা ঙান্না থান্নৈ। শুমাং লীলা অসি করি করিগুম্বা মতমদা অহাংবা লমহাংদা শান্নবদগী নোংনচিংবা তারকপা মতমদা

[৭০] কনানা কনানো? ১বা শরুক খুলেম চন্দ্রশেখর, অল মণিপুর শুমাং লীলা এসো:, ১৯৭৭, লা: ১১

শুমাঙ মাঙ্গবনচিংবা মফমদা শান্নবদা খুদোং চাদবদগী তঙাইফদবা মতাংদা শঙ্গোয় অচৌবা, শঙ্গোয়গী মনুংদা লীলা শান্নবা য়াওই। অদুগা ভাবোকশিংনা অতৈ অতৈ অহাঙবা মফমশিংদগী লীলা য়েংনবা কয়া য়াওই।

শুমাঙ নত্তনা লীলা উৎফমগী ময়ায়দা মন্দোপ্লি/মন্দির পূজা হায়দুনা হৈরুক পাননচিংবা পূজাগী পোৎলম খরসু থানৈ। মদু থান্নদ্রবদি লীলা হৌনদে। শুমাঙদা শান্নবদি মদু তুলসিবোঙগী ময়াদা মন্দির পূজা থানৈ। তুলসিবোঙ লৈতবা মফমশিংদদি লীলা শান্নগদৌরিবা মফম অদুগী ময়ায় চপ চানা পূজাগী পোৎলম থাবা তৌনৈ। শুমাঙ লীলাগী থোরকফম খা নোংচুপতগী অৱাং নোংচুপ ফাওবগী মনুংদা ওইনখ্রবসু লীলা য়েংবা ভাবোকশিংনা ফম্নবগীদমক্তা অয়াম্বা শুমাঙদা মাঙ্গবতা লমহাংদা শান্নজরবসু লীলাগী ভাবোকশিংগীদমক ফমফম অসি লীলা শান্নরিবা মফম অদুগী শরুক তঙ্খাই অমদি নুপীশিংগী শরুক ওইনা থম্লে। মদুবু ওইথংবা অৱাংগী শরুক্তা ওইনা থম্বা অসি ঙসি ফাওবা চৎনরি। মতাং অসিদা করিগুম্বা শুমাঙ লীলা শান্নফম অদুদা ফুট ৬০/৭০ রোমদগী তাদনা ফিশেৎফম লাপ্না থম্বা চৎনৈ। মরমদি শুমাঙ লীলা হায়বসি ঙসি ফাওবদি মীয়াম্না কা হেন্না পাম্নরিবা মরম ওইবনা অমা হেক শান্নবদা য়ামদ্রবদা ভাবোক লীশীংগী মথক্তা তিনবগী চৎনবী লৈরি। মরম অদুনা ফি শেৎফম অসি লীলা শান্নফমদগী খরা থাপ্না থম্নবনি। শুমাঙ লীলাদি মায়কৈ মরিমক ভাবোক্লা ঈকোয় কোয়শিনবা মফমদা শান্নবনি। মরম অদুনা ভাবোক্কী মরক্তা ফি শেৎপা অসি চৎনদে। অদুগা *proscenium theatre* গীনা মায়কৈ অমখক্তা ওই। শুমাঙ লীলাদি অহাঙবা মফমনি। মায়কৈ খুদিংমক্তগী ভাবোক্লা য়েংনবগী খুদোংচাবা ফংই। করি করিগুম্বা মতমদা মী য়াম্না তিনবা ওইবনা উবা ফংদবদগী উ-ৱাদা কানদুনা ফাওবা য়েংবা য়াওই। সহরদগী খরা থাপ্না মফম খরদদি ইরোই তোংদুনা লাক্লগা শুমাঙ লীলাসি য়েংনবা য়াওই। মতমগী হোংলকপা য়াওনগী মতুংইন্না ঙসিদি শুমাঙ লীলাগী শান্নফম অসি খুঙ্গংগী অচৌবা লৈকাইগী মাঙ্গব, কম্যুনিতি হোলনচিংবা মফমদা য়াওরে। মরম অদুনা মীয়াম মপূং ফানা উবা ফংনবা শুমাঙ লীলাগী ষ্টেজ শানদুনা লীলা তৌবসি য়াম্না কম্না চৎনরক্লি। করি করিগুম্বা মতমদা লমহাংদা ষ্টেজ শাদুনা শান্নবসি হৌজিক্কী মতমদা চৎনবী অমা ওইনরে।

## ২। শুমাঙ লীলাগী ফি শেৎফম (green room) ঃ-

কবিগুম্বা শুমাঙ লীলা অমা শান্নরবদি মদুগীদমক্তা ফি শেৎফম অমা শোয়দনা থম্বা অসি ঙসি ফাওবা চৎনরক্লি। হায়রিবা ফি শেৎফম অসি মাঙ্গোল, ইমুং নৎত্রগা মচী-মরুমদা খাজিন্দুনা ওইনৈ। শুমাঙ লীলা অদুগীদমক্তা ফি শেৎফম অদু তঙাইফদনা লীলা শান্নফমদগী য়াম্না লাপ্তনা থম্বা চৎনরি। লীলা ফি শেৎফম অসি কবিগুম্বা খরা শোয়দনা খাজিনগনি। লীলা য়েংবা লাক্লরিবা ভাবোক্লা ফি শেৎফম অসিবু উদনবা হোৎনবসি মৈতৈগী শুমাঙ লীলাগী মৈহৌরোন্দগী ঙসি ফাওবা চৎনরক্লি।

লীলা ফি শেৎফম অদু তঙাইফদনা য়ামদ্রবদা ফুট ৮/৮ গী মফম অমা থম্বা চৎনৈ। মসিদা ফক মরি, ঈশিং বালতিন অমা, অতৈ লম অদুগী/ মফম অদুগী লীলা লীলাগী অচঙবা পোৎচঙ থাউ, মিংশেল শমজেৎ ফদি (টাওয়ল) নচিংবা লীলা ফি শেৎফমদা পীনবা চৎনৈ। শুমাঙ লীলা ফি শেৎফম অসি শান্নফমগা চাউরাক্লা ঙসি ফাওবা ফুট ৬০ দগী ৭০ ফাওবা লাপ্লা, মফম মতমগী য়েংদুনা লীলা ফি শেৎফম থম্মে।

লীলা পার্টিনা লীলা শান্নফম য়ৌরবা মতমদা মখোয়না ফি শেৎফম অসিবু য়াম্না লুনা লৌই। মসি মমাঙঙৈদগী ঙসি ফাওবা চৎনরি। লীলা পার্টিনা মখোয়গী ফি শেৎফম হেক ফংবগা ইহান হানবদা ফমেনগী ফক হাম্না থাবা হায়বসি মহৌশানি। লীলা পার্টিনা খুল অদু, লৈকাইদু হেক য়ৌবগা খুলদুগী নৎত্রগা লৈকাইদুগী মীশক অমদা হংনৈ, খুল অসিবু করি লাইনা কোন্দগে ? মদু খঙলবদা লীলা পার্টি মীশক অদুনা খুরুমজবা অসি চৎনৈ। অদুনা লীলা পার্টি অদুনা মখোয়গী ফমফম মরি অদু মায়কৈ মরি শুনা থারবগী মতুংদা অশেংবা ঈশিং খরনা ফি শেৎফমগী ময়ায়দা খরা খিকঃতোকপা ব্রাই তৈথোকপা চৎনৈ। অদুগা মফম অদুদা কবোক হৈবোক খরা কৎচদুনা খুল অদুবু, লমদমদুবু, লৈকাইদুবু কোনবীরিবা ঈশ্বরদু খুরুমজদুনা থৌনিজবা অসিসু চৎনৈ। ময়ামসু পূন্না খুরুমনৈ।

ঙসাই ফি শেৎফমগী ফক থাবগী মনুংদা ফমেনগী ফক অদুগী মথক্তা অতৈ অতৈ ফক অমত্তনা ননশিন্দুনা থাবসি চৎনদে। অদুবু করিগুম্বা ননশিন্নবা য়াওরবদি মদু অনম চুই হায়না লৌনৈ।

মফম মতমনা য়াদবদগী শোক্নদবা য়াদবা মতাং লাক্লবদি ফমেন ফক অদুনা অতৈ ফকশিংগী মথক্তা ননশিন্দুনা থানৈ। অদুগা মনীং থংবা শরুক অদুবুনা লীলা অদুগী নুপী শাবীশিংগী ফমফম ওইগনি। নোংপোক থংবা ফক অদুনা মপূং ওইবা হিরোনচিংবা কলাকারশিংগী ফমফম ওইগনি। অব্রাংদা লীলাগী অতৈ supporting কলাকারশিংগী ফমফম ওইগনি। ফমেনদুদি লীলা পার্টি অদুগী খ্বাইদগী অহল ওইবশিংনা থৌবুরেলনচিংবা ওজা ডিরেক্টরনা ফমগনি। অসুম্না কলাকারশিং অদু ফম্মিম্নবা মতমদসু অহল নহা য়েৎ ওই য়েংনা ফম্বা অসি চৎনৈ। কলাকারশিং অসি অমনা অমবু য়াম্না ব্যবহার তৌনবসি কলাগী মচৎ অমনি। অসুম্না কলাকারশিং অদু মাগী মাগী লীলাগী ফিজেৎ শেৎনগনি। মখোয়না লীলা অদুদা চঙনগদবা পোৎলম খুদিংমক অয়াম্বা লীলা পার্টিনা পুদুনা লাক্লগনি। অতৈ মচা মশু খরনা লীলাদুবু কৌরিবা লৈকাই/মীশকশিংনা পোৎচঙশিং পীবা অসি চৎনৈ। মদুদি থাউ অহিংবা খরা, মিংশেল মরি, শমজেৎ মরি, ঈশিংনচিংবা পুথোক্লুনা পীনগনি। করিগুম্বা মতমদা তঙাইফদনা লীলাগী মচাক কয়াসু লীলা পার্টি অদুগা হায়নরগা তেঙবাংনবসি চৎনৈ। মদুদগী ফিশেৎপা হেক লোইবগা কলাকারশিংদুনা লীলা শোয়-ঙামদনবা ঈশ্বর নীংদুনা তুমিন-তুমিন মফম মতম পূংফম ঙাইনদুনা লৈনৈ। লীলাদুবু কৌরিবা মীশক লৈকাইদুগী অহলশিংগী অয়াবা লৌরগা লীলা হৌগনি।

৩) লীলা হৌবা থৌরম ঃ-

শুমাঙ লীলা অমা শান্নদ্রিঙৈগী মমাঙদগী খুল লৈকাইগী মীয়াম পূম্নমক অয়ুক্কুগী হৌনা থৌরাং তৌনৈ। মী পূম্নমক বার্ত্তন তৌবগী দরকার ওইদ্রে। মরম অদুনা লীলা হৌগদবা য়াম্না ৱাৎলিঙৈদগী য়ুমগী নুপী অঙাংশিংনা য়াম্না ঙন্না ঙন্না লাক্লদুনা মাগী মাগী ফম্নবগীদমক্তা ফক, ফাল, মোরানচিংবা ফিদা য়ুম য়ুমদগী পুদুনা লীলা য়েংবা লাক্লে। অহানবা লাকপনা মাঙদা ফম্লে। লীলা হৌগদবা পূং ৩/৪ ফাওবা ফমদুনা য়াম্না ৱানা লীলা হৌবা ঙাইনবা কয়ানি। মরমদি ফমফম মফম মতমগী খুদোংচাবা ফংনবগীদমক্কুনি। শুমাঙ লীলা শান্নগনি হায়রবদি চাকঙন থোংনৈ। শুমাঙ লীলাগীদমক্তা খুল/লৈকাই হুপ্পা শরুক য়ামিন্নৈ। শুমাঙ লীলাদি তশেংনা ফোককী চপ চাবা মশক অমনি। মদুমক্লা খুলগী লৈকাইগী নুপী অঙাং অহল য়াওনা য়েংমিন্নৈ, হরাওমিন্নৈ। শুমাঙ লীলা অসি মপূং ওইনা নুমিদাংদা শান্নবনা খ্বাইদগী হেন্না কলাকারশিংনা

পাম্নে। অদুবু হৌজিক্কী অয়ুক পৃং ৯/১০ দগী হৌনা লীলা শান্নবদুনা নুমিদাং ২/৩ ফাওবা লীলা শান্নবা চৎনরে। লীলা পার্টি অমনা নোংমদা লীলা মফম ৫/৬ ফাওবা লেপ্তুনা শাম্নে।

লীলা পার্টি অদুনা লীলা হৌনবগীদমক ফি শেৎফমদা ঈশ্বরনচিংবা মাগী মাগী থাজনবী, ওজা গুরুনচিংবা চেৎনা নীংজবা চৎনরকই। মসিমক কলা খুদিংমক্কী চৎনবী ওইনা মমাঙঙৈদগী হৌনা লৈরকই। লীলা পার্টি অদুগী কলাকার খুদিংমক লীলা হৌবগী মাঙওইননা মখোয় মশেল ফাওবা অহল নহা খাক্তনা খুরুমদুনা বর নীজবগী চৎনবী লৈ।

লীলা পার্টি অদুগী খ্বাইদগী অহল অদুগী মনাক্তা চঙদুনা মখোঙ শোক্লা শোয়বি-ঙাম্বীদনবা বর নীজবসি চৎনৈ। করিগুম্বা মতমদা লীলা অদুবু তাকপী-তম্বীরিবা ওজা গুরুনচিংবা ইকাই-খুম্নবা য়াবা লীলাগী মী চৎমীন্নরবদি মখোয় অদুগী মফমদা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা খুরুমজদুনা মঙ্গলগীদমক বর নীজবদি মমাঙঙৈদগী হৌনা ঙসি ফাওবা চৎনরি। মদুগী মতুংদা মখোয় খুদিংমক ফি শেৎপা লোইবগী মতুংইন্না পূম্নমক শ্বর পৃংফম য়েংনবগা লোয়নননা লেপখৎনগনি। থোলোক য়ৈবা হৈবা কলাকারনা থোলোক পায়গনি। তাল পায়বা হৈবা কলাকার ১/২ না রামতাল পায়গনি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা ঙসাই মখৈ মখোয়না শীজিন্নরম্বা মিংশেল থাউনচিংবা লোইনা মফম চাবা য়েংদুনা চেকশিন্না থমগনি। মসি লীলা পার্টি খুদিংমক্কী চৎনবীনি। করিগুম্বা শোয়দুনা থাউ হৈদোক্লবদি মদু ফত্তে হায়না লৌনৈ। অদুনা থাউ হৈদোকপা মফমদা ঈশিং চাইশিনগনি। মিংশেল লোংথোক্লবসু ফত্তে হায়নৈ। অদুনা উপশিনবা চৎনৈ। থাউ হাপ্লা পাত্র অদু য়াম্না চেকশিন্না মখুম খুমজিনগনি। মিংশেন্দু উপশিন্দুনা থমগনি। অদুগা সেকেগু খরগী তুংদা তুমিন্না মশা লেঙদনা লৈনগনি। অদুগা মখোয়গী মরক্তগী কলাকার অমনা জয় জয় দূর্গা মাই ইমাগী মিংথৈ শোল্লসি হায়না লাউরক্কনি। ময়াম পূম্না শোল্লসি হায়না খুম্বগা লোয়নননা থোলোক অদু য়াম্না কন্না লীলা হৌবগী পুংখোল অমা তাহন্নবা য়ৈরক্কনি, তাল থারক্কনি। মদুদগী কলাকার পূম্নমক লীলাগী শৈহৌ ঈশৈ শকমিন্নগনি।

মতাংসিদা লীলা অদুবু য়েংবা লাক্লরিবা মীয়াম্না হরাও তয়াম্বগী নুংঙাইবগী খোল্লাউ অমা লাউনরকই, অঙাংশিংনা হুইসেম্লচিংবা হরাও নুংঙাইবগী খোল্লাউনা সেকেন্দ খরা পুমনিল নিনগনি। মখোয়গী শৈহৌ শক্লা শক্লা থোরক্কনি। মসিবু শুমাঙ লীলাগী খ্বাজ (*kattwaj*) চৎপা হায়না খঙনৈ। কলাকারশিং ঈশৈ শক্লা-শক্লা লীলা শান্নফম এরিয়া য়ৌনা লাক্কনি। লীলা শান্নফম এরিয়াগী মচীন হেক য়ৌবগা কলাকারশিংদুনা লাইবক কৎকনি। অদুগা মনুংদা রাউন্দ অমা কোয়না চৎতুনা ঈশৈদু শক্কনি। অশোমদা ঙসাইগী ফি শেৎফমদা লৈহৌরিবা কলাকারশিংদুনা মখোয়গী ফিজোল অদু নংনবা দ্রেশ খূৎশূ খূৎলাই থৌরাং তৌদুনা মাগী মাগী মতাং য়ৌরকপা ঙাইদুনা লৈগনি। মাগুব নৎত্রগা শুমাঙদা থোক্লুনা শক্লরিবা ঈশৈ অসিবু পন্থাবনা হায়না কৌনবসু য়াওই। মসি ঈশ্বরদা লীলা শোয়দ-ঙামদনবা হায়জ নোনজবা প্রার্থনা তৌবগী মওংনি। মসিদা শক্লরিবা ঈশৈ অসিগী মপূং ওইবা ভাবনা ঈশ্বরদা খুরুমজবা অমসুং মরৈবাক নীংবগী ভাব অদু ফোঙদোকপনি। মসিদা শক্লরিবা ঈশৈ ময়েকশিং অসি মখল মখা য়াম্মী। মাগী মাগী লীলা পার্টি অদুগী অপাম্বা মতুংইন্না ঈশৈ শক্লে। মখাদা লীলা হৌবগী শক্লরিবা শৈহৌ ঈশৈ খরা পীজরি ঃ-

*ক) মৈতৈ লৈমনি, অশংবা ফিগে থোল্লবী,*
*মৈতৈ সনা পুংময়োম্নি, ভারতকী নোংপোক ঙমখৈগী,*
*পায়মা পূকচেল ফজবীনি, ফৌগৈ চেঙগৈ মমানি*
*চীং-তম পোইরৈ তূনা চেৎনা নাউয়োক ফজবীনি-অসিনচিংবা [৭১]*

*খ) হো ... ইমা মৈতৈ পোকপী,*
*নিজরিয়ে ইমাগী থৌজাল মৈতৈ ইচিল ইনাওশা,*
*ইমাগী খোঙ্গুল লীরুসি লাউ ...*

*মীখা পোনবী ওইরদুনা কুমজা কয়া লেম্লুরবী,*
*ইমাগী খোঙ্গুল লীরুসি লাউ ...*
*মৈতৈ পোকপী ইমাদি, অশংবা ফিজোল শেৎতুনা,*
*শকলোন তরেৎনা থৌগল্লিবী, নোংপোক ভারত্তা ঙানলীবী*
*ইমাগী খোঙ্গুল লীরুসি লাউ ...*

---

[৭১] তাকপিবকপা ঃ (১) মুতুম লুখোই সিংহ, পাৎশোই (লীলা মী) চহী ৬৭,

পাউনা, থাঙ্গাল পোকপীনি, টিকেন্দ্রজীৎকী মমানি।
মচা কায়না মৈচাক্রা খায়না মৈশা লাংহৌরবী
ইমাগী খোঙ্গুল লীরুসি লাউ ...।
অসিনচিংবা [৭২]

গ) অতিংঙা শিদবা, তরং হিওইবা,
তেংবানবা পোৎলম্বু নশানা পুরিবা;
খুরুমজে তৎতনা অখোইবা লাইওইবা,
তেংবানবা খিবীকপু নয়োন্দা লৈজরি
সোরারেল লৈবাকপু নহাক্কী হায়নরি,
সোরারেল ফম্বালবু নয়োন্দা লৈজরি;
নহাক্কী থৌজান্না লাইনিংথৌ ঙাল্লিনে
লাইরেম্বী শিদবী থৌগনবু তৌজরি। [৭৩]

ঘ) লেঙখৎপীরো মৈতৈ পোকপী
য়াইফগী নুমিৎ থোরকলেনে,
ইমা য়াওল্লো... লেঙখৎপীরো মৈতৈ পোকপী
নপারী পাঙ্গল হাপ্পীরো ইমা...
লৌশিংগী থাউমৈ চুখৎপীরো
অমোৎপা কয়া শেংদোক্লুনা
চাইখাইরম্বা শেংদোকপীরো
ইমা য়াওল্লো...
লেঙখৎপিরো মৈতৈ পোকপী
ইমানা ব্রারকপা কুইরকলেদো
পলেমনা ব্রারকপা শাংলকলেদো। [৭৪]

---

[৭২] তাকপিরকপা ঃ লাইশ্রম গোকুল সিংহ, অংথা (লীলা মী) চহী ৫৪
[৭৩] তাকপিরকপা ঃ লৈতাম তোমাল সিংহ, উরিপোক (লীলা মী) চহী ৬৮
[৭৪] তাকপিরকপা ঃ সোরোকখাইবম কুলা সিংহ, লাংথবাল (লীলা মী) চহী ৪৯

*ঙ) মৈতৈ ইমা কৌবী, পোকনফম ইমা*
*অকনবা নচা পোকলিবী ইমাও*
*মৈতৈ লৈমা ... মৈতৈ লৈমাও*
*মালেমদা ফাওরবী মিংচৎ ফরবী*
*অকনবা নচা পোকলবী ইমাও*
*মৈতৈ ইমা ... মৈতৈ লৈমাও । অসিনচিংবা [৭৫]*

খ্বাজগী ঈশৈ অসি শকপা লোইরগা মখোয়গী মরক্তগী কলাকার খরা চঙখ্রে। কলাকার ১/২ না বৈঠাগী ফমফমদা ফমনখ্রে। মতাংসিদা কলাকার অমনা শান্নগদৌরিবা লীলা অদুগী মরমদা ভাবোকশিংগী মফমদা ব্রারোল খরা লাউথোকনৈ। লাউথোক্লরিবসিগী অশঙ্বা ব্রাফমদি ভাবোকশিংদা অশোয়-অঙাম ঙাকপীনবা হায়জবগা লোয়ননা লীলাগী মমীং অমসুং লীলা অইবা, তম্বী-তাকপীবা ওজা গুরু শকতাকপনি। মসিগী চাউরাকপা মরোল অদু মখাদা পীজরি ঃ-

*ঙসি ঐখোয়না শান্নজগদৌরিবা লীলা অসিগী মমিং ... নি । লীলা অসিবু তাকপী তম্বীরকপা ওজা ... নি । অদুগা লীলা অসিবু ইবনা ওজা ... নি । তাকপী তম্বীরকপা মতমদা ওজানা ব্রাহৈ অমতা শোয়দনা তাকপীরকই । অদুবু পাঙজদ্রবা ননাই ঐখোয়না প্রজা মীয়ামগী সেবা তৌজবদা মীয়ামগী গুণনা হেনমনখিদুনা হায়জগদবা ব্রানা হায়হৌদা হায়রোইদবা ব্রানা হায়দোকখিবা অশোয় অঙাম, অরান-অশুই পূন্নমক শুমাঙ লীলাবু নুংশিবীদুনা য়েংবা লেঙবীরক্লিবা অহল লমন, ইমা ইন্দোল, ছাত্র নহারোল খ্বাই খিবীক্লা ঙাকপীগনি হায়না ইঙক্তা ইফি য়েৎ হন্না হন্না খুরুমজরি ।*

ব্রাহৈ খরসি লাউথোক্লবগী মতুংদা ঙসাই বৈঠাগী ফমফমদা ফমদুনা লৈরিবা কলাকার ১/২ না বৈঠাগী ঈশৈ অমা অমুক শকলকই। বৈঠাগী ঈশৈময়েক খরা মখাদা পীজরি ঃ-

*ক) গৌড় রূপে কাঁচা সোনা*
*হেরি আমার মন ভুলেগো,*
*গৌড় রূপে মন মজিলু*

---

[৭৫] নিঙোম্বম অঙৌতোন মীতৈ, কোংবা (শান্তিদাস শাবা) চহী ৮২

কোন মন থাকেনা
আশা যাওয়া বিফল হইলো গৌড় রূপে বড় যন্ত্রনা।
বৈদকী নন্দন ছিলু
রাধা নামে উপাসনা
অঙ্গী বাঁকা ভঙ্গী বাঁকা
বাঁকা নামে যন্ত্রনা। [৭৬]

খ) ফননা শাংলবী, থম্বালবু মাল্লবী,
মক্তবা কুচুনা লৈতেংলবী,
ইমা লেঙখৎপীরো, তাইবঙবু পোকপী
য়াইফ নুমিৎ থোরক্লে, ইমা য়াওল্লো
নপারী পাম্বোম চাউরক্লে ইমা,
লৌশিংগী মৈরা চুখৎপীরো, ইমা য়াওল্লো। [৭৭]

গ) লৈখল নাইনা, পরেং পরেং লেংজরে, লৌবীয়ু ইমা...
লৈরাংগী লৈখলনা শোয়থ্রবসু, ঙাকপী থৌজানবীয়ু নচাশিংবু ইমা...
নুমিৎনা থোরকপা ঙাইজবা, য়েন্দাইদা থৌজানগী ঈরিকসু
খিকপীরো ইমা...
নপারী চাউরে, নমোম চাউরে, লৌশিংগী পৌরোল হাংবীরো ইমা। [৭৮]

ঘ) ঙসি ইনুং ঙানবদা, পোইরৈ লৈমা থৌগননি
কৎচরিবা খুদোল অসে, মল্লবনি খনবীনু,
ঙসি ইনুং ঙানবদা, পোইরৈ লৈমগী থৌগলনি।
লৈজরম্বা ইরলসু থোমজিনবসু শুজদ্রিয়ে
ফংজরকপা খরদং লৈরাংজবা লৌবীয়ু
ঙসি ইনুং ঙানবদা, পোইরৈ লৈমগী থৌগলনি।
অশোয় অঙাম ঙাকপীয়ু, ব্রাগৈ হিনাও শাবীয়ু
ইপা ইপু কৈরাক্তা কাখৎচগে থৌরাংজে। অসিনচিংবা [৭৯]

---

[৭৬] তাকপিরকপা ঃ লৈতাম তোমাল, উরিপোক (রুহিদাস শাবা) চহী ৬৮ ময়েক অসি এন কুঞ্জমোহোন সিংহনা বনাম্নচিংবা কৃপ্না তাকপীরকই।
[৭৭] তাকপিরকপা ঃ মুতুম লুখোই সিংহ, পাংশোই (লীলা মী) চহী ৬৭
[৭৮] তাকপিরকপা ঃ লাইশ্রম গোকুল, অংথা (লীলা মী) চহী ৫৪
[৭৯] তাকপিরকপা ঃ নিঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈ, কোংবা, শান্তিদাস শাবা, চহী ৮২

মসিবু শকপা তারবদি শুমাঙ লীলা হৌজিনখ্রে হায়না মীয়াম্না খঙনৈ। মদুদগী চপ চাবা লীলা শান্নবা হৌবগনি। মতাং অসিদা শুমাঙ লীলাগী চপ চাবা অরাই-অখুমগী ৱাঙাঙ-শাঙাং মীযাম্না তাবা ফংনরগনি।

## ৪) শুমাঙ লীলাগী ৱাঙাঙ-শাঙাং (speech pattern)ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি তোঙানবা মশাগী শক্তম অমা মহৌশাদগী লৈজে। শুমাঙ লীলাগী ৱাঙাঙ-শাঙাং অমা তোপ্পা লৈজে। শুমাঙ লীলাদি অহাঙবা লমহাং (*open space*), মাগুব খন্দবা মফমদা শান্নবনা মীওইবগী খোঞ্জেল অসি অতৈ মফমদা চৎখি। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা য়াওরিবা কলাকারশিংনা মশাগী ওইবা খোঞ্জেল অসি য়ারিমখৈ হৌনা হৌনা লাউনা ঙাঙবা শকপা চৎনরকই। *Proscenium theatre* গা খরা খেন্নৈ। শুমাঙ লীলাদি মমাঙঙৈদগী হৌনা খুল, লৈকাই হুপ্পা পূন্না য়েংনবা মরম্না মতম চুপ্পদা ভাবোক য়াম্মী। ভাবোক য়াম্বা মরম্না মী পূন্নমক তাবা ফংনবা য়াম্না কন্না কন্না ঙাঙবা শকপা তৌনৈ। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাবু য়েংবা লাক্লরিবা পূন্নমকপু তাহনবা হায়বসি শুমাঙ লীলাগী মৈহৌরোন্দগী চৎনবী ওইনা লাকপসিনা ঙসি ফাওবা কায়দনা শীজিন্নরিবা মচৎ অমনি। মরম অদুনা য়ূমলোন ২/৩ ফাওবা তান্নৈ। ঙসিদি মতমগী ওল্লকইবা য়াওন মতুং ইন্না মাইক্কী মতেংনা ভাবোকশিং অসি য়াম্না লাপ্পা তাহনবা ফংলে। লৈকাইদুমক নত্তনা লৈকাই ৱাংমা লান্না শুমাঙ লীলা শান্নবগী খোঞ্জেল তাবা ফংই। মমাঙঙৈদা লীলা শান্নবা মতমদা মাইক শীজিন্নরমদে।

মরম অদুনা মীয়াম পূন্নমক তাবা ফংনবগীদমক য়াম্না লাউনা হৌনা তিল্লিবা ভাবোকশিং তাননবগীদমক লাউনা কন্না ঙাঙবা চৎনরম্মী। কন্না কন্না লাউনা ঙাঙবসি শুমাঙ লীলাগী চৎনবী অমা ঙসি ফাওবা ওইরি। শুমাঙ লীলাগী তোপ তোপ্পা অমনা মখোয়গী ৱাহৈশিং অসি হনজিল হনজিল ঙাঙবগী চৎনবী অসিনি। মরমদি ভাবোক্লা তাবদা নুংঙাইবা ৱাহৈ হনজিন্নবগী চৎনবী অমা, মশা মশানা ঙাঙলিবা ডাইলোগ অদু ভাবোক্লা করিগুম্বদা তাহৌদবা য়াই খনবদগী লাউনা ঙাঙবা তাই। ডাইলোগ অদু ভাবোক্লা করিগুম্বা তাহৌদবা য়াই খনবদগী অমুক হন্না হায়বা, মতাং অদু হেন্না হেন্না খঙহন্নীংবা য়াম্না তোয়না তৌই। মসিসু শুমাঙ লীলাগী ৱাঙাঙগী শাজৎ অমনি।

খুদম ঃ-

অবিরখানগী মমাঙমক্তুদা অবিরখানগী মমাবু হাৎলবা,

১বা : নঙবু কনাগী মচানো ?

২বা : ঐ চাউবগী মচানি।

১বা : নঙবু চাউবা মচানি হায়বা, অসিনচিংবা।

মসি মরু ওইবদি অয়েংবা অতাবা ভাবোকশিংগী পুক্লীং চিংশিন্নবা হোৎনবনি। পূম্নমক অসি শুমাঙ লীলাগী মচৎ অমা ওইনা মমাঙঙৈদগী ঙসি ফাওবা চৎনরি।

৫) শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং মায়-মীৎ শেম শাবা ঃ-

শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং মায়-মীৎ শেম-শাবা অসি ঙসি ফাওবা চৎনরকলিবসিদা চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনবা য়াই।

ক) পৌরাণিক লীলাগী ফিজেৎ

খ) মোইরাং পর্ব্ব লীলাগী ফিজেৎ

গ) সামাজিক লীলাগী ফিজেৎ

ক) পৌরাণিক লীলাগী ফিজেৎ ঃ-

শুমাঙ লীলাদা ঙসি ফাওবা পৌরাণিক লীলা কয়া শান্নখ্রে। অদুবু পৌরাণিক লীলাগী ফিজেৎ অসিগী মরমদা খরদং নৈনবা চুমগনি। শম্না পৌরাণিক লীলাগী নিংথৌ শাবা ওইরগা কোয়েৎ, চপ চাবা নিংথৌগী ফিজেৎ শেৎলি। ফৈজোম, ফুরিৎ অচোনবা নিংথৌগী কোয়েৎ খদাংচেৎনচিংবা শীজিন্নে। নিংথৌ শাবশিংনা তুংলোমদা য়াম্না শাংনা চোম্বুবা, রেশমগুম্বা অরং অরাক ফিনা তুবা থবাকলোমদা নঙ্গললোমদা কিনারনচিংবা য়াম্না মীৎ থকপা অরাওবা ফুরিৎ জাৎ অমা লীৎলি। শুমাঙ লীলাদি খোঙউপ শীজিন্নদে, খোঙ মোজাতমক উপনৈ। মচু মখল মখলগী অরং-অরাক্কী আজমেরী কোয়েৎ য়াম্না শীজিন্নে। মুগানচিংবা ফৈজোম শেৎপা চৎনৈ। মতম পূম্নমক্তা লৈপরেং অমমম শিবসি য়াম্না চৎনৈ। অঙম-অথৌ ফমনাইবশিংনা মাগী-মাগী খুৎপায় থাঙ তানচিংবা পায়নৈ। মীনায়-মীশনশিংনা অমুবা ফিজেৎ শেৎলি অসিনচিংবা। নিংথৌকোনগী চৎনবী চপ চানা শেৎলি। মহারাণী ওইরগা ফনেক ময়েক নাইবা, লৈমগী ফি ইন্নি, শমজিরৈ, সনানচিংবা নিংথৌকোনগী চৎনবী ফিজেৎ কয়া মওং তানা শেৎলি।

## খ) মোইরাং পর্ব্ব লীলাগী ফিজেৎ ঃ-

মোইবাং পর্ব্ব শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎতি অতৈ অতৈ লীলাশিংগা মান্নদে। মোইরাং নিংথৌ, চাউবা, থোংলেন, অঙম-অথৌ ফমনাইবশিংনা খামেন চৎপা ফৈজোম অচোনবা, খামেন চৎপা ফিগী ফুরিৎ অচোনবা, কুদাম য়াম্না শাংনা পানবা, লিশোন ফুবিৎ লিৎপা তৌনৈ। খূৎকী পাম্বোম খুজেংদা খুজি অমসুং মখল মখাগী সনা মানবা অপাক অপাকপা তকমান শি, পাম্বোমদা ফাজিল্লি। খম্বা নোংবালনা লিশোন ফুরিৎ নিংখম শমজি, মখূৎ খুদাংদা তালনচিংবা শিবা চৎনৈ। অদুগা অয়াম্বা মতমদা য়াম্না অশাংবা ফি অমা পায়বোই য়ানবোই মতম চুপ্পা লোয়নদুনা লৈ। নিংথৌগী মীনায় মীশলশিংনা অমুবা অচম্বা ফিজেৎ শেৎলি। মশা মশাগী ফমথোলগী তোঙানবা খূৎশূ-খূৎলায় পায়বা চৎনৈ। খুজি পোকচাউবী শি, নাদা লৈ য়াল্লি, ঙকতা লৈ পরেং অমা শিবা চৎনৈ লিক্লোম্নচিংবসু শিনৈ। মোইরাং পর্ব্ব লীলাদা য়াওবা নুপীশিংনা নিংথৌকোনগী লৈমা মহারাণীশিংগী চপ চাবা লিশোন ফুরিৎ খুদাংদা সনাগী খুজিনচিংবা শি। ফনেক ময়েক নাইবা শেৎলি। অদুগা থোইবী শাবীদি পূম্নমক্কী মথক্তা কজেংলৈ শীজিন্নৈ। শাই ককতুনা মতমদুগী চৎনরম্বা কায়দনা শেৎ চায়। অতৈ অতৈ নিংথৌকোনগী মীনায় নুপীশিংনা অচম্বা মৈতৈগী চৎনরিবা ফিজেৎ শেৎ চায়।

## গ) সামাজিক শুমাঙ লীলা ফিজেৎ ঃ-

সামাজিক শুমাঙ লীলাদদি কলাকারশিং অদুনা লৌরিবা শক্তম অদুগী চপ চপ চানবা ফিজেৎ লৈতেং শীজিন্নৈ। মন্ত্রী ওফিসারদগীনা মীচম লায়রবা ফাওবগী ফিজেৎতা য়াম্না চানরবা *realistic* ওইরবা সমাজদা শীজিন্নরিবা ফিজেৎ লৈতেং শীজিন্নৈ। খুদম খবদং পনজরবদা পুলিস ওফিসার শারিবা কনাগুম্বা করেক্তর অমনা চপ চানবা পুলিসকী ইউনিফোর্ম, তুপী, বিলাই, পেটি, রিবোল, রুল নোংমৈনচিংবা শীজিন্নবা অসি সামাজিক লীলাগী চৎনবীনি। মতৌ অসুম্না *army* ওফিসার ওইবগা *army* ওফিসারগী চপ চাবা ইউনিফোর্ম শেৎলি। খূৎশূ-খূৎলাযগী মতাংদা অশাবা পিস্টোল, একে ৪৭/৫৬, এলঃএমঃজিঃ, হেন্দগ্রেনেট অসিনচিংবা অসি *army* গী অমদি পুলিস *canteen* দগী লৈদুনা শীজিন্নৈ। মন্ত্রী শাবশিংনা শেৎনরিবা ফিজেৎ অসি খরা তোঙান্না লৈবা উই। অয়াম্বা মতমদা মখোয়না অঙৌবা কুর্ত্তা পাইজমা,

নৎত্রগা নেহরু কোট, গলা বন্দ অসিনচিংবা শীজিন্নৈ। করি করিগুম্বা মতমদা গান্ধী তুপী উপ্পসু য়াওই। সামাজিক্কী শুমাঙ লীলাদা শীজিন্নরিবা ফিজেৎশিং অসিসু লুপা পৈশা য়াম্না চঙনা মান্নবা শেৎ চাবা মওং অমা উবা ফংই। থোইদোক হেন্দোক্না লীলা পার্টিশিংনা ফিজেৎ লৈতেংদা য়াম্না পুক্নীং চঙনা শেম শাই। ফিজেৎ লৈতেংনা শুমাঙ লীলাগী মথব্রায় হাপ্পী, য়াম্না চিংখৎহল্লি । মরম অদুনা শুমাঙ লীলা উৎপদা য়াম্না মরু ওইবদি ফিজেৎ লৈতেংসু অমনি।

## মায়-মীৎকী শেম শাবা (make-up)ঃ-

অরিবা মতমগী শুমাঙ লীলাদি *make-up* কী য়াম্না কা হেন্না শীজিন্নরমদে। মতম অদুদা ফংবা পাউদর, জিঙ্ক, হামোক, লালটেনগী তেঙ্গালীনা পীশূম য়েকপা শক্রু নম্বা শীজিন্নরম্মী। সিন্দুরনচিংবনা চীনবান, খজাইগী *make-up* মচাক ওইনা শীজিন্নৈ। চহী খরা অসিদদি কোসমেটিক্সকী (*cosmetic*) মচাক মরাং কায়না ফংলকপদগী হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাশিংদদি *make-up* অসি য়াম্না মওং তানা শীজিন্নবা থেংনরে। মপূং ওইবা *make-up* কী মচাকশিংদি *eye brow, lipstic, paste rose set, red, zinc, casori, yellow powder* নচিংবা শীজিন্নৈ।

*Make-up* অসি হৌজিক্কী মতমদা য়াম্না চাওখৎলে। অরিবা মতমদগী থাক য়াম্না ৱাংখৎলে। *Make-up* কী মতেংতনা কলাকারশিংগী শক শেম্বদা য়াম্না মতেং ওইরে। মসিমক্না ঙসিদি শুমাঙ লীলাদা কলাকার মশা মশামক্না অপাম্বা মওংদা শক শেমই। অদুনা *make-up* সু মশা মশানা তৌজে। ঙসিদি *make-up* কীদমক্তা তোঙানবা *training* তৌজদুনা হেন্না মপূং ফাবা মফম ওইরে। *Make-up* কীদমক্তা অতোপ্পা মী নেরুদে। শুমাঙ লীলাগী নুপা নুপী শাবীশিং অসিগী হৈ শিংবা উৎনৈ। অদুম ওইনমক নুপী শাবী অয়াম্বা মশা মশাগী অশাংবা মশম খাক্লে। করিগুম্বা শম খাক্তবা কয়াসু য়াওই। অদুবু মদুসু য়াম্না হৈ শিংনা অহাপ্পা শমনি হায়বা অশেংবা ভাবোক্না শক খঙবা ঙমদবমখে মওং তানা হাপনৈ। মপূং ওইনা মতমগী ফিজেৎ শক শেম্বদা মওং তাননবা অশাবা শম মখল মথাগী তোঙানবা শমসু শীজিন্নৈ।

## ৬) শুমাঙ লীলাগী পোৎচঙ (stage property)ঃ-

শুমাঙ লীলাগী পোৎচঙ (*stage property*) মমাঙঙৈদগী ঙসি ফাওবা হোংবা লৈতে। শুমাঙ লীলা অমা শান্নবদা ঙসি ফাওবা চঙনরিবসি তেবল অমা, চৌকি ২/৩, মোরা ফরুচিংবা, মতম মতমগী ফোন, রেডিও, থাং-তেন নোংমৈনচিংবা লীলা লীলাগী মতুং ইন্না শীজিন্নবা পোৎচঙ কয়ানি। শুমাঙ লীলাদা শিন শীজিন্নদে। শুমাঙগী অহাঙবা মফম অমদা য়াম্না চম্না নীংতম্না শান্নবসি শুমাঙ লীলাগী মচৎনি। ঙসি ফাওবা শুমাঙ লীলাদা শীজিন্নরিবসি কলাকারশিংদুনা শান্নরিবা ফুট ১৬/১৬ কী এরিয়াদুদা, লীলা লীলা অদুগী ৱারী নৎত্রগা প্লোটকী মনুংদা য়াওরিবা ওফিস, লম্বী, জঙ্গল, চীং,পাৎ, য়ূম, তুরেল, পুখ্রী, শুমাঙ মাঙ্গোল, য়াম্না পাক চাউরবা *airfield*, অকাশনচিংবা পূম্নমক অদু ভাবোক্তা খঙহন্নবগীদমক্তা কলাকারশিং অদুনা ৱাঙাঙ-শাঙাং আর্ট *acting* (এক্টিং) না চীংনি, জঙ্গলনি, য়ূমনি, লম্বীনি হায়বনচিংবসি মখোয় মখোয়গী ডাইলোগনা অয়েংবা ভাবোক্তা ময়েক শেংনা খঙহল্লি। পূম্নমকসি ভাবোকশিংনসু য়াম্না থাজবগা লোয়ননা লৌই।

শুমাঙ লীলা শান্নবদা চঙলিবা পোৎচঙসি য়াম্না মরুওইবা কল্পনাগী মচাক্লা থল্লবা ষ্টেজগী *device* অমনি। শুমাঙ লীলাদদি মসি তোপ তোপ্পা মশক অমনি। ষ্টেজগী লীলাদদি লম্বী, য়ূম, চীং-পাৎ, কোনুং, অয়ুক-নুমিদাং, খায়দুনা উৎত্রবদি লীলাদু মপূং ফাদে। মসি পূম্নমক শুমাঙ লীলাদদি য়াওদ্রবসু শান্নবা য়াই। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী পোৎচঙ অসি তোপ-তোপ্পা মশক অমনি। মোইরাং পর্ব্বদা লীচৈ অকোনবা অমনা শগোল ওইনা শীজিন্নৈ। তেবল চৌকিদা কাখৎলগা অৱাংবা তেরা পাম্বীগী মহুৎ শিল্লি। ষ্টেজদা থন্নিবা চৌকি তেবল মোরানচিংবা অসি মখল কয়াগী পোৎ ওইনা লৌবা চৎনৈ। ষ্টেজ অদুদা থারিবা তেবল চৌকি অসি নিংথৌগী সিংহাসনদগী লায়রবগী খাঙপোকশঙ ফাওবা অমদি চৌকি তেবলনা ইমুংগী কাচিন কোয়া, লম্বী, শুরুং, নারক মোংশোঙ ওইনা শীজিন্নৈ। পূম্নমক অদু কলাকারশিংগী আর্ট এক্টিংশিংনা ৱাঙাঙ-শাঙাংনা অয়েংবা ভাবোক্কী কল্পনানা তেবল চৌকিদু কাউথোকই। পীক্লবা শুমাঙ লীলাগী পারফোর্মেন্স (*performance space*) তা কল্পনাগী মতেংনা ওইহন্নীংবা কয়া ওইহনবা ঙম্মী। মসি শুমাঙ লীলাগী থোইদোক হেন্দোকপা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমনি।

### ৭) ঈশৈ নোংমাই অমসুং যন্ত্র (musical instrument) ঃ-

শুমাঙ লীলা অমা উৎপা মতমদা ঈশৈ-নোংমাই অমসুং যন্ত্র অসি য়াম্না মরু ওই। অদুবু শুমাঙ লীলাদা শীজিন্নরিবা *music* কী শরুক য়াম্না চাউবা নত্তে, চুম্না লীলা উৎপগী মতেং অমা ওইবা রামতাল খোলোক খকতনা শুমাঙ লীলাগী মপূং ওইবা যন্ত্র ওইনা শীজিন্নে। অদুবু মসি ঈশৈ লীলাদদি ম্যুজিক অসি য়াম্না মরু ওই। চুম্না শুমাঙ লীলা ডাইলোগতদি য়াম্না শীজিন্নদে। শুমাঙ লীলাদা শীজিন্নরিবা ম্যুজিক ময়েক শেংনা খঙবা নুংঙাইনবা ঐখোয়না শুমাঙ লীলাগী মখলসি অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনবা য়াই।

ক) ডাইলোগ লীলা

খ) ঈশৈ লীলা

গ) মোইরাং পর্ব্ব লীলা

### (ক) ডাইলোগ লীলা ঃ-

ডাইলোগ লীলাদদি ম্যুজিক্কী শরুক অসি য়াম্না শীজিন্নরসি ঙসি ফাওবা থেংনদে। অহৌবা প্রার্থনা লোইশিনবগী শৈরোইগী মতমদা খোলোক রামতাল শীজিন্নদুনা ঈশৈ মতেক অমা শকপা চৎনৈ। করি করিগুম্বা মতমদা লীলাগী মরক মরক্তা খোলোক খরা খরা শীজিন্নে। অঙনবা মতমদদি ডাইলোগনা লীলাদুগী শগোল শামু শা-কৈনচিংবা থোকপগী শাক্তং শাখপ্নচিংবা মতমদা খোলোক য়ৈদুনা শীজিন্নবা য়াওই, মরম অদুনা খোলোক অমসুং রামতাল খক্তুনা ম্যুজিক্কী যন্ত্র ওইনরম্মী। অঙনবা মতমদা ডাইলোগ লীলাসু ঈশৈ শক্লরম্মী। মতম অদুগী ঈশৈ খূদিংমক কলাকার মশা মশানা শকপা চৎনরম্মী। মদুগী তাল পূং পূম্নমক খোলোক রামতালনা শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্কী মতমদা ডাইলোগ লীলাসি ঈশৈ য়াওনদ্রে হায়না লৌবা য়ারে।

### (খ) ঈশৈ লীলা ঃ-

ঈশৈ লীলা হায়বসিদি মপূংদা ঈশৈনি। ঈশৈ য়াম্না য়াওবা মরম্না ম্যুজিক্কী খূৎশূ-খূৎলায় য়াম্না শীজিন্নে। মরম অদুনা ঈশৈ লীলা অমদা ম্যুজিক্কীদমক্তা ওইনা কলাকার মরি মঙা তোপ-তোপ্না চঙই। অদুবু ঙসি ফাওবা ঈশৈ লীলা পার্টিনা ম্যুজিক কাঙলুপ হায়না তোঙাম্না শীল-লাঙবসু চৎনৈ। লীলা শাম্নফম

এরিয়াগী মনীংগী মখা থংবা শরুক অমসুং মনীং থংবা শরুক্তা ম্যুজিক কাঙলুপকী ফমফম থম্বা চৎনৈ। মখোয় খুদিংমক, লীলা হৌবদগী লোইবা ফাওবা লেঙদনা ফমদুনা লৈ। লীলাগী মতাং মতাংদা ম্যুজিক্লা মতেং য়াম্না পাংই। মতম অসিগী হোংলক্লিবা মতুংইন্না ম্যুজিক খৃৎশৃ-খৃৎলায় মখল য়াম্না হাপচিন্দুনা মখল কয়াগী ম্যুজিক সাউণ্ডগী ফজবা কয়া শীজিন্নরকই। মরম অদুনা ঈশৈ লীলা অমদা মখাগী খৃৎশৃ-খৃৎলায়, ম্যুজিক্কী মচাকশিং অসি শীজিন্নৈ।

*১) হারমনিযম ২) ওরগান ৩) ভাইওলিন ৪) বাঁশি ৫) গীটর*
*৬) মারকস ৭) তবলা ৮) ধুলকি ৯) পেনা ১০) শিক্লাফোন*
*১১) মেন্দোলিন ১২) সিটার ১৩) নান ১৪) ড্রমসেৎ অসিনচিংবা [৮০]*

মখল কয়াগী ম্যুজিক্কী যন্ত্র শীজিন্নদুনা ঈশৈ নোংমাইগী লমদা হেন্না ফজবা নুংঙাইহন্নবা শরুক কয়া পীবা চৎনৈ। ড্রামা সিনেমাগী মতৌগুম্না ৱারী-ৱাতাইগী মরক-মরক্তা নুংঙাইবা, অৱাবা, অকিবা, তুজুংবনচিংবা য়ৌহনবা ঙম্বা ম্যুজিক য়াম্না শীজিন্নদুনা অয়েংবা অতাবা ভাবোক্তা অনৌবা ঈনোৎ কয়া পীবা ঙম্মী। মখোয়গী ম্যুজিক্কী সাউণ্ডনা হৱাগাড়ী থৌবা, নোংলৈ নুশিৎ, অখাক-অরাউ, নোংমৈ কাপ্পবা, এরোপ্লেন্না পাইবগী এরোপ্লেন্না লৈমায়দা তারমদাইগী সাউণ্ড ইফেক্ট কয়া ফজনা তাহন্দুনা ভাবোক্কী থম্মোয়বু শুক্কৎপা ঙম্বা ম্যুজিক্কী খৃৎশৃ-খৃৎলায় কয়া শীজিন্নৈ। ঈশৈ লীলাগী কলাকারশিংগী তোঙানবা মশক অমসুং অনৌবা মফম অমা য়াম্না চাউনা লৈ। মতম অমদা শুমাঙ লীলাগী কলাকার মশা মশানা ঈশৈ শক্লরম্বদু ঈশৈ লীলাগীদি তোঙানবা কলাকার থম্নদুনা প্লে বেক সিঙ্গর থম্লে। মদুসু নুপা খোঞ্জেল, নুপী খোঞ্জেল তোঙাম্না থম্বা চৎনৈ। নুপী খোঞ্জেলদুমকসু নুপানা নুপীগী খোঞ্জেল শাদুনা শক্লে। মসিমক ঈশৈ লীলাগী থোইদোকপা মশক অমনি। নুপী খোঞ্জেলগা করিসু থোইদোকপা খেন্নবা লৈতে। মসিসু সামাজিক ঈশৈ লীলাদা তোপ তোপ্পা অনৌবা মহাও অমা কলাকারশিংদগী ভাবোক্লা উবা ফংনরিবা অসি খৃ: কুম: ১৯৭৬/৭৭ অসিৱাইদগী চঙলকখিবনি। হৌজিক্তি ঈশৈ লীলা পার্টিনা অতাবা ভাবোক অমসুং

[৮০] তাকপিবকপা, বুধি সিংহ, খাইদেম (নুপা খোঞ্জেল) চহী ৫১

অয়েংবশিংদা হেন্না নুংঙাইহন্নবগীদমক তেপ রেকোর্দরনচিংবা শীজিন্নদুনা অশেং-অশেংবা মওং তারবা খোঞ্জেলদুমক লীলা মনুংদা থাদোক্লরক্লগা ভাবোকশিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা পীবা চৎনরক্লী। মসিমক মতমগী যন্ত্রগী মতেংননি। পূন্নমক অসি ঈশৈ লীলাগী অনৌবা অহোংবা মতমসিগী হৈ-শিংবগী মুৎনাইদ্রবা খুদম অমনি। ঈশৈ নোংমাইগী তোঙানবা মশক অমা য়াওশিল্লকপদগী অমুকসু চহী খরসিদা লীলা ফি শেৎফমদা মাইক্রোফোন্নচিংবা পুসিন্দুনা হেন্না মপূং ফাবা প্লে-বেক্লী অনৌবা মশক অমসু ঐখোয়না উরে।

## ৮) শুমাঙ লীলাগী য়াওরিবা মীশকশিং (actor and actress)ঃ-

শুমাঙ লীলা অমা শান্নবা হোৎনবদা কলাকারশিং চঙদবা য়াদে, মরম অদুনা মখোয় য়াম্না মরু ওই। শুমাঙ লীলা শান্নবা হায়বসি করম্বা মীওইশিংনা শুমাঙ লীলা য়াওই হায়বা ব্রাহং অসি থম্ফম থোকই। শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমা খনবা তরাই তরাইবা ওইরোই। শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমদা য়ামদ্রবদা মচাক খরদি শোয়দনা চঙগনি। মদুদি শক ফজবা চঙই, ফজবা শকফম্বু য়েংনীংদবা লৈতে। মরম অদুনা শক ফজবা মীগী থোইদোকপা গুণদি মহাক্লী ব্রাঙাঙ মতৌদা অয়েংবা ভাবোক্লা য়েংনীংই। অনীশুবদা শকওং শাবান ফজবা চঙই, থম্মোয় মেঙবা থোৎপা চঙই, অমসুং শুমাঙ লীলাদা উৎলিবশিংসি ঙসিগী তাইবঙ পানবদা উখ্রবা, ওইখ্রবা, ওইরিবা, ওইরক্লদবা শক্তম ঙাক্তনি। মরম অদুনা মদুগী চানবা মীওইশিংগী মতৌ তম্বা অশুক্লী মতীক মীতৌ তম্বদা হৈরেগা শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমা ওইবদা থোইদোক্লা মতীক চায়। মরম অদুমক্লা হৈথোই শিংথোইবা চঙই। শুমাঙ লীলাদা য়াওবা এক্টর অমসুং এক্ট্রেসশিং অসি মপূং ওইনা ঈচঙ থৌবা, মী কিন্দবা, মীয়ামগী থম্মোয়বু জয় তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা মীওইশিংনা কলাকার ওইবদা মশক থোকপা ঙম্মী।

মতম অমদা শুমাঙ লীলা অমগী এক্টর এক্ট্রেসশিং অসি লাইরিক লাইশু মপূং ফানা হৈতবা ঙাক্তনা কলাকার ওইজরন্নবসু, ঙসিদি শক্লাইরবা লাইরিক লাইশুদা মপূং ফানা মঙাল ফংলবা কলাকার কয়ানা শুমাঙ লীলাগী মীশক ওইরকই। ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিং অসি শুমাঙ লীলাতনা মশিল অমা ওইনা মতম চূপ্পা য়াওনবা চৎনরকই। শুমাঙ লীলাগী কলাকার অয়াম্বা ঙসিদি মসিমক শেন্দান লম্বী অমগুম প্রোফেসনেল এক্টর অমা ওইনা মসিমক্লা

ইমুং পুবা ঙম্মরে। শেল মতীক চানা ফংনরে। ঙসিদি শুমাঙ লীলা মমাঙঙৈগুম্না অহাঙবা মতম খরদা লীলা উৎপা নৎতবনা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা উৎপা মসিমক থোইদোকপা শেন্দান লম্বীদা অচৌবা মতেং অমা ওইরে। কলাকারশিংনসু অহাঙবা মতমদা ওজা গুরুগী মনাক্তা মখল মখাগী আর্ট এক্টিং তম্বা লোয়ননা রস মখলগী নুংগী ওইবা তাথোক-তাশিন তৌনরে। তশেংনমক শুমাঙ লীলাগী এক্টর অমসুং এক্ট্রেসশিং অসিগী মথৌ মতীক চাবা ফংলে। মসিমক শুমাঙ লীলাগী মফম অমা মণিপুর সমাজদা চাউনা কনবা ঙম্লে।

শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবীশিংগী মতাংদসু নৈনবদা মরু ওই। মরমদি মমাঙঙৈদগী হৌনা নুপানা শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবসি চৎনরকই। ঙসিসু অদুমক চৎনরি। অদুবু খেন্নবা খরদি লৈতবা নত্তে। শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবীশিং অসি অয়াম্বনা ঙসিদি য়াম্না হেন্না মশক থোক্লে হায়বা য়াই। নুপী শাবীশিং অয়াম্বা মশাগী অশেংবা মশম শাংনা খাক্লে। মতম অয়াম্বদা নুপীগী মহৌশাগী লোনচৎ-শাজৎ ময়েক শেংনা মপূং ফানা উৎপা ঙম্লে। অশেং অশেংবা নুপীনা নুপী শাবীশিংবু উরগা ইকাইবা পোকপা য়াওনা মওং তাবা নুপী শাবী কলাকার কয়া মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা লৈরে। ঙসিদি নুপী শাবীশিংদা মপূং ওইবা শুমাঙ লীলাগী মীৎয়েং থম্লে। নুপী শাবী মশক ফজদ্রবদি শুমাঙ লীলাগী ভাবোক খবা ৱাৎনা উই। মমাঙঙৈগী নুপী শাবীশিংনা ফনেক অমা শেৎলগা কোক্তা ফি অমা খুন্নগা নুপীগী শক্লোন অমা ওইনা লৌনরম্মী । মদুগী চৎনবীদু ঙসিদি পূম্নমক মাঙখ্রে । তশেংনা নুপীগী চপ চাবা শকফমদুমক ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবীশিংগী চৎনবী অমা ওইনা য়াম্না কন্না চৎনরকপা ওইরি। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবীশিং অসি নুপীদা নুপী ঙাক্তা ওইরবোই নীংবা ঙাক্তনা নুপী শানরে। মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাঙ পূম্নমক নুপী ওইবীশিংনা তমজনিংঙাই ওইরে হায়না ফাওবা লৌবা য়াই। মতাং অসিদা নুপী মরক্তগী নুপীনা নুপা শাদুনা শুমাঙ লীলাগী লমদা খৃঃ কুমঃ১৯৭৫/৭৬ অসিৱাইদা নুপী শুমাঙ লীলা কাঙলুপ খরা থোরক্তুনা শুমাঙ লীলাগী লমদা অনৌবা মশক খরসু উবা ফংই। নুপী শুমাঙ লীলা কাঙলুপ্পা মপূং ওইনা ঙসি ফাওবদা শান্নরিবসি মোইৱাং কংলৈরোলগী ৱারীনা য়ুম্ফম ওইরগা শান্নবা লীলা ঙাক্তনি। অদুবু নুপী মরক্তগী নুপা শাদুনা থোরকপদা থোইদোক্লা চঙখোল্লবা মীফম হোংদবা অফাওবা কলাকার কয়াসু

নুপী শুমাঙ লীলাদা ঐখোয়না উবা ফংই। মরম অদুনা হৌজিক্কী মৈতৈগী শুমাঙ লীলাদা থোইদোক হেন্দোক্লা এক্টর এক্ট্রেসকী শক্তমশিং শীংথানিংঙাইনি। শুমাঙ লীলা অমদা এক্টর এক্ট্রেসকী মথৌ য়াম্না চাউই । শুমাঙ লীলাদা মখোয়গী মপাল য়াম্না তাংই। এক্টর এক্ট্রেস ফত্তনদি শুমাঙ লীলা মপূং ফাদে ।

## ৯) অভিনয় (acting)ঃ-

শুমাঙ লীলাদা অভিনয় (*acting*) হায়বসি য়াম্না মরু ওই হায়না লৌবা য়াই । শুমাঙ লীলাগী নুংঙাইবা ফজবা অমসুং মায় পাকহনবা অসি অভিনয়গী মখা য়াম্না পোনবা মরম্না মসি শুমাঙ লীলাগী মপূং ওইবা শরুক অমনি। শুমাঙ লীলাদি মায়কৈ মরিমক্কী ভাবোক্লা ঈকোয় কোয়শিল্লগা য়েংবা মরম্না মখোয়গী অভিনয় য়াম্না লুই । মায়কৈ অমখক্তদা লেঙদনা অভিনয় তৌবগী মহুৎতা কোয়না চৎতুনা অভিনয় তৌবা তাবনা হৈথোই-শিংথোইদবা য়াদে। কলাকার অদুগী মায়থোঙ মায়কৈ মরিমক উহনগদবনি। মরম অদুনা ষ্টেজ লীলাগা শুমাঙ লীলাগা য়াম্না চাউনা খেন্নে। শুমাঙ লীলাগী অভিনয়দি কলাকার খুদিংমক মশা মশাগী ডাইলোগ হৌবদগী লোইবা ফাওবা নুং-পান অসি তূনা মুন্না খঙদবা য়াদে। শুমাঙ লীলাদা মশাগী ডাইলোগ মেনখৎপীনবা লৈতে। অদুগা ষ্টেজদদি প্রোমপ্ট তৌদুনা কলাকারশিংগী মতেং পাংবা য়াই। মরম অদুনা মীৎয়েং অমরোমদা ষ্টেজগী লীলাদি ভাবোক ফন্নিবা মায়কৈ অমত্তদা ওনশিন্দুনা এক্টিং তৌবা মরম্না খরা লায় হায়না লৌবা য়াই। মসি শুমাঙ লীলাগী অভিনয়দদি য়াদে। মায়কৈ মরিমক্কী ভাবোক্লা তাবা ঙম্নবা য়াম্না হৌনা লাউনা শুর, তাল, মাত্রা য়াওনা ঙাঙদবা য়াদে । করি করিগুম্বদা ডাইলোগ হন্না-হন্না ঙাঙবসি শুমাঙ লীলাগী মশক ওই।

শুমাঙ লীলাগী কলাকার খুদিংমক রস মাপল মুন্না খঙদবা য়াদে । মতাং মতাংগী অৱাবা, নুংঙাইবা, নুংশিবা, অশাউবা, অকিবা, তুজুংবা, পাখৎপা তুক্কৎচবা অসিনচিংবা মফম য়েংনা চপ চাবা এক্টিং উৎতবা য়াদে । রস মাপলগী নুংগী মচাক খঙনবগীদমক্তা ওস্তা গুরুশিংগী মফমদগী মতম চঙনা তম্বা তারকই । মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংনা মতম চঙনা মতম মাঙনা মদুগীদমক তম্মে ।

শুমাঙ লীলাগী অভিনয় অসি তশেংনা ভাবোক্তা হকথেংনবা ওইবনা য়াম্না চেকশিন্না অভিনয় তৌবা তারকই। অৱাবা, নুংঙাইবা, অকিবা পাউদম পীবা মতমদা অয়েংবা ভাবোক্তা তশেংনমক হকথেংনবা ওইনা উৎনবা হোৎনগদবনি। শুমাঙ লীলাদা উৎলিবা মফম, লম্বী চীং, পাৎ, তুরেল, ওফিস, জঙ্গলনচিংবা পূম্নমক অয়েংবা ভাবোক্তা মদুমক ওইনা খঙহন্নবা হোৎনবা চঙই।

শুমাঙ লীলাগী অভিনয়দা য়াম্না মরুওইবা শরুক অনীখক লৈ হায়না লৌবা য়াই। মদুদি কপ্পা (অৱাবা ফোঙদোকপা অৱাবগী শরুক উৎপা) অমসুং নোকপা (নুংঙাইহনবা, ফাগিনচিংবা) হায়বসি য়াম্না মরু ওইবনি হায়না লৌনৈ। মরমদি কপ্পা অমসুং নোকপা হায়রিবা *feeling emotion* অসি অয়েংবা ভাবোকপু লায়না চিংশিনবা ঙম্বা পাম্বৈনি। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা ইবশিং অমসুং ডিরেক্তরশিংনা কপ্পা অমসুং নোকপা অনী অসিবু য়াম্না মরু ওইনা লৌই, অমসুং অনী অসি য়াম্না মায় পাক্লা উৎনবা হোৎনৈ। মসিদগী তারকপা ৱাফমদি কপ্পা অমসুং নোকপা হায়বা অভিনয় অসি শুমাঙ লীলাগী মরুওইবা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মচল অমনি। ঐখোয়না শুমাঙ লীলা কয়াদা অভিনয় মখল অনীসিদা লৈবাক ফাওনা শকখঙনরবা হরিশ্চন্দ্র নিংথৌগা মহারাণী শৈব্যাগা কায়নবা, মচানুপা রুহিদাসপু বামন ফত্তবনা ওৎ-নৈবা, রুহিদাস শিবা অৱাবা, পোৎলোইবা মতাং শৈব্যা মহারাণীগী অৱাবগী অভিনয়শিংদা অয়েংবা ভাবোকশিংনা মীৎতগী পিরাং শীন্থনা খোজেল থোক্লা কপ্পখিবগী ৱারী ঙসি ফাওবা কাউনদ্রি। অউন পোৎ হায়বা লীলাদা লায়রবী মমৌনুপী অদুবু মনেমনা অউনপোৎ পীরক্তবগী নমাদা মনেমদুনা লৈবাক খ্বাইগী নীঙোল চাক্লৌবা নুমিৎতা মমৌনুপীদুবু চাক্লৌবা চৎহন্দবদা মদুগী অৱাবা ফোঙদোকখিবা অভিনয় মতাং মদু ঙসি ফাওবা মীয়াম্না শোম্নরি।

মতৌ অসুম্না অৱাবা ফোঙদোকপগী অভিনয়দি শুমাঙ লীলাদা য়াম্না মরাঙ কায়না উবা ফংই। শুমাঙ লীলাদা মমীং চৎলবা ফাগি তৌবা কলাকারশিংগী কাউঙমদবা অভিনয় কয়া লৈরি।

১০) ডিরেক্তর ঃ-

অঙনবা মতমদা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তর হায়দুনা তোইখাইবা মীশক অমা লৈরম্বা থেংনদে। মতমদুদদি লীলাদা শরুক য়ামিন্নরিবা কলাকারশিং তাথোক তাশিন তৌমিন্নরগা শুমাঙ লীলা পুথোক্লরম্মী। ৱাফম অসি শুমাঙ

লীলাগী অহল ওইরবা ওজা গুরুশিং অয়াম্বনা তাকপী-তম্বীরকপদগী খঙবা ঙম্মী (মসিগী লিষ্ট অমা এপেন্দিক্স অমা হাপচরিবসিদা য়েংবীয়ু) মতমগী মতুং ইন্না শুমাঙ লীলা তম্বীবা ডিরেক্টরগী ফম অসি লাকখিবনি। ঐখোয়না করম্বা মতমদগী অসিগুম্বা ডিরেক্টর অসি শুমাঙ লীলাদা চঙলকখিবনো হায়বসি চপ চানা খঙবা ঙমদে। অদুমকপু খৃ: কুম: ১৯৪৫/৪৬ অসিদা শান্নখিবা বিঃএঃ মপা লম্বোইবা লীলা অদুদগী শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্টরগী মওংসি লাকপা হৌখি হায়না লৌবা য়াই। ব্রাফম অসি শ্রীথোঙাম গৌরহরি সিংহ (বিঃএঃ মপা লম্বোইবা লীলাদা ইবোতোম্বী শাবা) দগী খঙবা ঙম্মী। মহাক্না অসুম্না হায় ঃ-

> *লৈখিদ্রবা কৈশামথোংদা লৈবা ওজা ইবুংঙো ভুতনাথনা বি. এ, মপা লম্বোইবা হায়বা লীলা অসি ব্রাবী ওইনা মতম চঙনা ঐখোয়দা (কলাকারশিংদা) ব্যাখা তৌদুনা তাকপী তম্বীখি। ব্রারী অসি চীন্নাঙনি অইবা ওইনা নত্তে। মবম অদুনা স্বর্গীয় ওজা ইবুংঙো অসি অঙনবা মতমগী শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্টরগী শক্তম লৌবিখিবা মীশক অমনি হায়না লৌবা য়াই। [৮১]*

মতম অসিব্রাইদা লাকখিবা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্টর নৎত্রগা ওজাশিংগী মনুংদা স্বর্গীয় চোংথাম ময়ূরধ্বজ সিংহ (নিংথেমজাউ) অসি থোইদোক্না শীংথাবা য়াই। থোইদোক হেন্দোক্না নিংথেমজাউ করুণ রস (অব্রাবা) তম্বীবদা মমীং হেন্না চৎলি। মথং মথং অথেঙবা মতমদা থোরকখিবা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্টরশিংগী মনুংদা শ্রীতখেল্লম্বম নবকুমার, মৈস্নাও ইবোতোম্বী, তোমাল, গৌরহরি, চৈতৈ, বীনোদনচিংবা শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংদগী ডিরেক্টরশিংসিগী লমজিং লমতাক্কী মখাদা শান্নবা শুমাঙ লীলাশিংদা ঐখোয়না থায়নগী ফোক্কী ওইবা ইচম চম্বা লীলাগী মওংশিং মদু উবা ফংই। অদুগা থিয়েটরগী লমদগী চঙলকখিবা ডিরেক্টরশিংগী মনুংদা বীরজিৎ ঙাঙোম্বা, নবা ব্রারেপ্পা, সনখ্যা ইবোতোম্বী অসিনচিংবা মমীং পনবা য়াই। হায়রিবা মীশক অহুম অসি মণিপুর থিয়েটরগী লমদা মমীং চৎলবা ডিরেক্টর ঙাক্তনি। মখোয়না থিয়েটরগী ওইবা ডিরেক্সন মওং খরা শুমাঙ লীলাদা পুশিল্লকপা থেংনৈ। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্সনদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা উই। থিয়েটরগী লমদগী চঙলকপা ডিরেক্টরশিংগী মখাদা

[৮১] অকপিরকপা থোঙাম গৌরহরি, য়ুরেম্বম (বি এ মপা লম্বোইবগী ইবোতোম্বী শাবা) চহী ৭৮

তৌরকপা শুমাঙ লীলাশিংদনা য়াম্না sofisticated, লুশিনবা থিয়েটরগী ওইবা মচল কয়া য়ানশিনবা মওংসি উবা ফংই। মরম অদুনা হৌজিক চখরিবা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তরন্দা মখল অনীসিনা মপূং ওইবা মশকনি হায়না লৌবা য়াই।

হৌজিক্কী মতমদা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তর অসি য়াম্না মরুওইবা অমা ওইরে। লুপা পৈশা য়াম্না পীনদুনা ডিরেক্তর নেকপা চৎনরে। লীলা অমগী ডিরেক্তরন্দা চাউরাক্না লুপা লীশিং ৩/৪গী মথক্তা খরচ তৌনরে। মরমদি লীলাগী ভাবোকসু য়াম্না মুন্না লীলা য়েংবগী মচৎ অমা লাক্লরে। মরম অদুনা ডিরেক্তর অমগী মখাদা মতম শাংনা মতম চঙনা নিয়ম নাইনা লীলা তম্নবসি চৎনবী অমনি। মরম অদুনা ফেষ্টিভেলনচিংবদসু ডিরেক্তরগী তোঙানবা মফম অমা থম্নদুনা বেষ্ট ডিরেক্তরগী মনা পীনরে। মসিমক শুমাঙ লীলাগী মশেক মঙাল থোকপা অমনি।

১১) দক্ষিনা ঃ-

শুমাঙ লীলাদা শান্নবগী মমল ওইনা দক্ষিনা (*performance fee*)পীনবসি মহৌশাদগী চৎনরকই। দক্ষিনা অসি লীলা কৌরিবা কাঙবুনা লীলা শান্নরিবা পার্টি অদুদা পীবনি। মরু ওইনা লীলাদুবু কৌরিবা মীশক, নৎত্রগা ইমুং অদুনা দক্ষিনা পীনবসি চৎনরকই। অদুগা লীলাদুবু য়েংলিবা কাঙবুনা পৈশা তিংদনা (*entrance fee*) নৎত্রগা মমল পীদুনা টিকেট পীবা তৌদনা লেম্না লীলা য়েংবা চৎনরকই। করিগুম্বা চাকচা-হৈজানবা মতমদা ময়াম মান্নরগা লীলা শান্নবগী দক্ষিনা পীবা চৎনরকই। চাউরাক্না খৃঃ কুমঃ ১৯৭৭/৭৮ অদুব্রাইদগী অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদা শুমাঙ লীলা কৌনরগা টিকেট কক্লদুনা লীলা য়েংবগী চৎনবী মওং অমা লাকপা হৌখি। মতৌ অসুম্না টিকেট ককনবদগী কারক্লিবা শেলফমদুদগী লৈকাইদুগী শীল-লাঙলিবা ক্লব/এসোসিয়েসন্না লীলাগী পার্টিদা লীলা শান্নমল দক্ষিনা পীনৈ। মসি হৌজিক য়াম্না কন্না চৎনরি।

অঙনবা মতমদা লীলা শান্নবগী দক্ষিনা অসি কয়াম য়াম্না পীনরম্বগে হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙমদে। মসিগী মতাংদসু রসিদনচিংবা ককন্দুনা তৌবগী চৎনবী লৈরমদবনা চপ চাবা রেকোর্ড ফংবা ব্রানা থোকই। অদুমকপু লীলাগী কলাকার অহল লমন কয়াদগী হংজরুবদা তাকপীরকপা মতুং ইন্না খ্বাইদগী

ঙনবা লীলাদা পীনরম্বা য়াবা দক্ষিনাগী চাং অসি লীলা অমা শান্নবদা চাউরাক্লা লুপা ৩/৪ পীনরম্বা য়াই হায়না লৌবা য়াই। মতৌ অসুম্না খ্বায়দগী ঙনবা দক্ষিনা লুপা ৩/৪ পীনবদগীনা ঙসি ফাওবদা লুপা লীশিং ১৫,০০০/১৯,০০০ পীনরে। য়াম্না ঙল্লিবঙৈ মতমদা দক্ষিনা য়াম্না পীনরমদবগী মরমদি শান্নরিবা লীলা পার্টি অদু খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী মীওই ঙাক্তনা কলাকার ওইবা মরমনসু ওইরম্বা য়াই। মসিগী মথক্তা লীলা শান্নবা হায়বসি অঙনবা মতমদা শান্নবদি থব্রায় য়াওবা কলাকার খরনা পূনশিল্লগা পামজবা ওইনা অহাঙবা মতমদা লীলা শান্নবা ওইনা তৌরম্মী। মরম অদুনা লীলাগী দক্ষিনাগী ব্রাখল থোইনা খন্নরমদবা ওইবা য়াই। করিগুম্বা মতমদা দক্ষিনা লৌদনা লীলা তৌবসু য়াম্না চৎনরম্মী। মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাকপদগী লীলা পার্টি কয়া লিংখৎনরকই। শুমাঙ লীলা শান্নবসি হিংনবগী শেন্দাল শিনফম অমা ওইনা লৌনরকপদগী লীলা দক্ষিনা লৌনবসি চৎনবা হৌরকখি। মখাদা হৌরকপদগীনা হৌজিক ফাওবগী লৌনরিবা দক্ষিনাগী চাং অসিগী চাউরাকপা মশক অমা পীরি। মসিনা দক্ষিনা লৌবদা হোংলক্লিবা মশক অদু চাউরাকপা খঙবা ঙমগনি হায়না নীংই।

চাউরাকপা লীলা অমা শান্নবদা লৌবা দক্ষিনাগী চাংঃ-

| | মতম | লুপা |
|---|---|---|
| ১) | অঙনবা | ৩/৪ |
| ২) | ১৯৪২/৪৩ | ৫/৬ |
| ৩) | ১৯৪৪/৪৫ | ৭/১০ |
| ৪) | ১৯৪৭/৪৮ | ১২/১৫ |
| ৫) | ১৯৫০/৫১ | ৩০/৪০ |
| ৬) | ১৯৫২/৫৩ | ৭০/৮০ |
| ৭) | ১৯৫৫/৫৭ | ৯০/১০০ |
| ৮) | ১৯৫৮/৬০ | ১০০/১২০ |
| ৯) | ১৯৬১/৬৩ | ১৫০/১৮০ |
| ১০) | ১৯৬৫/৬৭ | ১৫০/১৮০ |
| ১১) | ১৯৬৮/৬৯ | ২০০/২১০ |
| ১২) | ১৯৭০/৭১ | ২৩০/২৫০ |
| ১৩) | ১৯৭২/৭৩ | ২৫০/২৮০ |
| ১৪) | ১৯৭৪/৭৫ | ২৮০/৩০০ |

| | | |
|---|---|---|
| ১৫) | ১৯৭৬/৭৭ | ২৮০/৩০০ |
| ১৬) | ১৯৭৮/৭৯ | ২৮০/৩০০ |
| ১৭) | ১৯৮০/৮১ | ৩০০/৩২০ |
| ১৮) | ১৯৮২/৮৩ | ৩৫০/৪০০ |
| ১৯) | ১৯৮৪/৮৫ | ৫০০/৬০০ |
| ২০) | ১৯৮৬/৮৭ | ৭০০/৯০০ |
| ২১) | ১৯৮৮/৮৯ | ১০০০/১৩০০ |
| ২২) | ১৯৯০/৯১ | ১৩০০/১৫০০ |
| ২৩) | ১৯৯২/৯৩ | ২০০০/২৫০০ |
| ২৪) | ১৯৯৩/৯৪ | ৩০০০/৩৫০০ |
| ২৫) | ১৯৯৫/৯৬ | ৩৫০০/৪০০০ |
| ২৬) | ১৯৯৭/৯৮ | ৪০০০/৬০০০ |
| ২৭) | ১৯৯৮/৯৯ | ৬০০০/৭০০০ |
| ২৮) | ১৯৯৯/২০০০ | ৬০০০/৭০০০ |
| ২৯) | ২০০০/২০০১ | ৭০০০/৮০০০ |
| ৩০) | ২০০১/২০০২ | ৭০০০/৮০০০ |
| ৩১) | ২০০২/২০০৪ | ৮,০০০/১২,০০০ |
| ৩২) | ২০০৪/২০০৬ | ১০০০০/১৫,০০০ |
| ৩৩) | ২০০৬/২০০৭ | ১০,০০০/১৫,০০০ |
| ৩৪) | ২০০৮/২০০৯ | ১৫,০০০/১৯,০০০ |

অঙনবা মতমদা দক্ষিনা পীনবগী মওং অসি মীওই খরনা পূনশিন্দুনা শেম্বনি। মখোয়গী মরক্তগী খরা অহল ওইবা হৈথোই শিংথোইবা মীশক অমনা লুচিংবা অমা ওইনা খন্দুনা লীলা পার্টি ওইনা শেম্নরম্মী। অসিগুম্বা মখলগী লীলা পার্টি অসি খুল খরদা লৈকাই খরদা চাইনা খরদমক লৈনরম্বা থেংনৈ। পার্টিশিংদুগী অককনবা মমীং থোম্নরমদে। খুল নৎত্রগা লমদুগী মমীং ওইনা খঙনরম্মী। খুদম ওইনা কোংপাল মোইরাং পব্ব, কৈশাম্পাৎ মোইরাং পব্ব, য়ুরেম্বম লীলা পার্টি, কোঙেং লৈকাই লীলা পার্টি, খোংহাম্পাৎ লীলা পার্টি, চৈতে পার্টি, ডাকু জগৎসিং পার্টি অসুম্না হায়নবসু চৎনরম্মী। লীলা অদুগী মমীংদা শঙনবসু চৎনরম্মী। মদুদি থাউমৈ মখোঙ,

থেঙ্গূ হুনবা, থোক লীলা, খুত্তামচা, চাকথেকপী, নংতনিকো ইমৌনুপী, চীংগী ইচল, তমগী ইবুং, ঈগী মহাও পার্টি অসিনচিংবা কয়ানি।

লীলা পার্টি অসিগী থৌদাংদি মপূংদা লীলা তিম্নদুনা লীলা পূম্না তম্মিন্নবা, দক্ষিনা য়েন্নবা, লীলাগী অফবা কলাকার খনবা, অফবা লীলা বোয় থিবা, অফবা লীলা ইবা থিবা, মশক মতৌ ফজবা এক্টর এক্ট্রেস ডিরেক্তরনচিংবা থিবা অসিনচিংবা অসিনি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙদদি লীলা পার্টিগী শীন-লাঙবগী মওংসি য়াম্না মওং তানা লৈরমদে। অদুবু অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুং খৃঃ কুমঃ ১৯৬৩ অসিব্রাইদগী লীলা পার্টি অসি রেজিষ্টার তৌদুনা মওং তারবা রেজিষ্টার বোদি ওইবা হৌরে। খৃঃ কুমঃ ১৯৬৩ অসিমক ডি ইষ্টর্ন যাত্রা এসোসিয়েসন হায়রিবা লীলা অসি রেজিষ্টার তৌরে। মণিপুরগী শুমাঙ লীলাদা রেজিষ্টার তৌবা পার্টি ইহান হানবনি। লীলা পার্টিগী ওইবা থৌপুবা মীশক, পার্টিগী সংবিধান, ওফিস অমসুং পার্টি পার্টিগী মিং থোন্নদুনা মওং তানা পার্টি লিংবসি চৎনরক্লে। মসিগী মতুংইন্না লীলা পার্টি মমীং মীয়াম্না খঙনরক্লে। মসিগী মতুংইন্না লীলা পার্টিগী মিংদা লীলা কৌবা চৎনরক্লে। মথংদা দি নোর্থ ইম্ফাল যাত্রা মণ্ডল রেজিষ্টার নম্বর ২৫৬/৬৩ মৈতৈ লৈমা যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসন রেজিষ্টার নম্বর ৯৩৬/৭০, মণিপুর কো আর্টিষ্ট, সিটি যাত্রা মণ্ডল অসিনচিংবা কয়া মথং মথং রেজিষ্টার তৌনরক্লে। মতমগী মতুং ইন্না অথাপ অথাপ্পা মফমদা লৈরম্বা লীলা পার্টিশিং ইম্ফালদা হোংগৎনরক্তুনা তোঙান তোঙান লীলাগী ওফিস লিংনদুনা ভারা পীদুনা য়াম্না হোংগৎনরকই। পূম্নমকসিগী মনুংদা ইম্ফালদা হোংগৎলকপা খ্বায়দগী ইহান হানবা লীলা পার্টিদি মৈতৈ লৈমা যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসনন পাউনা বজারদা হোংগৎলকপা অহানবনি। মথং মথং হোংগৎনরক্তুনা ঙসিদি ইম্ফালগী পাউনা বজারদা শুমাঙ লীলাগী পার্টি কয়াগী ওফিস লৈবা থেংনৈ। ওফিস অমগী ভারাসি য়ামদ্রবদা থা অমদা লুপা ৫০০ দগীনা লুপা লীশিং ১ /২ ফাওবা পীনৈ। ইম্ফালদা ওফিস লিংদুনা লীলা পার্টি ময়ামসি লৈরবা মতুংদা মখোয়গী ওর্গেনাইজেসন্দা অহোংবা মশক অমা থেংনৈ। হৌজিক্কী মতমসিদদি অহিং নুংথিল নাইদনা লীলাগী ওফিসতা কলাকার অমা তোঙান্না পৈশা পীরগা থম্বা চৎনৈ। করি করিগুম্বা মতমদা রুটিন নাইনা কলাকারশিংনা লৈনবসু চৎনৈ। ওফিস লিংবদগী লীলা তম্বনচিংবা পূম্নমক লীলা ওফিসতা তৌনরে। লীলা তম্বগী মতাংদা

কলাকারশিংনা ময়ূম ময়ূমদগী অয়ূক্কী পুং ১০/১১ নংননবা লীলা ওফিসতা বস নৎত্রগা সাইকল তোংদুনা কানরকই। লীলা তম্বা লোইরগা য়ূম-য়ূমদা হন্নে। করিগুম্বা মতমদা মখোয় পূন্না লোইনা লেক-চাদুনা অহিং নুংথিল খায়দনা লীলা তম্বসু তৌনে। ওফিসকী ভারা অমসুং অতৈ খরচ ময়াম খায়নরগা চলাইনবা তৌনে। মসি লীলা পার্টি অদুগী শেল থুমগী ফিভম তাদ্রিঙেসিগী মতাংসিদা তৌবা থবকশিংনি। করিগুম্বা লীলা শান্নরিবদুগী দক্ষিনা অদুদগী শরুক খরা কায়থোক্লগা মতম চুপ্পদা থম্নে, মদুনা খরচ পূম্নমক শীজিন্নে।

লীলা পার্টি অদুগী সংবিধানগী মতুংইন্না সেক্রেটরি, প্রসিদেন্ট, কেসিয়ারনচিংবা ওফিসকী থৌপুবা মীশক নাখে শেংনা হাপ্তুনা থম্নরে। হৌজিক্কী মীয়াম্না লীলা কৌবসু ওফিসতা লাক্নুনা লীলা কৌনরে। নিয়ম নাইনা ওফিসিয়েল ওইবা মওংদা লীলা শান্নবগী দক্ষিনা মসি রসিদনচিংবা কক্লদুনা পীনরে। লীলা শান্নরুবদগী ফংলকপা দক্ষিনা অদু কলাকার খুদিংমক শেল চপ মান্নলা য়েন্নে। লীলা অমা ইবগী মমল য়ামদ্রবদা লুপা লীশিং ৬/৭ ফাওবা পীনরে। করি করিগুম্বা অপূনবা শেলফম পীদবা মতাংদদি লীলা য়াওবা কলাকার অমনা ফংবা শেলফম অদু চপ মান্নলা অইবসু সিয়ার তৌবা চৎনৈ। লীলা অমনা য়ামদ্রবদা চহী ১/২ রোম শান্নে। মমাঙঙৈদদি লীলা অমনা চহী ৭/৮ গী মথক্তা শান্নরম্মী। অসিগুম্বা লীলা পার্টি অসি মণিপুরদা চাউরাক্লা ৭০/৮০ রোম লৈ। পূম্নমক অসি ইম্ফালদা ওফিস লিংদুনা লৈবদি নত্তে। হৌজিক হৌজিক ইম্ফালদা হোংগৎলক্নুনা ওফিস লিংদুনা মওং তারবা লীলা পার্টি ১৫/১৬ রোম লৈরে। মসি য়ামদ্রবদা লীলা পার্টি অমদা চাউরাক্লা কলাকার ১০/১৫ ফাওবনা পার্টি অমমম শাই। মসি নত্তবা অতৈ লীলা পার্টিশিংনা মণিপুর পূম্বগী শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলগী মতমদা শরুক য়ারবনি। ফেষ্টিভেল নত্তবা মতমদা মখোয়গী খুলদা লৈকাইদা ওফিস থম্নদুনা লৈনবনি। হোংলকইবা মতমগী ঈচেল মতুংইন্না চাউরাক্লা খৃঃ কুমঃ ১৯৬৫ দা ওল মণিপুর যাত্রা ফেষ্টিভেল কাঙজেবৃংদা পাঙথোকই। খৃঃ কুমঃ ১৯৬৮ দা পব্লিসিটি দিপার্টমেন্টনা লৌশিন্দুনা ওল মণিপুর যাত্রা ফেষ্টিভেল অসি প্লান এক্সিবিসনগা লোয়ননা খৃঃ কুমঃ ১৯৭২ ফাওবা চথরকই। খৃঃ কুমঃ ১৯৭২ দগী অমুক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শীল-লাঙদুনা খৃঃ কুমঃ১৯৭৬

ফাওবা পাঙথোকই। ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েসন (মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী অপূনবা সংস্থান ) না শীল-লাঙদুনা ওল মণিপুর জুনিয়ার যাত্রা কম্পিটিসন হায়না শোক ১৯৭৫ মার্চ তাং ১০ দগী নম্বোলদা পাঙথোকখি। ডি লিটরেরী এন্দ কলচরেল ওর্গেনাইজেসন, জিরিবামদসু শোক ১৯৭১ দগী ১৯৭৫ ফাওবসু অসাম মণিপুর অপূনবগী ফেষ্টিভেল অমা পাঙথোকখি। মদুদসু যাত্রা ফেষ্টিভেল হায়না খঙনৈ। খৃ: কুম: ১৯৭৫ দসু ষ্টেট মেলা (প্লান এক্সিবিসন) পব্লিসিটিনা তৌরম্বদগী তোকখিবা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা খৃ: কুম: ১৯৭৩ মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসনগা পূম্না যাত্রা ফেষ্টিভেল পাঙথোকমিন্নে। ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েসন অসিদি খৃঃ কুম: ১৯৭১ দগী লিংখৎখিবনি। অদুগা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শোক ১৯৭২ দা লিংখৎখিবনি। অসুম্না মণিপুরগী শুমাঙলীলাগী ওর্গেনাইজেসন্দা হেন্না মওং তারবা লীলাগী শক্তম অমা ঐখোয়না উবা ফংই।

১৩) শুমাঙ লীলাগী ভাবোক ঃ-

লীলা অমা শান্নবদা তঙাইফদনা মচাক অহুম চঙই ঃ-

১) লীলা শান্নগদবা কলাকার কাঙবু (লীলা পার্টি)
২) লীলা শান্নফম
৩) ভাবোক

মথক্তা পীজরিবা অহুম অসিগী মনুংদা অমা ব্রাৎপদা লীলা শান্নবা য়াদে, লীলা ওইবা য়াদে। মরম অদুনা লীলা শান্নবদা ভাবোক (*audience, spectator*) য়াম্না মরু ওই। মসি চঙদবা য়াদ্রবা মচাক অমনি। থোইদোক হেন্দোক্না শুমাঙ লীলাগুম্বা ফোক থিয়েটর অমদদি ভাবোক অসি য়াম্না মরু ওই। ভাবোক্না শুমাঙ লীলাগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ, ভাবোক্কী অপাম্বগী মতুং ইন্না শুমাঙ লীলা হিংবা ঙম্লিবনি। শুমাঙ লীলাদি মীয়ামগীনি। লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই খরগী থৌজাল মখাদা শুমাঙ লীলা হিংবা নত্তে। শুমাঙ লীলাগী ভাবোক অসি মখল মখা শুই। মখোয়দি নুপী, অঙাং, অহল, লাইরিক লাইশু হৈবা হৈতবা, অশোন অনা পূম্নমক শুমাঙ লীলাগী ভাবোক ওাক্তনি। শম্না হায়রবদা লীলা অদুগী মনুংদা খুল অদুদা লৈরিবা মীওই

খুদিংমক শুমাঙ লীলাগী ভাবোক্নি। শুমাঙ লীলাগী ভাবোকসি য়াম্না পৌনা মখল অনী থোক্না খায়দোকপা য়াই ঃ-

১) খুঙ্গংগী ভাবোক অমসুং ২) সহরগী ভাবোক

২) খুঙ্গংগী ভাবোক ঃ-

খুঙ্গংগী ভাবোক্না শুমাঙ লীলা অসি য়াম্না পাম্না নুংশিনা থব্রায় য়াওনা য়েংই। খুঙ্গংদা শুমাঙ লীলা শান্নবা মতমদা চহী য়াম্বা অহল-লমন কয়ানা পীক্লিবা মচা মশু অঙাং পুরক্তুনা মাঙদা ফমদুনা ভাবোক ওই। খুঙ্গংগী ভাবোক্না শুমাঙ লীলাগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ। খুঙ্গংগী ভাবোক্না লীলাদা লাঙবা খোৎপা য়াদে, অহল লমনশিংনা লীলা অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা মীৎ কৃপ্তুনা মুম্না থব্রায় য়াওনা য়েংই। ব্রাহে শোয়বা য়াদে। করিগুম্বা মতাং মতাংদা কলাকারশিংনা তৌবা অভিনয়দা পেল্লদুনা চঙশিল্লক্তুনা পৈশা থাবনচিংবা ফাওবা তৌই। কনাগুম্বা লমহেনবা নহারোলনা নোক খেদুনা লাঙবা য়াওরক্লবসু থওইনা অহল লমনশিংনা চৈ-থাংদুনা ব্রারক-ব্রাতেম্বা তৌই। খুঙ্গংগী নুপী-অঙাং ভাবোকশিংনসু পীক্লিবা মচাবু পো-পোদুনা শুমাঙ লীলা থব্রায় য়াওনা য়েংই। লীলাগী অব্রাবা মতাং, নুংশিবা মতাং লাকপদা খোঞ্জেল থোক্না কপ্পবা য়াম্না তোয়না য়াওই। শুমাঙ লীলা য়াম্না মুম্না মনুংগী রস শুনা খঙনা য়েংই। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা থব্রায় য়াম্না য়াওনৈ। খুঙ্গংগী নুপী অঙাংশিংনা শুমাঙ লীলা য়েংনবগীদমক অব্রা-অনা থিদনা থবক শূরগা লুপা কয়া খায়নদুনা শুমাঙ লীলা কৌনৈ। শুমাঙ লীলা অমা তৌরনি হায়বদি নুমিৎ নীনী হুম্নিগী মমাঙদগী য়াম্না থব্রায় য়াওনা হরাও তয়াম্না থৌরাং তৌই। লীলা তৌগদবা নুমিৎতি চাবা থকপা তোক্লবসু লীলাত্তবু য়েংলবদি হায়দুনা চারা হেনবা ফাওবা য়াওই। মতম পূম্নমক্তা শুমাঙ লীলাবু থব্রায় য়াওনা য়েংনবসি খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা হৈল্লি। মসিগী মপূং ওইবা মরমদি খুঙ্গংগী লমদা হরাও-কূম্মে য়েংনবগী খুদোংচাবা কয়া ফংদে। মদুমক্না শুমাঙ লীলাদা কা হেম্না থব্রায় য়াওনবা ওইরম্বসু য়াই। হৌজিক্তী খুঙ্গংগী লমদা শুমাঙ লীলা চেরিটি য়াম্না তোয়না শান্নে। মসিমক সহরগা চাউনা খেন্নবা অমনি। চেরিটিগী মতমদা খুঙ্গংগী মীশিংনা লুপা য়াম্না চাউনা টিকেট কক্তুনা য়েংনৈ।

## ২) সহরগী ভাবোক ঃ-

সহরগী ভাবোকসু ঙসিদি শুমাঙ লীলাবু য়াম্না পাম্নদি য়েংই, খুঙ্গংগা চাং য়েংনবদা খরদি খেন্নে। সহরগী শুমাঙ লীলা ভাবোক্তী মপূংদা নহারোল পাখং লৈশাবীনা মপূংনি। অহল লমন্দি থোইনা থব্রায় য়াওনদে। খুঙ্গংগী মীশিংদগী সহরগী মীশিংনা শুমাঙ লীলা পাম্বসি য়াউশঙগুম্বা চাকচা-হৈজানবা মতমদদি সহরগী মফমদনা য়াম্না হেল্লি, মদুসু য়াউশঙগী মতমদা সহরগী লৈরক খুদিং লৈকাই খুদিং লীলা য়াম্না তৌই । অতৈ মতমদদি থওইনা লীলা তৌবা উদে। করি করিগুম্বা মতমদা সহরগী প্রজা অয়াম্বনা য়াম্না থব্রায় য়াওনা শুমাঙ লীলা য়েংনবসি য়াউশঙগী চাকচা-হৈজানবা, ইঙেন কাংচিংবনচিংবা মতমদদি শুমাঙ লীলা য়াম্না কা হেন্না সহরদা তৌনৈ। কাংগী পালিদা লুপা য়াম্না চাউনা খায়নদুনা শুমাঙ লীলা কাং মনুং লেপ্তুনা লীলা কৌবা চৎনৈ। অতৈ মতমদদি সিনেমা ড্রামানচিংবা মখল কয়াগী হরাও-কুম্মৈ য়েংবা ফংবসিনা শুমাঙ লীলা কৌনদবা ওইরম্বসু য়াই। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলগী মতমদা ইম্ফাল সহর ময়োলদা শান্নবনা নোংমদা য়ামদ্রবদা ভাবোক লীশিং ৫/৬ লোম থা অমা চুপ্না য়েংনৈ। মসি অয়াম্বদি সহরগী ভাবোক ঙাক্তনি। মসিমক্না অতৈ মতমদা সহরদা শুমাঙ লীলা য়েংবগী চাং খরা হন্থবা ওইরম্বসু য়াই। মপূং ওইনা সহরগী মীয়ামসু শুমাঙ লীলাদা য়াম্না থব্রায় য়াওনা য়েংনরে। মপূং ওইনা সহরগী লাইরিক-লাইশু হৈবা মীশিংনদি শুমাঙ লীলাদা য়াম্না থব্রায় পঙয়াও য়াওবা উদে। অদুম ওইনমক শুমাঙ লীলা অমা শান্নবা অমসুং উৎপদা মণিপুরী জাতিসিগী ওইনা ঙসি ফাওবা চৎনরিবশিং অদু খরদং নৈনবনি। ❑

## মরিশুবা পন্দুপ

# শুমাঙ লীলা অমসুং মখোয়গী সাহিত্যগী খুদোল নৈনবা

### *শুমাঙ লীলা অইবা থোরকপা*

মৈতৈগী শুমাঙ লীলা অসি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তগী হৌরকপনি হায়বসি মথক্কী অনীশুবা পন্দুপ্তা পনখ্রে। শুমাঙ লীলা অসি অঙনবা মতমদগী হৌনা শান্নরক্লবসু অইবা *(written text)* অমা ওইনা শান্নবদি অঙনবা মতমদগী উবা ফংদে। অঙনবা মতমদা শান্নরম্বা শুমাঙ লীলা অয়াম্বা অইবা স্ক্রিপ্টতা য়ুম্ফম ওইনা শান্নবা নত্তে। অঙনবা মতমদা শান্নরন্নিবা শুমাঙ লীলাগী মশান্নসি করিগুম্বা ৱারী অমবু কলাকার ময়াম পূন্না তান্নমীন্নরগা লীলা ওইনা পানখৎপনি। মমৈথঙদা মতম অদুগী সমাজ অমসুং ভাবোকশিংগী অপাম্বা মতুংইন্না মহাভারত, রামায়ন, বেদ পুরান্নচিংবদা য়াওবা ফজ-ফজরবা ৱারী মতাংদুগী মতেক মতেক লৌথোক্লগা শুমাঙ লীলাগী ৱারী ওইনা শীজিন্নদুনা শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নবগী মচাক ওইনা শীজিন্নবা চৎনরকই। লীলা অদু পানখৎপা মতমদা অখঙ-অহৈ কয়াগা তান্নদুনা মখোয়গী মতেংনা শুমাঙ লীলা ওইনা উৎনবা পুথোরকই হায়বসি শুমাঙ লীলাগী অহল লমনশিংগী মফমদগী তাবা ফংই। মতম অদুগী অখঙ-অহৈশিংনা ৱারী লীবীদুনা কলাকারশিংদা তাহল্লবগী মতুংদা মখোয় মশেল হেন্না কুপ্না ডাইলোগ (অৱায় অখুম) ফজনা শেমদুনা পুথোরকই হায়বসি অখঙ-অহৈশিংনা তাকপীবদগী খঙবা ঙম্মী।

খৃ: কুম: ১৯৫০ গী অসিৱাইদগী অইবা স্ক্রিপ্ট থোরকপদগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। খৃ: কুম: ১৯৫০ অসিৱাইগী মতমদা শান্নখিবা পুরান মৈথাবা হায়বা লীলা অসি নিঙোম্বম অঙৌতোন মীতৈ, কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবনা ইবনি অমসুং লীলা অসি অঙৌতোন মীতৈগী লমজিং মখাদা লিংখৎখিবা পার্টিনা শান্নখিবনি। মসিগী মতাংদা মথক্কী অনীশুবা পন্দুপতা নৈনখিবা মতাংদা য়েংবীয়ু। লীলা অসিবু অঙৌতোন মীতৈ মশামক্না ইখিবনি হায়বসি ময়েক শেংননবা মখাদা মহাক মশাগী ওইবা ৱাফম খরা পীরি ঃ-

পুরান মৈথাবা লীলা অসি ঐ ইশানা ইজরগা ঐ ইশামক্না ডিরেক্সন তৌদুনা য়াম্না থরায় য়াওনা পুথোকচবনি। পুরান মৈথাবা হায়বা শুমাঙ লীলা মসি মণিপুরগী মফম কয়া কয়াদা খুঙ্গং সহরগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা কোয়না চৎতুনা শান্নজখি। [৮১]

(লীলা অসিগী অশম্বা ৱারী মথক্কী অনীশুবা পন্দুপ্তা য়েংবীয়ু) অইবা শুমাঙ লীলা লাকপদগীদি শুমাঙ লীলাদা লৈরম্বা মনীং মখা তম্বগী মওং অদু ফাজিনবা, পুনশিনবা হৌরকখি। অহাঙবা লমহাংদা মনীংতম্না কোয়না চেন-চোংদুনা শান্নরম্বা শা-ষণবু থৌরী কোঙ্গোয় পুনশিন্দুনা ফাজিনবগুম লীলাগী স্ক্রিপ্টনা লীলাবু খরা খরা ফাজিনবা হৌরকখি।

শুমাঙ লীলাগী মায়কৈ মরিদা নুপা নুপী, অঙাং নহারোল কয়ানা কোয়শিন্দুনা য়েংবা শুমাঙগী অকোয়বদা মহৌশাগুম শুমাঙ লীলা কলাকারশিংনা নীং-খা তম্না অফা-অপূন য়াওদনা মরম্নাইগী হৈজ-শিংজবা পাইরক্কী লৌশিং জ্ঞান শক্তি উৎতুনা শান্নরম্বদু খরমখৈদি মনীং তম্বগী শরুক স্ক্রিপ্টনা পুনশিনবা হৌরকখি। অদুবু স্ক্রিপ্ট থোরকপদগী ৱারী, প্লোট, ডাইলোগ, পাত্র, মফম-মতম, শৈলী (style) মীৎয়েংনচিংবা কয়ানা ফাজিন-পুনশিন্দুনা অহাঙবা শুমাঙগী নীংতম্বদু খরা মখৈ ফাজিন-পুনশিনবগুম তৌই। হৌজিক্কী মতমসিদা স্ক্রিপ্ট থোরকপনা শুমাঙ লীলাগী মশক হোংলকই। ষ্টেজদা শান্নবা ড্রামাগী মচাক অমসুং মওং লৌরক্তুনা শুমাঙ লীলাগী অহোংবা মশক খরা উরকই।

শুমাঙ লীলাগা স্ক্রিপ্টাত শুমাঙ লালাগীতা ওইনা তোপ-তোপ্না মরমচৎ অমসুং মহাও মহৌশাদগী তোঙানবা লৈজবনি। শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংগী নীংতম্বা মশা মশাগী মতীক মগুণ ফোঙদোক্লদুনা খুদোংচাবা য়াম্না পীগদবনি। ৱারী পরীং অমদা য়ুম্ফম ওইরগা শান্নজবনা হেন্না মনীং তম্মী। অদুবু শুমাঙ লীলাগী স্ক্রিপ্ট তারকপদগী মদুগী নীংতম্বা খরদি ফাজিল্লি। অইবা স্ক্রিপ্ট লাকপদগীদি ৱারীদা চোইথোক্তবা লীলা মফম অমগা মফম অমগা শান্নবদা ডাইলোগ অমসুং ৱাঙাঙ-শাঙাংদা হোংদবা মওং অমা লাকপা থেংনরে। অইবা স্ক্রিপ্ট অদুনা লীলা অদুবু ফাজিন্দুনা থম্মী। মমাঙঙৈগী ওইবা স্ক্রিপ্ট লাক্লিঙৈগী শুমাঙ লীলাশিংদি চাউরাকপা ৱারী পরীংদু কায়দনা শান্নরবসু

[৮১] তাকপিরকপা, নিঃ অঙৌতোন মীতৈ, চহী ৮২

মখোয়গী ডাইলোগ, ব্রাঙাঙ-শাঙাং কয়া লীলা মফম অমগা অমগা ডাইলোগ অমসুং থৌদোক খবা খবা খেন্নবা য়াম্না তোযনা উবা ফংই । অদুগা ঙসি অইবা স্ক্রিপ্ট লাকপদগী লীলা অদুগী কলাকারশিং খুদিংমক স্ক্রিপ্টকী মখা পোম্না শান্নবা হৌরকখি । লীলা অইবা (*writer*) লাকপদগী অইবনা উৎনীংলিবা থৌদোক-ব্রাথোক, নৈনরিবা সমস্যা, লমচৎ য়েকপা, সমাজদা য়েংবা মীৎয়েং, ব্রাখল কয়াসি ময়েক শেংনা থোরকই । মরম অদুনা মীৎয়েং থৌবা অইবা (*critical and sensitive writer*) থোরক্কুনা সমাজগী থেংনরিবা, উবিবা, তারিবা, মীহাৎ-মীপুন, অফ-ফত্ত, থৌদোক-ব্রাথোক অমসুং মীওইবগী সমস্যা কয়াদা য়াম্না মনুং হুনজিন্না কপ্না য়েংবা হৌরকই । অইবা স্ক্রিপ্ট লৈত্রিঙৈ মমাঙগী শুমাঙ লীলাশিংদদি *performance* তা শান্নবনা মপূং ওই । শান্নবদা খুদোং চানবা মতাং মতাংগী ওইনা হাপচিনবা, শেমদোক-শাদোকপা, খুদোংচাবা য়াম্না লৈ । অয়াম্বা মতমদা নুংঙাইহনবা, হরাওহনবা, নোকহনবা, কপ্পনবা মওংদা শেম্বা *performance text* ঙাক্তনি। মসিগী মওং অসি অইবা স্ক্রিপ্ট (*written text*) লাক্লবা মতমদা অহোংবা কয়া লাকই। মসিগা লোয়ননা লীলা ইবগী কলা হৈশিংবা মথং-মথং ওইনা চাওখৎলকই । মমৈথঙদা শুমাঙ লীলানা অইবা সাহিত্যগী শক্তম লৌরকই ।

## শুমাঙ লীলা অইবশিংগী থৌদাং ঃ-

শুমাঙ লীলা অসি ঙল্লিঙৈগী মতমদা অইবা লৈরমদবনা চাওখৎপগী খোঙজেল তপ্পা লাকখি। অদুবু শুমাঙ লীলাসি খৃ: কুম: ১৯৫০ অদুব্রাইদগী শুমাঙ লীলা ইবা থোরকপদগী মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী খোঙজেল য়াঙনা মশক থোকপা থাক ব্রাংবা হেঙ্গৎলকই । মতম অমদা শুমাঙ লীলা অমা মীয়াম মমাঙদা পুথোক্লবা হোৎনবদা মতম শাংনা তাম্ন-তিম্নদুনা লৈবগী খুদোংথীবদু শুমাঙ লীলা অইবা থোরকপদগী য়াম্না তেনবা মতমগী মনুংদা শম্না নুমিৎ খরনিগী মনুংদা শুমাঙ লীলা পুথোকপা ঙম্নে। মসিগা ঈরোয়ননা মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীনবা থুংনা ঙসি থেংনরিবা, থেংনরক্কদৌরিবা মতম মতমগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়াদা শুমাঙ লীলা ইবা পামজবা

অইবশিংনা য়াম্না থুনা মীয়ামদা খুদোল তম্বা ঙম্নরক্লি। মসিমক শুমাঙ লীলা ইবশিংগী অচৌবা থৌদাং অমনি।

শুমাঙ লীলা হায়বসি সমাজগী অশেংবা শকয়েং মিংশেলনি। শম্না হায়রবদা লৈবাক অসিগী শেঙ্গা-থুমজা, মীহাৎ-মীপুন, রাজনীতিব্রালাশিংগী চৎন-লোনচৎ, সরকারগী ওফিসার, মন্ত্রী কয়াগী অরোন-অফোঙ কয়া লোয়ননা নহারোল লানহৌবনচিংবা কয়াগী থৌদোক-ব্রাথোক শুমাঙ লীলা ইবা অইবশিংনা য়াম্না থুনা পুথোক্লরকই। অদুগুম্বা শুমাঙ লীলা অদুনা অয়েংবা ভাবোকশিংদা অপঙ-অশিং খুদিংদা থুনা খঙহন্নবা হোৎনরকই। মসিমক সমাজ অসিগী অচুম্বা অশেংবা মশক উৎননবা ফোঙ-ফোঙ শারিবা সমস্যাশিং অসি য়েংবদা নুপী অঙাং ভাবোকশিংনা য়াম্না লায়না খঙবা ঙমই। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা য়েংলগা হৌজিক-হৌজিকমক ওইরিবা মণিপুর সমাজনা করম্বা ফিভমদা লৈরিবা, কয়া চাওখৎলবা, কদায় ফাওবা লৈখা তানা মাঙথরবা, লায়রবা মীচম কয়াগা অব্রা-অনা অসিনচিংবা পূম্নমক অসি অরূবা ঈশিংদা ময়েক শেংনা মমি তাবগুম শুমাঙ লীলাগী মিংশেলদা য়াম্না ময়েক শেংনা পুথোরকই। অসিগুম্বা মখলগী লীলা অসি কলাশিংগী মনুংদগী শুমাঙ লীলাতনা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা সমাজগী মশক অসি য়াম্না থুনা উহনবা ঙমই। থোইদোক্লা মতমসিগী ব্রাৎলিবা শোখরিবা কয়াবু খঙহনবা ঙমই, মসিমক য়াম্না চাউরবা শুমাঙ লীলা ইবগী থৌদাংনি। মরম অদুনা ঙসিগী মীয়াম্বু জ্ঞান তাহন্দুনা অফবা মায়কৈরোমদা পুশিল্লক্লবা হোৎনবা শুমাঙ লীলাগী অইবশিংনা অচৌবা থৌদাং য়ারি।

শুমাঙ লীলাদা অইবশিংগী থৌদাং য়াম্না চাউই হায়না লৌবা য়াই। তশেংনমক শুমাঙ লীলা ইবশিংগী হক য়াম্না লৈ, শুমাঙ লীলা অইবশিংনা ঙসিগী, হৌজিক্কী মীয়াম নুপী অঙাং অহল নহা খাক্তনা পামনগদবা মওংদা তোঙান তোঙানবা শক্তম ময়েক শেংনা পুথোক্লবা কন্না হোৎনরকই। শুমাঙ লীলাদা পুথোক্লরিবা অইবশিংগী থোইদোক হেন্দোকপা খরদি মীওইবগী পুক্নীদা থাদোক্লবা য়াদ্রবা অপাম-নুংশিগী চঙখোল্লবা শক্তম অমা, চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবা, জাতি-বিজাতি কয়াগী থম্মোয়বু পূন্না ফাজিন্দুনা থম্নবা চঙখোল্লবা মশক অমা, ঙসিগী লৈঙাকলোনগী শেঙ্গা-থুমজা, লায়র-অনংগী মরক্তা থেংনরিবা সমস্যা অসিনচিংবা মওংদা শুমাঙ লীলাবু ইবা অইবশিংনা মশক মচু থোক্লা তোঙান তোঙানবা মওংদা, মীৎয়েংদা শুমাঙ লীলা ইনরকই। মতাংসিদা মতম অমদা শুমাঙ লীলা অমা চহী ৫/৬ কী মথক্তা কোয়না

চৎতুনা শাম্নরম্মী। মদুগী মতমদু ঙসিদি মাঙখ্রে। মণিপুর জাতি অসিগী ব্রাঙাঙ, লমচৎ, ফিজেৎ শাজৎ হোংলকপগুম শুমাঙ লীলাগী মপৃং ওইরবা মরমচৎসু য়াম্না থুনা থুনা হোংলকই। মরম অদুনা মীয়ামগী অপাম্বা নীংলিবা খুদিংমক মতম মতমগী ওইবা অহোংবদা য়ূম্ফম ওইরগা শুমাঙ লীলাবু ইরিবা স্ক্রিপ্ট রাইটরশিংনা য়াম্না থুনা অনৌবা মখলগী শুমাঙ লীলা ইদুনা পুথোরকই। ঙসিগী মৈতৈগী শুমাঙ লীলা পার্টি ৩০ মুক্না চহী খুদিংগী লীলা মখল মথেল ৩০ মুক্কী লীলা তৎতনা পুথোক্লরকই। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা অইবশিংগী চাউরবা থৌদাং কয়া ঙসি খূরক হাঙদনা য়ারি। মসিমক শুমাঙ লীলা অইবশিংগী চাউরবা মতম অসিগী থৌদাংনি।

## শুমাঙ লীলা অইবা অমসুং ডিরেক্তর ঃ-

শুমাঙ লীলা অইবা অমসুং ডিরেক্তব অনী অসি থাদোক্লবা য়াদবা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ। শুমাঙ লীলা অইবনা লীলা অমবু ডিরেক্তর অদুদা শিন্নবা মতমদা ডিরেক্তর অদুগী মথৌসি য়াম্না য়াম্মী। তশেংনমক মৈতৈগী চাক এঙ্গাং থোংবগুম্বনি। থোংনবা পোৎ অদুবু লৈরবা মতুংদা পূজারীনা হাউনবা মখল মথেলগী মচাক হাপচিন্দুনা শেম্বগুম, অইবনা মচাক পীবনি। ডিরেক্তরগী হৈশিংবনা শুমাঙ লীলাগী তোপ তোপ্পা মশক থোকহনবা হায়বসি কলা অসিগী অশেংবা মগুণ অমনি। মতাংসিদা ডিরেক্তরগা অইবনা পীরিবা চরিত্রশিংগা কা হেন্না অমুক নকশিন্নবা হেল্লি। অইবনা পীরিবা শক্তম অদু মুন্না খঙলবা মতুংদা মাগী মাগী চান্না চূনবা য়েংদুনা ডিরেক্তর অদুনা উচন চাননবা শেম্বসি ডিরেক্তর অদুগী মথৌনি।

অইবগী ব্রারীগী য়ূম্ফমদা ডিরেক্তরগী হৈশিংবনা মীয়ামদা মশক থোক্না উহনগদবনি। অইবনা লীলা অদুগী য়ূম্ফমনি হায়বদি রাইটর অদুগী মপূংনি। লীলা অমবু য়েংবা য়ানবা শেম্বা শাবসি ডিরেক্তর অদুগী মথৌনি। ডিরেক্তরনা মনীং তম্না অইবগী ব্রাখলগী মনুংদগী নাম্থোকপা য়ারোই। অইবগী অপাম্বা নুংগী ওইবশিংবু ডিরেক্তর অদুনা খঙগদবনি। অইবা স্ক্রিপ্ট অমগী মথ্বায় অসি ডিরেক্তর অদুনা হাপকদবনি। মথ্বায় হাপ্পবা স্ক্রিপ্ট অদুবু মীয়ামদা খঙহনবা হায়বসি ডিরেক্তর অদুগী মথৌনি। স্ক্রিপ্ট অদুগী নুং-পান পূম্নমক মুন্না খঙলবা মতুংদা ডিরেক্তরনা মীয়াম মমাঙদা পুথোরক্কদবনি। মরম অদুনা ডিরেক্তর অমসুং অইবা অনী অসি খক লাপথোক্লবা য়াদে, থাদোক্লবা য়াদে। অইবা অমসুং ডিরেক্তর অনী অসি মীওইবগী থব্রায়গা হকচাংগা ওইবগুম্বনি। অফবা

অইবা অমা ওইহনবা হায়বসি ডিরেক্তরগী থৌদাং য়াম্না লৈ, ডিরেক্তরগী অচৌবা মথৌনি। অইবগা ডিরেক্তরগা মতম পূন্নমক্তা খক থাদোক্লবা য়াদে। মরম অদুনা অইবগা ডিরেক্তরগা অনী অসিদি ঈশিং অমসুং ঙানি।

## অইবা অমসুং লীলা পার্টি ঃ-

হৌজিক্কী মতমদা শুমাঙ লীলা পার্টিগা অইবগা য়াম্না নক্লবা মরী থম্বা অসি চৎনরক্লে। মমাঙঙৈগী মতমদদি কনাগুম্বা লীলা ইবা অমগী স্ক্রিপ্ট অসি য়ানবগী মতুং ইন্না লীলা পার্টি অমনা শান্নবসি চৎনরম্মী। মদুগীদমক্তা লীলা অইবদা অৱামল ওইনা য়ানবগী মতুং ইন্না পৈশা পীনৈ। অদুগা কনা কনাগুম্বা পার্টি অমনসু লীলা অইবা অমদা মখোয়না শান্নগদবা লীলা ইবীয়ু হায়না হায়নবসু চৎনৈ। লীলা অইবগী মফমদা অইবা লীলা অমা লুপা খরা পীরগা শান্নবসি চৎনৈ। পূন্নমক অসিগী মপূং ওইবদি লীলা ওইনা শান্নবদা মায় পাক্কদবা অফবা স্ক্রিপ্ট থিবনি। লীলা পার্টি অমগী মায় পাকপা হিংবা চঙবা হায়বসি লীলাগী অফবা স্ক্রিপ্ট অদুগী মখা য়াম্না পোল্লি। মরম অদুনা লীলা পার্টিশিংনা অফবা স্ক্রিপ্ট নৎত্রগা অফবা লীলা ইবসি য়াম্না মরু ওইবনি হায়না খন্দুনা অফবা স্ক্রিপ্ট রাইটরবু থিনৈ। অফবা স্ক্রিপ্ট অমনা লীলা পার্টিবু কনখৎহল্লি। অমরোমদা অফবা লীলা পার্টিনা স্ক্রিপ্ট রাইটরবু য়োকখৎহল্লি। মরম অদুনা স্ক্রিপ্ট রাইটর অমসুং লীলা পার্টি অনী অসিসু থাদোক্লবা য়াদ্রবা মরম অমনি।

হৌজিক্কী মতমদা লীলা ইবা মীশক অমা লীলা পার্টি অদুগী মেম্বর অমা ওইনা লৈবা ফাওবা চৎনরে। লীলা ইবা স্ক্রিপ্ট রাইটর অদুবু লীলাগী কলাকার অমনা ফংলিবা খুদোংচাবা শেলফমগী শরুক অদু অইবদসু পীনবসি চৎনরক্লি। মরম অদুনা স্ক্রিপ্ট রাইটর, লীলা পার্টি অনী অসি হেন্না হেন্না মরু ওইনা লৌনৈ। হায়রিবশিংসি পীনদ্রগনা মাগী স্ক্রিপ্ট অদুগী য়ানবা মমল পীদুনা লৈবা অসিসু চৎনৈ । অদুবু ঙসিদি অয়াম্বা লীলা পার্টিনা মখোয় মখোয়গী পার্টিগী ওইবা স্ক্রিপ্ট রাইটর অমমম থম্বসি চহী খরা অসিদা য়াম্না কন্না চৎনরক্লি। লীলা পার্টি অদুগী তোঙানবা স্ক্রিপ্ট রাইটর অমা থমজবনা লীলাগী কলাকারশিংগী অমসুং স্ক্রিপ্ট রাইটর অনীমক্কী খুদোংচাবা য়াম্না হেল্লি। স্ক্রিপ্ট রাইটর অদুনা কলাকারশিং অদুগী মশাগী ওইবা লমচৎ, শাজৎ, ৱাঙাঙ, মীৎয়েং-নায়েং পূন্নমক মুন্না খঙলগা মখোয়গী লমচৎ অমা য়েকপদা স্ক্রিপ্ট রাইটর অমগী য়াম্না চাউনা মায় পাকপা ওই, লোয়নননা কলাকার অদুগীসু হেন্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা লমচৎ ৱাঙাঙ শাঙাং তাবা উবা ফংবদগী পার্টি অদুগী ওইবা তোঙানবা স্ক্রিপ্ট রাইটর থম্বসি হেন্না পান্নরকপনি অমসুং চৎনরকপনি।

করিগুম্বা লীলা পার্টি অদুনা শাংনা পূন্দুনা কায়নদদুনা য়ানরিবদু থুগায়নদ্রিবা ফাওবা লীলা অইবদুনা হায়রিবা পার্টি অসিগী শান্নবা লীলা কয়া কলাকারশিংগা হকচিন্নবা চানবা মওংদা লীলা কয়া ইরকই। করিগুম্বা খুদোংচাদবদগী লীলা পার্টি অদু কায়নখ্রবা লোয়ননা অনৌবা কলাকার শিল্পবদি লীলা অইবদু অতোপ্পা লীলা পার্টি অমগী অইবা ওইখিবা য়াই। লীলা পার্টি অমদি অইবা অনী অসি হেন্না হেন্না নক্ষরিমখৈ লীলাগী চানবা লমচৎ য়েকপদা স্ক্রিপ্ট রাইটরগী অমদি পার্টি অদুগী হেন্না চাউনা মায় পাকপনি। অইবগা লীলা পার্টিগা অমত্তা ওইনা নকশিন্নখিবদগী থোরকপা ফলদি লীলা পার্টি অদুগী য়েংদুনা লীলা ইবা চৎনবকপসিদগীনি । লীলা অইবা স্ক্রিপ্ট রাইটর অদুনা পার্টি অদুদা যাওবিবা মীশকশিং মখোযগী মওং মতৌ, ব্রাঙাঙ-শাঙাং, পকচগদবা, পকচবোইদবা, যাগদবা-যাবোইদবা, খুদোং চাগদবা-চারোইদবা কযা কূপ্না মুন্না যেংলগা স্ক্রিপ্ট বাইটবনা লীলা ইবগী মওং অমা কন্না চত্থরকপা উই। মসিগী অফবা অমসুং ফত্তবা মাযকৈ অনী লৈ হায়না লৌবা য়াই। লীলা পার্টি অদুগীদমক্তা যেংদুনা লীলা ইবা হাযবসি লীলা শান্নবদা য়াম্না মায পাকপা হেল্লি। লীলা পার্টি অদুনা যাম্না ব্রাদনা মখোয়গী ঙমজবা থৌবাংগী মখাদা মায পাক্না শান্নবা ঙমই। মসিগী কা হেন্না খুদোংচাবা অসি ফংদুনা লীলা পার্টিশিংনা মখোয়গীতা ওইবা লীলা ইবা মীশক (*script writer*) থম্নবম্বা য়াই হাযনা নীংই । তৌইগুম্বসুং লীলা পার্টি অমনা লীলা ইবা অমবু মখোয়গী খুদোং চানবা যেংদুনা ফাজিন্দুনা থমখিবা মতমদা স্ক্রিপ্ট রাইটব অদুগী নীং-খা তম্বদি মাঙলে । লোযননা মাগী সাহিত্যগী কান্নবদুসু অতোপ্পা লীলা পার্টি কয়াদা চাংয়েং তৌবগী কান্নবদুসু ফংদ্রে। অসিগুম্বা লীলা পার্টিনা স্ক্রিপ্ট রাইটর থম্নবদগী শুমাঙ লীলাদা অঙকপা ফংনা মহৈ মহৈ চাংয়েংনবা অঙম তান্নবগী মওং মসিমক্ল ওইহল্লকপনি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুম্বসি লাকপদগী শুমাঙ লীলা ইবশিংবু মায়কৈ অমরোমদা কম্মরসিয়েল ওইনা লৌবা য়াই। মরম পূম্নমকসি নৈনদুনা য়েংবদা ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদদি য়াম্না মমীং চৎপা শুমাঙ লীলা খরা লৈরিবসিগী মথক্তা কা হেন্না মগুণ লৈবা শুমাঙ লীলা ইবা থোরকপা উদে। অইবা হায়বসি য়ারিবমখৈ য়াম্না মনীং তমহনগদবনি। অহাঙবা অতিয়া অমদা মনীং তম্না পাইবা উচেক্কুম অইবশিংগী ব্রাখল, থম্মোয, নীং-খা তম্বগী শরুক য়াম্না ফংলিমখৈ মখোয়গী সাহিত্যগী পোখোক অদু হেন্না ফজবা ঙমগনি হায়বসি মীয়াম্না চেৎনা থাজে।

শুমাঙ লীলা ইবশিং অমসুং মখোয়গী সাহিত্যগী খুদোল, অফোঙবা শুমাঙ লীলা লাইরিকশিং ঃ

শুমাঙ লীলা ইবশিং থোরকপা ঃ-

খৃ: কুম: ১৯৫০ গী মতম অসিব্রাইদগী শুমাঙ লীলা ইবা থোরকপদগীনা হৌজিক ফাওবা খৃ: কুম: ২০০২, চহী ৫২ রোমগী মতমসিদা শুমাঙ লীলা ইবা কয়া লেপ্তুনা থোরকপা থেংনৈ। খৃ: কুম: ১৯৫০ অসিব্রাইদগীনা খৃ: কুম: ১৯৬০ ফাওবগী মতমসিদা থোরকখিবা শুমাঙ লীলা ইবশিংগী মশীং অসি য়াম্মী হায়না লৌবা য়াদে। হায়রিবা মতম অসিদা লৈরম্বা শুমাঙ লীলা আর্টিষ্টশিংগী মশীংসু থোইনা য়ামদবা মরমনা শুমাঙ লীলা ইবা খরগী স্ক্রপ্টশিংনা লীলা শান্নবা কোন্নরম্মী। খৃ: কুম: ১৯৬০ ফাওবগী মতমদা থোরকখিবা শীংথাবা য়ারবা শুমাঙ লীলা ইবশিংগী মমীং খরদং মখাদা পীজরি।

| সে:ন: লীলা ইবশিংগী মমীং | লৈফম | লীলাগী মমীং | ইবা হৌবা চহী |
|---|---|---|---|
| ১) নিঙোম্বম অঙৌতোন মীতৈ | কোংবা লাইশ্রম লৈকাই | পুরান মৈথাবা | ১৯৫০ |
| ২) য়ুম্নাম বুধি | পিশুম নিঙোম লৈরক | মহাপ্রভু ফিতা ওনবা | ১৯৫৫ |
| ৩) শ্রীথিংবাইজম ভুতেশ্বর সিংহ | নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক | ফিফটি থাউজন | ১৯৫৯ |

হায়রিবা মতম অদুদা থোরকখিবা অইবশিংনা সমাজগী সমস্যা কয়াদা নৈনবা হৌরক্লবসু পৌরাণিক লীলাগী মহাওদি কাউবা ঙমদনা অদুমক ইবা থেংনৈ। লোয়ননা মোইরাং কংলৈরোনগী খম্বা, থোইবীগী শুমাঙ লীলা ইবসু অদুমক থেংনৈ। পূম্নমক অসি অনীশুবা পন্দুপতা লীলা শান্নবশিং অসিগী মরমদা নৈনপ্রে। তশেংনমক অকনবা ঈহৌ অমা ওইনা শুমাঙ লীলা ইবা কয়া থোকখিবা তাঞ্জাদি খৃ: কুম: ১৯৬০ মতুংদগীনি। হায়রিবা মতম অসিদা ইকান কান্নদনা ঈশৈ লীলা হায়বা অনৌবা শুমাঙ লীলা মওং অমা কৃ: কুম: ১৯৭৬ কী মতমদা থোরকখি। মসিগা ঈরোয়ননা মতম অসিব্রাইদা শুমাঙ লীলা ইবা কয়াসু মথং মথং থোরকই। মখোয়না মখল মখা কয়াগী

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২১. থাংজম বীরচান্দ | ব্রাহ্মে অয়াং পল্লি | ইরাল | ২৫ |
| ২২. চানা লুখোই | চানা | থৱায়গী মনি | ৪০ |
| ২৩. ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা | নম্বোল কোংখাম | ফাদোক | ২৫ |
| ২৪. হৈঙাং ইবোমচা | হৈঙাং | নৈরবা সমাজ | ১৫ |
| ২৫. য়ুমখাম রুপচন্দ্র ঘোস | খুরায় | ঈয়ায়থক্কী থম্বাল | ৬৫ |
| ২৬. ধনা হৈস্নাম্বা | ক্বাকৈথেল | করম্বা ইমানো | ৩ |
| ২৭. ও, গুলামচু | কোঞ্জেং লৈকায় | মাধবী | ২ |
| ২৮. মোতুম্বা তোম্বী | শিংজমৈ | শরী ব্রাশক | ৩ |
| ২৯. লাইময়ুম মোধুমঙ্গল শর্ম্মা | থাংমৈবন্দ | মীনরা ফম্নরা | ১ |
| ৩০. আর, কে, ব্রজবিধু | - | মৈরি | ১ |
| ৩১. এ, বীধু | - | ইমাগী মমৌ | ২ |
| ৩২. এল, গম্ভীনি দেবী | শিংজুবুং | লোই কৌখৎপা | ১ |
| ৩৩. এল, ব্রাই, মনি | - | পুন্সী লানফম | ১ |
| ৩৪. উরিকখিনবম ইবোমচা | - | চীংয়াগী লৈরাং ইঙেল্লে | ১ |
| ৩৫. ডিনেস তোংব্রম | মোইরাং খুন্নৌ | ঈগী মহাও | ১৮ |
| ৩৬. খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রো | ব্রাহ্মে নিংথেম পুখ্রী মপাল | কংখ্রবা ঈচেলগী তোর্বান | ৫ |
| ৩৭. মংলেম | - | কনানা কনানো | ১ |
| ৩৮. এম, ইবোমচা | - | মালিনি বেষ | ৩৯ |
| ৩৯. এন, জি, মোহেন | খুরায় | অরোনবা ইতিহাস | ৭ |
| ৪০. এল, অশোককুমার | লাংমৈদোং | নুঙ্গাইরক্কী অদরগুলাপ | ২ |
| ৪১. মোইরাংথেম ইনাও | উরিপোক | চৎলসিবা কদাইদনোমা | ৯ |
| ৪২. তেরা রাজেন | তেরা | অয়ুক্কী নোংহৌ | ৫ |
| ৪৩. প্রেমারোই | লাইরিকয়েংবম লৈকাই | মিরাংদা থুরবা তীল | ১ |
| ৪৪. ডাঃ চোঙ্গোন নিঙোম্বা | খোংমন | শরত ঋতুগী পুর্ণিমা | ১২ |
| ৪৫. অরুনকুমার | কৈশাম্পাৎ | লম্মাংনরবা পুন্সী | ৮ |
| ৪৬. এল, শামুঙৌ | - | জাৎ তীম্নদবী | ৩ |
| ৪৭. ব্রাই, ইবোচাউবা | - | বিদায় | ২ |
| ৪৮. হাওবম নিমাই | - | য়েনিংথানা লাকপদা | ২ |
| ৪৯. দেবেন্দ্রকুমার অরিবম | - | কায়না মৈথুলত্তা | ২ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫০. শ্যামজাইবা | | লৈচিলগী লৈই | ১ |
| ৫১. বাবু ইরেংবম | অহল্লুপ | কিহোম মমীৎ | ১০ |
| ৫২. কুল্ল শর্ম্মা | য়ুম্নাম খূন্নৌ | আই লব ইউ | ৩ |
| ৫৩. হিজম মনিমোহোন | হীয়াঙথাং | ব্রাশক ঙাকপা | ২ |
| ৫৪. মায়পাক | | মতমগী লাই | ১ |
| ৫৫. মোইরাংথেম নন্দকুমার | কোংবা | অত্যাচার | ৭ |
| ৫৬. টিঐচ: ইবেমহল দেবী | থাংজম লৈরক | কংলা ব্রায়েল | ২ |
| ৫৭. স্বর্গীয় মাধোব শর্ম্মা | মৈনো লৈরক | উথম্বাল | ১ |
| ৫৮. জীবন হৈস্নাম্ব | ব্রাম্বে | করিনুংগীনো | ৯ |
| ৫৯. পূর্ণিমাসি দেবী | | শামু খোঙয়েৎপা | ১ |
| ৬০. সলাম শামুঙৌ | খূবায় সলানথোং | ঙাম্বলৈমা নোঙ্গাবা | ২৫ |
| ৬১. অহৈবম দেবেন সিংহ | হীয়াঙথাং | আশির্ব্বাদ | ২০ |
| ৬২. সুন্দর সলামচা | চীংঙামখা | ঙসিগী মীরমলেন্দা | ২ |
| ৬৩. কমল কুমার নাউশেকপা | বামোন কম্পু | নীংখায়রবা তোর্ব্বানগী অজ | ৮ |
| ৬৪. এল: প্রফুল্লো সিংহ | যুবেম্বম | ঈগী ব্রায়েল | ৪ |
| ৬৫. সিঐচ: গম্ভীর মৈতৈ | থীয়াম | চীংনুংগী তাম্না | ৫ |
| ৬৬. এ: তোমচৌ | কোঞ্জেং লৈকাই | ঈচে য়াইমা | ৩০ |
| ৬৭. বি: কে: ব্রাহেংবা | ব্রাঙ্গোই | দেবযানী | ৩ |
| ৬৮. নবকুমার এন:এম:কে: | মযাংইম্ফাল | লাম্লিবসিবু কনানো | ৪ |
| ৬৯. নন্দকেশ্বর শর্ম্মা | - | মণিপুর গোবীন্দ | ১ |
| ৭০. জি:বি: শর্ম্মা | য়াইরিপোক | কলাবজার | ৫ |
| ৭১. এম: ইবেমপিশক | | নিংখায়রবা আশা | ১ |
| ৭২. গোজেন লুব্রাং | নম্বোল লাংপোক | ইজ্জৎকী দাবী | ১ |
| ৭৩. নবচন্দ্র তোংব্রম | মোইরাং খুন্নৌ | ফ্রিন্দম | ১ |
| ৭৪. হিজম ইবেমপিশক | | লৈ লাংবা | ১ |
| ৭৫. আর: কে: বী: সনা | কোনুং | লীকফাং লীথুন | ১ |
| ৭৬. খুমনথেম অমুমচা | হৈরাঙ্গোইথোং | লোই ওকপা | ১ |
| ৭৭. লাইশ্রম মংলেম | উংলৌ | কৈশুমশঙ কাবা | ১ |
| ৭৮. লমশাং পীশক | লমশাং | সৈতাল সোবেদার | ২ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১০৯. | এম: বীরমঙ্গোল | কাঙবম লৈকাই | পাউনা | ৫ |
| ১১০. | এল: সুসিলা দেবী | - | লোই কাবা | ১ |
| ১১১. | জয়াগান্ধী | - | ঈগী বলিদান | ১ |
| ১১২. | হুইদ্রোম চন্দ্রহাস | লোইতাং | ঈচেলদুগী ঈখাই অমা | ১ |
| ১১৩. | শুখির মাইবম | - | লৈকোল অমত্তগী লৈরাং | ১ |
| ১১৪. | কেঐচ: পুর্ণিমা | - | ইস্লোকপিখ্রবা | ১ |
| ১১৫. | রামেশ্বর ব্রাইখোম | এলাংখাংপোকপী | অসিরা পঙ্কু | ১ |
| ১১৬. | তিতোল কোঙখাম | - | লাংলোন অমদা | ১ |
| ১১৭. | রঞ্জিৎ নিংথৌজম | - | তিংখংগী লম্বী | ১ |
| ১১৮. | কুম্বী রাজেন | কুম্বী | হল্লকখিনি হায়বগী আশাদা | ১ |
| ১১৯. | পিঐচ: ইবোহল | - | কুঞ্জমালা | ১ |
| ১২০. | ব্রোজেন লুব্রাং | থাঙ্গা | থব্রায়গী মমল | ১ |
| ১২১. | বাজেন হৈস্নাম্বা | - | লৈবাকসিগী ব্রাথোক | ১ |
| ১২২. | পাউনম অচৌ | ব্রাইতোন | ইমৌদি সনানি | ১ |
| ১২৩. | তোংব্রম হেমচন্দ্র | - | তোনু লাইজিংলেম্বী | ১ |
| ১২৪. | সরাংথেম বোবমনি | চীংঙামখা চনম পুখ্রি | পুরেম্বা | ৫ |
| ১২৫. | কে: ঐচ: চাউবা | - | হাউবা কোনু | ১ |
| ১২৬. | এল:সি: রোকি | খুরায় | নোংসিদং ঙানখিসনু | ২ |
| ১২৭. | পি:ঐচ: জয় শর্ম্ম | - | খুমন পিবাগী শাথৌবা | ১ |
| ১২৮. | ডা: ব্রাই তোম্বা | মোইরাং কম্পু | মোইরাং খোরি কৈথেল | ১ |
| ১২৯. | প্রাফুল্লো | খোংহাম্পাৎ | মীহাৎপৃংগী লৈঙাক্লোন | ১ |
| ১৩০. | গীরানি | সেকমাইজিন | থাসনা | ২ |
| ১৩১. | য়ুম্নাম বুদ্ধি সিংহ | পিশুম | মহাপ্রভু ফিতা ওনবা | ২ |
| ১৩২. | শগোলশেম বীর | খুয়াথোং | থম্বগী অরোইবা | ১ |
| ১৩৩. | নিংথৌজম মেমচৌবী | - | লোই কাবা | ১ |
| ১৩৪. | হাওবীজম তোম্বা | - | খাম্বী মৈকল্লসি | ৩ |
| ১৩৫. | য়াইফা ব্রাংখেমচা | - | খোঞ্জেলদুগী খোম্থাং | ১ |
| ১৩৬. | গুণচন্দ্র | - | শরেন চনথ্রবা থব্রায় | ২ |
| ১৩৭. | কে. বি. খুমন | - | মৈরী থোক্তবা পুন্সী | ১ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৩৮. | বসন্ত মঙাং | - | লাম্মীগী থৌদাং | ২ |
| ১৩৯. | জি. নবদ্বীপ শর্ম্মা | - | ফোটোদা য়ুম পানবা | ২ |
| ১৪০. | লুৱাংবা ইবেমপীশক | - | পেতঙা | ২ |
| ১৪১. | কে: কুমার | - | দ লাষ্ট লেটর | ১ |
| ১৪২. | টি: ইবোম্না | - | নগুঙলাংগী | ১ |
| ১৪৩. | য়ুম্নাম ইবোচা | - | অঙাঙবা সনা খোঙনাং | ১ |
| ১৪৪. | নিঙ্গ্রেম্বম অঙৌবেন মৈতৈ | কোংবা | পুরাণ মৈ থাবা | ৭ |
| ১৪৫. | মনাওবী এম, এম | - | সনাগী মচু | |
| ১৪৬. | রনজিৎ নিংথৌজা | - | নিঙোল চাক্কৌবা | |
| ১৪৭. | ইবোমচা লাংপোকলাকপাম | - | ইঙাগী পুর্ণিমা | |
| ১৪৮. | সুধির অঙোম | - | লৈমা কুথাপনু | |
| ১৪৯. | সি, ঐচ, তাউথিংমাং | - | খোলেন লাংওন | |
| ১৫০. | বি, রাজেন শর্ম্মা | - | গোবীন্দ নির্পন | |
| ১৫১. | ও, রনজিৎ | - | পীদোম্নু | |
| ১৫২. | এল, কুঞ্জরাজ | - | নিশাবন্দ | |
| ১৫৩. | রাজেন খেকমন | - | কৎথোকখ্রবা থরায় | |
| ১৫৪. | হাওবীজম তোম্বা মীতৈ | - | ঈরৈবাকসে কনানা কনবিগনি | |
| ১৫৫. | রমেশ লাইরেঞ্জম | - | ক্রেক চুরবা ঈশ্বর | |
| ১৫৬. | হৈস্নাম ইমো | - | ব্রাস্তেদ পার্সন | |
| ১৫৭. | এল, সামো শর্ম্মা | - | হাওশি নামোইনু | |
| ১৫৯. | খোমদ্রাম ধনচন্দ্র | - | দেবলা দেবী | |
| ১৬০. | বীমল চোংথাম | - | পঙ্খুনা তামখ্রবদা | |
| ১৬১. | কে, বি, শর্ম্মা | - | চৎলেদো মমোমদি মীৎয়েংগী ব্রাংমদা | |
| ১৬২. | মনি য়ুম্নাম | - | অচুম্বগীদমক | |
| ১৬৩. | ব্রাংখেমচা শ্যামজাই | - | ঈরৈবাক | |
| ১৬৪. | কে. কোকিলশ্বর | - | ইমা লৈবাক্কীদমক | |
| ১৬৫. | আর কে হাইমো | - | | |
| ১৬৬. | থোকচোম রমনি | - | লোই থাবা | |
| ১৬৭. | লাইশ্রম ইবোহল | - | য়াইথিং কোনু | |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৬৮. | তখেল্লম্বম ধনচন্দ্র | - | লৈমা নামুল খাম্বী |
| ১৬৯. | পি,এইচ, ইবোহল | - | লোইদবা |
| ১৭০. | মৈজাও য়াইস্কুল | - | শরী ব্রাশক |
| ১৭১. | টি,এইচ, নন্দি | - | দেকোন |
| ১৭২. | সলাম তোম্বা | - | প্রেমবন্দি |
| ১৭৩. | এন, সরৎচন্দ্র | - | ফিজিগী মনি |
| ১৭৪. | এইচ, দিল্লিপ শর্ম্মা | - | নুংশি থৌরী |
| ১৭৫. | অরিবম মহেন্দ্র শর্ম্মা | - | ঈশ্বরগী নোংদম |
| ১৭৬. | এল চাউবা সিংহ | - | তামোগী ইনম্মা |
| ১৭৭. | থৌদাম ধনবীর | - | ব্রাশক অনী |
| ১৭৮. | তখেল্লম্বম বীরেন | - | অরোনবা মায়খুম |
| ১৭৯. | ঙাঙোম নোংয়াই | - | লৈচিল্লক্কী থাজ |
| ১৮০. | ঙাশেপম নবকুমার | - | শিকার |
| ১৮১. | খাঙেম্বম ইরাবোত | - | লমজা মচা |
| ১৮২. | অয়েঙ্গম মনি | - | নীংশিং তোরবান |
| ১৮৩. | নরায়ন শর্ম্মা | - | মাধবী |
| ১৮৪. | এ, চিদানন্দ শর্ম্মা | - | ঈ তৈরবা দলিন |
| ১৮৫. | তসবীরচন্দ্র | - | অরোনবা দাকু |
| ১৮৬. | গ্যানেশ্বর লিশম | - | ইমানা কৌরি |
| ১৮৭. | বি, এস, সলাম | - | ইপাম লমদম |
| ১৮৮. | নাওরেম রোমেন লুকোক | - | নুরা ঙাথোইলেম্বী |
| ১৮৯. | গোপাল শর্ম্মা | - | কংস বোধ মৈচাকসিনি<br>ঐদি হিংচাবী |
| ১৯০. | পি ঐচ ইবোহল | - | কংলা বীচার |
| ১৯১. | প্লে বীরজিৎ | - | উরেল শিংকক ঙম্বা |
| ১৯২. | এস সনায়াইমা | - | ঐগী ঈশ্বর |
| ১৯৩. | নন্দকুমার মৈহ্রাংথেম | - | ওঁ শান্তি |
| ১৯৪. | ও, বীরমঙ্গোল | - | কর্ণগী মমা |
| ১৯৫. | ফাইরেম্বম গৌরো | - | হেনজুনহা |
| ১৯৬. | এলাংবম বীরকুমার | - | তাংখুল শারম পাখঙবা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৯৭. | শ্রীশ্যামদেব শর্ম্ম | - | হাওশি নামোইনু |
| ১৯৮. | লৈশ্রম্ৎবম দোলেন্দ্রো | - | খম্বা থোইবী |
| ১৯৯. | ৱাই, সনাতোম্বী দেবী | - | ঙানবা শংলৌলেম্বী |
| ২০০. | থৌদাম গ্যাবেন্দ্র | - | কৈবুল লমজাওগী অম্লাই |
| ২০১. | বাবুধন শাইখুবা | - | কেগে নোংদম |
| ২০২. | হিজম রতন মৈতৈ | - | ঈখেংলক্তা পিরাংগী ৱাকৎ |
| ২০৩. | হৈক্রুজম নেবীশ্বরী দেবী | - | লমজা পুবী |
| ২০৪. | নোমিতা খোংবান্তাবম | - | শা নত্তে মীনি |
| ২০৫. | রাধারানি খুমন লৈমা | - | ইমাগী লিংজেল |
| ২০৬. | এলাংবম বীরকুমার | - | পামহৈব |
| ২০৭. | থোকচোম তোম্বীরৈ | - | উচেক লাংমৈদোং |
| ২১০. | মঙাং ইবুংঙোহল | - | লাংওন অমদা ফৌওইবী |
| ২১১. | লাইশ্রম তরুনিবালা দেবী | - | মান ভজন |
| ২১২. | শান্তিবালা দেবী | - | ঙাইহিরি মৈশা মরক্তা |
| ২১৩. | রঘুমনি ৱাইতোন | - | অচুম্বগী দাকফম |
| ২১৪. | প্রেমকুমার পাওনম | - | ৱারমানে তুমখ্রে লাইথী |
| ২১৫. | এস, কুলা মৈতৈ | - | কৈদৌঙৈ হল্লকনি |
| ২১৬. | এন, রোমেন সিং | - | থৱাইগী তেংথাখোল |
| ২১৭. | জয়চন্দ্র শর্ম্ম | - | শাথৌবা |
| ২১৮. | ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা | - | পুরেম্বা লোইপোৎ থৌবা |
| ২১৯. | গোজেন্দ্র লুৱাং | - | লাষ্ট ৱার্নিং |
| ২২০. | শান্তিকুমার থৌনাওজম | - | হিদেন অমগী ৱারী |
| ২২১. | রঘুমনি কোন্থৌজম | - | লাম্নখ্রবা ঈ |
| ২২২. | বীরজীৎ ঙাঙোম্বা | - | বীদাইদা শাপ |
| ২২৩. | থোকচোম রনবীর | - | কলাপানি |
| ২২৪. | চোংথাম সুভা | - | চহুই-লৈরোং পানবা |
| ২২৫. | এস.ঐচ. অঙোম | - | শীল্লংবী |
| ২২৬. | সুধির অঙোম | - | হামৈ য়োনবী |
| ২২৭. | পিঐচ. গৌরো | - | লাইশোই পাংকী কোম্বীলৈ |
| ২২৮. | অয়েকপম শ্যামসুন্দর | - | মাইনু পেমচা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২২৯. | লাইঘোনো নান্দেবা | - | লোইকুম লোইকা |
| ২৩০. | সোমেন | - | কেকে য়াইপুং য়েলহৌ |
| ২৩১. | নন্দকুমার মোইরাংথেম | - | ওঁশান্তি |
| ২৩২. | ইবোমচা মাইবম | - | দক্ষিনা |
| ২৩৩. | রাজকুমার ইমোতোম্বা | - | নোংঙাল্লমদাই |
| ২৩৪. | থৌদাম গুনেন্দ্রো | - | ঙাইরকখিবনি কায়ননবা |
| ২৩৫. | আর,কে, বোবোম্না | - | নীংতম লান |
| ২৩৬. | লমজাও তোম্বা | - | খম্বা পোকপা |

মথক্তা পীরিবা শুমাঙ লীলা ইবশিংগী মমীং পরেং অমসুং মখোয়গী মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলাশিংদগী খঙবা ঙম্বদি খৃ: কুম: ১৯৬০ গী মতুংদগীদি মণিপুরদা শুমাঙ লীলা ইবা কয়া থোরকখি। হায়রিবা শুমাঙ লীলা ইবশিং অসি নত্তবা অতৈ কয়ামুকসু লৈরম্বা য়ারি অইবা কয়া। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলা ইবশিং অসিনা নৈনরিবা লীলাশিংগী সমস্যা অমসুং ৱারীশিং অসি মখল মখা কয়ানি। মসিদা সমাজগী ওইবা সমস্যানা মপূং ওই হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মরক মরক্তা য়াম্না তাঙনা ঐতিহাসিক অমসুং পৌরাণিক্কী ওইবা লীলা কয়াসু ইরকপা থেংনৈ । হায়রিবা মতম অসিদা লীলা ইবগী মশীং য়ামথৎলকপগী মরমদি শুমাঙ লীলা পার্টি মশীং হেঙ্গৎলকপা, থৌদোক-ৱাথোক মতমগী সমস্যা হেঙ্গৎলকপা, লোয়ননা মীয়াম্না শুমাঙ লীলাবু হেন্না পাম্নবা হেল্লকপদগীনি হায়না লৌবা য়াই। মথক্তা পীরিবা শুমাঙ লীলা ইবশিং অসি লোইনমক মমীং চৎলবা মীয়াম্না য়ানরবা অফাওবা লীলা ইবশিংনি হায়না লৌবদি য়াদে। মখোয়গী মনুংদা লীলা ইবা লেপখিবা কয়া য়াওৱে। অদুগা হৌজিক-হৌজিক লেপ্তনা শুমাঙ লীলাবু ইরিবা অইবা কয়াসু য়াওরি। পূম্নমক অসিনা তাক্লিবদি মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী অইবগী মশীং ৱাংতে, শুমাঙ লীলা ইবা কয়া মতম মতমগী মতুং ইন্না থোরকই, অমসুং শুমাঙ লীলাগী সাহিত্য অসি য়াম্না ইনাক খুলহন্নবা হোৎনরিবা অচৌবা অমনি হায়বসিনি। মখাদা মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী মহুৎ শিনবা য়াবা, শুমাঙ লীলা ইবা অমা ওইনা মীয়াম্না শকখঙনরবা লীলা ইবা খরা খনগৎলগা মখোয়না মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা পীরিবা সাহিত্যগী খুদোলগী মরমদা নৈনরি।

মথক্তা চাউরাক্লা লীলা ইবা ২০৪ রোমগী মমীং পীজখ্রে। মখোয় পূম্নমক্কী লীলাশিং অসি মফম অসিদা লৌখৎতুনা অমমমতা ওইনা নৈনবা ওইথোক্তে। মখোয় খুদিংমক্কী পুক্নীগী অশম্বা ৱারোল পীবসু ওইথোক্তে। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা ইবশিংগী মনুংদগী থোইদোক্লা শীংথাবা য়ারবা মখোয়গী খূৎইনা শুমাঙ লীলাগী মহুৎ শিন্দুনা তাকপা ঙম্বা শুমাঙ লীলা ইবা তরাখক অসিনা শুমাঙ লীলা ইবগী কলা, সাহিত্য, খূৎই অমসুং ষ্টাইল অসিনচিংবা মপূংফানা লোইনা মহুৎ শিনবা ঙমদ্রবসু মপূং ওইনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী চাউরাকপা মশক অমদি তাকপা ঙমগনি থাজে। মরম অদুনা তরাখক অসিনা য়ূম্ফম ওইরগা মখোয়গী লীলাশিং অসি য়াম্না মমীং চৎখিবা মীয়াম্না পাম্নখিবা মখোয়বু মীয়াম্না শুমাঙ লীলা ইবা অমা ওইনা শকখঙনখিবা অসিদগী তরাখক লৌখৎতুনা নৈনজরি। মখোয়শিং অদুগী মমীং, লৈফম্নচিংবা মখাদা পীদুনা নৈনজরি।

| সে:ন: | লীলা ইবগী মমীং | লৈফম | ইবা হৌবা চহী | লীলাগী মমীং |
|---|---|---|---|---|
| ১) | নিংঙোম্বম অঙৌতোন মীতৈ | কোংবা লাইশ্রম লৈকাই | ১৯৫০ | পুরান মৈ থাবা |
| ২) | থিংবাইজম তুতেস্বর সিংহ | নাগা মপাল শিংজুবুং লৈরক | ১৯৫৮ | ফিফটি থাউজন |
| ৩) | ঙাইরাংবম ইবোহল সিংহ | খাগ্রন | ১৯৬১ | নোংইন ফাবা |
| ৪) | শশীকুমার য়ুরেম্বম | য়ুরেম্বম অৱাং লৈকাই | ১৯৬২ | য়েকনুংশিনবা |
| ৫) | অথোকপম তোমচৌ সিংহ | কোঞ্জেং লৈকাই | ১৯৬৫ | ইচে য়াইমা |
| ৬) | য়ুমখাম রূপচন্দ্র ঘোস | খুরায় | ১৯৬৮ | বি: এ: অঙাওবা |
| ৭) | চানা লুখোই | (লমলাই) চানা | ১৯৭২ | মীহাৎপী দেবলা |
| ৮) | থাংজম বীরচান্দ | ৱাঙ্খে অয়াং পল্লি | ১৯৭৩ | ইরাল |
| ৯) | অহৈবম দেবেন সিংহ | হীয়াঙথাং মমাঙ লৈকাই | ১৯৭৬ | থাদোই |
| ১০) | রাজেন তোইজাম্বা | নম্বোল কোংখাম | ১৯৭৯ | ফাদোক |

## ১) নিংঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈ ঃ-

নিংঙোম্বম অঙৌতোন মীতৈ খৃ: কুম: ১৯২০ দা কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা পোকই। অঙৌতোন মীতৈ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পূং ঈশৈ কলাগী লমদা থৱায় য়াম্না য়াওরকপা অইবনি । মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী লমদা অইবা অমা ওইনা ইহান হাম্না থোরকখিবা অইবনি । খৃ: কুম: ১৯৫০ গী অসিৱাইদা পুথোরকখিবা পুরান মৈ থাবা হায়বা শুমাঙ লীলা অসি মণিপুরগী

শুমাঙ লীলাদা খ্বাইদগী অহানবা অইবা স্ক্রপ্ট অমনি। হায়রিবা লীলা অসিদা মহাক মশামক শান্তিদাসকী শক্তম লাংদুনা শুমাঙ লীলাগী এক্টর অমা ওইনা শান্তিদাস শাবা হায়না লৈবাক শীনবা থুংনা শকখঙনখি। মসিগী মথংদা মহাক্না অতৈ লীলা কয়াদা শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমা ওইনা মশামক থব্রায় য়াম্না য়াওনা শরুক য়ারম্বা অইবনি। অঙৌতোন মীতৈনা মখা তাবা শুমাঙ লীলা খরসু ইরম্মী। মখোয়শিং অদুদি পেতংঙা, নীঙোলদি ফৌহাম নত্তে, সতী দসুমতী অসিনচিংবশিংনি। অঙৌতোন মৈতৈনা অরিবা মৈতৈগী লাইনীং লাইশোলগী মরমদা য়াম্না থিজিনবা অইবনি। মৈতৈ খুন্নাইগী ইপানাৎ-ইপুনাৎকী খোঙ্গুল লীবদা থোইদোক্না থব্রায় য়াওই। মৈতৈ পুয়াগী মরমদা থিজিনবা তন্দবা অইবা মীশক অমনি ।

অঙৌতোন মীতৈনা ইরম্লিবা শুমাঙ লীলাগী খূৎইশিংদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি মৈতৈগী অরিবা ইপা ইপুশিংগী মাঙলমচৎকী ইপানাৎ-ইপুনাৎ লাইনীংগী মশক পুথোকপা অমসুং খোঙ্গুল লীবনা অইবগী মপূংনি। মহাক্কী লীলাশিং অসি মপূং ওইনা পৌরাণিক অমসুং হিষ্টোরিকেলদা য়ূম্ফম ওই। মহাক্কী শুমাঙ লীলা পুরান মৈ থাবা হায়বা লীলা অসিদা নৈনরিবদি অরিবা মৈতৈগী চৎন লোনচৎ কয়াবু ময়াং মচা শান্তিদাস গোসাইনা লাকপদগী মাঙলমচৎতা হান্না লৈজরম্লবা মৈতৈগী মৈহৌরোলগী ধর্ম্ম পূম্নমক হিন্দু ধর্ম্মনা লোই চনশিল্লকপগী অশোয়বা কয়া ময়েক শেংনা উৎলি। হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং মৈতৈগী অরিবা লাইশোল তীনশোন, চৎনবী, হৌন-লোনচৎ অনীগী মরক্তা লৈরম্বা কয়াবু লীলাদা পুথোক্তুনা অয়েংবা ভাবোক্তা অনৌবা পাউজেল অমা পীনবা হোৎনৈ। হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুগা মৈতৈগী সনামহি নীংবা সনামহি ধর্ম্মবু থাজবা কাঙলুপকা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা ময়েক শেংনা মাগী শুমাঙ লীলা পুরান মৈ থাবদা উৎলি।

অঙৌতোন মীতৈগী খূৎইশিং অসিদা ঐখোয়না অইবসিবু পৌরাণিক অমসুং হিষ্টোরিকেলগী মরমদা মপূং ওইনা খূৎ থাবা অইবা অমনি হায়না লৌনীংই। মহাক্কী খূৎই অসি অরিবা মওংগী খূৎইনি। ব্রাহ্মে ব্রাতা অয়াম্বা মৈতৈগী অরিবা প্রমান পাম্থে য়াম্না শীজিম্নে। বঙ্গলা সংস্কৃতকী শ্লোক কয়া শীজিন্নদুনা শুমাঙ লীলাদা ঙাঙবা ঐখোয়না তাবা ফংই। মতাং চানা চানা

মৈতৈগী শাজৎ, পুয়াগী ব্রারী, থৌদোক-ব্রাথোক কয়া হাপচিন্দুনা শীজিন্নবা থেংনৈ। মৈতৈগী অরিবা পুয়া অমসুং হিন্দু ধর্ম্মনা লৈবাক্তা চঙলক্ত্রিঙৈগী মৈতৈগী মহৌশাগী চৎনবী কয়াবু মৈতৈ সংস্কৃতিগী মৈতৈগী লাইনীং লাইশোলবু শুমাঙ লীলাগী পান্বে কয়া শীজিন্নদুনা মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনরিবা খৃৎমাবা অমনি।

২) থিংবাইজম তুতেশ্বর সিংহ ঃ-

থিবাইজম তুতেশ্বর সিংহ খৃঃ কুমঃ ১৯৪০ দা খ্বাই নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক্তা পোকই। অইবা মশামক সরকারগী কর্ম্মচারী অমা ওইনা থবক তৌই। অইবা অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ড্রামাগী লমদা য়াম্না থব্রায় য়াওবা মীশক অমা ওইনা হৌরকই। মহাক মশামক ড্রামাদা থব্রায় য়াওবনা মরম ওইদুনা লবঙ্গলতা, পুনমচীং অমসুং মৌ হায়বা ড্রামাশিংদা শক্তম লাংদুনা অহানবা খোঙদাবা হৌই। মথংদা চিংনা পরৈ, বিঃএঃ লমজা হায়বা লীলাদসু এক্টর অমা ওইনা শরুক য়াদুনা ড্রামাগী লমদা অচৌবা থৌদাং লৌরকপা মীশক অমনি। খৃঃকুমঃ ১৯৬০ দা মশামক্না ইবা শুমাঙ লীলা ফিফটি থাউজন হায়না কৌবা লীলা অমা দি নোর্থ ইম্ফাল যাত্রা মণ্ডলনা য়াম্না মওং তাবা শুমাঙ লীলা অমা মতম শাংনা শান্নখি। লীলা অসিমক মণিপুরগী খুঙ্গং সহরগী মফম কয়া শীনবা থুংনা কোয়না চৎতুনা উৎখিবা লমদমসিগী মীয়াম্না য়াম্না পাম্না য়েংনখিবা লীলা অমনি। শ্রীতুতেশ্বর সিংহনা অতৈ শুমাঙ লীলা কয়াসু ইরম্মী। মদুদি-ফিফটি থাউজন, সমাজ মিংশেল, হাওরৈ অমসুং ফাঁসিনচিংবা কয়ানি।

শ্রীতুতেশ্বর সিংহগী শুমাঙ লীলাশিংদা নৈনরিবা সমস্যাশিং অসিগী মপূংদা থৌদোক ব্রাথোক্তা য়ুম্ফম ওইবনা অয়াম্বনি। ফিফটি থাউজন হায়বা মহাক্কী শুমাঙ লীলা অসিদা অইবনা উৎলিবদি মমা পোকতবী কামিনীসনানা মচা য়োকপগী অচান মীরায় নাইবা, মদুগী মীওৎ মীনৈ, ফত্তবা খুজিল থৌরাং কয়া তৌদুনা পোক্তবা মচাশিংবু ওৎ-নৈবগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়া মহাক্কী ফিফটি থাউজন হায়বা লীলা অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি। নাকল অমরোমদা কামিনীসনানা মাগী মপুরোইবা জর্জবু খঙহন্দনা অরোনবা নুপা অমা থমদুনা মপুরোইববু মাগী শরৌ লাংদা থমদুনা পুবগী মশক অমা তশেং তশেংনা উৎলি। নুপী অতোনবী ওইরিবী কামিনীসনানা অরোনবা নুপা অমা থম্বগী

অমোৎপা লমচৎ কয়া মহাক্কী ফিফটি থাউজন হায়বা লীলা অসিদা ময়েক শেংনা খঙহল্লি। লীলা অসিগী অরোইবা তাঙ্কক য়ৌরকপদা মপুরোইবা অদুগী সম্পত্তি লৌ ইংখোল পূম্নমক মহাক্কা লোয়নরিবা অরোনবা নুপা অদুগা তান্নরগা লৌশিন্নবা খুজিল থৌরাং কয়া তৌরকই। নুপী অহলগী মচাশিংবু হূ পীজদুনা হাৎননবা হোৎনরকপদগী মমৈথঙদা মহাক্কী মচানা হূ অদু থক্লুবদগী মরাল লৈজদ্রবা মবুকথোক্কী মচাদু শিবা, পূম্নমক অসি তুতেশ্বরগী শুমাঙ লীলা ফিফটি থাউজন্দা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি। মখোয়গী অরোন-অথুপ, ফত্ত-শরৌলাং কয়া অদুগী খঙলক্লনি খন্দুনা অরোনবা নুপা অদুগা লোয়ননা য়ূমগী মাল চাং, সম্পত্তি লুপা ফিফটি থাউজন অদু পুদুনা কছারদা লোম্না চেনগদবগী থৌরাং তৌরকপা মতমদা ফাদুনা অতোনবী কামিনীসনা অমদি মাগী অরোনবা মপুরোইবা ওইরিবা নুপা অদুগা পূম্না জেলদা থম্বগী ব্রারী ফজনা ময়েক শেংনা অয়েংবা ভাবোকশিংদা খঙহল্লি। লীলা অসিগী মপূং ওইবা অরোয়বা পান্দমদি অচুম্বা, অশেংবা, নুপী অহলগী মচাশিংনা মমৈথঙদা জয় ওই হায়বা পাউজেলদু ময়েক শেংনা মীয়ামদা পীননবা হোৎনবা মখলগী লীলানি। মাগী খূৎই অসি হৌজিক্কী সমস্যা কয়াদা নৈনদুনা মতমগী ওল্লকইবা য়াওল কয়াদা ইবা মওং অমনি।

শ্রীতুতেশ্বর খূৎইগী থোইদোকপা খূৎফোঙদোক মশক অসিদি হৌজিক্কী মীয়ামগী মমাঙদা থৌদোক-ব্রাথোক, ব্রাঙাঙ-শাঙাংদা য়ূম্ফম ওইরগা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা নুং-পান অনীমক ফাওনা য়াম্না চম্না উৎনবা হোৎনবা হৌজিক্কী মীরোলনা খঙবা ঙম্নবা অচম্বা ব্রাহে ব্রাতা কয়া শীজিন্নদুনা উৎখিবা শুমাঙ লীলা অমনি ।

## ৩) ঙাইরাংবম ইবোহল সিংহ ঃ-

ঙাইরাংবম ইবোহল সিংহ খৃঃ কুমঃ ১৯৪৪ দা খাগ্রন হায়বা খুল অদুদা পোকই। অইবসি স্কুলগী ওজা ওই। শ্রীইবোহল অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী মখুরা ঙাইরাংবম তোমচৌ সিংহ, হরিশ্চন্দ্র লীলাগী কলাকার অসিগা য়াম্না তোয়না লোয়নদুনা শুমাঙ লীলা অসুম চৎমিন্নবদগী ইনীংবা পোক্লকপা ফাওরকপদগী শুমাঙ লীলা ইখিবনি হায়বসি অইবগা উনজদুনা ব্রারী শাজবদা তাকপীরকখি। শ্রীইবোহলগী খ্বাইদগী ইহান হান্না ইবা শুমাঙ লীলাদি নোইন

ফাবা হায়বা অসিনি। খৃঃ খুমঃ ১৯৬১ দা ইখিবা ইহান হানবা নোইন ফাবা হায়বা অসি খুয়াথোংগী মঙ্গি অমসুং ওইনাম বাবুগী পার্টিনা শান্নে। লীলা ইবা রামচরণ, জিঃসিঃতোংব্রা, তুতেশ্বর সিংহগী মরমদা মমীং ফজনা তারকই। মরম অসিদগী লীলা ইনীংবগী ঈহূল অমা কন্না ফাওবকই। মদুদগী শুমাঙ লীলা ইবা হৌখি। অহানবা ওইনা সমাজগী শুমাঙ লীলাদা খুঙ্গংগী লৈরাং হায়বা লীলা ই। শ্রীঙাইরাংবম ইবোহল মখা তানা লেপ্তুনা লীলা কয়া ইরকই। মহাক্না ইখিবা ঙসি ফাওবদা শুমাঙ লীলা ১১২ গী মথক্তা শান্নখ্রে। শুমাঙ লীলা ইবা ওইনা থোইদোক্না শীংথাবা য়ারবা মৈতৈ লৈবাক্কী অইবা অমনি। শ্রীইবোহল সিংহ হিন্দী, ইংলিস, বঙ্গালী অমসুং সংস্কৃত নিংথিজনা ইবা পাবা ঙম্বা অইবা অমনি। ঙসি ফাওবদা শ্রীইবোহলগী মমীং চৎখিবা লীলা খবদি মখাদা পীজরিঃ- নোইন ফাবা, খুঙ্গংগী লৈরাং, মমাক ইবুংঙো, মীত্রংগী সংসার, মপা মচা, অঙাংবা থম্বাল, অশংবা থরো, অউনপোৎ, বঙ্গলাদেশকী লাইফদিবী, মুৎলরোইদবা মৈরি, ইমরজেন্সি, মঙ লৈবাক, অমংবা নোং, মোর্নিং ষ্টার, ইখৌ লাংবী ভুরেল, গমলাথক্কী লৈরাং, নিংঙমহৌদ্রবা অমসুং অবিরখান অসিনচিংবশিংনি।

শ্রীঙাইরাংবম ইবোহল সিংহগী শুমাঙ লীলাশিংদা নৈনরিবসি মপূং ওইনা মণিপুরী সমাজ অসিদা থোক্লিবা ব্রাথোক্তা মরু ওইনা খূৎ থাবা অইবনি। মাগী শুমাঙ লীলা খুঙ্গংগী লৈরাং হায়রিবা অসিদা চম্নবী খুঙ্গংগী ধর্ম্ম কায়জদ্রবী নয়নী কৌবী চনু অমবু সহরদা য়ুম পাল্লকপদা মকু মনেমনা খুঙ্গং চনুনি হায়দুনা হস্থনা য়েংবীবা, থৌশাবীদবা, লোয়ননা সহরদগী তান্থোরক্লুনা মপুরোইবগা চম্না খুঙ্গংদা লাক্লুনা লৈরবা, মপুরোইবা ওইরিবা মহাক্না নয়নীগী পুন্সীবু কন্নবগীদমক ময়ুম থাদোক্লুনা সহরদগী খুঙ্গংদা লাক্লুনা লৈরবা, মনেম মকু অনীগী য়ুমদা লৈহৌরিবা মনাওনুপাগী সহরগী মৌ অদুগা খুঙ্গংগী চম্নবী শেংলবী নয়নী অনীগী য়ুম্বাললোনগী খেন্নবা মশক য়াম্না ময়েক শেংনা মহাক্কী খুঙ্গংগী লৈরাং হায়বা লীলাদা উৎলি। সহরগী মৌনা মতমগী ঈথক ঈরাংদা তাউদুনা য়ুমগী লন-থুম মাঙশিল্লকপা মচানুপা অতোনবা, মমৌনুপী অতোনবী সহরগী নীঙোল, মচানুপা অহল, মমৌনুপী নয়নী অনীগী য়ুম্বাললোনগী খেন্নবা মশক কয়া ভাবোক্তা ময়েক শেংনা

খঙহনখিবা লীলানি। মমৈথঙদা মনাওনুপা অমসুং সহরগী মৌ ওইরিবা অনীনা য়ুম ইখোল পূম্নমক জুব্রারদা থাদোক্লুনা লৈফম লৈরক্লবদা খুঙ্গংদা লাক্লুনা ময়াম্বা মতৈমা নয়নীগী মফমদা শৈদাংলবা, মকু মনেম অনীনা লৈফম লৈত্রদুনা খুঙ্গংগী চন্নবী মমৌ নয়নীগী মফমদা চঙজরক্লুনা হৌখ্রবা মমাঙগী অরানবা কয়াবু ঙাকপীনবা হায়জবা তসিনচিংবা খুঙ্গং সহরগী খেন্নবা ময়েক শেংনা উৎখিবা লীলা অমনি।

শ্রীইবোহলগী অউনপোৎ হায়বা লীলা অসিদা অইবনা হৌজিক্কী মণিপুরগী সমাজদা মায়োক্নরিবা, থেংনরিবা সমস্যা কয়া ময়েক শেংনা অয়েংবা ভাবোকশিংদা খঙহন্দুনা ফজনা উৎলি। মাগী অউনপোৎ হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা উৎলিবা সমাজসিগী চৎনবীদি য়াম্না লায়ররবী খুঙ্গংদগী লুহোংদুনা লৌবা সহরদা ওঙলকখিবী মমৌ অদুবু লুহোংবদা অউনপোৎ পীরক্লবগীদমক য়াম্না ওৎ-নৈবা মনেম্না মমৌগী মফমদা চৎখিবা মনি-মমৌ অনীগী ফজদবা লোনচৎ কয়া ময়েক শেংনা উৎলি। হৌজিক্কী থোরক্লিবা সমস্যা অউনপোৎকী চৎনবী কয়া মহাক্কী লীলাসিদা ফজনা উৎখি। মৈতৈ লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউবা কূম্মে অমা ওইনা লৈরিবা নীঙোল চাক্কৌবা নুমিত্তা মনেম ইবেম্মা অদুনা মমৌ অদুবু অউনপোৎ য়াওরক্লবগী নামাদা সনা লীককোল পীরক্লবা, উনবীরক্লবনা মরম ওইদুনা চহী অমগী মনুংদা অমুক্তা থোকপা নীঙোল চাক্কৌবা নুমিত্তা মপামদা চাক্কৌবা চৎহন্দবা, মপোকথোক ময়া লাংলবা মনেম অদুনা মমৌনুপী অদুবু ময়ুম শঙহল্লন্নগা মপাম চাক্কৌবা চৎখিবা, নহা ওইরিবা মমৌ অদুনা মীয়ামগী কূম্মে নীঙোল চাক্কৌবা চৎতবা য়াম্না নুংঙাইতনা য়ূমদা কপ্লুনা লেনবা, মবুং-মৌপ্পা, মপাবুংনা মচাবু চাক্কৌবা লাক্লবগীদমক য়ূমদা হংলবা লাকপা মতমদা মচাবু অওং-অউন মতীক চানা পীখিদবগী নুংঙাইতবা, মপা-মচা নুংশিনবগী মশক-ময়েক শেংনা অউনপোৎ হায়বা লীলা অসিদা উৎলি। মণিপুরী জাতিসিগী চৎন-লোনচৎ কয়া অব্রাবা শক্তম কয়া, অউনপোৎকী চৎনবী ময়েক শেংনা উৎখিবা মণিপুরী সমাজগী ফজরবা শুমাঙ লীলা অমনি।

শ্রীইবোহলগী অবিরখান হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা জাতি মশেল চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নগদবনি হায়বা পাউজেল অমা য়াম্না ময়েক শেংনা পীরি।

অবিরখানগী মমাঙমক্তদা অবিরখানগী মমাবু হাৎপা মীহাৎপা মশক খঙলবা ফাওবদা পূন্না হিংমিন্নগদবনি হায়বগী পান্দমনা মাঙদা থন্নগা অশোয়বা নাইবা মীওইপোক্লি খন্দোক্লদুনা লমন খূম্নবগী অশাউবা পূম্নমক তুংওইনরন্নগা পূন্না হিংমিন্নগদবনি হায়বসি মাগী অবিরখান হায়বা লীলা অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি।

শ্রীইবোহলগী খূৎই অসি মৈতৈ জাতিসিগী চন্নবা মাঙলমচত্তগী লাক্লবা শক্তম কয়া কায়দনা উৎনবা হোৎনৈ। মাগী খূৎই অসি মপূং ওইবা ফেমিলি প্লেদা খূৎ থাবা অইবনি। শ্রীইবোহলবু ঐখোয়না ফেমিলি প্লেরাইট অমা ওইনা ঙসি ফাওবদা শকখঙনৈ। মপান্থোংদা রোমান্তিক্কী মশক ওইনা লীলা কয়াদা উহল্লবসু নুংগী ওইবা অইবগী পাউজেলদি ইমুং মনুংগী ওইবা তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াদা সাহিত্যগী ওইবা লোলদা চম্না ইবা শুমাঙ লীলানা অয়াম্বনি। শ্রীইবোহল শুমাঙ লীলা ইবদা থোইদোক্লা শীংথাবা য়ারবা মৈতৈ লৈবাক্কী মনুংদা অইবা অমনি। মহাক্কী নুংগী ওইবা লীলা কয়াবু মৈতৈ জাতিসিগী চৎনলোনচৎ কয়াদা পানশিন্দুনা তোঙান-তোঙানবা মওংদা খুদোল তমখিবা অইবনি হায়বসি মাগী লীলা অয়াম্বদা ঐখোয়না ময়েক শেংনা উবা ফংই। শ্রীইবোহলগী খূৎই ষ্টাইল য়াম্না চমই। শুমাঙ লীলাগী মহাও অদু লাইরিক হৈবা হৈতবা নুপী অঙাংশিংগী থম্মোয়দা দোং হেক্তা য়ৌহনবা ঙম্বা মওংদা ইবা ঙম্বা অইবনি। মসিমক্না মৈতৈগী চৎনবী কয়াদা খূৎ থাবনা অইবসিবু ফেমিলি প্লেরাইট অমা ওইনা ঙসিগী মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী পামজবা মীশকশিংনা শকখঙনৈ। মহাক্কী লীলা ইবগী লোন্দা-পুদাদি ইংলিস হিন্দী বঙ্গালী অমসুং সংস্কৃত ব্রাহৈ ব্রাতা য়ানশিন্দুনা ইবা থেংনদে। হৌজিক হৌজিক মৈতৈ সমাজ অসিদা ঙাঙন-শক্নরিবা লোন্দা চম্না মীয়ামদা পাউজেল অমা ওইনা ইবা মখলগী লীলা খূৎইনি।

## ৪) শশীকুমার য়ুরেম্বম ঃ-

লাইশ্রম শশীকুমার সিংহ খৃঃ কুমঃ ১৯৪৬তা য়ুরেম্বম অব্রাং লৈকাইদা পোকই। হৌজিক হৌজিক কলেজগী ওজা অমা ওইনা সরকারগী থবক তৌরি। সাহিত্যগী সংস্থান নোংচুপ হারম খোরজে লুপকী ভাইস প্রসিদেন্ট,

লুপ অসিনা পুথোকপা চেফোঙ ঈচেল হায়বা অসিগী চীফ এডিটর ওইরম্মী। শশীকুমার সিংহ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ব্রারেং শৈরেং ইবদা থব্রায় য়াওরকই। স্কুলগী মেগাজিন কয়াদা অহানবা মনা কয়া ফংখ্রবা অইবনি। কলেজগী পুন্সীদা মেগাজিন কয়াদা ব্রারেং শৈরেং কয়া ইদুনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদারকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী মোনোলোগ ফেন্সি ড্রেস কয়াদা মনা মথুম কয়াসু ফংলকই । মশাগী চহী ১৫/১৬ শুবা মতম খৃঃ কুমঃ ১৯৬২ দা মহাক মশানা ইজবা নুংশি নুংঙোলগী শুমাঙ লীলা অহানবা য়েক নুংশিনবা প্লে অমা পুথোকখি। প্লে অসিদা মপূং ওইবা শক্তম লাংদুনা শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমসুং ওইরকখি । খৃঃ কুমঃ ১৯৬৪ দা বসন্ত রাণী হায়বা শুমাঙ লীলা অমা পুথোক্লুনা শাম্নে, লোয়ননা লীলা অসিদসু মশামক কলাকার অমা ওইনা শরুক য়ারকই। য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী শুমাঙ লীলা তম্বীবগী থবকসু তৌরকই । ঙসি ফাওবদা মহাক্না ইবা লীলা কয়াগী ঈশৈশিংসু মশামক্না ই। খৃঃকুমঃ ১৯৬৪/৬৫ দা পৈশাগী দুনিয়া হায়বা ড্রামা অমসু পুথোকখি। ড্রামা অদু য়ুরেম্বম য়ুথ থিয়েটরনা শান্নখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ড্রামা, শুমাঙ লীলা কয়াদা থব্রায় য়াওবা অইবনি । অইবসি ঙসি ফাওবদা শুমাঙ লীলা ৬৪ রোম ইখ্রে। শুমাঙ লীলা ওইনা ২৫ গী মথক্তা শান্নখ্রে শুমাঙ লীলাগী ঈশে ময়েক ইবদা খৃঃ কুমঃ ১৯৮৯ দা বেষ্ট লিরিক্সকী মনাসু ফংখ্রে। খৃঃ কুমঃ ১৯৮৬ তা বেষ্ট রাইটরগী মনা লোয়ননা মাগী শুমাঙ লীলাশিংদা অহানবা অমসুং অনীশুবা মনা কয়া অমসু ফংখ্রে। থোইদোক্লা মমীং চৎখিবা লীলাশিংদি —য়েক নুংশিনবা, বসন্ত রাণী, পৈশাগী দুনিয়া, স্বর্গগী গুলাপ , অহিংদুগী পাউখুম, চীংগী ইচল, তমগী ইবুং, ওলাংথাগী লৈবাক্লে, কৈদৌঙৈ লাক্কনি তামোচা, থব্রায়গী তেংথাখোল, ডাক্তর বাবু, পিরাংলক্তা মোমোন মীনোক, ইজ্জৎ, তামোচা, নুপীগী ইজ্জৎ , ব্রাকচীংগী নোং, ঙসিগী মণিপুর (অহানবা শরুক), য়োৎকী খুজি, জর্জ সাহেব, তোর্ব্বান ব্রাংমা, মৈরিক্তগী মৈজাও, থাজদনা থাজরমমে, মিরাং, ইচানি, রেষ্টুরেন্ট, অসিনচিংবনি।

শশীকুমার য়ুরেম্বমগী অঙনবা মতমগী লীলাশিংগী মনুংদা ইমুংগী থৌদোক-ব্রাথোক্তা খূৎ থাদুনা ই । অদুগী মতুংদা খৃঃকুমঃ ১৯৮৫/৮৬ নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেলগী ইন্টিগ্রেসনদা খূৎ থারকই। মহাক্কী চীংগী ইচল, তমগী ইবুং, মৈরিক্তগী মৈজাও অসিনচিংবনি। মহাক্কী চীংগী ইচল

হায়বা লীলা অসিদা চীংমী তম্মী অনীগী মরক্তা চান্না-চিন্ননা লৈমিন্নবা চীং-তম অনীগী চেৎলবা লীপুন মচিন-মনাও ওইবগী নুংশিনবা থমগদবনি হায়বা উৎলি। চীংগী ইচল হায়বা শুমাঙ লীলাদা চীংমী চনু রোমী অমসুং তমগী ওজা রোমেস অনীগী মরক্তা চীং-তম অনীসি মচিন মনাওগুম্বনি হায়বা উৎলি । মৈতৈ ধৰ্ম্মগী চৎন-লোনচৎ ঙাকনা চৎপা অদুম ওইনমক চীংমী তম্মী অনীগী চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নগদবনি হায়বসি ময়েক শেংনা তাই।

শশীকুমার য়ুরেম্বমগী তমগী ইবুং হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা উৎলিবদি চীংমী নুপী অমা, মৈতৈ পাখং অমা, মুসলিম পাখং অমা, পঞ্জাবী পাখং অমা, জাতি তোঙান তোঙানবা লৈজরবসু ঐখোয় পূন্না ইচিল ইনাও অমা ওইনা হিংমিন্নগদবনি হায়বগী মশক অমা তশেংনা উৎলি। পূকচেল ফৎত্রবা মুসলিম কদরখান, থম্মোয় শেংলবী চীংমী চনু মেরী, মৈতৈ পাখং থম্মোয় চাউবা দেবীত, পঞ্জাবী পাখং হারবনসিং মখোয় মরিগী নুংশিগী চাংয়েংদা থম্মোয় চাউবা উখোক্কদুনা জাতি মশেল চান্না-চিন্ননা হিংমিন্নগদবনি হায়বসি মাগী তমগী ইবুং হায়বা শুমাঙ লীলাদা পাউজেল অমা পীনবা হোৎনৈ। অয়েংবা ভাবোকশিংনা নুংশি নুংঙোলগী লীলা ওইনা উজরবসু নুংগী ওইবা অইবগী পাউজেলদি জাতি বিজাতি খায়দনা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নগদবনি হায়বসি লীলাগী অরোইবা শরুক্তা ময়েক শেংনা খঙহল্লি ।

শশীকুমার য়ুরেম্বমগী ডাক্তর বাবু প্লেদা ঙসিগী সমাজদা শেঞ্জাও পায়বগী অকল অরীং, মতমগী রাজনীতিব্রালাশিংগী শেঞ্জা-থুমজা ময়েক শেংনা উৎলি। ডাক্তর বাবু মেডিকেল ডাইরেক্তর অমা ওইনা মাগী ষ্টাফতা পূন্না লৈমিন্নবী চীংমী চনু রোমীবু মিতাবা, ডাক্তর কয়ানা নুপী ওইবী কয়াগী ইজ্জৎ মাঙহনবা খুঙ্গংদগী লায়েংবী লাকপী চমজরবী নুপী কয়াবু ইজ্জৎ মাঙহনবা মমৈথঙদা ডাক্তরগী পুন্সী মীচম অমগী মখূৎতা থব্রায় থাখিবা হৌজিক্কী সমাজদা ওইরিবা ডাক্তরগী লমচৎ ময়েক শেংনা উৎখিবা লীলা অমনি। ঙসিগী সমাজ অসিদা লৈবাক্কী মপু ওইরিবা চীফ মিনিষ্টর অমনা ইমুং মনুংগী অপীকপা ব্রাথোক অমদা মীচঙ ওইনা লেপশিন্দুনা লৈবাক্কী থৌদোক-ব্রাথোক্তা অচৌবা থৌদাং য়াবগী মহৎতা অপীকপা মচা মশু

কয়াদা খূৎ থাদুনা লৈবাক ঈরাং হৌহনবা কয়া মহাক্কী ডাক্তর বাবুদা ময়েক শেংনা উৎলি।

শশীকুমার য়ুরেম্বমগী ব্রান্টেট, য়োৎকী খুজি, তোর্ব্বান ব্রাংমা, ঙসিগী মণিপুর (অহানবা শরুক) লীলাশিং অসিদা হৌজিক্কী ওইরক্লিবা লানহৌবগী ঈরাং সরকার অমদি মীচমশিংগী মরক্তা লৈরিবা পেন্দবা মীহাৎ মীপুনগী থৌশিল কয়া ময়েক শেংনা অয়েংবা ভাবোক্তা খঙহন্নবা হোৎনৈ। হৌজিক্কী লানহৌবগী ঈরাং, সরকার অমদি মীচম প্রজা অনীগী মরক্তা খায়রিবা পল ময়েক শেংনা অরোৎ-অফোং উৎলি। শশীকুমারগী য়োৎকী খুজি হায়বা প্লে অসি লানহৌবগা মরী লৈনবা শুমাঙ লীলা অমনি হায়দুনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা চহী অনী অহুম শান্নবা য়াদে হায়দুনা ফাওবা থিংখি। লালহৌবগী নুংগী ওইবা মশক কয়া উৎপা লীলা অমনি। সরকারগী নুংগী ওইবা কাউন্টর রিভোলুসনগী অরোনবা শক্লোন মাগী শুমাঙ লীলা অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি । শশীকুমারগী ঙসিগী মণিপুর হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা উৎলিবসু কাউন্টর রিভোলুসনবু য়োকখৎলিবা সরকার অমদি হৌজিক্কী রাজনীতিগী মীহাৎ মীপুন, ভারতকী সংবিধানগী কাচিন কোয়া য়ৌনা অহোবা য়েংদুনা ইবা শুমাঙ লীলা অমনি।

শশীকুমার য়ুরেম্বমগী লীলা য়াম্না চমই। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলা য়েংবা পান্নিবা নুপী-অঙাং, অহল-লমন, লাইরিক হৈবা-হৈতবা কয়ানা য়েংবদা থোইনা খূৎলোইনবা মওংদা লোন্দা পুদা চুম্না খূৎ থাবা শুমাঙ লীলাগী খূৎইনি । ডাইলোগকী অওক অথোম য়াম্না চম্না ফজনা ই। অশেংবা ভাবোক্তা পাখং-লৈশাবীগী নুংশি-নুংঙোল ওইনা ফজনা উবা ফংদে । মপূং ওইবা শশীকুমারগী লীলাশিংদা পাঙ্গল শোল্লবী মরাল লৈজদ্রবী নুপী ওইবীশিংগী পুন্সীবু নুপা ওইবশিংনা শারাক তম্বগী পেন্দবা খোল্লাউ অমসুং মাগী লীলাশিংদা তোয়না থেংনৈ। খুদম ওইনা স্বর্গগী গুলাপ, চীংগী ইচল, তমগী ইবুং, তামোচা, ডাক্তর বাবু, ব্রাকচীংগী নোং, থব্রায়গী তেংথাখোল, নুপীগী ইজ্জৎ, অসিনচিংবা কয়াদা নুপী খুন্নাইগী পুন্সীবু শারাক তম্বগী পেন্দবা খোল্লাউ অমসুং পাউজেল পী। অসুম্না অঙনবা মতমগী খূৎইদা ইমুং মনুংগী ওইবা থৌদোক ব্রাথোক্তা খূৎ থারম্মী । মমৈথঙদা লানহৌবগী ঈরাং শেঙ্গা-থুমজাগী অরোন-অথুপ কয়াদা খূৎ থারকই । মাগী খূৎইশিংদা সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা মশক মহাও উবা ফংই।

## ৫) অথোকপম তোমচৌ সিংহ ঃ-

শ্রীঅথোকপম তোমচৌ সিংহ খৃঃকুমঃ ১৯৪৪ দা কোঞ্জেং লৈকাইদা পোকই। মহাক্কী মশাগী চহী ২১ রোম শুবা বি,এ, ফার্ষ্ট ইয়ার তম্বা মতমদা অহানবা শুমাঙ লীলা ইচে য়াইমা হায়বা লীলা অমা ই। মহাক মণিপুরগী ড্রামাগী লমদা শীংথাবা য়ারবা ড্রামাটিষ্ট অমনি। মসিগী মথক্তা মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী মায়কৈদসু মীয়াম্না থোইদোক্না শকখঙনরবা শুমাঙ লীলা ইবা অমনি। মহাক অসি শীংথাবা য়াবা এক্টর অমা নৎত্রবসু মরক মরক্তা শুমাঙ লীলাগী পার্ট কুম্মী, অদুনা মহাকপু শুমাঙ লীলাগী এক্টর অমনি হায়না লৌবা য়াই। চাউরাক্না ঙসি ফাওবদা মহাক্কী শুমাঙ লীলা ৩০ গী মথক্তা শাম্নখ্রে। মদুগী মনুংদা মমীং চৎখিবা লীলা খরদিঃ ইচে য়াইমা, ইম্ফাল বাবু, ব্রাকচীংগী গুলাপ, প্রোফেসার, নুংশি দলিন, শকমাম্নবা, তরেং লৈবী, পোকেৎ মার, প্রমোসন, মেম সাহেব, অরোনবা চেক, নুংশিবা থিবা, নুংশি কৈথেল, হৌজিক্কী মণিপুর, প্রাইচিৎ অসিনচিংঘশিংনি।

তোমচৌ সিংহনা ইবা ইম্ফাল বাবু ব্রারীদদি য়াম্না চমই। খুঙ্গংদা ইম্ফালদগী সিকার লাকপা নহা পাখং অমগা খুঙ্গংগী চন্নবী চনুরা অমগা নুংশিনবগী ব্রারীনি। মপাম্বোংগী রোমান্তিক ওইবা ব্রারী অসিগী মরুমদা অইবনা উৎনীংলিবদি খুঙ্গংগী নুপীশিংবু ইম্ফালগী মীশিংনা থৌশাবীদবা খরা হস্থনা খনবা অমরোমদা খুঙ্গংগী নুপীশিংনা ইম্ফাল মচাবু য়াম্না পামজবা ব্রাংনা খঞ্জবা, খুঙ্গং অমসুং সহর অনীগী খেন্নবা মীৎয়েং ময়েক শেংনা উৎলি।

তরেং লৈবী হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি তৌবা ঙম্বী নুপীগী শক্তম ময়েক শেংনা ভাবোক্তা উৎলি। ইনাক কৈরাক খুনবা মচা মশু ওইবা নুপা কয়ানা নুংশিববু মন্তিক্লদুনা লৈগে খনবা শাম্নপোৎকুম ওইনা লৌবা নুংশিববু লুপা পৈশাগী ময়াইনা তাউহন্দুনা মতমগী লায়র-অনংগী অব্রা চৈথেং নংলবা চন্নবা নুপা অমা শেঞ্জাও পায়বা অনীগী মরক্তা লৈবা নুংশিবগী চাংয়েংদা নুপী ওইবীশিংগী লৌনম লাংদা নুপা কয়াবু থাজহন্দুনা ফাবা উৎলি। অমরোমদা ইচম চমজবা নুপা কলেজা য়াওদবা

অমগী মকাদা ৱাইথুংনবা উৎলি। মসিদা মমল য়াওদ্রবা অহোঙবা অৱাংবা আদর্শ মাঙথরকপা, নুংশিবনা হিংনবগী উপায় শীজিন্নরকপা মীৎয়েংশিং অসি ফোঙদোকই । নুংশিবদি লন-থুম, ফজবা অথীবা লৈতে হায়বা ময়েক শেংনা উৎলি । নুপী ওইবীগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ময়েক শেংনা উৎখিবা লীলা অমনি।

তোমচৌ সিংহগী প্রোফেসার হায়বা শুমাঙ লীলাদা তোঙানবা মশক অমসু উৎলি। মপানগী মীৎয়েংদা রোমান্টিক ওইনা উজরবসু নুংগী ওইবা ফজবা মশক অমা উৎলি। হৌজিক্কী মতমগী নুপী ওইবীশিংনা ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার অফাওবা ওফিসার তলব চাবশিংতবু পামজবা নুংশিবগী মমল লেপ্পরকপা ময়েক শেংনা খঙহল্লি। লাইরিক-লাইশু করিমত্ত হৈজদ্রবা ফিজোল নানবা প্রোফেসার অমা শাদুনা মন্তিক্লরিবা নুংশিববু মায়থীবা মশক অমা উৎলি। য়াইফ কোন্দা পোকচবী নুপী অদুনা প্রোফেসার তলব চাবতবু পামজবা মদুগী পারা অমা প্রোফেসার শাদুনা লৌনম তৌদুনা মতমগী ঈথক ঈরাংদা তাউবী নুপীবু লৌবা অশেংবা নুংশিবা থিবা লীলা অমনি।

শ্রীতোমচৌগী খূৎই অসি তোপ তোপ্পা মওং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মতম অসিগী পুন্সী মহিংনা পুরকপা হিংবনা পূম্নমক্কী মরুওইবা ফিভমদা লাকপা পূম্নমক অসিদগী হিংননবা হোৎনরকপদা থায়নগী ফজরবা ভেল্যুবু থৌশারক্কবা, মীওইবনা আদর্শবাদী ওইবা ঙম্নক্কবা পূম্নমক অসি য়াম্না করেম্নবা নোক্লীংবা অমগা লোয়ননা মাগী শুমাঙ লীলাশিংদা উৎলকই। শ্রীতোমচৌগী শুমাঙ লীলাগী থিম অয়াম্বা অপাম নুংশিগী কুয়োম্না য়োম্লগা মনুংদনা অপাম-নুংশিগী মমল লৈতবা মশক অসি উৎপনি। শ্রীতোমচৌগী মপাম্মোংদা রোমান্টিক রাইটর অমা ওইনা উবনি। শ্রীতোমচৌ সিংহ মপাম্মোংগী মীৎয়েংগী ৱাংমদা নুংগী ওইবা অরোনবা শক্তম অমা ফুমদুনা অদুম্মক চৎলি। মাগী মীৎয়েংদা এন্তি রোমান্তিক ওই। ঙসিগী সমাজ অসিগী তাৎ, নমথাক, লৌনম ময়াম অসি য়াম্না নোক্লিংবা মওংদা করেম্নদুনা উৎপা ঙম্বা অইবা অমনি। শ্রীতোমচৌগী খূৎইদা ফাগি অমসুং নোক্লিংবা হায়বসি মরু ওই। মাগী লোন্দা-পুদা হৌজিক্কী লাইরিক লাইশু হৈবা এন্টিলেকচুয়েল ওইবা ৱাহৈ ৱাতা য়াম্না শীজিন্নে। অনৌ অনৌবা প্রমাণ পাম্হে মতমসিগী ওইবা লোন্দা-পুদা কয়া শীজিন্নদুনা অনৌবা খূৎই অমা ওইননবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ।

### ৬) য়ুমখাম রুপচন্দ্র ঘোসঃ-

শ্রীয়ুমখাম রুপচন্দ্র ঘোস খৃঃ কুমঃ ১৯৪৮ দা খুরায় থাংজম লৈকাইদা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী লীলা ড্রামাদা থব্রায় য়াওবা মীশক অমা ওইনা লাকই। লাইরিক লাইশু হৈবা মীশক অমনি। মশাগী চহী ২০/২১ রোম শুবা মতমদা শুমাঙ লীলা ইবা হৌই। মহাক্কী পুন্সীদা ইহান হানবা শুমাঙ লীলাদি খৃঃকুমঃ ১৯৬৮ দা ইবা বি,এ, অঙাওবা হায়বসিনি। শ্রীরুপচন্দ্রগী শুমাঙ লীলা অহানবা অমসুং অনীশুবা মনা ফংবা কয়া য়াওখ্রে। মহাক্না ঙসি ফাওবদা শুমাঙ লীলা ৬০/৭০ ইখ্রে। মহাক্কী থোইদোক্লা মমীং চৎখিবা লীলাশিংদি ঃ আরবকী লৈরাং, নংতনিকো ইমৌনুপী, অহিং অমগী অতিথি, ঈয়ায়থক্কী থম্বাল, বারুনিগী অহিং, ঐ লুহোংলরোই, কেসিয়ার, পুর্ণিমাগী থাজ, পাপ, লময়ানবা, কংলা কারবার, অঙাঙবা চিঠিগী পিরাং, ব্লাকচীংগী নোং, সনাগী তেনব্রা, লৈ অমদি তিংখং, দ্বিরানিতাগী অহিং, আফ্রিকাগী লৈশাবী, থাবল্লেগী লৈনম, লেদি কিন্নর অসিনচিংবশিংনি।

শ্রীরুপচন্দ্র ঘোসকী লময়ানবা হায়বা লীলা অসিদা ইনাক খুনবা মহাজন অমনা লন-থুম পূন্নমক পৈশিল্লক্লবা হোৎনরকপা, মাগী অমত্তা পোকচবা মচানুপা স্বাধিননা গান্ধীনীতিবু পামজদুনা খৃৎলাই ওইনা শীজিন্নরকপগী লীলানি। সমাজ অসিবু মান্নবা খুন্নাই অমা শেম্নবা হোৎনরকপা স্বাধিননা ময়ুম ফাওবা থাদোক্তুনা খুঙ্গং, লৈকাই, কয়াদা চৎতুনা গান্ধীনীতি শন্দোকপা উৎপনি। মীনুংশি য়াওদবা শারমচৎ চৎলবা মনাওনুপা অমদি মীওই কয়াবু জ্ঞান তাহন্দুনা তাকপী তস্বীবা, মান্নবা খুন্নাই অমা পুরক্লবা হোৎনবা মমৈথঙদা স্বাধিন্না ডাকু অমগী শক্তম লৌরগা খুদোংচাবা তাঙ্গা য়েংলগা য়ুমগী মপা ফাওবগী মফমদগী সনা লুপা কয়া লৌথোক্লগা খুঙ্গংগী মীশিংগা লোয়ননা মীথুংশঙ কয়া লিংখৎতুনা লৈবাক প্রজাগী য়াইফনবা থবক তৌরকপা কয়া ময়েক শেংনা উৎলি। মমৈথঙদা লৈকাইনা সমাজনা অমদি মপানা মচা স্বাধিনগী লৈফম থিরকপা, স্বাধিনগী ফজরবা মওং মতৌদা মপা অমদি মীয়ান্না থাগৎনবা উৎপা লীলানি। অইবগী লীলা অসিদা অফবা ফত্তবা অনীগী নুং-পান ফাওবা ময়েক শেংনা উৎলি।

রূপচন্দ্র ঘোসকী কংলা কারবার হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা অইবনা উৎলিবদি মীয়ামগী মমাঙদা য়াম্না চম্বা ফাগি ওইনা উহল্লগা ঙসিগী সমাজ অসিগী অশোয়বা কয়াবু ময়েক শেংনা উৎপা লীলানি। লীলা অসিদা শেঙ্গাও পায়বা মৈতৈ মহাজন অমগী দুকান্দা ভারাদা লৈবা বিহারী মুতিয়া মতৈ মনাওনা য়াম্না কৃপ্না হৈনা-শিংনা ইম্ফালগী গলি অমদা মহাজনগী দুকান ভারাদা লৈদুনা চুজাক, চেখাও শারগা য়োন্দুনা য়াম্না ব্রানা হিংবা উৎলি। ঙসিগী সমাজ অসিগী খল থাদুনা উৎলকই । মৈতৈ মচাগী অচাউরম কাবা ময়েক শেংনা লীলাদা পুথোক্লুনা ভাবোক্তা অনৌবা জ্ঞান পীবা লীলানি। মৈতৈ জাতিনা অচাউরম কাদুনা কলেজাদা পুন্সী লেন্দুনা হিংবা মহিং, মীরৈবাক্তগী ইম্ফাল সহরগী গলি অমদা লৈবা দেসব্রালি বিহারী মুতিয়া কয়ানা লেল্লিবা পুন্সী মহিংদা য়াম্না ব্রানা লেনবা ময়েক শেংনা উহল্লি। মমৈথঙদা বিহারী মুতিয়া কয়ানা মখোয়গী কৃপ্না পানবা য়ুম্বালদগী লাক্ষপতি ওইরকপা মৈতৈগী মহাজন দুকান মপুনা মতমগী ঈথক ঈরাংদা লন-থুম পূম্নমক মাঙথরকপা ময়েক শেংনা উৎলি । মতম অমদা মৈতৈ মহাজনগী দুকান ভারাদা লৈরম্বা চুজাক য়োনবা চেখাও শাবা দেসব্রালি বিহারী মচানা দুকান মপু ওইরকপা মৈতৈ মচাশিংনা ব্রাথরকপা নংথরকপদগী চাকনি ফিনি ওইরকপা ফজরবা মশক ময়েক শেংনা উৎলি।

রূপচন্দ্র ঘোসকী লীলা অয়াম্বা ঙসিগী সমাজ অসিদা থোক্লিবা থৌদোক-ব্রাথোকশিং আলোচনা তৌদুনা ইবনি। মতম মতমগী থৌদোক ব্রাথোক্তা থাদুনা ইবা অইবনি। মাগী লীলাগী দাইলোগতা হেন্না লুবা ইংলিস হিন্দী অতৈ লোন শীজিন্নদে। চুম্নগী মৈতৈগী নুমিৎ খুদিংগী ঙাঙন শক্লরিবা লোন্দা চম্না ইবা লীলা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী নহারোল কয়ানা মতমগী নিশা শীজিন্নদুনা মাঙথরকপা উৎপা লীলা কয়ানি। হৌজিক হৌজিকমক য়ুথ কলচরেল মেদিয়াগী খৃথাংদা ওপেরাগী মওংদা মফম কয়া কয়াদা চৎতুনা সরকারগী মতেংনা লীলা কয়াসু চখরি। মীয়াম্না পাম্নদা ইবা খুৎইনি। মহাক্কী খুৎইশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যাদা অনৌবা মখলগী খুৎই অমা ওইনা নৈনবা য়াই।

## ৭) চানা লুখোই ঃ-

চানা লুখোই খৃ: কুম: ১৯৫০ দা চানা হায়বা লমলাই কেন্দ্রগী মনুং চন্না লৈবা খুঙ্গং অদুদা পোকই । খৃ: কুম: ১৯৭৩ দা বি.এ. পাস তৌরে । খৃ: কুম : ১৯৭২ দা ইহান হানবা ওইনা মহাক্কী মীহাৎপী দেবলা হায়বা শুমাঙ লীলাসি ইবা হৌই । অসুন্না শুমাঙ লীলাগী অইবা অমা ওইনা হৌরকই । ঙসি ফাওবদা মহাক্না ইবা শুমাঙ লীলাদা বেষ্ট স্ক্রিপ্ট, বেষ্ট প্লে ফংবা কয়া য়াওখ্রে । শুমাঙ লীলা ইবগী গোল্ড মেদলসু ফংখ্রে । ঙসি ফাওবা শুমাঙ লীলা ৪০ রোম শান্নখ্রে । মখোয়গী মনুংদা থোইদোক্না মমীং চৎখিবা লীলা খরদি :- মীহাৎপী দেবলা, নোং ঙানখিদ্রবা অহিং, সনাপাৎকী থারিকথা, চায়নপূং (ফোক প্লে), চীংয়াগী থাবল, অয়ুক্কী শিঙ্গারৈ, থব্রায়গী মণি, হিংবগী দাবী, কৈদৌঙৈ হিংগনি, ইপাম মৈহৌরে, তামহৌরবা খুঙ্গং, লৈশাবীগী মচাদো, মোংফম্না ঐহাকপু কৌরক্লে, অহিংনা ঙাইরি, মোংফমগী মৈরি, খেবা চীংগী নাপোমদা, কৈশামথোং থোইবী, চূমথাঙগী মচু, ইপাম লমদম য়েংলুবদা, লীলা ইবা লোইদ্রি, নুংশা লৈমা থোরক্লো অসিনচিংবা অসিনি । চানা লুখোই শুমাঙ লীলা ইবা অমা ওইনা থোইদোক্না শীংথাবা য়ারবা মীশক অমনি ।

চানা লুখোই ঙসিগী সমাজ অসিদা থেংনরিবা তুহৎপিরবা নৈহৎপিরবা তোল্ল-তারবা কাঙলুপকীদমক লেপ্লিবা অইবা অমনি । তশেংবমক মাগী শুমাঙ লীলা কয়াদা অতোন-অতা লায়র-অনংগী থেংনরিবা সমস্যা কয়াদা খূৎ থাবা অইবনি । মহাক্কী তামহৌরবা খুঙ্গং হায়বা লীলা অসিদা উৎলিবদি খুঙ্গং অমদগী লাকপা নুপী অমবু সহরগী মফম অমদা লৈবা মতমদা খুঙ্গং সহরগী খেন্নবা সহরগী মীশিংনা খুঙ্গংগী মীশিংবু হন্থনা য়েংবা মীৎয়েং ময়েক শেংনা উৎলি । সহরগী মীশিংনা অমগা অমগা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা ব্রাৎপা খুঙ্গংগী মীশিংনা য়াম্না হেন্না চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবগী মশক ফজনা মীয়ামদা খঙহল্লি । খুঙ্গংদগী সহরদা লৈরবা মতমদা সহরগী অচান-মীরায় নাইবা মীৎয়েং নায়েং কয়া থেংনরকপদা তাম্না লৈহৌরবা মাগী খুঙ্গংবু নুংশিরকপা খুঙ্গংগী পুক্নীদা চম্না লেনবা হিংমিন্নবগী মশক কয়া ময়েক শেংনা মহাক্কী লীলাদা উৎলি ।

চানা লুখোইগী কৈশামথোং থোইবী কৌবা শুমাঙ লীলা অসিদা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী নুংগী ওইবা মচৎ ময়েক শেংনা উৎলি। কবুই নীঙোল অমবু ব্রাহ্মণ পাখং অমনা লৌবা, চীংমী-তম্মী হাও-মৈতৈ হায়বা খেন্নবা লৈতে হায়বসি মাগী কৈশামথোং থোইবীদা য়াম্না চম্না ধর্ম্মগী খেন্নবা কয়া উৎতুনা চান্ন-চিন্ননা লৈমীন্নবা য়াবগী ফজরবা মশক উৎলি । কবুই নীঙোল থোইবীবু জাৎ তিন্নদে হায়দুনা ধর্ম্মনা য়াদে খন্দুনা ঈন্থোকপা, মমৈথঙদা কবুই নীঙোল থোইবীবু য়ূমগী লক্ষ্মী ওইনা লৌশিনখিবগী ফজরবা লীলা অমনি। মমৈথঙদা চীংমী-তম্মী পূম্নমক ইমা অমতগী মচানি হায়বা ময়েক শেংনা অয়েংবা ভাবোকশিংদা উৎলি।

৮) শ্রীথাংজম বীরচান্দ সিংহ ঃ-

শ্রীথাংজম বীরচান্দ সিংহ খৃ: কুম: ১৯৩৭ ডিসেম্বর থাগী তাং ১২ দা ব্রাষ্মে অয়াংপল্লিদা পোকই । য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু পামজনা লাকখিবা অইবনি। শ্রীবীরচান্দ সিংহ পুলিস ডিপার্টমেন্টকী ইন্সপেক্টর অমা ওইনা থবক্তগী পোথারে। চিন্নবা সরকারকী থবক তৌনা-তৌনা শুমাঙ লীলাবু পামজবা মরম্না মহাক্কী সার্ভিসকী মনুংদা শুমাঙ লীলা কয়া ইদুনা খুদোল কয়া তম্বীখ্রে। মহাক্কী শুমাঙ লীলা কয়াদা বেষ্ট রাইটর, বেষ্ট প্লে লৌবা কয়া য়াওখ্রে। অইবগী লীলা অয়াম্বা মশক নাইবা ওইনা মীয়াম্না শকখঙনখি। মহাক্কী শুমাঙ লীলা ঙসি ফাওবা চাওরাক্না ৩০গী মথক্তা শান্নখ্রে। মহাক্কী থোইদোক্না মমীং চৎখিবা লীলা খরদি – ইবাল, ডাক্তর বাবু, পুরান মৈথাবা, চুনানথাবা, হুরানবা, খমু ৮২, বিক্সো কনানো, হাওসফুল, মণ্ডলানগী মানজ, প্রভাগী প্রতিমা, লৈকং থাবা থাবাতোন, সার্টিফিকেট, কৃষ্ণখান, অহিংবা লাইফদিবী, মীহাৎপূংগী নিংথৌ, মেমনাউবী অসিনচিংবনি। শ্রীবীরচান্দ সিংহ শুমাঙ লীলা ইবতা নত্তনা উপন্যাস কয়াদসু খুৎ থাই। মাগী ফোঙলবা উপন্যাস খরদি : মেম্মা, ঐ মীহাৎপনি, জেক বিদ্যাসাগর, হরে কৃষ্ণগী মমৌ, অসিনচিংবনি। কলাগী লমদা য়াম্না থরাৎ য়াওবা অইবা অমা ওইনা ভিডিও কেসেট নমদুনা কলা অসিবু য়াম্না ময়েক শেংনা সমাজ অসিদা খঙহন্নবা হোৎনরিবা অইবনি।

শ্রীথাংজম বীরচান্দ সিংহনা মাগী ডাক্তর বাবু হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা পীরিবা মরুওইবা পান্দমদি লায়রবা নুপা অমগী নুপী হোস্পিতালদা অঙাং উন্নবদা মমা অদুগী পুন্সী লোমখি। মতম অদুদা মাগী নুপা অদুনা নুপীদুবু

ডাক্তরনা হাৎপনি খন্দুনা ডাক্তর অদুবু হাৎকনি হায়দুনা মখূৎতা থাঙ পায়দুনা ডাক্তরগী ময়ূম তাম্না লাকখি। মতম অদুদা ডাক্তর অদুগী যূমদা নুপাদুগী লৈখিদ্রবী নুপী অদুগা শকমাম্নবী ডাক্তরগী মচানুপী অদুবু উবদগী মখূৎতগী থাঙ তাখিবা, ডাক্তর পালবু হাৎপা ঙমখিদবা, মচানুপী অদুগা নুংশিনবা মতম অদুদা ডাক্তর পালগী মচানুপী অদুবু মতম কয়াগী মমাঙদগী পামজনা শঙজরক্লবা মমা মপানসু পীগনি খন্দুনা লৈনরবা রাজা সাহেব কৌবা ওফিসার অমনা মাগী পামজবী নুপী অদুবু ফংনবা হোৎনরকপা মদুদা লমজিং ওইরগা রাজা সাহেবনা ফত্তবা শক্তম কয়া লৌরকপা মদুগী নুংঙাইরবা শক্তম কয়া উৎলি । শ্রীবীরচান্দগী শুমাঙ লীলা অসিদা শেপ্পাও পায়বনা অচুম্ববু নমথবা অসি উৎলি। লায়রবা তুহৎপা, শক্তি পায়বনা অচুম অরান অনীগী মরক্তা শক্তি ময়েক শেংনা উৎলি। ঙসিগী লুপা পৈশা শঙ্গ পূম্নমক্কী মরুমদা অচুম্বা অমা লৈ হায়বসি মাগী ডাক্তর বাবুদগী খঙবা ঙমই।

শ্রীথাংজম বীরচান্দগী সার্টিফিকেট হায়বা লীলা অসিদা অইবনা উৎলিবদি লাইরিক য়াম্না ফবা ছাত্র অমগা মশা য়াম্না ফরবা স্পোর্টসমেন অমগা অনীগী খেন্নবা মশক ফজনা উৎলি। অফবা ছাত্র অদুনা লাইরিক কন্না পাবা হেনমনখিবনা মমৈথঙদা মতীক চাবা লাইরিক হৈবা মীশক অমা ওইরক্লবা মতমদা টিঃবিঃ থুংদুনা লায়েংবা ঙমদনা শিখিবা উৎলি। স্পোটসমেন ওইবা অদুনা মশা মউ ফনা লেনখিবগী খেন্নবা মশক উৎলি । মসিগা ঈরোয়ননা মণিপুরদা শান্নবগী ঈহৌ অমসুং মসিগী কান্নবা ফজবা উৎলি । শ্রীবীরচান্দগী শুমাঙ লীলাশিং অয়াম্বা মণিপুরগী তুংগী ওইরক্কদবা থৌদোক-ৱাথোক ময়েক শেংনা ফজবা খঙহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী লীলাশিংদা ঙসি মণিপুরদা হেরোইন নম্বর ফোর লাক্লগনি হায়বসি মাগী শুমাঙ লীলা লৈকং থাবা থবাতোন্দা ফজনা উৎলি। লোয়ননা শুমাঙ লীলাদা ফ্লাষ্ট বেক *technique* শীজিন্নখিবা অইবা অমনি।

শ্রীথাংজম বীরচান্দ সিংহ মাগী খূৎই, মফোঙদোক য়াম্না ফজবা মখলগী মফোঙদোক্লি, সাহিত্যগী মগুণ লৈবা অইবনি। মহাক শুমাঙ লীলা ইবতা নত্তনা উপন্যাসতসু খূৎ ফজবা থাই। লোয়ননা মতমগী পুলিস ওফিসারশিংগী অরোন-অথুপ কয়া মাগী লীলাশিংদা ময়েক শেংনা সাহিত্যগী মনুং চন্না ফজবা লোন্দাদা ফোঙদোকই। শ্রীবীরচান্দগী সাহিত্যগী ওইবা খূৎই কয়ানা শুমাঙ লীলাগী মশক হেন্না থোকহন্নবা হোৎনরিবা শুমাঙ লীলা ইবা শিংথানিংঙাই ওইরবা অইবনি।

## ৯) অহৈবম দেবেন সিংহ ঃ-

শ্রীঅহৈবম দেবেন সিংহ (মীয়াম্না হীয়াঙ দেবেন হায়না খঙনবা) খৃঃকুমঃ ১৯৫৪ গী ওক্তোবর তাং ২৩ দা হীয়াঙথাং মমাঙ লৈকাইদা পোকই। য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী কলা অসিগী লমদা থব্রায় য়াম্না য়াওরকই। মশাগী ক্লাস বি.এ. নি। ইন্দিয়া গোভর্নমেন্টকী মখাদা এস.এস.বী.গী ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌই। শ্রীদেবেন শুমাঙ লীলা এক্টর অমা ওইনা খৃঃকুম ১৯৭৬ তা মশামক্লা ইবা থাদোই হায়বা লীলাদা শরুক য়ারকই। ঈশৈ লীলাগী লময়ানবা অইবনি কলাকারনি হায়বা য়াই। ঙসি ফাওবদা মাগী শুমাঙ লীলা ২৯ লোম পুথোকখ্রে। শুমাঙ লীলা ইবদা বেষ্ট রাইটরগী মনা কয়া ফংখ্রে। খৃঃকুমঃ ১৯৯৪ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা গোল্ড মেদলগী মিংথোল পীবীখ্রে। মাগী থোইদোক্লা মীয়াম্না শকখঙনরিবা লীলাশিং খরদি থাদোই, অরেঙবা মুর্ত্তি, কাঞ্চি আশ্রম আশির্ব্বাদ, কায়না মৈখুলক্তা, লুপখ্রে তোর্ব্বান য়ৌরমদাইদা, তোর্ব্বান ব্রাংমা ব্রাংমা, বলিদান, নাথৈখ্রবা বসন্ত, অহিংবা মুর্ত্তি, ইমা অঙাওবী, চক্রুবীহ্, ঈগী তর্পন, কপ্লবা মালেম, লৈপাক লৈমা, নীংখায়রবা তোর্ব্বান, মীগী মমল, ভাবীখিদ্রবা ব্রাকৎ, অমসুং পিরাংনা পীরি পাউখুম (রেডিও দ্রামা) অসিনচিংবশিংনি।

শ্রীহীয়াঙ দেবেন মতম মতমগী ওল্লকইবা সমস্যা কয়াদা খৃৎ থাবা অইবনি। মহাক্কী অরেঙবা মুর্ত্তি হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা অইবনা য়াম্না চম্বা মওংদা ইনাকখুনবা জামিন্দার অমগী মচানুপী অমনা মাগী নুংশিনজবা কায়নবদগী অঙাওবীগী শক্তম ওইখিবা, ঙাওরবী মাবু খুঙ্গংদগী লাকপা ডাক্তর (কায়নখ্রবা নুপা অদুগা শক মান্নবা ডাক্তর ) অমনা লায়েংবা, ফরবা মতম খুঙ্গংগী ডাক্তর অদুনা ময়ূমদা হনখিবা চম্না নুংশি নুংওনগী ফজরবা মশক অমা অয়েংবা ভাবোকশিংদা উৎলি।

হীয়াঙ দেবেনগী কাঞ্চি আশ্রম কৌবা শুমাঙ লীলা অসিদা উৎলিবদি, মীরৈবাক্তগী য়ুনিভর্সিতি অমত্তদা পূন্না লাহরিক তম্বা লাকমিন্নবা যৌবনগী ঈথক ঈরাংদা লুপখিবদগী নুপী অদু মচানুপী অমা ফংজবা, নুপী নুপা অনীমক্লা মচানুপী অদুবু আশ্রমগী লাইনিংবা অমদা য়াম্না চেকশিন্না শিন্নরম্রগা ময়ূমদা হনখি। ঈশ্বরগী নোংদম্না নুপা অদুনা থৌদোক অমদা জেলগী চেকপলনুংদা লৈখি। নুপী অদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংখি। আশ্রমদা লৈহৌরিবা

অঙাং অদুনা মপূং মরৈ ফারক্তুনা স্কুল কাবা মতমদা মপা মমাগী খোঙ্গুল লীরকই। মমৈথঙদা মমাগী লৈফমদা লাক্তুনা হংলবদা অতোপ্পা নুপা অমগা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্বা, মমাবু মশক খঙদবা, মমানদি মচাবু মশক খঙবা নুংগী ওইবা মচা নুংশিবগী ফোঙমদ্রবা নুংশিবা ময়েক শেংনা উৎলি। মতুংদা অমুক মপাগী খোঙ্গুল লীরকপদা লম্বীদা হৱাগাড়ীনা তকপদা শিরবা মতুংদা মপা মমা অনীমক অশিবা মচাগী মনাক্তা থেংনবা অসিনচিংবা মতম অসিগী অরোন অথুপকী ফজরবা শুমাঙ লীলা অমনি।

হীয়াঙ দেবেননা ঙসি ফাওবদা শুমাঙ লীলাদা থারিবা খূৎই য়াম্না চম্না ইবা খূৎইনি। মাগী খূৎইশিং অয়াম্বা ঐখোয়না থেংনবদা রোমান্টিক ওইবা থিমদা অয়াম্বা খূৎ থাই। মাগী ৱাহৈ-ৱাতা সাহিত্যগী ওইবা চম্না ফজবা মওংদা থাবা অইবনি।

১০) ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা ঃ-

ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা খৃঃকুমঃ ১৯৫৭ কী এপ্রিল ১০ দা নম্বোল কোংখাম খুলদা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী আর্টিষ্ট অমা ওইনা হৌরকই। মশাগী চহী ১৫/১৬ লোম অদুৱাইদগী দ্রামাগী এক্টর অমা ওইনা য়াওরকই। হৌজিক মণিপুরী য়ুনিভর্সিতিদা মণিপুরী ডিপার্টমেন্টতা থবক পুরি। খৃঃ কুমঃ ১৯৭৯ দা মহাক্কী ফাদোক হায়বা শুমাঙ লীলা অসি ইহান হান্না ইবা হৌখি। ঙসি ফাওবদা ফম্বাক লীলা য়াওনা শুমাঙ লীলা ২০ গী মথক্তা ইখ্রে। মহাক্কী শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নখ্রবা লীলা খবদিঃ- ফাদোক, ঐখোয়গী ভারত, লানপূংগী পুংখোল, সন্ধ্যাগী লৈচিল, মৈগী চীং, নোংলৈগী পন্থুং, পুন্সী কয়াগী পুন্সী, চেকখায়রবা পৃথিবী, ৱাথোক অমা ৱাহং চাম্মা, থৱানমিচাক অমনা লাউরম্মী, ঈ থক্লবা কংলাশা, নুংশিবৈ চৈনাখোল, চহী তরেৎ খুনতাকপা অসিনচিংবনি।

মহাক্কী লীলা কয়াদা অহানবা অমসুং অনীশুবা মনা ফংখ্রবা লীলা কয়া য়াওখ্রে। লোয়নননা বেষ্ট স্ক্রিপ্ট রাইটর অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা মনা কয়াসু ফংখ্রবা অইবা অমনি।

ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা লীলা ইবদা নত্তনা শুমাঙ লীলাগী লমদা থিজিল্লিবা অইবনি। মহাক্কী ফাদোক হায়বা শুমাঙ লীলা অসিদা অইবনা

উৎলিবদি লানহৌবা হায়বসি শোয়দনা লৈবাক অমদা লৈগনি। মদুগী মনুংদা কাউন্টর লানহৌবা লুপ কয়া থোরক্কনি হায়বসি উৎলি। লৈবাক অমদা অচুম্বা পাম্বা মীওই খরা শোয়দনা লৈগনি। মদুগী মায়োক্তা মীওই খরসু লৈগনি হায়বসি য়াম্না ফজনা উৎলি। মহাক্কী ফাদোক হায়বা শুমাঙ লীলাসিদা র্জজ মহেন্দ্র, সন্তোস অচুম্বগীদমক্তা কখোকখিবা মীশক অমা ওইনা উৎলি। লুপা পৈশা, লন থুম পাম্বদগী অচুম্ববু নাথৈদুনা পুবা ও.সি. নোরেল, গোপেন, বীরেন্দ্রসিংবা কয়ানা ফত্তবা শরৌ তৌবা মশাগী ওইজবা থিবা ময়েক শেংনা ফাদোক হায়বা লীলা অসিদা উৎলি। কাউন্টর রিভোলুসন অমসুং রিভোলুসনগী অশেংবা মশক তাক্লকপদা ওইরকপা য়াবা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মহাক্কী ফাদোক হায়বা লীলা অসিদা ময়েক শেংনা অয়েংবা ভাবোকশিংগী মফমদা অনৌবা পাউজেল অমা পীনবা হোৎনৈ।

ডাঃ রাজেন তোইজাম্বাগী নুংশিবগী চৈনাখোল কৌবা লীলা অসিদা অইবনা উৎলিবদি নৌনা মপুরোইবা কায়নরবী নুপী অমনা মনাওনুপা অমবু কয়াদা লুনা তৌজবা, লোয়ননা মতৈমা অমদি মনাওনুপাগী থম্মোয় শেংনা নুংশিনবা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। নাকল অমরোমদা মরুপ অনীগী চেৎলবা নুংশিবগী থম্মোয়গী মপাউ অয়েংবশিংদা ফোঙদোকই। সমাজ অসিদা লৈরিবা শেঞ্জা থুমজা কয়া ময়েক শেংনা মাগী শুমাঙ লীলা অসিদা নৈনৈ। নুংশিনবা হায়বসি লাইরা ইনাকখুনবা অচৌ পীশক অনীগী খেন্নবা লৈতে হায়বা ময়েক শেংনা উৎলবা অদুগুম্বা শুমাঙ লীলা অমনি। শৃঙ্গার রস, বীররস, হাস্যরস অহুমগী ফজবা শুমাঙ লীলা মখল অমনি।

শ্রীতোইজাম্বগী চহী তরেৎ খুন্তাকপা শুমাঙ লীলাগী মনুংদা অইবনা মপাল-থোংগী মীৎয়েংদা মমাঙঙৈগী ৱারী অসিদা য়ূম্ফম ওইনা শাগৎলবসু, ঙসিগী মীয়ামনা হিরাচন্দ্রগুম্বা অথোইবা নীপা অমা লৈবাক অসিগী দরকার লৈরে হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। মসিগা লোয়ননা সিম্বোলিক ওইনা হৌজিক্কী মতমদা করিগুম্বা মখল অমগী লানহৌ অমা দরকার ওইরে হায়বসি নাকোইননা ফোঙদোকপা থেংনৈ। সাহিত্যগী মহাও য়াওনা ফোঙদোকই, ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না লিটরেরী ওই। ঙসিগী হৌজিক্কী মৈতৈ খুন্নাই অয়েংবা ভাবোকশিংদা অচৌবা অহোংবা অমা তঙাইফদ্রে হায়বসি মাগী চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়বা লীলা অসিদা উৎলি।

শ্রীরাজেন তোইজাম্বগী খুৎইশিংদি য়াম্না সাহিত্যগী মহাও য়াওনা ফোঙদোকই, ব্রাহৈ ব্রাতা য়াম্না লিটরেরী ওইবা মওংনি । সাহিত্যগী ফজরবা লোল কয়া উবা ফংই। মাগী শুমাঙ লীলাগী ডাইলোগ য়াম্না ফজে। য়াম্না মচঙ ওইবা লোল য়াম্না শীজিন্নে। অদুনা অয়েংবা ভাবোকশিংনা অৱাই অখুমগী ফজবা ব্রাহৈশিং হেক্তা চীনফা পুবা ঙম্মদে । মরম অদুনা শ্রীতোইজাম্বগী লীলা অয়াম্বা ডাইলোগকী ফজবা খুৎইগীদমক তোঙাম্না মাবু হেক্তা শকখঙনবা অইবনি।

## শুমাঙ লীলাগী অফোঙবা লাইরিকশিংঃ-

মণিপুরী শুমাঙ লীলা অসি শীংথাবা য়ানা চাওখৎলে । শুমাঙ লীলা অইবসু মশীং থীবা য়ানা লৈরে। লমদম অসিগী শুমাঙ লীলাগী ওইবা অইবা খুৎই অমসুং চীন্থাং ব্রারী ওইনা খঙনরিবা লীলা মশীং থিঙমদনা লৈরে। অদুম ওইনমক শুমাঙ লীলাগী অফোঙবা লাইরিক ওইনা পুথোকপদি য়াম্না ব্রাৎলি। মণিপুরী জাতি ঐখোয়গী ওইবা শুমাঙ লীলা ইবা অইবশিংনা শুমাঙ লীলাগী স্ক্রিপ্টপু সাহিত্যগী লনগৈনুংদা অফোঙবা লাইরিক ওইনা থম্নবা হোৎনবসি য়াম্না তাঙই। ঙসি ফাওবদা শুমাঙ লীলাগী অফোঙবা লাইরিক ওইনা ফংলবশিংগী মমীং মখাদা পীজরি।

| সেংনংঃ | অফোঙবা লাইরিক্কী মমীং | অইবগী মমীং | অফোঙবা চহী |
|---|---|---|---|
| ১) | চীংগী ইচল | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯০ |
| ২) | কৈদৌঙে লাক্কনি তামোচা | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯২ |
| ৩) | জর্জ সাহেব | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৫ |
| ৪) | ঙসিগী মণিপুর (১বা শরুক) | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৫ |
| ৫) | য়োৎকী খুজি | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৫ |
| ৬) | মৈরিক্তগী মৈজাও | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৬ |
| ৭) | ঙসিগী মণিপুর (২ বা শরুক) | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৬ |
| ৮) | ব্রাকচীংগী নোং | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৭ |
| ৯) | ডাক্তর বাবু | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৭ |
| ১০) | কৈদৌঙে লাক্কনি তমোচ (২বা খুৎনম) | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ১৯৯৭ |
| ১১) | থাজদনা থাজরমমে | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ২০০১ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১২) | মিরাং (অহানবা শরুক) | শশীকুমার য়ুরেম্বম | ২০০১ |
| ১৩) | অনৌবা ইমুং | থাংজম বীরচান্দ | ১৯৭৫ |
| ১৪) | চরৈ হুইদোম লৈমা | চানা লুখোই | ১৯৭৮ |
| ১৫) | ঈগী নোং | চানা লুখোই | ১৯৮০ |
| ১৬) | সনা পাৎকি থারিকথা | চানা লুখোই | ১৯৮৩ |
| ১৭) | ভালোহে পেম্মা | এনঃজিঃ মোহেন | ১৯৮৩ |
| ১৮) | লৈচীলগী লৈই | কেঃএসঃ ঐচঃ ইবোবী (শমজাইবা) | ১৯৮৯ |
| ১৯) | ওলাংথাগী লৈবাকলে | ডাঃ শশীকুমার য়ুরেম্বম | ২০০০ |
| ২০) | ইচানী | ডাঃ শশীকুমার য়ুরেম্বম | ২০০২ |
| ২১) | রেষ্টুরেন্ট | ডাঃ শশীকুমার য়ুরেম্বম | ২০০২ |
| ২২) | লমলানবী | মনাওবী এম, এম, | ২০০০ |
| ২৩) | বঙ্গলাদেশকী লাইখিবী | এন, জি, ইবোহল | ১৯৯৩ |
| ২৪) | য়েক্লবা | কে, ঐচ, রাধেশ্যাম | ২০০২ |
| ২৫) | শজিবুগী লৈহাউ | বি, জুগোলচন্দ শর্ম্ম | ২০০২ |
| ২৬) | পোম্বী নত্তে চেক্লানি | বাবু ইরেংবা | ২০০২ |
| ২৭) | মিরাং (অনীশুবা শরুক) | ডাঃ শশীকুমার য়ুরেম্বম | ২০০৪ |
| ২৮) | লৈক্রেক | কে, ঐচ, রাধেশ্যাম | ২০০৯ |

মথক্তা উৎলিবা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি ছাপা তৌদুনা ফোঙলবা শুমাঙ লীলা অইবশিংগী মশীং তরা খক্তনি (সিদগী হেনবসু লৈরম্বা য়াই, ঐখোয়না থিজবদা ফংবা রেকোর্ডকী মতুংইন্না পুথোকচবনি) শম্না হায়রবদা শুমাঙ লীলানা মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈনুংদা চঙলকপা ঙমদ্রি হায়না লৌবা য়াই। মসিগী মরম কয়ামরুম লৈরম্বা য়াই। মরুওইনা মরম খরদি – শুমাঙ লীলা ইবশিংনা লাইরিক ওইনা ফোঙবগী হৈনবী অমসুং অপাম্বা লৈতবা; শেল থুম লৈতবনা মরম ওইদুনা ফোঙবা ঙমদবা; শুমাঙদা শাম্নবতা মপূং ওই হায়না খনবা; ইরিবা স্ক্রিপ্ট অদুগী সাহিত্যগী মগুণ অদু কয়া খঙদবা অসিনচিংবা। তশেংনমক্তি শুমাঙ লীলা হায়বসি নাট্য সাহিত্যগী মনুং চনবা য়াম্না মরুওইবা সাহিত্যগী খুৎই অমনি। নাট্য সাহিত্যগী ড্রামা হায়বা খুৎই

অসিগা খেন্ননা শুমাঙ লীলা হায়বা তোখাইবা খূৎই অমা লৈফম থোকই। ঙসি ফাওবদা শান্নখিবা শুমাঙ লীলাশিং অসি ছাপা তৌদুনা ফোঙলন্নবদি য়াম্না ইনাক খুল্লবা শুমাঙ লীলাগী সাহিত্যগী ওইবা পূক্কে অমা শাগৎপা ঙমলমগদবনি। মণিপুরী ড্রামাগী ইতিহাসতা ষ্টেজদা শান্নখিবগা লোয়না লোয়ননা শান্নরিবা ড্রামাগী স্ক্রপ্ট অদু লাইরিক ওইনা ফোঙদোরকপদগী মণিপুরী নাট্যগী পূক্কে অমা শাগৎখিবা ঙমখিবনি। সাহিত্যগী মতাংদদি শান্নবদা য়ূম্ফম ওইরগা নৈনবা হায়বসি ব্রানা থোকপা অরুবা থবক অমনি তঙাই ফদনা শান্নরিবদু ফোঙদোকপা তাই। অইবা সাহিত্য অমা ওইনা পুথোরকপা চঙই। মসিগী মায়কৈদা য়েংলুবদা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী ফোঙলবা সাহ্যিতা অসি য়াম্না তাঙনা থোকলি। খৃঃ কুমঃ ১৯৭৫ দা ফোঙখিবা শ্রীথাংজম বীরচন্দ সিংহনা ইবা অনৌবা ইমুং হায়বসিনা ছাপা তৌদুনা ফোঙবা অহানবা শুমাঙ লীলাগী লাইরিক্লি। হৌজিক ছাপা তৌদুনা ফোঙলবা অইবা মীশক ১০ অসিগী শুমাঙ লীলাশিং অসিনা য়ূম্ফম ওইরগা শুমাঙ লীলাগী সাহিত্যগী ওইবা ষ্টাইল, টেক্নিক অসিনচিংবা নৈনবদা মপূং ফাদবা কয়া থেংনবা য়াই। মরমদি সাহিত্যগী মগুণ চেনবা য়াম্না মমীং চৎপা ফজবা শুমাঙ লীলা কয়া অমা শান্নম্রে। পূম্নমক অসি ছাপা তৌদুনা ফোঙলমলবদি মতম অদুদা ঐখোয়না শুমাঙ লীলাগী সাহিত্যগী মশক অসি চপ চানা লেপ্পা ঙমগনি হায়না নীংই। অদুমকপু শ্রীথাংজম বীরচান্দ সিংহ, শশীকুমার য়ুরেম্বম, চানা লুখোই, এনজিঃ মোহেন সিংহ অসিনচিংবা শুমাঙ লীলা ইবশিং অসিনা খূৎমাবা ওইনা শেমগৎ শাগৎপা হৌরক্লি। হায়রিবা অইবশিং অসিনা হৌজিক্কী মতম মতমগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়াদা খূৎ থারকপগা লোয়ননা শুমাঙ লীলাগী খূৎই মওং অমসুং ষ্টাইল অমা মণিপুরী সমাজদা লেপ্তুনা খুদোল তৌরি। ❑

মঙাশুবা পন্দুপ

# শুমাঙ লীলা অমসুং মণিপুরী সমাজ অনীগী লৈনবা মরী

## ১) পারফোর্মিং আর্ট ফোর্ম অমা ওইনা শুমাঙ লীলা ঃ-

শুমাঙ লীলাগা ভাবোক্কা মতম চূপ্পা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী অমা লৈ। ভাবোক য়াওদ্রবদি শুমাঙ লীলা শান্নবা য়াদে। ঙসি ফাওবা মণিপুরদা পারফোর্মিং আর্টশিং অসিদি লাই হরাওবা, ষণশেনবা, উদুখোল, শুমাঙ লীলা, পাস খেলা, খোংজোম পর্ব্ব, পেনা, ষ্টেজ লীলা, জগোই ঈশৈ অসিনচিংবা পূম্নমক মহৌশাদগী মখোয় মখোয়গী তোঙান-তোঙানবা চৎনবী অমা লৈজে। লাই হরাওবদা পাঙথোক্লরিবা খুদিংমক লাইথৌ অমগী মখা পোল্লি। ষণশেনবা, উদূখোলসু ধর্ম্মগী চৎনবী লাইথৌগী মনুং চনবা ঙাক্তনা অয়াম্বনি। শুমাঙ লীলা অমদা উৎলিবা মওংগা অতৈ পারফোর্মিং আর্টশিংদা উৎলিবা মওংগা য়াম্না চাউনা খেন্নে। লাই-হরাওবদা য়াওগদৌরিবা য়েংগদৌরিবা মীশকশিংসু লাইথৌগী মরমদা হেন্না কূপ্পা খঙবা চঙই। মসিগা লোয়নন লাই-হরাওবদা মৈতৈগী অরিবা লাইনীং, মৈহৌরোন, খুন্দা-লৈতাবা, য়ূম্বাল-কৈবাল্লকপগী অসিনচিংবা উৎলি। লাই-হরাওবদা মৈতৈগী জগোই, সাহিত্য অসিনচিংবগী হৌরকফমনি। মরম অদুনা লাই হরাওববু পারফোর্মিং আর্ট অমা ওইনা লৌনরি। মতৌ অসুম্না অতৈ অতৈ লৈরিবা পারফোর্মিং আর্টশিং অসিসু মাগী হীরম অমসুং মওংশিংদা থোইদোক্লা কান্নরবা ঙাক্তনি। পূম্নমক অসিনা মণিপুরগী সংস্কৃতিগী ফজরবা মশক অমা শাগৎলিবনি।

শুমাঙ লীলা হায়বসি হৌজিক্কী সমাজ অসিগী সংস্কৃতিগী মপান তাংদুনা লৈবনি। মরম অদুনা জাতি অসিগী সংস্কৃতি য়েংগে, করম্বা ফিভমদা লৈরিবগে হায়বসি খঙগে হায়রবদি শুমাঙ লীলা য়েংলগসু খঙবা ঙম্মী। শুমাঙ লীলাশিংদা ঐখোয়গী জাতি অসিগী মশক মওং লোইনা উবা ফংই। মীওইবা জাতি অসিগী চাওখৎপা-চাওখৎতবা খুদিংমক শুমাঙ লীলাশিংদা অচৌবা মমি শোয়দনা তাগনি। শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংনা জাতি অসিগী হোংলকইবা মশক অদু উৎলকই। মরম অদুনা মতম অমদা ইতিহাসকী পৌরাণিক্কী থৌদোক ৱাথোক ওইনা শুমাঙ লীলা শান্নরম্মী। অদুদগী মতমগী ঈচেল মতুংইন্না মণিপুরী ঐখোয়গী ধর্ম্মগা মরী লৈনবা বেদ পুরাণগী ৱারীদা

য়ুম্ফম ওইবা লীলা কয়া শান্নখ্রে। মথং মথং মতমগী হোংলকইবা মতুংইন্না মোইরাং পর্ব্ব, অদুদগী হৌজিক্কী মতম মতমগী থৌদোক ব্রাথোক কয়াদা শুমাঙ লীলানা উৎলকই। শুমাঙ লীলা হায়বসি ঐখোয়গী জাতি অসিগী মপান-মউ তাখ্রবা উপাল অমগুম্বনি। জাতি অসিনা হোংলকইবা মতুং ইন্না শুমাঙ লীলাগী মশকসু নোংম-নোংমগী হোংলকই।

মথক্তা পনখ্রিবা মণিপুরগী মরুওইবা পারফোর্মিং আর্টশিং অসিগা শুমাঙ লীলা অমসুং মণিপুরী সমাজগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনে। নক্লবা মরী অসিনা মরম ওইদুনা শুমাঙ লীলাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমসুং মমল লৈজে। মীৎয়েং অমরোমদা য়েংলুরগা শুমাঙ লীলা পারফোর্মিং আর্টশিংদগী য়াম্না কান্নবা আর্ট ফোর্ম অমনি হায়না লৌবা য়াই। শুমাঙ লীলাদি মীয়াম্না খ্বাইদগী পাম্নরবা হৌজিক হৌজিকমক পাম্নরিবা কৃষ্মে অমনি। শুমাঙ লীলাদা মতম-মতমগী নহারোল নুপী অঙাংনা পাম্নরবা ঈশৈ য়াওই। মসিগা লোয়ননা অয়ুক নুমিদাংদা ঙাঙন-শক্লরিবা ডাইলোগ (অব্রাই অখুম) তাবা ফংই। শুমাঙ লীলাদি মফম, মতম খায়দে, মীয়াম হুপ্পা পূন্না য়েংমীন্নবা য়াবা কৃষ্মে অমনি। শুমাঙ লীলাদা ধর্ম্মগী ওইবা চৎনবীনা পুনবা লাইথৌগী থৌরমশিং অসিনচিংবা য়াওদে। পূম্নমক অসি য়াম্না কৃপ্পা নৈনদুনা ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাদা ফংলিবা পারফোর্মিং আর্ট ফোর্ম অসি য়াম্না হেন্না খেন্নবা মশক উবা ফংই। শুমাঙ লীলাদি মীওইবগী পুন্সী অসি তোঙান তোঙানবা মশক পুথেক্তুনা নৈনবনি। শুমাঙ লীলাদা ডাইলোগকী ফজবা মশক লৈ। মীওইবগী শাথেক-শাওং উবা ফংই। শুমাঙ লীলাদি মীয়াম্না খ্বাইদগী পাম্নরবা কৃষ্মে অমনি। অয়েংবা ভাবোক্তা অপনবা পীদবা য়াম্না নীংতম্বা মথলগী আর্ট ফোর্ম অমনি। শুমাঙ লীলানা ঙসিগী সমাজদা লায়না অফ-ফত্ত মশক খঙহনলিবা কান্নরবা লীলানি। শুমাঙ লীলাদি মতম খায়দে অয়ুক-নুংথিল, নুমিদাং, কুম্বী-কালেন খায়দনা উৎপা য়াই। ভাবোক্কী অখন্নবা মীশক খায়দে। অতৈ অতৈ পারফোর্মিং আর্টশিংদি ভাবোক মশক খনবা চঙই, শান্নবগী মতম খায়। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগা অতৈ পারফোর্মিং আর্টশিংগা খেন্নবা কয়ামরুম লৈ। মমাঙঙৈদগী হৌনা ঙসি ফাওবা মৈতৈ জাতি অসিগী নক্লবা মরী লৈনবা কৃষ্মে অমা হায়রবদি শুমাঙ লীলানা ওইরি। শুমাঙ লীলাদা অয়েংবা ভাবোকশিংগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনে।

## ২. শুমাঙ লীলা অমসুং সমাজগী সমস্যাশিং ঃ-

শুমাঙ লীলানা উৎলিবা অমসুং নৈনরিবা সমস্যাশিং অসি হৌজিক্কী সমাজ অসিদা থোকলিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াদা মূম্ফম ওইরগা হকথেংননা অমসুং নাকোয়ননা নৈনবনি। শুমাঙ লীলাদা উৎলিবসি সমাজ অসিগী মখল মখা কয়ানি। পূম্নমক অসি মণিপুরী সমাজদা পানশিনবা য়াবা হৌজিক হৌজিকমক থোকলিবা হকথেংনরিবা মণিপুরী জাতিসিগী অপূনবা ৱাফমশিংনি। সমাজ অসিনা হৌজিক থেংনরিবা তৎতনা মায়োক্লরিবা সমস্যা কয়া শুমাঙ লীলাদা উৎলকপা মরমনা শুমাঙ লীলা অসি য়াম্না কনতেমপোররী (মতম মতমগী)ওই । মতমসিগী ঈরাংগা থাদোক্লবা য়াদবা মরী লৈনৈ ।

হৌজিক্কী অয়াম্বা শুমাঙ লীলাশিংদা মীহাৎ-মীপুন, শেঞ্জা-থুমজা রাজনীতিগী অরোল-অথুপ লানহৌবগী ঈরাং সরকার অমদি প্রজা অনীগী নৈনরিবা ফত্তবা মরী কয়া উৎলি। লানহৌবনা থেংনরিবা মনুং-মপাল অনী অরোল-অফোঙ, থবক ফংদবগী চাউরবা ৱাথোক, শেঞ্জা-থুমজাগী অরোল-অথুপ, কয়া ময়েক শেংনা শুমাঙ লীলাদা উবা ফংই। শেঞ্জাও পায়বশিংনা তোল্ল-তারবা লায়রবশিংবু তুহৎপীবা, নৈহৎপীবা থওই উশিৎতবগী অশেংবা মশক কয়াসু শুমাঙ লীলাশিংদগী ময়েক শেংনা উবা ফংই। নূপী ওইবীশিংবু নমজা নমথেকপগী মশক উবা ফংই। খুদম ওইনা লানহৌবগী সমস্যাশিং নৈনবা লীলাশিং খরদি শশীকুমার য়ুরেম্বমগী *তোর্বান ৱাংমা*, চানা লুখোইগী *ঈগী নোং*, রাজেন তোইজাম্বগী *ফাদোক*, দিনেশ তোংব্রমগী *রিভোলুসন*, ইবোমচাগী *হল্লকখিদ্রবা*, এনজি মোহেনগী *ঈখেংলত্তনা মোমোন মীনোক*, কীরন মৈতৈগী *ঈ তৈরবা পৃথিবী*, অসিনচিংবনি; শেঞ্জা-থুমজা করপসনগী লীলাশিংদা পনবা য়াবা খরদংদি ৱানোম শরেং, বেষ্ট প্লেয়ার, প্রমোসন, নৈহৎপীরবা পূক্সী অসিনচিংবনি। মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলা কয়াদা হৌজিক্কী সমাজ অসিগী মীয়াম্না থেংনরিবা সমস্যা কয়া ময়েক শেংনা ভাবোকশিংদা খঙহন্দুনা সমাজ অসিদা মাঙথরকপগী মশক ভাবোকশিংদা খঙহনখিবা লীলা কয়ানি। চীং তমগী মৈতৈ পাঙল জাতি মশেল অমগা অমগা চান্না-চিন্না হিংমিন্নগদবনি হায়বগী পাউজেল অমা ওইনা মীয়ামদা পীবা শুমাঙ লীলা কয়াসু উৎখ্রে। খুদম ওইনা শশীকুমার য়ুরেম্বমগী তমগী ইবুং, এনজি ইবোহলগী অবিরখান, চানা

লুখোইগী কৈশামথোং থোইবী অসিনচিংবশিংনি। শেঞ্জাও পায়বশিংনা তোম্ল-তারবা লায়রবশিংবু তুহৎ নৈহৎপীবগী মশক ওইনা উৎখিবা লীলাশিংগী মনুংদগী খুদম ওইনা, শশীকুমার য়ুরেম্বমগী মৈরিক্তগী মৈজাও, মিরাং, চানা লুখোইগী কৈদৌঙৈ হিংগনি, থাংজম বীরচান্দগী রিক্সো কনানো, এনজি ইবোহলগী মোরনিং ষ্টার অসিনচিংবা কয়ানি।

ঙসি ফাওবদা শুমাঙ লীলানা মৈতৈ জাতি অসিদা থোক্লিবা অফবা ফত্তবা অচুম্বা অরানবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াগী তোঙান তোঙানবা মখল মথেলগী শুমাঙ লীলা কয়া ভাবোকশিংগী মমাঙদা খুদোল তমলি। মৈতৈ সমাজ অসিদা থোক্লিবা মীয়ামগী ওইবা সমস্যা কয়া মিংশেল ওইনা উহন্দুনা অপঙ-অশিং, নুপী-অঙাং নহারোলশিংগী মফমদা শুমাঙ লীলা ওইনা উহনবীখ্রে। মসিমক শুমাঙ লীলানা লৌরিবা থৌদাং অমনি।

মথক্তা শুমাঙ লীলাগা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী সমস্যাগা লৈনবা নক্লবা মরী অদু শম্না উৎখ্রে। মসিগী নক্লবা মরী অসি অতৈ পারফোর্মিং আর্টশিংদা থোইনা লৈতে হায়না নীংই। জগোই অমসুং ঈশৈ হায়বসি ফজবা কলা ঙাক্তনি। অদুবু মপূং ওইবদি মীৎকী অমসুং নুংঙাইনবা কূম্মৈ ওইনা তৌই। ষ্টেজ লীলানা মখল মখলগী সমস্যা নৈনৈ। অদুবু *absurd* থিয়েটরনচিংবা লীলা খরদি য়াম্না অখন্নবা ভাবোকশিংগী ওইনা তৌই। ষ্টেজদা শান্নবা লীলাশিংদি অয়াম্বনা অখন্নবা ভাবোক খরনা য়েংই। মখোয়বু মীয়াম পূম্নমক্না য়েংবগী খুদোংচাবা ফংদে। ইম্ফাল সহর অমসুং খুঙ্গংগী হোল খরদা শান্নবা লীলা ওইবনা য়েংগদবা ভাবোকশিং অসি ইম্ফালগী অমদি খুঙ্গংগী অখন্নবা ভাবোকশিংতগী ওইনা তৌই। অদুগা অমুক শাস্ত্রিয় সঙ্গিত হায়বসি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী কলা মওং অমনি। অদুনা শাস্ত্রিয় সঙ্গিত হায়বসি জ্ঞান লৈতবা মীনা ঈশৈ অসি তাবা হৈতে। শাস্ত্রিয় সঙ্গিতকী অখন্নবা ভাবোক লৈবা তাই। মসি ক্লাসিকেলগী ওইবা পারফোর্মিং আর্টশিংদা তৎতনা থোকই। পূম্নমক অসিদগী খেন্নবা শুমাঙ লীলাদি নুপী অঙাং লাইরিক লাইশু হৈবা-হৈতবা পূম্নমক্কী লীলানি পূম্নমক্কী কূম্মৈনি। পৈশা তিংদনা য়াম্না কোম্না অমসুং নুংঙাইনা য়াম্না নক্না য়েংজবা য়াবা কূম্মৈদি শুমাঙ লীলাতনি।

পূম্নমক্কী মথক্তা শুমাঙ লীলানা মতম মতমগী ওইবা ফোঙ ফোঙ শাবা সমস্যা নৈনবা মরম্না মীয়ামদা য়াম্না কান্নবা পীবা হেল্লি। অয়েংবা

ভাবোকশিংদা হৌজিক্কী সমাজদা থোক্লিবা থৌদোকশিং য়াম্না খঙহনবা মরমনা শুমাঙ লীলানা সমাজ শেংদোকপদা অচৌবা থৌদাং য়ারি। নুপী অঙাংশিংগী মীৎ পাঙহনবদা লাইরিক লাইশু হৈতবা অহল লমনশিংবু জ্ঞান তাহনবদা শুমাঙ লীলানা য়াম্না কান্নরবা থৌদাং য়ারি।

### ৩. শুমাঙ লীলা অমসুং মাস মেডিয়া ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি মাস মেডিয়াগী মনুংদা য়াম্না কান্নরবা এজেন্ট অমনি। মাস মেডিয়া হায়বসি সমাজদা লৈরিবা মীয়ামশিংদা পাউ পীবা অমসুং পাউ খঙহনবগী পান্থৈ (a means of communication) অমনি মাস মেডিয়াগী মনুংদা টি.ভি., রেডিও, নীউজ পেপর, মেগাজিন, ডোকুমেন্টরি ফিল্ম, অসিনচিংবগী মমীং পনবা য়াই। শুমাঙ লীলাবু মাস মেডিয়াগী মখল অমা ওইনা লৌরুবগী মরমদি সুপ্নগী মীয়ামদা পাক চাউনা পাউ পীবা ঙম্বগী থৌদাং অমা পাঙথোকই হায়না লৌরুবদগীনি।

মথক্তা পীরিবা মাস মেডিয়াগী মওংগা শুমাঙ লীলাগা মান্নবদি নত্তে। মাস মেডিয়াশিংগী মনুংদা টি.ভি. অসি য়াম্না মরু ওই। টি.ভি.না মীৎতা উহনবগা লোয়ননা নাকোংদা তাহন্দুনা মখল মখা কয়াগী থৌরম কয়া পাঙথোকলি। থৌরমশিংগী মনুংদা মীয়ামদা পাউ শন্দোক্নবা হোৎনবা অসি য়াম্না মরুইবা অমনি। চুম্নগী পাউ শন্দোকপদা নত্তনা থৌদোক ব্রাথোক অমসুং মতম মতমগী সমস্যা কয়াসু উৎলি। অদুবু টি.ভি. হায়বসি লৈবা ঙম্বা মীওই খরতগীনি। য়েংবা মতমদসু ইমুংগী মী খরা খক্তনা য়েংবা ঙাক্তনি। অদুগা শুমাঙ লীলাদি মীয়ামগীনি। টি.ভি.না শন্দোক্লিবা পাউ য়াম্না কোম্না পাঙথোকপা ঙম্মী। অমরোমদা রেডিও হায়বসিসু মাস মেডিয়াগী য়াম্না কান্নরবা মখল অমনি। অদুবু মসি সুপ্নতগী নাকোংনা তানবা ওই, মীৎনা য়েংবা য়াদে। মরম অদুনা রেডিওগী অফবা অমসুং মপূং ফাদবা অনীমক লৈ। মতৌ অসুম্না খবর অমসুং মেগাজিন হায়বসি য়াম্না কান্নরবা মাস মেডিয়াগী পান্থৈ অমা ওইরবসু লাইরিক হৈরবা মীওইশিংদগীনি। পূম্নমক অসি চাংদম্নরুরগা শুমাঙ লীলাদা মাস মেডিয়াগী কান্নরবা মচাক কয়া চঙই। লীলা ওইনা মীৎনা উবা য়াবা, খোঞ্জেল ওইনা তাবা য়াবা, অহিংবা মীওইবশিংনা অহিংবা

ভাবোক্কী মমাঙদা শান্নবা য়াম্না নুংঙাইরবা কুম্মে মখল অমসু ওইবা মরম্না শুমাঙ লীলা হায়বসি অতৈ অতৈ মাস মেডিয়াশিংদগী হেন্না কান্নরবা পান্নরবা মখল অমনি হায়না লৌবা য়াই। মরম অসিনা সরকারনা হৌজিক শুমাঙ লীলাবু মাস মেডিয়াগী কান্নরবা পাম্বৈ অমা ওইনা শীজিন্নবা হৌরে। মরম অদুনা, সরকার অসিনা ফেমিলি ৱেলফিয়ার, মেডিকেল ডাইরেক্তরেট, ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্ট, ইনভাইরোনমেন্ট অমসুং ইকোলোজিকেল অসিনচিংবা শুমাঙ লীলাবু সরকার অসিনা মীয়ামগী কান্নরবা মাস মেডিয়াগী পাম্বৈ অমা ওইনা শীজিন্নরকই। হায়রিবা পাউজেলশিং অসিগীদমক্তা মখল মথেলগী লম্বী য়েংদুনা শন্দোক্লবা হোৎনরকপদা শুমাঙ লীলানা অচৌবা থৌদাং য়ারি। খুদম ওইনা এইদসকী মতাংদা শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নহন্দুনা মতৌ করম্না এইদস হায়বা লায়না অসি লাক্লিবনো মতৌ করম্না ওইরকখিবনো হায়নবচিংবা কয়া ঙসিগী মীয়ামদা খঙহন্নবা শুমাঙ লীলা ওইনা উৎলকই। অদুগা অমুক পোলিও হায়বা লায়নানা নারবা মীওইশিং অসি মতৌ করম্না পোলিও লায়না নারকপনো হায়বনচিংবা কয়া শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নহন্দুনা ঙসিগী মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনরকই। য়াইফ য়ূম্বালগী মরমদা চয়াম পোকপগী অৱাবা অপীকপা ইমুংগী নুংঙাই য়াইফবা কয়া সরকার অসিনা শুমাঙ লীলা ওইনা উহন্দুনা হৌজিক্কী মীয়ামগী মমাঙদা শুমাঙ লীলা ওইনা উহন্দুনা প্রাজাশিংবু জ্ঞান তাহন্নবা কন্না হোৎনরি। লেপ্রোসি হায়বা লায়না অসিবু লায়েংলগা ফহনবা ওস্মী হায়বা শুমাঙ লীলাদা খঙহন্দুনা সরকারনা শুমাঙ লীলাগী খুৎথাঙদা মখল মখা কয়াগী লীলা ওইনা শান্নহন্দুনা মাস মেডিয়াগী অচৌবা থৌদাং য়াহন্দুনা শীজিন্নরি। শুমাঙ লীলা অসি মীয়ামগী পান্নরবা কুম্মে অমনি সরকারনা য়ারদুনা শুমাঙ লীলা মাস মেডিয়াগী পাউজেল অমা ওইনা শন্দোক্লবা শীজিন্নরি।

## ৪) কলাকার, অইবশিংগী হিংনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা শুমাঙ লীলা ঃ-

ঙসি শুমাঙ লীলা অইবা কয়ানা শুমাঙ লীলা ইদুনা হিংনবগী শেন্দান লম্বী অমা ওইরি । শুমাঙ লীলা চাউরাক্লা পার্টি ২০/৩০ না ঙসি ফাওবদা লীলা ২০/৩০ শান্নদুনা অইবশিংদা শুমাঙ লীলা ইবগী লীলা অমগী অইমল লুপা লীশিং ৭/৮ পীদুনা অইবশিংবু য়োকথৎলি । শুমাঙ লীলানা কলাকার ৩০০/৪০০ দা থবক পীদুনা মখোয়গী হিংনবগী পাম্বৈ ওইরি । চহী অমদা

শুমাঙ লীলা য়াওবা কলাকার অমনা চাউরাক্না লুপা লীশিং ৫০/৬০ রোম তান্দুনা অচৌবা থবক ফংদবগী সমস্যা অমা কোকহল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা কলাকার অমনা মাগী ইমুং-মনুং হিংনবগী চাউরবা পাম্বৈ ওইরি। শুমাঙ লীলা অইবশিংনা শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংদা অচৌবা মতেং পী। কলাকারশিংনসু অইবশিংদা মখোয়গী শুমাঙ লীলাগী অইমল পীদুনা অইবশিংবু মতেং পীরি। লোয়নননা মীয়ামদসু হেন্না কান্নবা মতম মতমগী হোংলকইবা থৌদোক-ব্রাথোক অরি-অনৌ কয়া উহন্দুনা সমাজ অসিগী হিংবগী হক কয়া তেঙবাংই।

পারফোর্মিং আর্ট অমা ওইরিবা শুমাঙ লীলা অসিগা ড্রামাগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈবগুম শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংগা ড্রামাগী কলাকারশিংগা শেল থুমগী কান্নবা ফংবদা খেন্নবা কয়া ময়েক শেংনা ঐখোয়না ঙসি ফাওবা উনরি। ড্রামা য়াওবা কলাকার অমনা সমাজ অসিদা য়ারিবা থৌদাংগা শুমাঙ লীলা য়াওবা কলাকার অমনা লৌরিবা থৌদাংগা খেন্নবা কয়া ঐখোয়না উরি। ড্রামা হায়বা কলা অসিদি চহী অমগী মনুংদা মতম খরা, সো খরগীদমক্তনি। অদুগা শুমাঙ লীলানা কুম্বী-কালেন খায়দনা অহিং-নুংথিল নাইদনা মীয়ামদা উৎপা ঙমই। ঙসি ফাওবা উৎতুনা অহিং-নুংথিল খায়দনা মীয়ামগী মীৎমাঙদা উহল্লি। মরম অদুনা ঙসি ফাওবা সরকার অসিনা পীবা ঙমদ্রবসু শুমাঙ লীলানদি কলাকার কয়াগী থবক পীরি। পূম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিনা অইবশিং অমসুং শুমাঙ লীলাবু পামজদুনা য়াওরিবা কলাকারশিংবু হিংননবগী শেন্দান লম্বীদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। লোয়নননা হিংবগী মচাক অমসু পীরি।

৫) শুমাঙ লীলা পুন্সীগী পোত্থাফমনি ঃ-

মীওইবা হায়বা জাতি অসিগী পুন্সীদা মতম পূম্নমক্তা থবক্তা শূদুনা লেনবসু য়াদে। থবক য়াম্না ব্রানা শূরুবগী মতুংদা মতম খরদং পোত্থাবা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী মৈহৌরোন্দগী চৎনরকই। মরম অদুনা ঙাইহাক পোত্থাবদা হরাও কূম্মৈ য়েংদুনা পোত্থানবসি ঐখোয়গী চৎনবী ওইনা লৈরকই। হরাও-কূম্মৈ য়েংদুনা পোত্থারগা ঐখোয়গী অপেনবা ওইনা লৌনরম্মী।

মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সী অসি হরাও-তয়াম্বা হায়বসিনা অচৌবা পোথানফম ওইরকই। মরম অসিদগী ঐখোয়গী পুন্সীদা হরাও-কূম্মে অসি থোরকপনি। মীওইবা জাতি অসিগী অব্রা-পোথাফম হরাও-কূম্মে লৈরমদ্রবদি পুন্সী অসি শাংনসু হিংবা ঙমলমদবা য়াই। মরমসিনা মীওইবগী পুন্সীদা হরাও-কূম্মে দরকার ওই। মীওইবগী পুন্সী অসি নুংঙাইনা শান্তি ওইনা হিংগে হায়রবদি হকচাং ফনবা ব্রাখল নুংঙাইনবা হরাও-কূম্মে দরকারনি। থবক শূরুবগী ঙাইহাক পোথানবা মতমদা হরাও-কূম্মেনা ঐগী অব্রাবা কোক্লবা য়েংবসি চৎনরকই। ঐখোয়গী লাই হরাওবা হায়বা পারফোর্মিং আর্ট অসিদা য়াওরিবা লাই হরাওবা হায়বসি লাই অদুতা হরাওবা নত্তে মীওইবা ঐখোয়গীসু অচৌবা থৌদাং য়াওই। মৈতৈগী অরিবা হরাও-তয়াম্বগী মনুংদা পেনা, খুলং ঈশৈ, থাবল চোংবী, পূং ঈশৈ অসিনচিংবা পূন্নমক অসি মীওইবা ঐখোয়গী নুংঙাইহন্নবগীদমক্তনি। নুংঙাইহন্নবগী মরুওইবা মচাক অসি ঐখোয়গী হরাও-কূম্মেনি । জগোই ঈশৈ মৈতৈগী কলাশিংনা ঐখোয়গী নুংঙাইহন্নবগী মগুণবু ফোঙদোকচবনি।

লমহাংদা শান্নবা মূক্না কাঙজৈ, উলাউবী, শগোল কাঙজৈ, লমজেন অসিনচিংবা অসিনা মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং শাজেলসু ওইহল্লি। মীওইবগী পুক্নীং নুংঙাইহনবতা নত্তনা অব্রা পোথানবগী মরুওইবা শরুক ওই। ঙসিদি মীওইবগী পুন্সীদা অকক্লবা মতমগী মনুংদা নুংঙাইনা লেনবা ঙম্নবা হোৎনবদা টি.ভি., রেডিওনচিংবা তাদুনা য়েংদুনা অব্রা পোথানে। ঐখোয়গী মমাঙঙৈদগী লৈজরক্লবা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিনসু মীওইবগী পুন্সীগী তাঙ্কক কয়া মীৎমাঙদা উহন্দুনা ঐখোয়গী পুক্নীংবু পোথাহল্লি। ২১শুবা চহীচা অসিগী অহৌবা তাঞ্জা অসিদা মীওইবা ঐখোয়গী শূবা-নোম্বা হেনগৎলকই। মরম অদুনা অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা হরাও-কূম্মে য়েংদুনা অব্রা-পোথানবসু চৎনরকই। সিনেমা ড্রামা য়েংবদা য়াম্না থব্রায় য়াওনরম্বদগী ঙসিদি মীওইবগী পুন্সীগী মচেৎ মচেৎ ওইবা শুমাঙ লীলা য়েংদুনা হরাও-তয়াম্বগী মওংসু হেনগৎলকই। যুগ যুগকী য়াওলগী মতুংইন্না হরাও-কূম্মে মশীং হেনগৎলকই। মীওইবা ঐখোয়না অব্রাবা পোথানবা হরাও-কূম্মে য়েংই। হরাও-কূম্মেশিংগী মনুংদা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসি মণিপুরী জাতি অসিনা পামজবা কূম্মে অমা ওইরি।

মীওইবগী পুন্সী চাবা থকপা ঙাক্তনা হিংবা ঙমদে। পুন্সী অসি নুংঙাইনা লেনগে হায়রবদি অন্না পোখানবা ওইনা হরাও-কুম্মে য়েংবা চৎনৈ। শুমাঙ লীলা হায়বসি তাঙ্কক কয়া নৈনবগা লোয়ননা নুংঙাইনবগী মচাক কয়াসু য়াওই। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাদা য়াম্না চম্না পুন্সীগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়াবু পুথোক্তুনা ফাগি জুগাই তৌহন্দুনা অয়েংবা ভাবোকশিংদা নুংঙাইবা পী। জগোই ঈশৈ কয়া হাপচিন্দুনা ভাবোকশিংগী নুংঙাইনবগী মচাক কয়া পুন্নি। অদুনা শুমাঙ লীলা অসি মীয়ামগী ঙাইহাক পোথাফম অমসুং নুংঙাইফম ওই, য়াম্না হোঙবা, পৈশা তিংদনা য়েংবা য়াবা হরাও-কুম্মে মখল অমনি হায়না লৌবা য়াই। য়াম্না লুবা কুম্মে লীলা জগোই ঈশৈ অসি অথন্নবা ভাবোক খরতনা য়েংই। হায়রিবা কুম্মেশিং অসিগী ভাবোকশিংদি য়াম্না অথন্নবা রস খঙলবা মীওইশিংনি হায়না লৌবা য়াই। অঙাং নুপী অমসুং লাইরিক-লাইশু হৈতবা মীচমশিংনা হায়রিবা কুম্মেশিং অসি য়েংবদা নুংঙাইবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং শুমাঙ লীলা য়েংবদি নুংঙাইজে, পেনজে। মরম অদুনা শুমাঙ লীলানা মীচম প্রজা অমসুং মীয়ামগী য়াম্না কান্নবা থৌদাং অমা য়ারি। লীলাবু পুন্সীদা ইমুং মনুংগী লৈত-লাইরগী অন্না-অনা কয়াবু কাউথোকহন্দুনা শুমাঙ লীলানা ঙাইহাক্তুংগী পোথাহনবগী স্বর হোন্দোকহনবগী তাঞ্জা পী। মীৎয়েং অশোমদা য়েংলুরবদি শুমাঙ লীলা হায়বসি মণিপুর সমাজগী য়াম্না কান্নরবা কুম্মে মখল অমনি। ❑

তরুকশুবা পন্দুপ

# শুমাঙ লীলাগী হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভম

## ১) শুমাঙ লীলাগী হোংলকইবা মশক ঃ-

শুমাঙ লীলাগী শাংলবা ইতিহাস অমসুং পরম্পরা অমা লৈরকপগী মতাংদা মথক্তা শন্দোক্লা নৈনখ্রে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগী চত্থরকইবা শুমাঙ লীলাগী শাংলবা ঈচেল অমনি। ঈচেল অসি ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চেন্থরি। কলা হায়বসি লেপ্তুনা চেন্থরিবা ঈচেলগী মতৌগুম্বনি। কলাগী শাংলবা ঈচেল অসিদা মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাকপা হায়বসি মহৌশানি। মসি শুমাঙ লীলাগী মতাংদসু ঐখোয়না উবা ফংই। মথং মথং হোংলকইবা মশক অসি মথক্তসু শম্না নৈনখ্রে। অদুবু হৌজিক্কী ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী ফিভম করিনো ? মসিগী মরমদা ঐখোয়না কূপ্না নৈনফম থোকই। হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অমসুং ফিভম অসিগা লোয়ননা মায়োক্নরিবা সমস্যা অসি ঐখোয়না মচা তানা খণ্ডনবগীদমক্তা মখাগী অসুম্না নৈনরি।

## ২) ব্রারী ঃ-

শুমাঙ লীলা ব্রারী অসি অঙনবা মতমদদি পৌরাণিক ঐতিহাসিকনা মপূং ওইরম্মী। লান মমাঙগী ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবা সমাজ অমা ওইবা মরমনা মতমদুগী মীশিংনা ধর্ম্মগী ওইবা ব্রারীশিং য়াম্না পাম্নরম্মী। কলা অমসুং ধর্ম্ম অনী অসি থাদোকনবা য়াদ্রবা মরী অমনা চেৎনা পুনশিল্লম্মী। লীলা ইবশিং অমসুং শাম্নবশিংনা ধর্ম্মদা চেৎনা পুনশিল্লিবা লীপূনদগী থাদোকপা ঙম্নমদে। মসিগী অচেৎপা লীপূন অসি অনীশুবা লানজাওগী মতুংদগী খরা খরা হোংলকপা থেংনৈ। অসুম্না শুমাঙ লীলাদা সামাজিক্কী যুগ লাকপা হৌখি। সমাজগী সমস্যা কয়া নৈনবনা শুমাঙ লীলাগী মরু ওইবা পান্দম ওইরকখি। মসিগী ঈচেল অসিদা অসুম কায়দনা চেন্থরকখি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী ফিভমদা, মরু ওইনা শুমাঙ লীলাগী ব্রারীগী মতাংদা অহোংবা মশক খরদি উবা ফংই। হোংলকইবা মশক অসি হেন্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা, সমাজগী সমস্যাদা হেন্না মনুং হঞ্জিন্না চঙশিনবা অসিনি। শুমাঙ লীলাগী ব্রারী অমদা য়াম্না ফোঙ-ফোঙ শারবা,

তগৎ-তগৎ তেকপা, হেক হকথেংনবা মানবা অসিনচিংবশিংসি উৎত্রবদি মদু ভাবোক্লা পাম্নবা ব্রারী অমা ওইনা লৌনদবদগী ঙসিদি শুমাঙ লীলাদসু তশেং তশেংবা ওইনবা হোৎনরকই। খবর অমসুং টি. ভি. অসিনচিংবা কয়াদা অনৌ অনৌবা পাউ থৌদোক ব্রাথোক কয়া তত্তনা উৎলি। পুম্নমক অসিদগী শুমাঙ লীলাগী ব্রারী অসিসু মতমসিদা থোকপা ফোঙ-ফোঙ শারবা তগৎ-তগৎ তেকপা ব্রারী ওইনা উৎপা হায়বসি হৌজিক্কী ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অমনি। খুদম ওইনা চহী খরসিদা উৎখিবা ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলদা নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী ঈ থক্লবা কংলা শা, কামাখ্যা সঙ্গিৎ মন্দলগী ঈগী মহাও, রিভোলুসন, ব্রার্ন্ড আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী ঈখেংলক্তা মোমোন মীনোক অমসুং মীরাওখোল, জুপীতর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী চৎলেদো ঐখোয়দি নখোয়গী হয়েংগীদমক অমসুং মীহাৎপুংগী লৈঙাক্লোন অসিনচিংবা শুমাঙ লীলাশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা লীলাগী মওংদা হৌজিক্কী তং তাদ্রবা পুন্সী মফম খুদিংদা আর্মি সিফাই কয়াগী মীওৎ মীনৈ কয়া উৎলি । লানহৌবা নহারোল কয়াগী মথক্তা ওৎ নৈবগী কম্লবা চৈফ্ কয়া হৌজিক হৌজিক ফোঙ ফোঙ শারিবা মীহাৎ মীপুন মীশি-মীনাগী অমদি আইন-কানুন মশক কয়া উহন্দুনা শুমাঙ লীলাগী ভাবোকশিংদা অনৌবা জ্ঞান কয়া পীরী । মসিদা নত্তনা শেঞ্জাও পায়বগী লাংদগী অব্রাবা কয়া খাঙলিবা লমদমসিগী মীচম প্রজাগী মরক্তা থেংনরিবা খুদোংথীবা কয়া শুমাঙ লীলাশিংদা উহল্লি। খুদম ওইনা— মৈরিক্তগী মৈজাও, ডাক্তর বাবু, থব্রায়গী মমল, লৈবাকসিগী ব্রাথোক অসিনচিংবা শুমাঙ লীলাশিংদা হৌজিক্কী মন্ত্রী মন্দলগী, শেঞ্জাও পায়বগী অচুম-অরান য়েংদবা কয়া ময়েক শেংনা উৎলি । ঙসি ঙসিমক মণিপুরগী সমাজ অসিদা থোক্লিবা ব্রাথোক কয়া ময়েক শেংনা তোঙান তোঙানবা অইবা কয়াগী মীৎয়েংদা মখল মথেল নাইনা পুথোরকখিবা শুমাঙ লীলা কয়ানি । মতৌ অসুম্না ঙসিগী শুমাঙ লীলাশিংদা উৎলিবসি মীহাৎ মীপুন, নহারোল লানহৌবা, আর্মিগী ওৎ নৈবা, করপসন, মন্ত্রী ওফিসারশিং, শেঞ্জাও পায়বশিং কয়াগী শেঞ্জা-থুমজা কয়া য়াম্না মান্না উৎপা হৌরকখি । অঙনবা মতমগী লীচৈ অমনা শগোল শামু শাবগী চৎনবী, মদু হৌজিক্তী তোক্তুনা য়াম্না মান্নবা ড্রেস, খূৎশু খূৎলায়নচিংবা কয়া শীজিন্নদুনা হেন্না মান্ননবা হোৎনরকই । মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলাদসু হেক মান্ননবা অঙম্বা মওংদা ফিজেৎ চাকশেৎ কয়া শীজিন্নরকই। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাদসু অসিগুম্বা মখলগী তমথীরবা মীনুংশি

য়াওদবা অশেংবা মশক উৎননবা হোৎনবা মতমদা কা হেন্না চঙশিন্নকপা থেংনৈ। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাদসু ব্রারী অদুদা য়াওরিবা থৌদোকশিং অসি তশেং তশেংবা মশক অদুবু ঈকোক কোকপা শুমাঙ, লমহাং, মাগুবনচিংবা অহাঙবা মফম কয়াদা অশেংবা মান্নবা উৎপনা হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাগী মরুওইবা শক্তম ওইরি। মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলাগী অতোপ্পা ব্রারী অমসুং থিম কয়াদা ইরকপা লীলা কয়া অমসু লৈরি। হায়রিবা লীলাশিং অসিদসু য়াম্না তশেং তশেংবা মশক ওইনা উৎননবা হোৎনৈ। মায়কৈ অমরোমদা ইনাক খুনবা শেঞ্জাও পায়বশিংগী ফত্ত শরৌ লাং কয়াদা মীচম তোল্ল-তারবশিংদা অব্রাবা কয়া খাঙবগী অদুগুম্বা শুমাঙ লীলা কয়াদসু য়াম্না মান্না উৎননবা হোৎনরকই। খুদম ওইনা— হিংবগী দাবী, কৈদৌঙৈ হিংগনি, শরূ-মপৈ, অশাবা নোংলৈ, অসিনচিংবা শুমাঙ লীলা কয়াদা মতমসিগী ওইথোকপা য়াবা শক্তম কয়া ফজনা উৎলি। ঙসি ঙসিমক ঐখোয়গী পুন্সিদা মায়োক্নরিবা নোংমগী তৎতনা থেংনরিবা, ঐখোয় মশেল অঙম অঙম হাৎনবগী মীচঙ শঙ্গল নাইনবগী ওইরকপা য়াবা মশক কয়াসু ঙসিগী শুমাঙ লীলাশিংদা মশক শেংনা উহল্লি। অয়েংবা ভাবোকশিংদা অনৌবা জ্ঞান কয়া পীদুনা অপঙ-অশিং খঙহন্নবা হোৎনরকই।

হৌজিক হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলা ইবগী ফিভম অমনা লীলা ইবগী লম অসিদা অহোংবা মশক লাকপা অসিনি। অঙনবা মতমদা করিগুম্বা অকক্নবা ফোর্মুলা অমদা ইবগী মওং অসি চৎনরম্মী। ব্রারী পরীং অমা নাইনা চখবা মতম চাবা চাদবা য়েংদনা নোক্নীংবা থৌদোক, অব্রা নুংঙাইগী থৌদোক হেক্তা হাপচিনবা, প্লোট অমসুং লমচৎ শেম্বদা খেন্নবা থমদবা অসিনি। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলা ইবগী কলা অসি অইবশিংনা অনৌবা ব্রাখল কয়া লাক্নুনা য়াম্না চাওখৎলে। প্রোফেসনেল রাইটর কয়াসু থোরক্লে। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী খুৎইদা মওং তারবা প্লোট অমসুং *characterisation, dramatic action* গী মওংদা সাহিত্যদা শীজিন্নরিবা রস কয়া অসি য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইনা শীজিন্নবা থেংনৈ। করিগুম্বা মতমদা শুমাঙ লীলা ষ্টেজগী দ্রামাদা য়াম্না নকশিন্নবা য়াওরকই। শুমাঙ লীলা অমসুং দ্রামা অনীগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবসি পুথোকপদা ব্রানা থোকপা মতাং ফাওবা লাকই। থোইদোক হেন্দোক্লসু শুমাঙ লীলা ইবশিংনা ষ্টেজগী দ্রামাগী মওং লৌদুনা শুমাঙ লীলা

ইবসি হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভম অমনি। মরম অসিনা অমরোমদা শুমাঙ লীলা ইবগী কলাদা অকায়বা পীদবা নত্তে। শুমাঙ লীলাদি তোপ তোপ্পা কলা অমনি। মতৌ তমলিবা মখে শুমাঙ লীলাগী মমাঙঙৈগী লৈজরম্বা মতীক মগুণ শক্তি অদু মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। হৌজিক হৌজিক ওইরিবা লীলাগী মশক্তা অঙনবা মতমগী য়াম্না চাওখৎলম্বা পৌরাণিক অমসুং ঐতিহাসিক্কী ওইবা ৱারী অসি ইনরক্তবা অমসুং নোংমা নোংমগী শিথখিবা অসিনি। অদুবু খূৎইদা অমসুং মশক মউৎতা ষ্টেজগী দ্রামাগা য়াম্না খেন্নবা কয়া লৈ। শুমাঙ লীলানা ষ্টেজগী মতৌ তন্নিবমখে শুমাঙ লীলাগী মশক্তা অঙনবা মতমগী য়াম্না চাওখৎলম্বা পৌরাণিক অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা ৱারী অসি ইনরক্তবা অমসুং নোংমা নোংমগী শিথরকখিবা অসিনি। নুপী শুমাঙ লীলা পার্টি খরনা পৌরাণিক, ঐতিহাসিক অমসুং মোইরাং পর্ব্বতগী ওইবা শুমাঙ লীলা খরা শান্নবা নত্তনা হৌজিক্কী মতমদা হায়রিবা মখলশিং অসিগী শুমাঙ লীলা উবা ফংদ্রে।

৩) প্রদক্সন অমসুং ষ্টাইল ঃ-

হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলা উৎপা অমসুং শান্নবগী মওং অসি য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইনবা হোৎনবা, য়াম্না লায়রম্বদগী লুশিন্না উৎলকপা, সাউন্দ অমসুং ম্যুজিক য়াম্না শীজিন্নবা হেন্না *sophisticated* ওইরবা মওং অসিনি। মসিগী লাকইবা মওং অসি শুমাঙ লীলাগী খূৎই মওং (রাইটিং ষ্টাইল) অমসুং শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তরশিংগী মখা পোন্দুনা থোরকপা মওং অমনি। শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তরনা অইবা স্ক্রৃপ্ট অমবু মুম্না নৈনদুনা, মতম চঙনা তমদুনা হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাশিং অসি য়াম্না নাম্না অমসুং মওং তানা পুথোরক্লবা হোৎনরকই। মতাং অসিদা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তরগী থৌদাং য়াম্না চাউই। শুমাঙ লীলাগী প্রদক্সন অমসুং ষ্টাইল অসি ডিরেক্তরগী মখা য়াম্না পোল্লকই। লীলাগী প্লোট অমসুং ডাইলোগ, কলাকারশিংগী এক্টিং, কলাকারশিংগী মুভমেন্ট, লীলাগী খোঙজেল অসিনচিংবা য়াম্না কূপ্না নৈনদুনা উৎনবা হোৎনবসিনা হৌজিক্কী লীলাগী মরুওইবা শক্তম অমনি। শুমাঙ লীলা পুথোকপা অমসুং উৎপা অসি য়াম্না ঈপৌ পৌনা ইচম চম্না ঈকোম কোম্না লৌবা য়ারক্তে। মসি য়াম্না লুবা (*serious*) ওইবা কলা অমা ওইনা লৌনরক্লে।

হৌজিক্কী মতমদা শুমাঙ লীলা উৎপদা মখল মখা কয়াগী পাম্বৈ অমসুং টেক্নিক কয়া শীজিন্নবা থেংনৈ। পাম্বৈশিং অদুদি – সাউন্দ ইফেক্ট, ম্যুজিক যন্ত্রশিং, মীওইবগী খোঞ্জেল (*human voice*), ফিজেৎ লৈতেং (*dress and costume*), *make up* অসিনচিংবশিংনি। লীলা অমা উৎপা মতমদা হেন্না মান্নবা, হেন্না মওং তাননবা হায়রিবশিংসি শীজিন্নরিবনি। খুদম ওইনা নোংমৈ কাপ্পবগী সাউন্দ, লম্বীদা শগোল থৌরকপগী, এরোপ্লেন্না লৈমায়দা তারকপগী, য়েন, শা-উচেক কয়ানা খোংবগী, অহিং অচীকপা মতম, অখাক অরাউ, বোম তোপ কয়াগী সাউন্দ অসিনচিংবা সাউন্দ ইফেক্ট অসি য়াম্না মান্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা মওংদা শীজিন্নরকই। ম্যুজিক ইফেক্ট অসি য়াম্না মান্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা মওংদা শীজিন্নরকই। ম্যুজিক ইফেক্ট য়াম্না কূপ্না লীলাশিংদা হাপচিল্লকই। লীলাগী মতাং মতাংগী ওইনা যন্ত্র কয়াগী তোঙান তোঙানবা ম্যুজিক শীজিন্নরকই। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাশিংদা পীরিবা কল্পগী, তেংথাবগী, লাউবগী, অসিনচিংবা কয়াসু বেক গ্রাউন্দ ওইনা শীজিন্নবা থেংনৈ। *Dress* অমসুং *costume* অসি য়াম্না চেকশিন্না উৎপা অসি হৌজিক্কী প্রদক্সনগী য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা, থেংনরিবা মশক অমনি। লীলাদা কূন্নিবা চরিত্রশিংদুগী চানবা ফিজেৎ চাকচা মফম মতম চানা চেকশিন্না শীজিন্নরকই। খুদম ওইনা মন্ত্রী, সিফাই, পুলিস, ডাক্তর, নুপী শাবী, অঙাং, লৈশাবী, মৌ, অহল কয়াগী তোঙান-তোঙানবা ফিজেৎ লৈতেং কয়া শীজিন্নদুনা য়াম্না মান্নবা হোৎনরকই। পূম্নমক্কী মথক্তা শম, কোই অমসুং অতৈ অতৈ costume কয়াসু শীজিন্নবা থেংনৈ। করিগুম্বা মতমদা ডিরেক্তর খরদি শুমাঙ লীলা চাংদম্নবা, ফেষ্টিভেলগুম্বা মতমদা অশেং অশেংবা মান্নবা লম্বোইবা শাবদা মরু কোকপা য়াওবা লীলাদা থেংনৈ। অনৌবা সিফাইশিংনা শম তেনা ককপগী মওং মান্নবা শম ককপা ফাওবা তৌরকই। লীলা ইবগী বোয় অদুদা য়াওরিবা অইবনা পান্নিবা মশক অদুম্মক তশেংনা উৎপা য়াওরকই। লীলাগী করেক্তরশিংগা চাননবা, লুহোংবদা শেৎ চাবা, পোৎলোই শেৎহনবা, মৈতৈগী মঙ্গারকপা মতমদা ফিরোল, য়োৎপাক থাঙজৌ পায়বা, ঈশিং ঈচোৎ চোৎনা কারকপা, অশেংবা মশক অদুমক শুমাঙ লীলাদা উৎলকই। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাশিংদা প্রদক্সনগী য়াম্না মান্নবা উপায় মখল মখা কয়া

শীজিন্নরকই। পূন্নমক অসি শীজিন্নরবসু হৌজিক ফাওবা সেটনচিংবা ষ্টেজগী পোৎচঙদি শীজিন্নবা উদ্রি। মসি অহাঙবা মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা য়েংবা শুমাঙ লীলা ওইবননি। শুমাঙ লীলাদি মতম পূম্বদা মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা শান্নবনা মরম ওইবদগী মসিগী খুদোংচাবা লৈরমদবা য়াই।

## ৪) কলাকারশিং ঃ-

হৌজিক্কী মতমদা শুমাঙ লীলা পার্টিশিংনা মায়োক্লরিবা অচৌবা সমস্যা অমদি অফবা কলাকার মশীং ব্রাৎপা অসিনি। মরু ওইনা অফবা কলাকার, নুপী শাবী অসি মশীং ব্রাৎলি। হৌজিক হৌজিক লীলা পার্টি ২০ গী মথক্তা লৈরি। মরম অদুনা নুপী শাবী ২০ গী মথক্তা লৈবা তাবনি। মসিগী মথক্তা নুপী শাবী নায়িকা অদুদা নত্তনা মমা শাবী মচে শাবী কয়া অমসু লীলা অমদা দরকার ওই। চাউরাক্লা লীলা অমদা নুপীশাবী কলাকার অহুম য়াওই হায়না লৌবা তারবদি য়ামদ্রবদা নুপী শাবী ৬০ রোমগী মথক্তা দরকার ওই। মদুনা য়াম্না মশক মতৌ ফজবী লীলা হৈবী নুপী শাবী ৬০ দগী হেন্না দরকার ওইরি। ব্রাফম অসি মশক মতৌ ফজবী, অফবী নুপী শাবীশিংগী ব্রানি। অদুগা চুম্না নুপী শাবীশিংগী মশীং ব্রাৎপদি নৎতে। মরম অদুনা হৌজিক্কী মতমদা মায়োক্লরিবা অচৌবা সমস্যা অমদি মশক মতৌ ফজবী অফবা নুপী শাবী কলাকার পুথোক্লবা হোৎনবসিনি। মরম অসিদগী লীলা পার্টিশিংনা অফবা মশক মতৌ ফজবী নুপী শাবী নেক্নবা হোৎনবদা, ফংননবা হোৎনবগী য়াম্না অব্রাবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লরি। মরমদি লীলা অমগী মায় পাকপা অমসুং মীয়াম্না পাম্নবা হায়বসি লীলা অদুগী নুপী শাবীশিংগী মখা য়াম্না পোল্লি। অফবা নুপী শাবী ফংনবগীদমক লুপা য়াম্না তিংনা লৈনবা অসি তৌনদবা নত্তে।

ঙসি মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা অফবা নুপী শাবী অমা ব্রাৎপগী, নেক্লনবগী, য়াওহন্নবগী মমল ওইনা চাউরাক্লা অফবা নুপী শাবী অমগীদমক লুপা লীশিং ৫ দগী লীশিং ১৫ ফাওবা লৌনৈ। মসি অফবা মশক মতৌ ফজবী কলাকার অদুনা লীলা পার্টি অদুদা চম্না য়াওহন্নবগী মমলনি। মসি কলাকার অদুনা পার্টিদুদা য়াওরিবা মথৈ শেলফম অসি লৌথোক্লদে। অতৈ কলাকারশিংনা

নোংমগী ফংফম থোকপা মানা মানা শান্নবগী চাকথুং (*remuneration*) নোংমগী নৎত্রগা লীলা অমগী চাকথুংদু চপ মান্নগা ফংগনি। কনাগুম্বা লীলা পার্টি অমনা হায়রিবা কলাকার অদু লৌথোক্লবগী ঈরাং কয়া লৈবসু থেংনৈ। মসিগী মতাংদদি হান্না কলাকার অদুনা লৌখিবা লুপাদু মশীং শুনা হন্দোক্লন্নগা অতোপ্পা লীলা পার্টি অদুদা য়াওখিবা য়াই। হান্নগী পার্টি অদুদগী তোকপসু য়াই। মরম অসিনা অতৈ পার্টিশিংনা অফবা কলাকার অদুগী লৌশিন্নবগীদমক মমল অসি নোংম-নোংমগী হেনগৎনরকই। মরম অদুনা অফবা কলাকারশিং চিংথোক-চিংশিনগী কল্লবা অমসু মায়োক্লরি। মসি নুপী শাবীশিংতগী ব্রাফম নত্তে। অতৈ অফবা কলাকারশিং হিরো অমসুং কমেদিয়ান্নচিংবা অফবা কলাকারশিংদসু কলাকার লৈনবগী চৎনবী অসি হৌজিক্কী মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী অচৌবা মায়োক্লরিবা সমস্যা অমনি। মরম অদুনা, কলাকার লৈথোক-লৈশিন, চোংথোক-চোংশিন য়াবা, য়াদবা হায়বা মতম অমা, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসনগী নিয়ম অমা শেমদুনা লৈরে।

হৌজিক হৌজিক মায়োক্লরিবা সমস্যা অমনা অফবা কলাকার য়াম্না ফংদবা, থোরক্তবা অসিনি। অমরোমদা অহল ওইরবা অফবা কলাকার খরা লৈখিদবা অসিনা মরম ওইদুনা মখোয়গী মহুৎ শিনবীনবা কলাকার মশীং ব্রাৎপসিনা অচৌবা অহাঙবা অমা ওইরি। শুমাঙ লীলাশিংদা শরুক য়ারিবশিং অসি অয়াম্বনা নহারোল ঙাক্তনি। অঙনবা মতমদা শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিং অসি খুঙ্গংগী লাইরিক লাইশু হৈতবনা মপূং ওইরম্মী, অদুবু ঙসিগী শুমাঙ লীলাদা সহর অমসুং খুঙ্গংগী লাইরিক লাইশু হৈরবা ওফিসকী থবক তৌরবা কয়ানা শুমাঙ লীলাগী কলাকার ওইবা য়াওরে। নুপা কলাকারশিংনা মফম খুদিং কোয়না চৎতুনা শান্নে; অদুগা নুপী লীলা পার্টিশিংদি কোয়না চৎতুনা শান্নবসি ঙসি ফাওবদি শান্নদ্রি।

(৫) ফাগি ঃ-

হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অমনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী য়াম্না মরু ওইরিবা মচাক অমা ওইরিবা ফাগি অমসুং ফাগি পুবা মীশক (কমেদিয়ান) নোংম-নোংমগী ময়েং তারকপসিনি। শুমাঙ লীলাগী মথব্রায়দি মপূংদা ফাগিনি। শুমাঙ লীলাগী ঙাইহাক নোকপা অমসুং নুংঙাইনবগীদমক্তা,

পোথানবগীদমক শুমাঙ লীলা অসি অয়াম্বা নুপী অণ্ডাংশিংনা য়েংনৈ। মরম অদুনা তঙাইফদনা শুমাঙ লীলাদা ফাগিগী মশক অসি হাপ্পবা হোৎনৈ. নুংঙাইবা ফাগি য়াওদবা শুমাঙ লীলা অদুদি শুমাঙ লীলা ওইনা লৌনরমদে। অদুবু ঙসিদি শুমাঙ লীলাগী য়াম্না ফজরবা ফাগিগী মশক অসি উবা ইফংমক ফংদ্রে। মসিগা লোয়ননা মতীক মগুণ লৈরবা কমেদিয়ান ফাগি পুবা মীশক থোরকপা ইউ উদ্রে। মসি মৈতৈগী শুমাঙ লীলাগী মরায়বক থীবা অমনি। হৌজিক্কী মতমদা লৈরিবা শুমাঙ লীলাগী ফাগি পুবা শীংথাবা য়াবা খরদি কুঞ্জরাজ, হেমন্ত, গুণমনি, রঙ্গিলাল, জোসেবনচিংবনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই শুমাঙ লীলাগীদমক ফাগি পুবা কলাকার য়াম্না ব্রাৎলি। হৌজিক লৈরিবা শুমাঙ লীলা পার্টি মশীং য়েংলুরগদি তঙাই ফদনা ফাগি পুবা কলাকার ৩০ রোম দরকার ওই। কনাগুম্বা শুমাঙ লীলা ইবশিংনা ফজরবা ফাগি য়াওবা মতাং কয়া হাপ্তুনা ইরক্লবসু মদু ফাগি পুবা কলাকার লৈতবদগী ইরক্লিবা ফাগি অদু শাম্নবীনবা লৈতবদগী তোকপা য়াওই। মসিনা মরম ওইদুনা শুমাঙ লীলা ইবশিংনা ফাগিগী শরুক অসি ইবা তোক্লুনা সমাজগী সমস্যাশিং নৈনবরোমদা খূৎ থাবা য়াওরম্বা য়াই হায়না নীংই। অদুগা ফাগিগী মতাংদা ঐখোয়না থেংনবা মশক অমা ইপোম হায়দুনা লৈরম্বা ফাগিগী শরুক অসি মাঙখিবা অসিনি। চাউবা, তোম্বী, বাবু, মখোয় অহুম লৈখিদবদগী কনামত্তনা ইপোমগী মশকসি শাগৎপা ঙমদ্রি। মরম অদুনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা মতম অমা মমীং চৎলম্বা ইপোম হায়না খঙনবা ফাগিগী কূম্মে অসি নোংমা নোংমগী মমি শামশ্রে।

৬) শেল থুমগী ফিভম ঃ-

হৌজিক মায়োক্লরিবা শুমাঙ লীলাগী সমস্যাশিংগী মনুংদা শেল-থুমগী ফিভম অসিসু য়াম্না মরুওইবা মরম অমনি। শুমাঙ লীলা অমা কৌবা মতমদা চাউরাক্লা লুপা লীশিং ৯/১০ রোম পীনৈ। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা অমা কৌবসি অব্রাবা অমা ওইরে। হৌজিক শুমাঙ লীলা মমল হেনগৎলকপগী মরমদি চান-থক্লবগী পোৎচৈগী মমল তাঙখৎলকপা, কলাকারশিংগী অব্রামল (*remuneration*) ব্রাংখৎলকপা, লীলা অমা পানখৎপদা লুপা য়াম্না খরচ তৌবা, ডিরেক্টরগী মমল, লীলা অইমল পূম্নমক মমল ব্রাংখৎলকপা, লীলা তম্বা মতম চঙবা, চেকশিন্নবা হোৎনরকপা, লীলাগী ফিজেৎ (*dress and costume*) লুপা য়াম্না খরচ তৌরকপা অসিনচিংবা কয়াসিনা লীলাগী মমল

ব্রাংখৎলকপগী অচৌবা মরম অমনি। অমরোমদা শুমাঙ লীলা পার্টিনা চৎনবী অমা ওইনা হৱাগাড়ী ব্রায়দুনা চৎনবা, লীলা পার্টি অদুনা সাউন্দগীদমক অফবা মাইক পুদুনা চৎনবদগী লীলাগী মমল অসি হেঙ্গৎলকপনি। হৌজিক হৌজিক লীলা পার্টিশিংনা মখোয়গী ওইবা ইম্ফাল সহর মনুংদা তোঙানবা লীলাগী ওফিস ভারা লৌদুনা থম্বা, অচৌ-অচৌবা সাইনবোর্ড, অতৈ অতৈ হেক য়েংবদা লীলাগী ওফিসনি খঙননবা তোঙানবা মখলগী এডভরটাইজ তৌবা অসিনচিংবা কয়া খরচ তৌনরে। অদুগা নুমিৎ চুপ্পা ওফিস হাংদুনা মীশক অমা থম্বা লোয়ননা নিউজ পেপরশিংদা অতৈ মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনরকপা অসিনচিংবা কয়ানা লীলাগী মমল হেনগৎহন্নবগী অচৌবা মচাক ওইরকই।

৭) হৌজিক্কী লৈবাক্কী ঈরাং ঃ-

খৃ : কুম: ১৯৮০ অসিব্রাইদগী হৌনা মণিপুরদা নহারোল লানহৌবগী ঈরাং অসি মপাল থোরকপা হৌখি। অদুগী মমাঙদা অতৈ লানহৌবগী ঈরাং কয়া লৈরম্লবসু মদু থোইনা মীয়াম অমদি প্রজাশিংদা অপনবা কয়া থেংনরমদে। ঙসিদি নোংমা-নোংমগী নহারোলশিংগী পেন্দবা ঈরাং কনশিল্লক্তুনা মণিপুর সমাজ অসিদা হিংবগী ফিভমদা, শেল-থুমদা অচৌবা অহোংবা চৈথেং অমা পুরকই। থোইদোক হেন্দোক্না হিংবগী পুন্সীদা অকায়বা কয়া লাকই। নহারোলশিংগী ঈরাংসিবু নমথনবগীদমক মখল মখা কয়াগী পেরা মিলিটরি, আর্মি মখল কয়া লাক্তুনা মণিপুরদা লৈরি। অসিগুম্লবা চরাঙনরবা নে-তাদ্রবা ফিভম অসি হরাও-কুম্মৈ লীলা ফলানচিংবা তৌবা হায়বসি য়াম্না খুদোংথীবগী মশক অমনি। ঙসি ওইরক্লিবা রাজনীতিগী ফিভম অসিদা শুমাঙ লীলাদসু য়াম্না চাউনা অকায়বা খুদোংথীবা কয়া পীরকই। মরু ওইনা শুমাঙ লীলাসি অথেঙবা অহীংদা লীলা শান্নবগী খুদোংচাবা ব্রাৎলকই। লীলা তৌবগী খুদোংথীবা লৈরকই। নুমিদাং কুম্মৈ তৌদুনা য়েংবসি মীচম ভাবোকশিংনা পাম্লদ্রে। মসিমক্না শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু পামদবা অমদি নত্তে। মপুং ওইবা শুমাঙ লীলা অসিদি নুমিদাংগী কুম্মৈ ওইরকই। হৌজিক্কী শুমাঙ লীলা অসি সমাজগী থম থেংলবা শুমাঙ লীলানা অয়াম্বনি। সমাজগী সমস্যা নৈনবনা মপুংনি। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা পার্টিনা মতমগী চপ চাবা বোম নোংমৈনচিংবা মাল্ল-মাল্লবা মতমগী খুৎশূ-খুৎলায়, ফিজেৎ কয়া পুদুনা শুমাঙ লীলা উৎনবা হোৎনবনি। মরম অদুনা অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং লীলা

পার্টিনা লম্বীদা হায়রিবা পোৎচঙশিং অসি পুদুনা চৎথোক চৎশিন্দা য়াম্না খুদোংথীবা নংই। হৌজিক্কী পেরা মিলিটরি ফোর্সশিংনা মীচম প্রজাশিংগী মফমদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু পামজবা কলাকারশিংগী মফমদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু পামজবা কলাকারশিংগী মফমদা অপনবা কয়া পী। মদুগী খুদোংথীবা কয়াশিং অসিনা শুমাঙ লীলা উৎপগী চাংসু য়াম্না হন্থরকই। হৌজিক্কী অসিগুম্বা খুদোংথীবশিং অসিনা মীয়ামগী ওইবা সমস্যা অমসু ওইরে। শুমাঙ লীলা হায়বসি মপূং ওইনা য়াউশঙগী চাকচা-হৈজ্ঞানবা অমদি অতৈ হরাও-কূম্মে তৌবা য়াবা মতম কয়াদসু অপনবা ওইরকই। শুমাঙ লীলা হায়বসিমক্তবু অহিং নুংথিল খাক্তনা কোয়না চত্তুনা শাম্নবা মখলগী কূম্মে অসিগী খোঙজেলদা অপনবা কয়া পীরি। মণিপুরগী নহারোলশিংগী ঈরাং অসি লাকপদগী ঙসিদি শুমাঙ লীলাগী খোঙজেলদা য়াম্না খুদোং চাদবা কয়া হেন্না হেন্না মায়োক্নরি।

৮) রেডিও, টি.ভি.দা শুমাঙ লীলা ঃ-

শুমাঙ লীলা হায়বসি মীয়াম্না পাম্নরবা কূম্মে অমনি । কলা অসিগী কান্নবা, নুংঙাইবা মচাক কয়া উবদগী রেডিও অমসুং টি.ভি.না শুমাঙ লীলাবু মখোয়গী মরুওইবা প্রোগ্রাম অমা ওইনা শন্দোকপা হৌরকখি। শুমাঙ লীলা পার্টিশিংনা মফম কয়াদা কোয়না চৎতুনা লীলা উৎতুনা অয়েংবা ভাবোকশিংগী মমাঙদা পাঙথোকপা কূম্মে অমা ওইবা অসিগী মথক্তা নাকোংনা তাবদা নুংঙাইরবা কূম্মে অমা ওইনসু শুমাঙ লীলাবু রেডিওদা শন্দোক্নুনা ভাবোক মখল মখা কয়াগী তাহল্লি। ইহান হানবা ওইনা খৃষ্ট: ১৯৬৪ দা হৈক্রে হিদোংবা হায়বা শুমাঙ লীলা অসি রেডিওদা শন্দোকপা হৌখি। মসিদগী হৌনা ঙসি ফাওবা লেপ্পা লৈতনা নোংমাইজিং খুদিংগী নুমিদাংগী পু ৬.৪৫ গী খুঙ্গংগী থৌরমগী শরুক অমা ওইনা লেপ্তুনা শন্দোরক্লি। মসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরবা রেডিওগী থৌরম অমা ওইরি। অমরোমদা মসিগী কলাকারশিংগী শেল ফংনবগী উপায় মচা অমসু ওইরি। হৌখিবা চহী খরসিদা দূরদর্শন কেন্দ্র ইম্ফালনসু শুমাঙ লীলাবু মরক মরক্তা উৎপা হৌরক্লি। মসিসু য়াম্না মায় পাকপা থৌরম অমা ওইরি। হৌজিক মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অসি য়াম্না মরু ওইবা মেডিয়ম অহুমদা শন্দোক্লি। (১) লাইফ প্রদর্শন (অহিংবা কলাকারশিংনা অহিংবা ভাবোক্কী মমাঙদা শক্তম ওইদুনা উৎতুনা শাম্নবা),

(২) ওডিও মেডিয়মদা শন্দোকপা (রেডিওদা নাকোংনা তাননবা পাম্বৈনা শন্দোকপা), (৩) ওডিও এন্দ ভিজুয়েল মেডিয়ম (নাকোংনা তাবা অমসুং মীৎনা উবা ফংবা মেডিয়মদা শন্দোকপা) মসিগী মথক্তা য়াম্না তাঙনা শুমাঙ লীলাবু ফিল্ম নমদুনা পুথোকপা য়াউখ্রে। মসিগী মেডিয়ম অসিদি ঙসি ফাওবা য়াম্না তাঙনা থোকই। কনাগুম্বা প্রদ্যুসর খরনা শুমাঙ লীলাবু ভি. ডি.ও.গী মেডিয়মদা ভিডিও ফিল্ম ওইনা পুথোকখ্রে। খুদম ওইনা ডিনেশ তোংব্রমগী *ঈগী মহাও, মন্ত্রী দোলাননা* হায়বসি ভিডিও ফিল্ম ওইনা ইহান হানবা ওইনা মীয়ামদা খুদোল তমখ্রে। মথংদা ত্রিবেনি শঙ্গম কৌবা লীলা অমসু ভিডিও ফিল্ম ওইনা পুথোক্তুনা মীয়ামদা খুদোল তমখ্রে। মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলা অসি য়াম্না মমীং চৎলবা কলাগী মেডিয়ম অমা ওইরি। মীয়াম্না পাম্নবা হৌজিক্কী কৃষ্মৈ অমসু ওইরি। মতমগী মতুংইন্না অহোংবা অমা লাক্লবসু, লৈবাক্কী ঈরাং লৈবদগী অপনবা কয়া থোক্লবসু, অকায়বা কয়া লৈরবসু মণিপুরগী শুমাঙ লীলাদি শিবা নাইদনা হৌজিক ফাওবা কায়দনা চৎখরি। শুমাঙ লীলা হিংখিগিনি, কৈদৌঙৈদসু মুৎপা নৎত্রগা শিবা নাইররোই। ❑

তরেৎশুবা পন্দুপ

# ঙসিমক ওইরক্লিবা শুমাঙ লীলাগী মশক

## ১) শুমাঙ লীলাগী মাইওন ঃ-

ঙসিমক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অসিসু য়াম্না কিনিঙাই ওইদবদি নত্তে। মণিপুরগী মীয়াম্না শুমাঙ লীলাবু পাম্নদবদি ওইদ্রি। ঙসি ঙসিমক ওইরিবা মণিপুর জাতিসিগী শেল-থুমগী ফিভম অসুক্কী মতীক ব্রানরে। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা নহারোল লালহৌবগী ঈরাং হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রাংখৎলকই। মসিদা শুমাঙ লীলাবু পামজদুনা অহিং নুংথিল খায়দনা কোয়না চত্তুনা শাম্নজগদবা কলাকারশিংগী অব্রাবা কয়া মায়য়োক্লদবা নত্তে।

শুমাঙ লীলা হায়বসিমক্তুবু মতম মতমগী মীয়াম্না মায়য়োক্লরিবা সমাজশিংদা মপুংওইনা য়ুম্ফম ওইরগা শাম্নরকপা হায়বসি মমাংঙৈদগী অদুম লীক্লম কায়দনা চথরকই। মতাংসিদা ঙসিগী মপান্দগী লাকপা সিফাইশিংনা লমদমসিগী মমাংঙৈদগী চত্থরকপা শুমাঙ লীলাগী খোঙচৎসিদা চাউনা অব্রাবা কয়া পীররে। শুমাঙ লীলাগী য়াওন্দা শুমাঙ লীলাসু ওল্লক্তবা য়াদে। শুমাঙ লীলাগী অহোংবা মশক মপূং ফানা লাকপগা ঈরোয়ননা লীলা উৎপগী চাংসু য়াম্না হন্থরে। ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী মাইওন চুন্নিবরা? ঐখোয়গী মাঙলমচৎকী মশক কদাইদা লৈখ্রে। থিজিনবগী মথৌ তারি।

## ২) শুমাঙ লীলাগী হোংবগী মশক ঃ-

মণিপুরী শুমাঙ লীলাসু মমাংঙৈগী শুমাঙ লীলাগী মচৎতগী চাউনা অহোংবা কয়া লাকই। মসিমক্তা মণিপুরী শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিগী শক্তমদা চাউনা হোংলকই। ফিজেৎ, ব্রাঙাং, মীৎয়েং-নায়েং কয়াদা হায়নিঙাই লৈতনা অহোংবা লাকই। মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী পরম পরাগী মশক ঙসিদি পূম্নমক কায়থরক্লে। চহী কয়াদগী লৈজরম্নবা তোপ তোপ্পা ঐখোয়গী শক্তমদা চাউনা হোংলক্লি পূম্নমক্কী লাইবক থীবনি। মণিপুরী শুমাঙ লীলাবু য়োকখৎপা তঙাই ফদবা কয়া লৈরে।

মপূং ওইনা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা অহোংবা লাকথিবসিগী মরুওইবা মরম খরদি লৈতবদি নত্তে। ঙসিদগী চহী খরগী মমাংদা শুমাঙ লীলাগী মশক কম্নবা হোৎনরম্মী। অদুবু মতমগী য়াওন্দা অকনবা চৈফূনা ঙসিগী শক্তম অসি য়ৌথিবনি। মপুং ওইবা থিয়েটরগী মপুং ফাবা স্কুলদগী হৌরকপা মীশক

মীওই খরনা শুমাঙ লীলাবু চাউনা হোংহনবগী শক্তম লৌরকখি। মসিগী মথক্তা, মপাল লমগী টিঃভিঃ, সিনেমানচিংবা মখল মখাগী শক্তম লৌনরক্লুনা ঙসিদি মণিপুরী শুমাঙ লীলাসি সিনেমাগী মতৌ ময়েক শেংনা তম্নরক্লে। মসিগা ঈরোয়ননা ঐখোয়গী লমদমসিদা সিনেমাগী মতৌ তম্নরক্লুনা চাউনা ঐখোয়গী জাতিসিগী কলচরদা চৈথেং খরদি পীররে। মসিমক ব্রাখল খরদি খন্থমিন্নবা মতাং ওইরে।

শুমাঙ লীলাসি পুখ্রি, গুহা, চীং, পাৎ-তুরেল, অকি-অখঙ, হব্রাগাড়িগী খোঞ্জেল অসি আর্ট এক্তিংনা ফোঙদোক্লরম্বা কয়া ঙসিদি মতমগী অঙক-অঙকপা খূৎসু খূৎলাইনা মতেং পাংশিন্দুনা কলাকারশিংগী মথৌদগী লাপথোকহন্দুনা লীলা উৎপা মসিমক ঐখোয়গী কলচরদগী খরদি মওং তানা থৈদোরক্লে। মতম অমদা কলাকার মশা-মশানা ঈশৈ নোংমাই পূং ঈশৈ শক্লরম্বদু ঙসিদি পূম্নমক খুৎলাইগী মতেংনা মপূং ওইনা শিন্থোকখিবসিমক শুমাঙ লীলাগী চাউনা অহোংবা অমনি। মসিমক ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাগী মশক চাউনা হোংদোকহল্লে। ঙসিদি মণিপুরী শুমাঙ লীলাসি ফিল্মগী মতৌ তমদুনা ঐখোয়গী কলচরগী মশক ঙম্নমক মাংথরক্লে হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই।

লমদমসিদা খুন্দামিন্নরিবা মীয়াম্না ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা থম্বীরম্বা অশেংবা শুমাঙ লীলা কনমিন্নবগী মথৌ খরদি লৈরে।

৩) শুমাঙ লীলা মৈত্রবাকখক্তগী নত্তে ঃ-

হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাসি মতম অমদা মণিপুরখক্তগী ওইরম্মী। ঙসিদি মপান্দা চত্তুনা শুমাঙ লীলা উৎপা ঐখোয়না খঙনরবা ঙাক্তনি। মীরমগী মমাঙদা ঐখোয়না উৎলিবা শুমাঙ লীলাগী মওংসি থোইনা ইকাইনিঙাই ওইরমগনি খল্লি। মণিপুরগী ফনেক, মণিপুরীশিংগী ফিজেৎ চাকচা ঙম্নমক হোংলকপা, অতৈ অতৈ জাতিশিংনা করিনি হায়না লৌরমগনি মতাংসিদা নীংশিংমিন্নবা য়াবা খরদি, ঐখোয়গী পূং-চোলোম, ঐখোয়গী মৈতৈ জগোই, ঐখোয়গী দেব-কর্ম্মগী পুঙৌ-ফনেক, ফনেক-ময়েক নাইবা, ঐখোয়গী মোইরাং ফিজন্নচিংবা কয়ানা মণিপুরগী তোপ তোপ্পা মশক তাক্লবগুম ঐখোয়গী মমাংঙৈদগী লৈজরক্লবা শুমাঙ লীলাগী মশক মাঙহন্দনা থম্বগীসু চাউথোকচবা য়াবা লৈফম থোকই।

ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাদি ফি শেৎপা মপানগী য়াম্না হেনজিনবা মওং তম্নরকপসিনা ঐখোয়গী কলচরদা চাউনা অকায়বা পীবনি হায়দবসু য়ারোই। মণিপুরী ঐখোয়গী মরক্তা মপা-মমা, মচিন-মনাওগী থকশি-খাশি লমচৎ ব্যবহার ঙসি হোংলকইবসি মপানগী মতৌ তস্বদগীনি হায়না লৌবদা থোইনা কায়রোই। মসিমক টি,ভি, সিনেমাদা মপা-মচা মচিন-মনাও ফম্মিন্নবা য়াদবা য়েংবদা নুঙাইতবা কয়া উৎলকইবসি অফবগী মওংদি নত্তে। মতাং অসিব্রাইদা লমদমসিদা খুন্দারিবা পুম্নমক্কা শুমাঙ লীলা হায়বা ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা মশক অসিবু ঙাকমিন্নদুনা মণিপুরী ঐখোয়গী শেংলবা কলচরবু কনমিন্নবগী মতাং চারে। চহী কয়াগী মমাংদা মশা-মরেং ফম্না লৈরম্বা ড্রামা মুখরকপগুম শুমাঙ লীলাসু মুখরক্লোই হায়বা খক ঙম্লোই। মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা য়াওরিবা ফোক থিয়েটরগী অশেংবা মশক ঙাক্কুনা থম্বা হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্কী লেমজনফমনি। ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাদা য়াওরিবা ফোক থিয়েটরগী মশক অদু ঙসিদি নোংমা নোংমগী মাঙশিল্লকই।

৪) ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী মশান্নাঃ-

ঙসিগী শুমাঙ লীলাসি মমাংঙৈগী মতৌগুম্না শাম্নবা য়ারক্তবা ওইরক্লে। লীলাগী মনুংদা খূৎশু-খূৎলাই মথল মখা য়াম্না য়াওবা মরম্না থবক অমা ওইরে। মতম অমদা লীচৈ অমনা শগোল শামু মথল মখাগী খূৎলাই ওইনা উহল্লম্বগী মওংদু ঙম্নমক হোংদোক্লে। মতমসি চপ মান্নবা খূৎশু-খূৎলাই ওইনা য়াওহন্দুনা লীলা পার্টিশিংদা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইনা য়াওশিন্নবা ইনফেক্তর মসিসু অমনি।

৫) শুমাঙ লীলা পার্টি মশিং হন্থরক্লেঃ-

মতম অমদা শুমাঙ লীলা কাঙলূপ চাউরাক্পা ৩০/৩৬ লৈরম্মী মসিগী মনুংদা ডাইলোগ লীলা, ঈশৈ লীলা, নুপী কাংলুপ অসুম্না মশীং য়াম্না চহী খুদিংগী লীলা উৎলম্মী। অদুবু মতমগী য়াওন্দা ঈশৈ লীলা ডাইলোগ লীলা অমত্তা ওইনা চহী খরগী মমাংদা পুনশিন্দুনা অমত্তা ওইনা লৈপ্লে। নুপী কাঙলূপ্তি ঙসি ফাওবা লৈরি। অদুবু নুপী লীলা পার্টি মশীং য়াম্না লৈজরবসু তশেংনা ফেস্টিভেলগীদমক্তা থোরকপা ঙাক্তনি। শুমাঙ খুদিং, খুঙ্গং কোয়না খক উৎপা নত্তে। মসিমক চাওখৎলকই হায়বদি য়ারোই নুপা শুমাঙ লীলা পার্টি মশীং য়াম্না হন্থরে। মসিগী তোপ তোপ্পা মরম খরসু লৈতবা নত্তে।

### ৬) ঙসিগী শুমাঙ লীলা শিথরকপাঃ-

ঙসিগী শুমাঙ লীলা শিথরকপগী মরম খরদি মীয়াম্না ইখঙ খঙনরবা ৱাফম অমনি। শুমাঙ লীলাগী মমল অতিয়া পকনা ৱাংখৎলে। লীলা অমা কৌবদা লীশিং ৯/১০ ফাওবা য়ৌরে মসিমক্তা শুমাঙ লীলা শিথরকপগী অচৌবা মরম অমনি। শুমাঙ লীলা হিংহনবা হায়বসি মীয়ামগী মথৌনি। মরম অদুনা মণিপুরগী শেল থুমগী ফিভমসিদা শুমাঙ লীলাগী মমল অসিনা মরম ওইরগা লীলা কৌবগী চাং অসি নোংমা নোংমগী হন্থরক্লবগী চাউরবা অমসুনি।

### ৭) শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলগী মশকঃ-

শুমাঙ লীলা পার্টি খরদি ফেষ্টিভেল থোক্লবা হোৎনবা নত্তনা অতৈ মতমদা লীলা শান্নবা ঙম্নদ্রে। লীলাগী কলাকার অফবা খর নত্তনা অতৈ শুমাঙ লীলা পামজবা কয়া লৈরবসু কলাকারশিং মমল য়াম্না য়াম্না পীদুনা লৈথোক লৈশিলগী অচৌবা কারবার অমা ওইবসিনসু কলাকার লৈবা ঙম্নদবা পার্টি খরদি ফেষ্টিভেল লোইবগা লীলা লোইরে।

### ৮) শুমাঙ লীলাদা থিয়েটরগী মশক চঙশিল্লকপা ঃ-

মণিপুরী শুমাঙ লীলাসি ফোক থিয়েটরগী চপ চাবা মশক অমনি। অদুবু শুমাঙ লীলাদা শুমাঙ লীলাগী মওং মতৌ নত্তবা তোপ তোপ্পা মখলগী মশক য়াম্না হাপচিন্দুনা শুমাঙ লীলাগী মশক্তা অহোংবা মশক ময়েক শেংনা উহনবনা মসিসু শুমাঙ লীলা শিথরক্লবগী অচৌবা মরম অমনি। মৈতৈগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা কলাসি লোইনা ঙসি পৃথিবীদা মশক খঙনরকপগুম ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাসু মমাংঙৈগী মশক মাঙহন্দনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ। মৈতৈগী লাই হরাওবগী মশক হোংহন্দনা থম্বগুম, শুমাঙ লীলাগী পরম পরা ঙাক্না চৎপা তঙাইফদে। মীরৈবাক্কী মতৌ তমদুনা উৎপনা ঐখোয়গী কলচরদা মরেক মহাও মাঙহনবগী শরুক ওইরক্লই।

অরোইবদা থমজনিংলিবদি শুমাঙ লীলাদা ফোক থিয়েটরগী চপ চাবা মচাক য়াওজবনি। ঙসিগী হৌজিক্কী মীরোলনা মতম মতমগী খুৎশু-খুৎলাই মতম মতমগী অনৌবা অহোংবা কয়া হৈনা শিংনা মীৎ থকহন্নবা, মখল মখলগী পোৎশক মচাক কয়া হাপচিন্দুনা ঐখোয়গী শেংনা চম্না ফজরবা কলচরদা থৈদোকহনবা হায়বসি শেংলবা ইরল অমা নাকোয়ননা মাঙহন্নবগী মচাক ওইরক্কনি। ঐখোয়গী চম্ফুৎকী মহাও, ঈরোনবগী মহাও, তোঙান

তোঙান লৈজবগুম থম্বীরবদি ঐখোয়না ফোক থিয়েটরগী মশক মাঙদনা লৈজরক্লবা শুমাঙ লীলাবু মালেমগী মীমাঙদা লেমজনফম ওইগনি। মসি পূন্নমক ঙাকমিন্নবদা চাউরবা থৌদাং য়ামিন্নবা কলাকার, অইবা, ডিরেক্তরগী মরুওইবা থৌদাং য়াম্না চাউই।

৯) শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীগী থৌদাং ঃ-

মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা খ্বাইদগী মরুওইবসি মপূংদা নুপীশাবীগী শক্তম লাংলিবশিংগী থৌদাংনি। মমাংঙৈদগী হৌনা শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংগী মশীং য়াম্না লৈনরমদে। শুমাঙ লীলাদা মপুং ওইনা নুপী শাবী ফজদ্রবদি লীলা য়েংনিংদে। নুপীশাবী মশক মতৌ ফজবশিংগী গুণ থাক ব্রাংই। মতম অমদা নুপীশাবীশিং অসি উবদা অমঙ্গলনি হায়না ফাওবা ঙাঙনরম্মী। মরম অদুনা নুপা মরক্তা নুপীশাবা পামজবসু য়াম্না হঙ্গোইনরম্মী। মপুং ওইনা লীলা নুপীশাবীশিংগী নেচরসু নুপীমক ওইনা উহনবসিনা মতম অমদা য়াম্না হঙ্গোইনরম্বগী ব্রানি। তশেংনমকসু নুপী মানবী মচা পোকপদা মমা-মপা ওইবশিংনা থব্রায় ফাওবা নুংঙাইনরমদে। মচা-মশু ব্রারকপদা নুপী মানবা নঙনবু হায়না চৈ থাংবা ফাওবা লৈরম্মী। মসিগী ব্রাঙাং-শঙাং ঙসি ফাওবা লৈতবদি নত্তে।

অদুম ওইনমক ঙসিদি নুপীশাবীশিংগী অপাম্বা অসি মশীং য়ামশিল্লকপগা ঈরোয়ননা শুমাঙ লীলাগী ঈহৌনা কনশিল্লকপা পুন্নমকসিনা থোইনা লুনা লৌনরক্লে। নুপা মরক্তগী নুপীশাবী ফজবসি ঙসি ফাওবা ব্রারীনরিবা চেংবা ফাগিগী য়াইমবী, কাউনদনা লৈরি। লোয়ননা শাবীত্রি শাবী রাবৈ, গৌরচন্দ্র, তোন্দোন, ইরোম ইবোবী, ইবোতোম্বী, কৃষ্ণমনি, কোদোম্পোকপী কুলা, মাকলং কোকঙাং, বীরেন অসিনচিংবা খর ঙল্লিঙৈগী নুপীশাবীশিংনি মসিগী মখা চথরকপদা নহারোল নুপীশাবীশিং খরদি ককচীং কোমোল, তোম্বী, জন্মস্থান বীরেন, রোবীন্দ্র, দেবদত্তা সলাম, গুনিন্দ্রো, লৈতোং লোকেশ্বরনচিংবা মতম অমগী নুপীশাবীশিং থোইদোক্লা মমিং চৎখ্রবশিংনি। ঙসি ঙসিমক ফোঙফোঙ শানা লমদমসিগী মীয়াম্না পামখৎনরকপা অরুনকুমার, বোইনাও, সনা, দেনু ব্রাইখোম, লাইশ্রম বোই, আর.কে. সনাতোন, সনায়াইমা, শঙ্কর অসিনচিংবা শুমাঙ লীলাগীদমক্তা নুপীশাবদা শুমাঙ লীলা য়েংলিবা নুপী কাঙবুনা মশা মশা মতোমতা ইকাইজবা মশক মতৌ শক্তম ফিভম মুর্ত্তি নুপী অশেংবীশিং ফাওবা ইকাইবা য়াওখিদবা নত্তে। মথক্তা খরদং পঞ্জরিবশিং অসি নত্তবা মশীং নাইদনা লৈরমখিগনি, মথংদসু

মশীং নাইদনা থোক্লকখিগনি মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী লৈহাওদি য়াম্না মরাং কায়বা মফম অমনি। মণিপুরগী নুপীশাবীশিংগী চৎনবা-লোনচৎ থাক ব্রাংই। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলা হায়বসিদা লীলা অমদা য়ামদ্রবদা নুপীশাবী ২/৩দগী তাবা য়াদে। মদুসু মশক মতৌ ফজদ্রবদি লীলা কৌদ্রবা যুগ অমনি। ঙসি শুমাঙ লীলা পার্টি ১৫/২০ অসি নোংম কাংদনা কৌনদুনা শুমাঙ লীলা শান্নরি।

মরম অদুনা শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীশিংগী থাক নোংম-নোংমগী ব্রাংখৎলকই। ঙসিগী সিনেমা-টি.ভি.গী লেপ্তুনা উনবদগী মখল মখাগী ফিজেৎ মীৎয়েং-নায়েং পূম্নমক্না খঙন-উনরিবশিং অসিদগী মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা নুপী শাদুনা থোক্লিবা থোরক্লিবশিংনা মফম খঙনা হেনথোইনা ফজবা লীলা হৈবা হেনগৎলকই। মরম খরসিনা মণিপুরগী মপান লমদা শুমাঙ লীলা শান্নবদা অতৈ অতৈ ষ্টেটকী ভাবোক্না তমজনীংঙাই ফাওবা য়াওরবা মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরে।

ঙসিগী সমাজদা শুমাঙলীলাগী নুপীশাবীশিংনা শেৎ-চারিবা শারি, ফনেক, মেদি, ইনফিনচিংবা টি.ভি.দা করিদা উরিবশিংদগী মফম খঙনা হেন্নবা থাক ব্রাংলবা নুপীশিংগী তমজনফম ওইনরে।

অরোইবদা শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিং অসিগী মফম অসি মণিপুরদা থাক ব্রাংখৎলকপগা ঈরোয়নননা মতম খরগী তুংদদি শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিং অসিনা ড্রামা সিনেমাদা ফজনা কৃম্বা য়াবগী থাক ফাওবা লৈরে।

১০) শুমাঙ লীলাদা কলাকারশিংগী পুন্সীঃ-

মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংগী পুন্সী অসি য়াম্না শাংদে। য়াম্না মমিং চৎলবা নুপা নুপীশাবীশিং অসিগী লীলাগী মপুন্সি অসি চহী ২৪/২৫না মপূংনি। মসিমক পূম্নমক্কী লাইবক থীবনি। মণিপুরদা থবক ফংদবগী সমস্যা মরক্তা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিনা থবক পীবগী অচৌবা মরম অমসুনি। ঙসি শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিনা নহারোল ৩০০/৪০০গী মথৌ পীরি মসিমক খ্বাইদগী কান্নরবা শিনফম অমনি শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিনা য়ামদ্রবদা মীওই ১০০/২০০গী মথৌ পিবতা নত্তনা শুমাঙ লীলাগী লমদমসিদা টি.ভি. খবরশিংদগী মীয়ামদা পাউজেল পীবসি শুমাঙ লীলানা খ্বাইদগী মাঙজিল থানা লৈরে। শুমাঙ লীলাগী পাউজেলসিদি মনঙ্গন্দা পোরগা চৎলিবা অঙাংদগী হৌরগা লৈবাক মীয়াম্না জ্ঞান তারবা

ফাওবা খঙহনবদা খ্বাইদগী লায়বা পাউজেল অমা ওইরি।

মসিগী মতাংদা শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীগী মপুঙ্গীনা খর হেন্না অমুক তেল্লি শুমাঙ লীলা য়াওরিবী কলাকার খুদিংমক অয়াম্বনা পুঙ্গী শাংনা চৎতে। সরকারগী থবক তৌবশিং অসিগীদমক্তদি পেন্সিল ফংবা হায়বা অমা লৈ। শুমাঙ লীলাগীদি মদুমা লৈত্রে মতাংসিদা মণিপুর সরকারনা ইজাতিগী কলচরবু অহিং নুংথিল খায়দনা থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা মশাগী ওইজ ওইথক ঙম্নমক থাদোক্কুনা চেন-চোংজরিবা কলাকারসিংগী তুংগী পুন্সি য়েংবীরগা অনৌবা পোরম অমা য়াৎপীবা য়ারবনি। শুমাঙ লীলা য়াওবা কলাকরাশিংনা অহিং মীৎশেল খাঙনা লেপ্তুনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবনি। মসিগী মথক্তা শক মাই-মীৎ শেম্বদা মতমসিগী কোসমেতিক্সচিংবা কয়া তোয়না শিজিন্নবনা মায়থোংদা থুনা অহল ওইশিন্নকপগী খুদোংথিবা অমসু কলাকার খুদিংমক্তা মায়য়োক্নরি। মীয়াম্না ঙাঙনরিবা চাক চারা হেনবদি থোইনা কায়দে অহিং তূমদবদি হকচাং য়াম্না শোকই হায়নরিবসি পূম্নমক্না ময়েক শেংনা খঙনরবা ব্রাফম অমনি।

মসি ঙম্নমক তোপ্না থমম্ব্রগা কলাকারশিং অসিনা মাগী মাগী শক্তম রোলদা পীরম্বশিং অদু মান্নবা হোৎনবা কপ্পা, নোকপা, লাউবা খোংবনচিংবা, অকি-অখঙ মীওইবা খুনাইসিদা মায়োক্নরিবা সমস্যাশিং অয়েংবা ভাবোকশিংদা য়ৌহনবা ঙম্নবা, পেলহনবা ঙম্নবা পাঙ্গল শক্তি কয়া লেপ্তুনা শিজিন্নরকপা য়াম্না লায়না খন্দোকপা য়ারোই।

শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমনা অব্রাবা শারকপদা অব্রাবগী মায়থোংদা তৌশিন্নবদদা ভাবোকশিংনা নোকশিন্নকই মপি তানা থম্মোয় শেংনা অশেংবা মীৎকী পি তানবা হৈশিংনা থম্মোয় শেংনা লীলা উৎপা তাবনা কলাকার খুদিংমক্তা মখোয়গী মথৌ লায়না খন্দোকপা য়াদে মদু পূম্নমক কলাকারশিংনা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনরকপদা মখোয়গী পুঙ্গী হীরম খুদিংমক্তা মায়োক্নরিবনি।

ঙসি চাওখৎলবা যুগসিদা পরিক্ষা থারবসু ওফিসকী থবক তৌজরবসু ওৎলৈ-পারৈ লৈথোক লৈশিল পূম্নমক য়াই। শুমাঙ লীলাগীদি অমত্তা য়াদে। শুমাঙ লীলা হায়বসি লোৎফম থৈফম লৈবা জগা নত্তে শুমাঙ লীলা ভাবোক্না ঈকোয় কোয়শিন্দুনা মায়কৈ খুদিংমক্তা লৈবনা তৌশিন্নবা খক য়াদে। মসিমক কলাসিগী তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইজরিবনি। মরমদুনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিবু অতৈ অতৈ কলাদগী মশাগী মগুণ অসি তোপ্না খঙনরিবনি।

## ১১) শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎঃ-

শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অসি অঙনবা মতমদদি অৱাবগী শরুক য়াম্না মায়য়োক্লরম্মী। ঐতিহাসিক শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অসি ঙসি ঐখোয়না হরাও কৃম্মেদা অয়ুক নুংথিল শেৎ-চারিবশিং অমত্তা শেত্তুনা লীলা শান্নবা য়াদে। নিংথৌ মনাই লায়রবা ইনাকখুনবগী তোপ তোপ্পা ফিজোল লাংদুনা শান্নরম্মী। মসিগী মথক্তা মোইরাং পর্ব্ব হায়বা শুমাঙ লীলাসু মদুদা শেৎ-চারিবা ফিজেৎ তোপ্পা লৈজে। মসি ঙম্নমক লীলা অমা শান্নরিবা লীলা অমদা শেৎপা য়াদবা কয়ানি। য়াম্না ঙনবা মতমদা শিজিন্নরম্বা লীলাগী ফিজেৎ অসি ওম্থোক্লা অৱাবগী মশক অমনি। মসি ঙসিগী হৱাগাড়ী ফংদুনা য়ৌনিংবা মফমদা য়ৌবা য়াবা মতাংসু নত্তে সাইকল তোংদুনা মাইল ৫০/৬০ গী মথক্তা চৎনরম্মী। মদুগুম্বা থাপ্না থাপ্না লীলা শান্নবা চৎপদা সাইকল কেরিয়ারদা নম্বো হাপ্তুনা কোয়না চৎলম্মী। শুমাঙ লীলা পার্টিশিংনসু মতমদুদা অয়ুক্তগী নুমিদাংগী লীলা চৎনরম্মী। ঙসি লৈরক খুদিংগী হৱাগাড়ী ফংলিবসি ফংনরমদে। মসি মতম শাংনা চৎনরকই। লীলা পার্টিনা লীলা শান্নবা লোইরগা অহিং লেক্লগা নোংঙাল্লগা য়ূম য়ূমদা হন্নরম্মী। নাকল অমরোমদা মোইরাংদা ঙসি লীলা শান্নরগা নোং ঙাল্লগা শেকমাইদা থৌবালদা ওম্থোক্লা লম্বী লাপ্না লীলা শান্নরম্মী।

ঙসি তন্নিবা ৱাফম খরদি ঙসিগী মীরোলসিদা তম্বদা ওম্থোক্লা থাজবগী ৱাংমদা লৈগনি খল্লি। মতমদুদা লম্বী থোং হৱাগাড়ীনচিংবা অমত্তা ফংনরমদে। অসিগুম্বা অৱাবা কয়াসিগী মরক্তা শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎশিং ফিয়োম পুদুনা চৎনরম্মী। মতম অদুদা ঙসি থোরক্লিবা ফি-রোল মমল য়াম্ন-য়াম্নবা অসি লৈরমদে। ফিজম, শামতু, ঙবোঙ্গুম্বা ঙাক্তনা মপূং ওইরম্মী। মসিগী মথক্তা কোনয়াই শিজিন্নদুনা লংজমনচিংবা উরং কয়াবু লীলাগীদমক্তা তক্লরম্মী। য়াম্না ফজনা তক্লবা ফি-রোলশিংদু ফিয়োম মনুংদা নমশিন্দুনা হাপ্পা মদুগী খুদোংথিবসু কয়ামুক মায়োক্লরম্মী। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা লীলা পার্টিশিংনা সাইকল অমমম তোংবা ঙমদবদগী সাইকল ফ্রেমদা মী অনী অনী তৌদুনা লীলা চৎনরম্মী। ঙসি ঐখোয়না শেৎ-চারিবা খোঙ্গ্রাওগী মহুত্তা ফৈজোম শেৎলগা সাইকল তোংদুনা লীলা চৎপা মসিদনা মপূংনি।

লীলা অমদা মীশক ৭/৮না মপূং ওইনা শান্নরম্মী। লীলাগী নুপীশাবীগী শম অসি লিমোলনা অমুবা শংলগা শিজিন্নরম্মী। মসিনা মতম অদুদা লীলা পার্টিনা শমজেৎ নুংশেল ফাওবা পুদুনা চৎনরম্মী।

মপূং ওইনা শক মায় শেম্নমবগীদমক্তা তিকি, য়োৎশবীগী হামোক শুনু, শিন্দুর, কবোরৈ, পাউদর পোস্সনচিংবা কয়ানা শক মাই শেম্নবা ঙাক্তনি মতমদুদা নুপীশাবীগী শম অসি ওন্থোক্লা ব্রানা শেম্নরম্মী। মদুসু লিমোলগী অমুবা শঙবা শম ঙাক্তনি। ফৈজোম্মক ওইরবসু মৈতৈনা শাবা ফি। নিংথৌগী ফৈজোমনা মপূংনি। নিংথৌশাবগী কোকয়েৎ ফি। নিংথৌগী কোকয়েৎনা কিনার অরংবা য়েৎপা য়াম্না চৎনরম্মী। ঙসি ঐখোয়না খঙনরিবা সলাই তরেৎকী ফিজোল, নিংথৌরেলশিংনা শেৎ-চাবদা শিজিন্নবা মদুমক্তি ফজনা ঙাক্লা চৎনরম্মী। নুপীশাবীশিংগী ফনেক অদু ঙসি থোরকইবা মখল মচুশিংসি নত্তে। শম্না হঙ্গামপাল, হিগোক, অশংবা অসিনি। উরৈরোম্বা শঙবা। ইনফিদা হঙ্গামপাল, মোইরাং ফিজন য়াওবা উরেং মপূং ওইনা ঐখোয়গী মোইরাং ফিজন অসিদি য়াম্না পাম্না শিজিন্নরম্মী। খুদৈ, ফৈজোমনা থূপ্নগা লোংগ্রি, ঙবোং অসিনচিংবা কয়ানি।

মসি পূম্নমক্কী মথক্তা মোইরাং পর্ব্ব নিংথৌরেল ইতিহাসকী লীলা কয়াদা মতমদুগী অহল-লমনশিংনা হায়নবা ফিগী মচুদি ফজনা ঙাক্লা চৎনরম্মী মপূং ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা নুপীনা শাই ককপা, মসিমা মপূং ওইনা লৈখিবা ঙাক্তনি খ্বাইদগী নানবা ফনেক ময়েক নাইবা, মৌ-অনৌবীগী হঙ্গামপাল ফনেক, হঙ্গামপাল মোইরাং ফিজন য়াওবা খ্বাইদগী পাম্না চৎনরম্বা ফিজেৎ লৈতেংশিংনি। শম্ফাবী, লৈ নাচোম, লীকলুনচিংবা কয়াগী ফিজেৎ লৈতেং কয়ানি।

মসিদগী অসুম থৈথরক্কুনা খর চাওখৎলক্লবা মতমদা মীৎ য়েক্লবা মাইক্রু, মায় থানবা জিঙ্ক, চিনবান য়েক্লবা শীন্দুর কোই হাপ্লবা তেঙ্গালী, য়োৎশবীগী হামোক, তেঙ্গালী, তিকি, খ্বাইদগী পাম্না চৎনরম্মী। ঙসি ফাওবা মীয়াম্না ঙম্নদনা ব্রারীনরিবা মোইরাং পর্ব্বগী মনুংদা য়াওবা লীলা খরদা কৈ মসি য়াম্না মীয়াম্না পাম্না য়েংনরম্বা লীলাশিংগী মনুংদা অমনি। লীলাদা কৈ য়াওরবদি নুংঙাইবা লীলানি হায়না ঙংনরম্মী। শামু খোঙয়েৎপা লীলাদা শামু থোরকপা ভাবোক্লা পাম্না খোয়দানা য়েংনরম্মী। ঙসিগী মীরোলনা নীংশিংবদা থাজবা ফংলরোইদ্রবা শুমাঙ লীলাদা কলাকার মশা মশানা ঈশৈ শক্লরম্মী। মরম অদুনা ঙসিগী কলাকারশিংগী মতম অমগী মমাংঙৈগী কলাকারনা থাক ব্রাংবা হেল্লম্মী ঈশৈ হৈত্রবদি হেরো শাবা য়াদে। অসুম্না ফাওবা ঙাঙনরম্মী। ঈশৈ হৈতবা নুপীশাবীনা হেরোইন কৃষ্ণা য়াদবগী মওং ফাওবা লৈরম্মী। লীলাগী মতাং মতাংদা কলাকার মশা মশানা ঈশৈ শক্লরম্মী। লীলাদা ঈশৈ শকপা মতমদা ধুলোক অমসুং রামতাল অনীনা লোইরে। করি করিগুম্বদা

চাইশেলনা তান থাবগী শরুক খরসু য়াওনরম্মী। মোইরাং পর্ব্ব লীলাদা থাঙ-তানচিংবা কয়া য়াওবগী লীলাগী ফিজেৎ, খূৎশু-খূৎলাই ময়াম খুদিংমক সাইকলদা হাপ্পুনা পুবা অসি মতমদুগী চৎনবীনি মরম অদুনা অশাংবা লম্বী চৎপদা উনহৌবা মীয়াম্না য়াম্না থাপ্না থাপ্না লীলা য়েংবা চৎনরম্মী। লীলা য়েংবা চৎপদি মাইল ১৫/২০ ফাওবা খোঙনা লীলা য়েংবা চৎনৈ। মতমদুগী ভাবোক থাক য়াম্না খেন্নবা লৈরম্মী।

শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ লৈতেং অসিদি মতম মতমগী য়াওন্দা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা লাকই। খৃঃ কুম ১৯৭৭ অসিব্রাইদগীদি শুমাঙ লীলাদা পৌরাণীক শুমাঙ লীলা, মোইরাং পর্ব্বনচিংবা লীলা কয়া য়াওনা সামাজিক্কী শুমাঙ লীলাসু হায়নিংঙাই লৈতনা ফিজেৎ চাদবা ব্রাঙাং শঙাং খম থেংনা চাওখৎলকই। মতৌ অসুম্না ঙসিমক মীয়াম্না উরিবা ঈশৈ লীলা হায়না খঙনরম্বদগী শুমাঙ লীলা হায়না খঙনরকইবা ঈশৈ নোংমাইদা মখল মখাগী ম্যুজিক্কী খূৎশু-খূৎলাই হাপচিন্নরক্তুনা উৎনরিবা মতাংসি য়ৌরকপদদি শুমাঙ লীলাসি ফিজেৎ ব্রাঙাং-শঙাং মীৎয়েং নায়েং খমথেংলবা নোংচুপলোমগী ইব্রাই ইথিল হেন্না চঙশিনবা ওইনা চৎনরক্লে। মরমদুনা নোংচুপলোমগী মওংদা শান্নবা লীলাদা হেন্না মপূং ওইরকপা ওইনা শুমাঙ লীলাগী চৎনবী অসি খমথেংনা হোংলক্লে। মসিনা মণিপুরী সমাজদা শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অমসুং ফিজেৎকী চৎনবীদা মপাল লমগী ওইনা চখরকপসিদা শুমাঙ লীলাদা খর হেন্না মনুং মপান খঙজবা পাম্বশিংনা য়েৎনরকফম ওইরক্লে। ঙসিগী নোংমৈ বোম তোপনচিংবা ট্রেদ্রসকী খমথেংবা মওংলোমদা চঙশিল্লকপা মণিপুরী জাতিসিগী নহারোলশিংনা মীরমগী মীতৌ তম্বগী হৈনবী নৌনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা নাকোইননা, হকথেংননা অরানবা লম্বীদা লাক্লগদ্রা, লাক্লবরা হায়বা ব্রাহং অমা লৈতবা নত্তে।

খ্বাইদগী লুরক্লিবদি মতম অমদা ওইরক্লম্বা শুমাঙ লীলাগী মওংদগী খরমখৈ নাথৈরক্তুনা লাক্লে। হায়বসি ঙসিগী শুমাঙ লীলা পামজবশিং শুমাঙ লীলাগী কালকারশিংনা ময়েক শেংনা খঙনরবনি। ঙসি শুমাঙ লীলা ষ্টেজদা শান্নরক্লে। মসিসু অচৌবা অহোংবা অমনি মসিমক্কী নীতি নীয়মনা শুমাঙদা শান্নবগী খুদোং চাবা মাঙশিল্লক্লে। লমহাংদা মায়কৈ মরিদা উবা য়ানবগী মওংদি কায়দ্রি। মতম অমদা ওইরম্বা শুমাঙ লীলাগী মচৎতা অহোংবা কয়া লৈতবদি নত্তে।

শুমাঙ লীলা হায়বা চহী কয়াগী মমাংদগী হিংদুনা লাক্লবা মণিপুরীশিংনা খ্বাইদগী পামজরবা লীলাবু মণিপুরগী ডিজিটেল ফিল্ম ওইনা মখল মখাগী মওংদা পুথোরকপা ডিজিটেল ফিল্মগী অনৌবা শক্লোন্দা শুমাঙ লীলা খরদি হন্থরকপা য়াবগী ময়েক শেংনা উনরকই। মতম খরদনা দ্রামাগী কলাকারনা শুমাঙ লীলাদা য়াওনরমদে। শুমাঙ লীলাগা দ্রামাগা তোঙান তোঙানবা মওংদা লৈরম্মী ঙসিনা শুমাঙ লীলাগী অফাওবা কলাকার এক্টরশিংনা ডিজিটেল ফিল্মদা য়াওশিন্দুনা লাকপসি য়াম্না মিপাইনিঙাই ওইরবরা ঙসিমক শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা শুমাঙ লীলা ওইনা লৈবসিমক পূম্নমক্কী অমদি শুমাঙ লীলাগী জেনরদা অচৌবা মশক অমদি ওইরি। মখোয়গী মতমগী হোংলকপা ফিজেৎ খরদা মণিপুরী সমাজগী চৎন লোনচৎ ঙাক্না চৎপগী তঙাই ফদবা লৈরে। শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা চৎফম লৈতবা মরমনা শুমাঙ লীলাগী নুপী ওইনা লৈবগী মওংনি হায়না খন্দোকপসু লানগনি। শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংগী তমজনিংঙাই ওইরবা মীনা তম্বদা ঙম্নরোইদবা খরদি নোংম নোংমগী হেনগৎলকই। মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলাগী কলাকার এক্টরশিংনসু মখোয়গী মফম হোংবা হায়বসি হীরম অমদদি শোয়দনা মাঙদনিঙাই লৈতে। তশেংনমক মৈতৈগী দেব-কর্ম্মদা শেৎন-চানরিবা উরৈরোম শঙবা ফনেক, অঙৌবা ইনফি, অসিনা তাক্লিবা ঐখোয়গী কলচর মসিগী মফম অতৈনা খক শিন্দুনা মেনখৎপদা করি ওইরক্কনি।

মতৌ অসুম্না মাগী মাগী মফম অমমম কনদুনা থম্বা হায়বসি কলচর কনবতা নত্তনা হীরম খুদিংমক্তা জাতি জাতিগী  চাউথোকচনিংঙাই ওইগনি খল্লি। ত্রিপুরাদা ত্রিপুরী মাঙখিবগুম শুমাঙ লীলাগী ফজরবা কলচরদসু অমাঙবা লাক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। খুদম খরদং পঞ্জরবদা— মতম অমগী দ্রামাগী ফাওরবা এক্টর কয়ানা শুমাঙ লীলাদা চঙখিবদা দ্রামাগী এক্টিং লৈশিল্লকপগা ঈরোয়ননা দ্রামা শিথরকপগুম শুমাঙ লীলাগী লমদসু ওইরক্লোই হায়নিঙাই লৈতে। ফৌনা ফৌ ওইনা থম্বা, চেঙনা চেঙ ওইনা থম্বা, দ্রামানা দ্রামা ওইনা লৈজসনু ডিজিটেল ফিল্মগী কাংলুপ অমসু থম্বদা ঐখোয়গী কলচরগী চাউথোকচনিঙাইনি। শুমাঙ লীলাগী, ডিজিটেলগী, দ্রামাগী, পৌরাণিক ঐতিহাসিক্কী লীলা হায়না তোপ্না তোপ্না লৈজরবতদা মণিপুরগী কলচরগী মগুণসু থাক ব্রাংখৎলক্কনি। মথক্তা খরদং পঞ্জরিবা

কলা খুদিংমক মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা শক্তম, নেচর, ব্রাখল, ব্রাঙাং-শঙাং মীৎয়েং-নায়েং তোঙান তোঙানবা ঙাক্তনি। ঙসি ভাবোক্লা শোয়দনা খঙনরবা ঙাক্তনি। মশা মশাগী তোঙান তোঙান লৈজবা শক্তম অসিবু নমথদুনা পূনশীন্নবা হোৎনবা হায়বসি পূম্নমক্কী লাইবক থিমীন্নবা ওইগনি খল্লি। ঙসি হৈশিংলবা কলাকার, ডিরেক্তরশিংনা হৈমনশিংমন্দুনা শুমাঙ লীলা হায়বা তোপ তোপ্পা কলাসিগী মশক মাঙহন্নবা হোৎনবীদবা ফৈ। ❑

নিপালশুবা পন্দুপ

# ব্রারোইশিন

## ১) নৈনবদগী তারকপা ব্রারোল ঃ-

শুমাঙ লীলা অমদি মসিগী খোঙচৎ হায়না মিংথোনবা অসি মথক্তা পূম্না পন্দুপ তরুকথোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনখ্রে । পন্দুপশিং অদুদি— (১) ফোক থিয়েটর মশক তাকপা, (২) শুমাঙ লীলা হৌরকপগী ইতিহাস অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপা, (৩) শুমাঙ লীলা শান্নবা অমসুং উৎপা, (৪) শুমাঙ লীলা ইবশিং অমসুং মখোয়গী সাহিত্যগী খুদোল নৈনবা, (৫) শুমাঙ লীলা অমসুং মণিপুরী সমাজ অনীগী লৈনবা মরী, (৬) শুমাঙ লীলা হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভম।

অহানবা পন্দুপ্তা ফোক থিয়েটর মশক তাকপা হায়না মিংথোন্দুনা ফোক থিয়েটরগী অশেংবা মশক অসি তাক্লবা হোৎনজৈ। কলা অসিগী অশেংবা মশক অসি তাকপা ঙম্নবা হায়দুনা অমুক হন্না অহানবা পন্দুপ অসি শরুক মচা মচা তরুক থোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনজরি। মখোয়দুদি : (১) ফোক থিয়েটর হৌরকপা, (২) ফোক অমসুং ক্লাসিকেল, (৩) ফোক থিয়েটর মশক তাকপা, (৪) ফোক থিয়েটর মচাকশিং, (৫) ফোক থিয়েটর অমা ওইনা শুমাঙ লীলা, (৬) ফোক থিয়েটর অমসুং মীয়াম। পন্দুপ অসিগী মরুওইবা পান্দমদি ফোক থিয়েটর মশক তাকপগা লোয়ননা শুমাঙ লীলা হায়বসি ফোক থিয়েটর অমনি হায়বসি উৎনবা হোৎনবনি।

ভারতকী ফোক থিয়েটরগী ইতিহাস অসি খঙবদা ব্রারবা অমনি। মসিগী মতাংদা খেন্নবা মত কয়া লৈবা উবা থেংনৈ। লোয়ননা ফোক থিয়েটরগী ইতিহাস নৈনবদা চাউরাক্লা মখল মরি থোক্লা হায়বদি ঃ- (১) ক্লাসিকেল থিয়েটর, (২) ফোক, পোপুলর থিয়েটর, (৩) ট্রেদিসনেল থিয়েটর, (৪) ফোক থিয়েটর হায়না খায়দোক্তুনা নৈনবগী চৎনবী অদুসু উৎখ্রে। নৈনবসিদগী তারকপা মরুওইবা ব্রাফমদি নাট্যশাস্ত্রগী মমাঙদা ফোক থিয়েটরগী মওং অসি লৈরম্মী অমসুং ফোক থিয়েটর হায়বসি য়াম্না ঙম্লিঙৈ মতমগী মীওইশিংনা পাঙথোকপা লাইনীং-লাইশোল, থৌনি, পূজাগা মরী লৈনবা জগোই ঈশৈশিংগা ঈরোয়ননা হৌরকখিবনি।

অসিগুম্বা য়াম্না লিরবা মতমদগী লাকখিবা ফোক থিয়েটর হায়বা কলা অসি চপ চানা মশক তাকপা ঙম্নবগীদমক্তা অখঙ-অহৈ তরানিথোইদগী দিফিনিসন লৌখৎলগা পূন্না মচাক (*characteristic*) ২৭ খক পুথোক্তুনা ফোক থিয়েটরগী মশক তাক্লবা হোৎনখ্রে। কূপ্না নৈনরবা মতুংদা ফোক থিয়েটর অমদা য়াওগদবা মচাক নিপালখক পুথোক্তুনা উৎখ্রে। মখোয়দুদি ঃ- (১) ফোক থিয়েটর অমসুং মীয়াম, (২) চীন্থাং য়ৈনা শকপা, (৩) নুংঙাইহন্নবা মচাক (৪) সেক্যুলর ওইবা মওং, (৫) অইবা খূৎই, (৬) শান্নফম, (৭) কোয়না চত্তুনা শান্নবা, (৮) ফোক থিয়েটরগী হৌরকফম । ফোক থিয়েটর অমদা তঙাই ফদনা মচাক নিপাল অসি য়াওফম থোকই হায়বসি নৈনবসিদগী তারকপা ফলনি।

মসিগী মতুংদা পন্দুপ অসিদা শুমাঙ লীলাবু ফোক থিয়েটর অমা ওইনা নৈনবা হৌই। নৈনবগী মপূং ওইবা য়ুম্ফমদি মথক্তা হাম্না নৈনখ্রবা ফোক থিয়েটর অমদা য়াওগদবা মচাক নিপাল অসি শুমাঙ লীলাদা য়াওব্রা হায়না য়েংবা অসিনা মপূং ওইবা মীৎয়েংনি। য়াম্না কূপ্না নৈনরবা মতুংদা মণিপুরগী মমীং চৎলবা শুমাঙ লীলা হায়বা কূম্মৈ অসিবু ফোক থিয়েটর অমনি হায়বসি নৈনবসিদগী তারকপা মরুওইবা ফল অমনি। অসিগুম্বা ফল অসি ফংনবা হোৎনবদা অহানবদা ঐখোয়না শুমাঙ লীলাগী মরমদা খঙ-হৈরবা মীওইশিংনা পীরম্বা দিফিনিসন খরা লৌখৎতুনা নৈনৈ। মদুগী দিফিনিসনশিংদুদা ফোক থিয়েটরগী মচাক (*characteristics*) ১৫ খক য়াওবা থেংনৈ। হায়রিবা মচাক ১৫ অসিদগী মান্নবা কয়া খায়দোকখ্রগা মরুওইবা মচাক ৮ খক ফোক থিয়েটরদা চঙবা মচাক ৮ খক পুথোকপা ঙম্মী। নিপাল অদুদি ঃ- (১) ফোক থিয়েটর অমসুং মীয়াম, (২) চীন্থাং য়ৈনা লাকপা, (৩) নুংঙাইননবা মচাক, (৪) সেক্যুলর ওইবা, (৫) অইবা খূৎই, (৬) শান্নফম, (৭) কোয়না চত্তুনা শান্নবা অমসুং (৮) ফোক থিয়েটর হৌরকফম। নৈনবসিদগী তারকপা ফলদি শুমাঙ লীলা হায়বসি ফোক থিয়েটর মখল অমনি অমসুং শুমাঙ লীলা ফোক থিয়েটর অমদা চেনগদবা মরুওইবা মচাক, মচল মরমচৎশিং অদু য়াওই হায়বসিনি।

অনীশুবা পন্দুপকী মমীংনা শুমাঙ লীলা হৌরকপগী ইতিহাস অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপা কৌই। পন্দুপ অসিদা মরু ওইনা নৈনরিবা ব্রাফমদি

শুমাঙ লীলাগী হৌরকপগী খোঙুল লীবগা লোয়ননা শুমাঙ লীলানা মথং মথং চাওখৎলকপগী মওং অদু উৎনবা হোৎনবনি। মৈহৌরোন্দগী হৌনা মণিপুরদা মখল মখা কয়াগী হরাও-কৃম্মৈ পাঙথোক্তুনা লাক্লি। নিংথৌরোলশিংগী মতমদা মখল মখা কয়াগী কৃম্মৈ হৌদোক্লম্মী। হায়রিবশিংগা মরী লৈনবা কৃম্মৈ ময়ামসিগী মনুংদা শুমাঙ লীলা হায়বসি তোপ-তোপ্পা মখলগী কৃম্মৈ অমনি হায়বসি উৎপ্রে। হায়রিবা শুমাঙ লীলা অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা সনা কোনুংদা দূর্গা পূজা ইরাৎপগী থৌরমগা মরী লৈনবা ফাগি লীলা ওইনা শান্নবা হৌরকখিবনি হায়বসি অয়াম্বনা য়ানরবা মতনি। ফাগি ওইনা শান্নবা হৌরকপদগী শুমাঙ লীলা অসি হৌরকখিবনি। মসিগী মতাংদা অখণ্ড অহে কয়াগী মত লৌদুনা ব্রাফম অসি শৌগৎলি হায়বসি ফোঙদোকপ্রে। কনাগুম্বনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমাঙদগী ফাগি লীলা লৈরম্মী হায়বসি ফোঙদোকপা য়াওই। মসিগী চপ চাবা প্রমাণ ফংদে হায়বসি নৈনবদগী তারকপা ফল অমনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা ফাগি লীলাগী মওং মতৌ অমসুং মতম অদুদা লৈরম্লিবা শীংথানবা য়াবা ফাগি পুবা মীওইশিং কয়া পুথোক্তুনা মখোয়না তৌরিবা ফাগিগী মওংশিংদু য়াম্না শন্দোক্লা নৈনম্রে। মসিগা লোয়ননা মতম অদুদা উৎখিবা ফাগিগী মওং (*production style*) অদুসু শম্না নৈনম্রে। নৈনবসিদগী তারকখিবা মরুওইবা ফলদি, মরুওইবা নোক্লবগা মপূং ওইনা শান্নবা, মওং মরীল কয়া নাইফাৎতনা ফাগি লীলা হায়বসিদগী মথং মথং চাওখৎলক্তুনা শুমাঙ লীলা হায়বসি ওইরকখিবনি। ফাগি লীলাগী মথংদা লাকপা কাবুল লীলা অমসুং ফদিবী পালাগী মরমদসু নৈনম্রে। হায়রিবা লীলা মওং অসি মতম অদুগী বৃটিশ সরকারবু লক্লবা করেম্নবগী মওংদা পুথোরকপা লীলা মখল অমনি।

খৃঃ কুমঃ ১৯১৮ গী মতমদা লাকপা হরিশ্চন্দ্র হায়বা লীলা অসি পৌরাণিক লীলা অমা ওইনা য়াম্না শীংথানিঙাই ওইরবা অমসুং মপূং ফারবা শুমাঙ লীলা অমনি হায়বসি শন্দোক্লা নৈনম্রে। হরিশ্চন্দ্রগা মথং মনাও ওইনা শুমাঙ লীলা খরা থোরকখি। মখোয়গী মনুংদা মমীং পনবা য়াবদি ঃ- (১) সাবিত্রী সত্যবাল, (২) মোইরাং পর্ব্ব, (৩) মৈরাবা চরণ, (৪) চন্দ্রজীনি (৫) চন্দ্রহাস, (৬) সত্য-চরিত, (৭) ভাগ্যচন্দ্র শামু ফাবা, (৮) থোক লীলা,

(৯) একাসিনীগী স্বয়ম্বর, (১০) সুভদ্র শুরি হুরানবা অসিনচিংবনি। মতম অসি মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী অকনবা ঈচেল ওইনা চেঙ্খবা মতমনি। মতম অসিদা থোরকখিবা শীংথানবা য়াবা শুমাঙ লীলাগী মওং অমনা মোইরাং পর্ব্বনি হায়বসি উৎপ্রে। মোইরাং পর্ব্ব হায়বসি অতৈ শুমাঙ লীলাগা খেন্নবা তোপ তোপ্পা মশক অমনি। মরু ওইনা পেনাগী শৈশক্তা য়ুম্ফম ওইবা, ওপেরাগী মওং লৌবা, ফিজেৎ লৈতেং য়াম্না শীজিন্নবা লীলা মখল অমনি। মতৌ অসুম্না অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা লৈরিবা মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী মরুওইবা মশক্কী পৌরাণিক অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা শুমাঙ লীলানা অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙগী মরুওইবা শক্তমনি হায়বসি নৈনবসিদগী খঙবা ঙম্মী।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা মণিপুরীগী পুন্সী অমসুং রাজনীতি অমদি লৈঙাকলোন্দা অহোংবা কয়া লাকখি। লাক্লিবা অহোংবশিংগা লোয়ননা মণিপুরী শুমাঙ লীলাদসু অনৌবা মশক অমা উবা ফংই। হোংলকইবা অনৌবা মশক অসি মীওইবগী হিংবগী পুন্সীগা য়াম্না নকশিনবা রিয়েলিষ্টিক ওইবা, সমাজিক সমস্যাদা খৃৎ থারকপা অহানবা শুমাঙ লীলা কয়া থোরকপসিনি। থোরকইবা শুমাঙ লীলাশিং অসিগী মনুংদা থোক লীলা, অমসুং বি এ মপা লম্বোইবা হায়বা অসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই। লীলা অনী অসিদগী অনৌবা সামাজিক শুমাঙ লীলাগী পন্দুপ অমা হৌরে হায়বসি নৈনবসিদগী তারকপা মরুওইবা ব্রাফম অমনি। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা বি এ মপা লম্বোইবা, পুরান মৈথাবা, মহাপ্রভু ফিতা ওনবা, নোংপোক পান্থোইবী, অসিনচিংবা লীলাশিং অসিগী অকৃপ্পা ব্রারী অমসুং শরুক য়াখিবা কলাকারশিংগী ব্রারোল কয়া শন্দোক্লা পীখ্রে অমসুং নৈনখ্রে। মসিগা লোয়ননা অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদগী চত্থরকপা লীলাগী পরীং অদুসু ঈচেল পীক্লা ওইরবসু অদুমক চত্থবা থেংনৈ।

খৃ: কুম: ১৯৬০ গী মতমদা শুমাঙ লীলাগী ঈচেল অনৌবা মশক অমা উবা ফংই। মতম অসিদা লাকখিবা মরুওইবা থৌদোক অমদি শুমাং লীলাগী লমদা জি.সি. তোংব্রা থোরকখিবসিনি। মহাক্লা মতমগী রাজনীতি অমদি সমাজগা মরী লৈননা অনৌবা শুমাঙ লীলা কয়া ইরক্লুনা শুমাঙ লীলাদা অনৌবা মহাও অমা হাপলকখি। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা খৃ: কুম: ১৯৬৫

দা শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল পাঙথোকপা অসিনা শুমাঙ লীলাগী ঈচেলদা অকনবা ঈনোৎ অমা হাপকৎলকপনি। মসিনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু প্রোফেসনেলিজমগী মায়কৈদা চঙশিনবা হৌরকখি হায়বসি নৈনবসিদগী তারকপা ফল অমনি। মরমদি মতম অসিদগী শুমাঙ লীলা ইবা, ডিরেক্তর, কলাকারশিং কয়া থোরক্তুনা কন্না চাংদম্নবা হৌরকখি অমসুং শুমাঙ লীলাগী ঈচেল কনখৎপা হেল্লকখি।

মতমগী মতুংইন্না শুমাঙ লীলাগী য়াওন লাক্তুনা লীলাদা অনৌবা মখল খরা থোরকখি। মখোয়দুদি-- ইপোম, নুপী শুমাঙ লীলা অমসুং ঈশৈ লীলা হায়বসিনি। হায়রিবা শুমাঙ লীলাশিং অসিগী খেন্নবা মওং মতৌ শান্নবগী মওং কযা অসি শন্দোক্লা নৈনদুনা উৎখ্রে। থোরকইবা লীলা মখলশিং অসি মতমগী ঈচেল মতুং ইন্না থোরকখিবনি। পূন্নমক অসি কৃপ্না নৈনরবা মতুংদা তারকপা মপৃং ওইবা ফলদি ডাইলোগ লীলা, ইপোম লীলা, নুপী শুমাঙ লীলা অমসুং ঈশৈ লীলা হায়রিবশিং অসি মপানথোংগী শক্লোন্দা খেন্নরবসু মপৃংদদি শুমাঙ লীলাগী মনুংদা লৈবা মখলশিংনি। অহানবদা ঈশৈ লীলা অমসুং ডাইলোগ লীলা হায়দুনা মখল অনী খায়দোক্লম্মী। মমৈথঙদা ঈশৈ লীলাবু শুমাঙ লীলাগী কাঙলুপ্তা পূনশিন্দুনা শুমাঙ লীলা হায়না খঙনখ্রে।

মতৌ অসুম্না মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী ঈচেল অসি হৌরকপদগী হৌনা, মথং মথং মতমগী ঈচেলনা অহোংবা কয়া লাক্তুনা লেপ্লা লৈতনা চেন্থরি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। শুমাঙ লীলা অসি অয়াম্বা মতমদা শুমাঙদা মায়কৈ মরীমক্তা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা শান্নে। শুমাঙ নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মফম শঙ্গোয়, মাগুব, লমহাংদসু শুমাঙ লীলা অসি শান্নে।

অহুমশুবা পন্দুপ, শুমাঙ লীলা শান্নবা অমসুং উৎপা হায়বা অসিদা (১) শুমাঙ লীলাগী শান্নফম, (২) শুমাঙ লীলা ফি শেৎফম, (৩) লীলা হৌবগী থৌরম, (৪) শুমাঙ লীলাগী ব্রাঙাঙ-শাঙাং, (৫) শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং মায়-মীৎ শেম-শাবা, (৬) মায়-মীৎকী শেম শাবা, (৭) শুমাঙ লীলাগী পোৎচঙ, (৮) ঈশৈ নোংমাই অমসুং যন্ত্র,(৯) শুমাঙ লীলাগী এক্টর এক্ট্রেস, (১০) শুমাঙ লীলাগী অভিনয়, (১১) ডিরেক্তর, (১২) দক্ষিনা অমদি শুমাঙ লীলাগী ভাবোক মওংশিং অসিনচিংবা

শুমাঙ লীলা অমা উৎপদা চঙবা মচাকশিং অসি নৈনৈ। শুমাঙ লীলা অসি অয়াম্বা মতমদা শুমাঙদা মায়কৈ মরিদা ভাবোক্লা ইকোয় কোয়শিন্দুনা শান্নে। শুমাঙ নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মফম শঙ্গোয়, মাণ্ডব, লমহাংনচিংবদসু শুমাঙ লীলা অসি শান্নবা য়াই। ঐখোয়না নৈনবসিদগী খঙবা ঙম্বসি শুমাঙ লীলা হায়বসি শুমাঙদা ঙাক্তদা শান্নগনি হায়বসি লৈতে। হোংলকইবা মতমগী মতুংইন্না মফম কয়াদা শান্নফম ওইবসি হৌজিক থেংনৈ। শুমাঙ লীলাগীদমক্তা ফি শেৎফম অসি য়াম্না মরুওইবা চৎনবী অমদি থাজনবী কয়াগা শাগোন্নবা মফম অমা ওইনা লৌনৈ হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎকী মতাংদা মখল অহুমথোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনখ্রে। পৌরাণিক লীলা অমসুং ঐতিহাসিক লীলাগী ফিজেৎ, মোইরাং পর্ব্ব লীলাগী ফিজেৎ অমসুং সামাজিক লীলাগী ফিজেৎ হায়রিবা লীলা অহুমসিগী ফিজেৎ লৈতেং য়াম্না খেন্নে। পৌরাণিক অমসুং ঐতিহাসিক লীলাদা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংগী ওইবা চৎনবী ফিজেৎ অদু ঙাক্লা শেৎপা চৎনৈ। অদুগা মোইরাং পর্ব্ব শুমাঙ লীলাদা ফৈজোম অচোনবা, খামেন চৎপা অমদি খম্বা নোংবালনা লিশোন ফুরিৎ নীংখম শমজিনচিংবা মোইরাং কংলৈরোলগী তোপ তোপ্পা ফিজেৎ কয়া শেৎলগা লীলা উৎপা চৎনৈ অদুগা সমাজিক শুমাঙ লীলাশিংদদি হৌজিক হৌজিক ওইরিবা সমাজ অসিদা চৎনরিবা কয়াশিং অসিগা চান্নরবা রিয়েলিষ্টিক ওইরবা সমাজদা শীজিন্নরিবা কয়াশিং অসি মান্নবা খূৎশূ-খূৎলাইনচিংবা উৎপা চৎনৈ। মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগী লৈতেং অসি য়াম্না মরুওইবা মচাক অমনি । ফি শেৎপা লোইরগা শোয়-ঙামদনবা ঈশ্বর খুরুম্নে। ওজা গুরুশিং খুরুম্নদুনা লীলা হৌনবা শেম শাই । শুমাঙ লীলাদা শক শেমবা মশা মশানা শেমনৈ। শুমাঙ লীলাগী পোৎচঙদি য়াম্না য়ামদে। তেবল চৌক্রি মোরানচিংবা খরতনা মখোয়গী লীলা উৎফমগী মচাক ওই। শুমাঙ লীলা কূমলিবা কলাকারশিংগী ব্রাঙাঙ এক্টিং শাজৎ কয়ানা মফম মতম পোৎশকশিংবু তাক্তুনা অয়েংবা ভাবোক্কী মফমদা খঙহন্নবা হোৎনৈ।

শুমাঙ লীলাদা ঈশৈ অমসুং যন্ত্র অসি য়াম্না মরু ওই। মসিগী মতাংদা ডাইলোগ লীলা, ঈশৈ লীলা, ইপোম লীলা, নুপী কাঙলুপকী শুমাঙ লীলা হায়না কূপ্না খায়দোক্তুনা নৈনৈ। অদুগা ডাইলোগ লীলাদি যন্ত্র শীজিন্নদে।

মপূং ওইনা ঈশৈ য়াওনদে। ঈশৈ লীলাদদি মপূংদা যন্ত্র য়াম্না শীজিন্নৈ। ম্যুজিক্কী মচাক মখল মখা কয়া শীজিন্নৈ। মতম মতমগী হোংলকইবা তোঙান-তোঙান্না ম্যুজিক্কী মতেং য়াম্না শীজিন্নৈ। পূম্নমক্কী মথক্তা ঈশৈ য়াম্না য়াওই। ঈশৈ শকপা মতমদা নুপী খোঞ্জেল, নুপা খোঞ্জেল হায়বা তোঙানবা শৈশক কয়াসু ঐখোয়না তাবা ফংই। শুমাঙ লীলাদা এক্টর অমসুং এক্ট্রেসকী থৌদাং য়াম্না চাউই। শুমাঙ লীলাদা নুপী শাবগী শক্তম অসি নুপানা শাই। মসি মহৌশাদগী চৎনরকই। শুমাঙ লীলা অমবু হিংবা হিংদবসি এক্টর অমসুং এক্ট্রেসকী মখা য়াম্না পোল্লি। শুমাঙ লীলা অমবু মপূং ফানা হিংহনবা হায়বসি এক্টর ফত্তনদি মপূং ফাদে। শুমাঙ লীলাদা অভিনয় অসি য়াম্না লুই। শুমাঙ লীলা য়াওবা কলাকার খুদিংমক রস শুনা খঙবা চঙই। শুমাঙ লীলাদা তৌশিন্নবা য়াদে। শুমাঙ লীলাদি ভাবোক্কা হকথেংনবা ওইবা য়াম্না চেকশিন্না অভিনয় তৌবা তাই। শুমাঙ লীলাদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা কয়াগী অভিনয় মরাঙ কায়না উবা ফংই। অদুগা শুমাঙ লীলাগী ফাগি তৌবা কলাকারশিংগী কাউঙমদবা অভিনয় কয়া ঙসি ফাওবা কাউনদনা লৈরি। শুমাঙ লীলা অমদা ডিরেক্তর অমগী থৌদাং য়াম্না চাউই য়াম্না মরু ওই। শুমাঙ লীলাদা ডিরেক্তর লৈরকপসি খৃঃ কুমঃ ১৯৪৫/৪৬ বি এ মপা লম্বোইবা মতমদগী হৌরকখি। হৌজিক মতমদা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তর অসি লুপা পৈশা তিংনা নেকপা চৎনরে। মমাঙৈদা ডিরেক্তর লৈনরমদ্রবসু হৌজিক মসিগী দরকার য়াম্না ওইরে। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলাগী ডিরেক্তর থম্বা চৎনরে । শুমাঙ লীলাগী দক্ষিনা লৌবগী মওংসি মমাঙদগী চৎনরকই। চাউরাক্লা দক্ষিনা অসি মমাঙৈদা লুপা ৩/৪ লৌনরম্বদগী মথং মথং মতমগী মতুংইন্না হেনগৎনরক্কুনা হৌজিক্কী চাউরাক্লা লুপা লীশিং ১৭/১৮ ফাওবা য়ৌরে। লীলা পার্টিসু খৃঃ কুমঃ ১৯৬৩ স্বাইদগী রেজিষ্টার তৌদুনা শেম্বা হৌরকখি। মদুদগী লীলাগী লেঙদবা ওফিস লিংদুনা লীলা পার্টিগী সংবীধানগী মতুংইন্না মওং তানা চত্থনরে। লীলা পার্টিতগী নত্তনা খৃঃ কুমঃ ১৯৭১ দগীদি অপূনবা লুপ ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েসন কৌবা অমসু শেমখ্রে। শুমাঙ লীলাগী ওর্গনাইজেসন হেন্না হেন্না মপূং ফারক্লি। শুমাঙ লীলা অমা শান্নবদা মপূং ওইনা মচাক অহুমসু চঙই ঃ- (১) লীলা শান্নগদবা কলাকারশিং, (২) লীলা শান্নফম, (৩) ভাবোক। মচাকশিং অসি লীলা অমা শান্নবদা ৱাংপা য়াদে। শুমাঙ লীলাদি ভাবোক অসি য়াম্না মরু ওই। মসিগী মনুংদা ভাবোক অসি য়াম্না পৌনা

অনীথোক্লা খুঙ্গংগী ভাবোক অমসুং সহরগী ভাবোক খায়দোকপা য়াই। খুঙ্গংগী ভাবোকশিংনা শুমাঙ লীলা য়াম্না হেন্না পামনৈ। মরম অদুনা খুঙ্গংগী লমদা চেরিতি ফাওবা লৌদুনা শুমাঙ লীলা য়াম্না তোয়না শান্নে। মসিমক সহরগা খেন্নবা মখল অমনি। চহী খরা অসিদদি সহরগী ভাবোক্কী মশীং হেনগৎলকই। সহরগী মীয়ামসু শুমাঙ লীলাদা থব্রায় য়াওবা হেনগৎলকই। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা অমা উৎপা অমসুং শান্নবদা মখল মখা কয়াগী মচাক চৎনবী কয়া য়াওই হায়বসি ঐখোয়না উবা ফংবা ঙম্মী।

মরীশুবা পন্দুপ, শুমাঙ লীলা ইবশিং অমসুং মখোয়গী সাহিত্যগী খুদোল নৈনবা হায়বসিদা (১) শুমাঙ লীলা অইবা থোরকপা, (২) শুমাঙ লীলা অইবশিংগী থৌদাং, (৩) শুমাঙ লীলা অইবা, ডিরেক্তর, (৪) শুমাঙ লীলা অইবা লীলা পার্টি, (৫) শুমাঙ লীলা ইবশিং অমসুং মখোয়গী সাহিত্যগী খুদোল, (৬) শুমাঙ লীলাগী অফোঙবা লাইরিকশিং হায়না নৈখ্রে। খৃ: কুম: ১৯৫০ গী অসিব্রাইদগী অইবা স্কৃপ্ট থোরকপদগী শুমাঙ লীলাগী মশক হোংলকই। হায়রিবা মতমসিব্রাইদা থোরকখিবা পুরাণ মৈথাবা হায়বা শুমাঙ লীলা অসিনা ইহান হানবা শুমাঙ লীলাগী খূৎইনি। লীলা অসি নিঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈনা ইবনি। লীলা অসিমক অইবা মশানা তন্বীদুনা য়াম্না মওং তানা উৎখি। মাগী মথংদগী শুমাঙ লীলা ইবা কয়া মথং মথং থোরকই। খৃ: কুম: ১৯৬০ ফাওবগী স্বাইদা অইবা খরদমক লৈরম্বদু হৌজিক্তী শুমাঙ লীলা ইবগী মশীং অসি চাউরাক্লা ১৬১ গী মথক্তা লৈরে। শুমাঙ লীলা অইবা কয়া থোরকপদগী লীলাগী মশকসু হোংলকই। শুমাঙ লীলাগী স্কৃপ্ট অসি তোপ-তোপ্লা মশক অমা লৈজে । স্কৃপ্ট লৈত্রিঙৈগী লীলা মউৎকা স্কৃপ্ট থোরকপদগী লীলা উৎপা মউৎকা য়াম্না চাউনা খেন্নবা উবা ফংই । মপূং ওইনা ঙসিদি শুমাঙ লীলা ইবশিংগী থৌদাং য়াম্না চাউই । শুমাঙ লীলা ইবা অইবশিংনা মতম মতমগী হোংলকইবা সমাজগী সমস্যা কয়াদা শুমাঙ লীলা ইনরকই। মরম অদুনা মতমসিগী শুমাঙ লীলাবু পামজবশিংনা মীয়ামগী নীংলিবদু অইবশিংনা পুথোরকই । মসিমক শুমাঙ লীলা ইবশিংগী শীংথানিঙাই ওইবা থৌদাংনি। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা ইবা অইবা য়াম্না লৈরি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। ঙল্লিঙৈদগী হৌজিক ফাওবগী মশক নাইবা অইবা তরা (১০) লৌখৎতুনা মখোয়গী শন্নপ্লা পুন্সীগী মশক অমসুং মখোয়গী

খূৎইশিংনা মীয়ামদা পীরিবা পাউজেলশিং পুথোক্তুনা নৈনখ্রে। শুমাঙ লীলা অইবা অমসুং ডিরেক্তর অনী অসি লাপথোক্লবা খক য়াদে। মতম পূম্নমক্তা ডিরেক্তর অমসুং অইবা অনীসি য়াম্না মরী লৈনৈ। লোয়ননা শুমাঙ লীলা অইবা অমসুং লীলা পার্টি অনী অসিসু য়াম্না মরী লৈনৈ। শুমাঙ লীলা ইবা কয়া থোরক্তুনা ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যদা মখোয়গী শুমাঙ লীলাগী খূৎইশিং লাইরিক ওইনা ফোঙদুনা সাহিত্যগী মচল অমা নীংথিনা শেম্লে। ফোঙলবা লাইরিক ২৮ অমসু পনজে। শুমাঙ লীলানা সমাজ শেংদোকপদা লৌরিবা থৌদাংগী মতাংদসু পন্দুপ অসিগী মনুংদা পুশিনজে। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলাগীদমক ফোঙলবা লাইরিকশিংগী অইবা ১০ অসিগী লীলাসিনা য়ুম্ফম ওইরগা শুমাঙ লীলাগী সাহিত্যদা নৈনবদা মপূং ফাদবা কয়া থেংনবা য়াই।

মঙাশুবা পন্দুপ অসি *শুমাঙ লীলা অমসুং মণিপুরী সমাজ অনীগী লৈনবা মরী হায়বসিনি* । মসিগী মনুংদা *(১) পারফোর্মিং আর্ট ফোর্ম অমা ওইনা শুমাঙ লীলা অমসুং মসিগী কান্নবা, (২) শুমাঙ লীলা অমসুং সমাজগী* সমস্যাশিং, (৩) শুমাঙ লীলা অমসুং মাস মেডিয়া, (৪) কলাকার, অইবশিংগী হিংনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা শুমাঙ লীলা, (৫) শুমাঙ লীলা পুন্সীগী পোত্থানফম, অসুম্না শুমাঙ লীলাবু নৈনৈ। মৈতৈগী লাই হরাওবা, ষণশেনবা, উদূখোন, খোংজোম পর্ব্ব, পেনা, ষ্টেজ লীলা, ঈশৈ-জগোইনচিংবা পারফোর্মিং আর্ট ফোর্ম লীলা কয়াগী মরক্তা শুমাঙ লীলাসু অমনি। শুমাঙ লীলা নত্তবা অতৈ পারফোর্মিং আর্টশিং অসিগা খেন্নবা অমদি লৈ। লাই হরাওবা, ষণশেনবা অতৈ পারফোমিং আর্টশিং অসি য়েংগদৌরিবা ভাবোকশিং অদু লাইথৌগী মরমদা কূপ্না খঙবা চঙই। অদুবু শুমাঙ লীলাদি মাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা লৈজে। নহারোল, নুপী অঙাং পূম্নমক পাম্নে শুমাঙ লীলা য়েংবদা অফা অপুন য়াওদে। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিগা অতৈ পারফোর্মিং আর্টিশিংগা খেন্নবা কয়া লৈ। তশেংনমক শুমাঙ লীলাদি অয়েংবা ভাবোকশিংগা হেন্না নকুবা মরী লৈনৈ হায়বসিনি। শুমাঙ লীলাদি পুন্সীগী তোঙান-তোঙানবা মশক, সমাজগী সমস্যাশিং কয়া পুথোক্তুনা নৈনবনি। অয়েংবা ভাবোকশিংগা খ্বাইদগী নকুবা মখলগী কূম্মৈ মণিপুরী জাতিসিগী অপূনবা পাউজেল পুরিবনি। মতম মতমগী ফোঙ-ফোঙ শারিবা সমস্যা কয়া পুশিন্দুনা লাইরিক হৈবা হৈতবা, সহর খুঙ্গং কাঙলুপ

খায়দনা মীয়ামগী মফমদা পাউজেল পীবা মখলগী লীলানি। শুমাঙ লীলা অসি মীয়ামগী মমাঙদা তরং-তরং উহনবা ঙম্বা অহিংবা মাস মেডিয়া অমনি। শুমাঙ লীলাদা সরকারগী ওইবা তোঙান তোঙানবা পাউজেল কয়া ঐখোয়গী মাঙদা উহল্লি। মরম অদুনা শুমাঙ লীলা অসি মাস মেডিয়াগী পাউজেল অমা ওইনা সরকারনসু খৃৎলায় ওইনা শীজিন্নরি। অসুম্না মীওইবগী নুংঙাইনা লেনবা কৃম্মেগী মনুংদা অমা ওইবতা নত্তনা অনৌবা পাউজেল সমাজসিগী অশেংবা মশক পীরিবা মরুওইবা মেডিয়া অমা শুমাঙ লীলানা ওইরিবনি। মসিগী মতাংদা পন্দুপ অসিদা পুশিন্দুনা নৈনে।

তরুকশুবা পন্দুপ, শুমাঙ লীলা হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভম হায়বসিদা ঃ- (১) ঙসি ফাওবা শুমাঙ লীলাগী হোংলকইবা মশক, (২) ব্রারী, (৩) প্রদর্শন অমসুং ষ্টাইল, (৪) কলাকারশিং, (৫) ফাগি, (৬) শেল থুমগী ফিভম, (৭) হৌজিক্কী লৈবাক্কী ঈরাং, (৮) রেডিও টি.ভি.দা শুমাঙ লীলাগী সমস্যাশিং লৌথৎতুনা নৈনে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদগী হৌজিক ফাওবদা হোংলকলিবা শুমাঙ লীলাগী খোঙচৎ অসিগী মশক অমসুং মায়োক্লরিবা সমস্যা পন্দুপসিদা নৈনে। ব্রারী পরীংদা ঙল্লিঙৈ ধর্ম্মদা লৃপ্লিঙৈ ধর্ম্মগী ওইবা ব্রারীশিং য়াম্না পাম্নরম্মী কলা অমসুং ধর্ম্ম অনীগী মরী চেৎনা লৈরম্মী। অদুবু অনীশুবা লাঙ্গাওগী তুংদগী অহোংবা লাকপা হৌরকই। সামাজিক লীলা কয়া থোরক্লুনা সমাজগী সমস্যা নৈনবদা শুমাঙ লীলাগী পান্দম ওইরকই অদুনা ঙসিদি হেন্না রিয়েলিষ্টিক ওইরক্লি। পৌরাণিক ঐতিহাসিক লীলানা শিথরকই হায়বসি নৈনে। প্রদর্শন অমসুং ষ্টাইলদসু তশেংনা ওইরিবা মশকশিং পুথোক্লবা হোৎনরকই। য়াম্না হেন্না লুশিন্না উৎলকই। অশেং অশেংবা মশক উৎনবা হোৎনরকপা, মসি হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাগী মচৎ ওইরকই, মদুমদি ওইরগা ষ্টনমেন্নচিংবা শীজিন্নবদি য়াওদ্রি। মসিগী মরমদি শুমাঙ লীলাদি মায়কৈ মরিমক্কী ভাবোক্লা কোয়শিনবা মরমনা ওইবা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা শুমাঙ লীলাগী অফবা কলাকার মশীং ব্রাৎপা, মরু ওইনা অফবা নুপী-শাবী মশীং য়ামদবা, মসিগী খুদোংথীবশিং নৈনে। অফবা কলাকার য়ামদবনা কলাকার নেক্লবগী সমস্যা অসিমক শুমাঙ লীলাগী অচৌবা সমস্যা ওইরে। মসিগী মতাংদা লীলা পার্টিশিংনা নুপীশাবী, কমেদিয়ান, ময়ায় লেপকদবা কলাকার অসিনচিংবগী মশীং ব্রাৎপা কয়া মেনখৎপা তঙাইফদ্রি অমসুং শেল

থুমগী ফিভম ফত্তবা লৈবাক্কী ওইরিবা ফিভম পোৎচৈ তাংবনা লীলা পার্টিশিংনা দক্ষিনা চাউনা লৌবগী অন্নাবা, কলাকারশিংনা *remuneration* ন্নাংখৎলকপা, ফিজেৎ লৈতেং লুপা য়াম্না খরচ তৌরকপা, মাইক-হন্নাগাড়ীগী মমল ন্নাংখৎলকপনচিংবা শেল-থুমগী খুদোংথীবা কয়া থেংনরিবশিং নৈনৈ অমসুং মসিমক্না ওইরকপা লীলা কৌবশিংগী অন্নাবা কয়া কৃপ্না নৈনৈ।

হৌজিক্কী লৈবাক্কী ঈরাং খ্: কুম: ১৯৮০ অসিন্নাইদগী নহারোল লানহৌবগী ঈরাং অসি মপান থোরকখি। নহারোলগী ঈরাংসিবু নমথনবগীদমক মখল-মখা কয়াগী পেরা মিলিটরি আর্মি মখল কয়া লাক্কুনা খুদোংচাদবা কয়া পীরকই। লীলা শান্নবদা অপনবা কয়া লাকই। মসিনা লীলা উৎপগী চাং হন্থরকই। মণিপুরদা হরাও-কুম্মৈগী চাং হন্থরকই। রেডিও, টি.ভি.দা শুমাঙ লীলাবু হরাও কুম্মৈগী মচল অমা ওইনা উৎলকই, শন্দোক্লরকই। মসিমক মতমসিগী অনৌবা য়াওল অমনি। মসিসু শুমাঙ লীলাগী মায় পাকপা অমনি। হৌজিক শুমাঙ লীলা অসি মরুওইনা মেদিয়ম অহুমদা শন্দোক্লি। (১) লাইফ-প্রদক্সন, (অহিংবা কলাকারশিংনা অহিংবা ভাবোকশিংগী মমাঙদা, শক্তম ওইনা উৎতুনা শান্নবা), (২) ওডিও মেডিয়ম (রেডিওদা নাকোংনা তানবা পান্বেনা শন্দোকপা), (৩) ওডিও এণ্ড ভিজুয়েল মেডিয়ম (নাকোংনা তাবা অমসুং মীৎনা উবা ফংবা মেডিয়মদা শন্দোকপা) পূম্নমকসিগী মথক্তা শুমাঙ লীলা ফিল্ম নমদুনা পুথোকপা য়াওখ্রে। খুদম ওইনা ডিনেশ তোংব্রমগী ঈগী মহাও, মন্ত্রী দোলানন্না, অদুগা ত্রিবেনি শঙ্গম, কৈশামথোং থোইবী কৌবা অমসু ফিল্ম ওইনা পুথোকখ্রে। মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাক্লবসু লৈবাক্কী ঈরাং কয়া লৈরবসু শুমাঙ লীলাদি শিবা নাইদনা কুইনা হিংখিগনি, শিবা নাইরোই। নৈনখিবা পূম্নমক অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙস্বদি শুমাঙ লীলা হায়বা মণিপুরী জাতি অসিগী শাফূ কল্লবা হরাও-কুম্মৈ অসি মুৎনাইদনা হিংহৌগদবা কলা অমনি।

তরেৎশুবা পন্দুপকী ঙসি ঙসিমক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মশক হায়বসিদা— ১) ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী মাইওন, ২) ঙসিগী শুমাঙ লীলা হোংবগী মশক, ৩) শুমাঙ লীলা মৈত্রবাক্তগী নত্তে, ৪) শুমাঙ লীলাগী মশান্না, ৫) শুমাঙ লীলা পার্টি মশীং হন্থরক্লে, ৬) শুমাঙ লীলা শিথরকপা,

৭) শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলগী মশক, ৮) শুমাঙ লীলাদা থিয়েটরগী মশক ৯) শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীশিংগী থৌদাং, ১০) শুমাঙ লীলাদা কলাকারশিংগী পুন্সী, ১১) শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অসিনচিংবা শুমাঙ লীলা হায়বা ফোক থিয়েরগী চপ চাবা মগুণ চেল্লবা কলাসিবু মতমগী ঈচৈলদা চেন্থরক্তুনা মৈহৌরোন্দগী লৈজরক্লবা মশক অসি মাঙশিল্লকপগী মতমদা খরদং নৈনজবনি। মসিমক্তা খ্বাইদগী মপূং ফারে হায়বদি নত্তে।

চহী খরগী মাঙদা শাফু কন্না চেল্লম্বা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিদা শেল থুমগী ফিভম শোকচিল্লকপা, শেংলবা কলাসিদা শেঙ্গা-থুমজা মরক্তা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিদা করপসনগী মফম য়াওশিল্লকপা, মসিমক শুমাঙ লীলা শিথরক্লবগী অচৌবা মরম ওইরকই। শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংনা মতমগী ঈচেলদা য়াওশিন্দুনা চেন্থমীন্নবা শুমাঙ লীলা শিথরকপগী মরমসু লৈতবা নত্তে। মীওইবা জাতিসিগী ঈচেল লেপ্তুনা চেন্থরকপা মরক্তা ভিঃডিঃওঃ ফিল্ম, সিনেমানচিংবা কয়ানা য়োমশিল্লক্তুনা মতমসিগী অনৌবা শাফু কয়ানা য়ৈরকপদা কলাসিবু শিথরকপগী মরমসু ওইগনি।

মসি পুন্নমক্কী মথক্তা অফবা অনৌবা কলাকার অনৌবা শেমগৎপগী মহুৎতা অরিবা কলাকারশিংনা শুমাঙ লীলাগী ঈচেল, শুমাঙ লীলাগী মাইওন্দা থৌশারক্তবা, মতম মতমগী অনৌবা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী য়েংদুনা ডিরেক্তর, কলাকার, অইবশিংনচিংবা কয়ানা শুমাঙ লীলাগী পরম পরা হোংদোকহনখিবসিমক শুমাঙ লীলাগী মরেক মহাও মাঙশিল্লকই।

শুমাঙ লীলা হায়বা ফজরবা কলাসিবু তুং কোইনা ঐখোয়গী ইরল অশেংবা ওইনা থম্নবা হৌজিক্কী কায়থরক্লবা শক্তমসিদগী কনমিন্নহৌবগী মতম ওইরে। শুমাঙ লীলা, শুমাঙ লীলা ওইনা হিংহনসি, মতমগী চৈফুনা হুমদুনা পুহনগুমসি, মৈতৈ জাতিসিগী লেংদ্রবা তোপ তোপ্পা ফোক্‌ থিয়েটরগী শেংলবা কলা অমা ওইনা মতম চুপ্পা থন্নম্বা হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্কী তঙাইফদ্রবা অমনি হায়না খন্থমিন্নরসি। শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিবু য়োকখৎপদা অচৌবা থৌদাং য়ারিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা কাউন্সিল অনীগী অচৌবা থৌদাং কাউথোকপা মতম ওইদ্রে। মসিগী মথক্তা লমদমসিদা খুন্দামিন্নরিবা কলাসিবু নুংশিবীবা পূন্নমক্না থম্মোয় শেংবা মথৌ তারকই। ঙসিগী করপসন্না য়োমশিল্লক্লবা লমসিদা ঐ, ঐগী ইশাগী খুদোংচাবা খরদংগী য়েংদুনা শেংলবা ইশাগী ইরল ওইজরক্লবা শুমাঙ

লীলাবু ঐখোয় খুদিংমক্না নাথৈদনবা হোৎনমিন্নরসি। ঙসিমক্কী শুমাঙ লীলাগী খোঙচৎ অসি চহী খরগী মমাংদগী চাউনা হীরম খুদিংমক্তা হোংলকই। মসিনা শুমাঙ লীলাবু ফগৎলকপগী মহুৎতা মুথৎখিনবগী মচাক ওইরকই। মৈতৈ ঐখোয়গী মমাংঙৈগী কলচরদগী অহোংবা লাকপা হায়বসি ঐখোয়গী কলচরদু মাঙশিল্লকপনি। মরমদুনা লমদমসিদা খুন্দামিন্নরিবা পূম্নমক্না শুমাঙ লীলা ফোক্কী শেংলবা শরুক কনশিন্দুনা ঐখোয়গী কলচর মপূং ফানা ঙাকমিন্নখিসি। মথক্তা খরদং নৈনজখিবা অসিদগী শুমাঙ লীলা হায়বা মৈতৈগী শেংলবা ফোক থিয়েটরগী মগুণ চেল্লবা কলাসি মুৎনাইদনা হিংহনবা হায়বসি ঐখোয়গী তঙাইফদবনি। ❑

(অ)

| ক) লীলা য়াওবা কলাকারশিংগা উন্নবাঃ | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| সেঃনংঃ | মমিং | লৈফম | উন্নবা তাং | লীলা য়াওবা | মশাগী চহী |
| ১। | থোঙাম গৌরহরি সিং | য়ুরেম্বম | ৩১/১২/৯৪, ৯৬, ৯৭,৯৮, ২০০১ | বি.এ. মপা লম্বোইবা | ৮৭ |
| ২। | ব্রাহেংবম কোকঙাং | মাক্লং | ৪/১/ ৯৬,৯৭ | বি.এ. মপা লম্বোইবা | ৭০ |
| ৩। | হৈস্নাম লালজী সিং | পাৎশোই | ৩/১/৯৫, ৯৭, ৯৮,৯৯ | বি.এ. মপা লম্বোইবা | ৮৯ |
| ৪। | হঞ্জবম নন্দকেশ্বর শর্ম্ম | ব্রাম্খে | ৯/১/৯৬,৯৭ | রাস লীলা | ৭৭ |
| ৫। | ইরোম ইবোবী (চাইবী শাবী) | বামোন লৈকাই | ১১/১/৯৬,৯৭ | পুরান মৈথাবা | ৬৮ |
| ৬। | তখেল্লম্বম নবকুমার | কোংবা | ১৪/১/৯৭,৯৭,৯৮ | থোক লীলা | ৮৭ |
| ৭। | মংসিদম বীনোড | হৈঙাং কোম্থা | ২০/৩/৯৬,৯৭,৯৮,৯৯,২০০০ | জগৎসিং দাকু | ৭৪ |
| ৮। | নিঙোম্বম অঙৌতোন মৈতৈ | কোংবা | ১১/৩/৯৬,৯৭,৯৮,৯৯ | শান্তিদাস শাবা | ৮৭ |
| ৯। | তখেল্লম্বম চাউবা সিং | কোঞ্জেং লৈকাই | ১৭/৩/৯৬,৯৭,৯৮,৯৯ | কোমেদিয়ান | ৭৩ |
| ১০। | লৈতাম তোমাল সিং | উরিপোক | ৯/৪/৯৬,৯৭,৯৮,৯৯ | রুহিদাস শাবা | ৭৫ |
| ১১। | মুতুম লুখোই সিং | পাৎশোই | ৭/৪/৯৬,৯৭,৯৮ | কর্ণ শাবা | ৭৩ |
| ১২। | মুতুম লুখোই (প্রেমান্দা) | হিয়াংথাং | ১/৯/৯৬,৯৭,৯৮ | থাদোই | ৫২ |
| ১৩। | নরেন্দ্র নীঙোম্বা | খোংমন | ১/৯/৯৬,৯৭,৯৮ | চাকথেকপী | ৫৩ |

(আ)

| সেঃনংঃ | মমিং | লৈফম | উম্নবা তাং | লীলা য়াওবা | মশাগী চহী |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৪। | মুক্তাবলী দেবী | খুরাই | ১০/১০/৯৬,৯৭ | নোংবান শাবী | ৫৩ |
| ১৫। | লাঙ্গোঞ্জম বারুনী | থম্বালখোং | ৪/৫/৯৭,৯৮ | খাবা শাবা | ৭৪ |
| ১৬। | তখেল্লম্বম মনিকচান্দ | কোংবা | ১২/৪/৯৬,৯৭ | ইমোইনু শাবা | ৭৯ |
| ১৭। | ইনাকখুনবা | কোন্থা | ১১/৩/৯৬,৯৮ | দেবাদাস শাবা | ৫৭ |
| ১৮। | এস. কুলা | লংথবাল | ১১/৩/৯৬,৯৭,৯৮ | ময়াম্বা শাবা | ৪৮ |
| ১৯। | পেবম ইবোতোম্বী | কোংপাল | ৯/৪/৯৬,৯৭ | লুব্রাংবী শাবী | ৫৫ |
| ২০। | লাইশ্রম য়াইমা | কোংঞ্জেং লৈকাই | ২৬/৮/৯৬ | সনরেম্বী চৈশ্রা | ৭৫ |
| ২১। | ধনীলৈমা দেবী | শিংজুবুং | ৩/১২/৯৭ | লীলা মী | ৬৪ |
| ২২। | চাউবী দেবী | হাওবম মরক | ৪/১২/৯৭ | লীলা মী | ৬৭ |
| ২৩। | ইন্দুমুখি দেবী | মাইবম লৈকাই | ৫/১২/৯৬ | লীলা মী | ৫৮ |
| ২৪। | রমনি দেবী | মাইবম লৈকাই | ৫/১০/৯৬ | লীলা মী | ৫৭ |
| ২৫। | গম্ভীমী দেবী | লাই ইশিং চাইবী | ১৫/১২/৯৬ | থোংলেন শাবী | ৪৮ |
| ২৬। | মুতুম ইবোমচা | য়ুরেম্বম | ১২/১২/৯৪,৯৬ | লীলা মী | ৪৮ |
| ২৭। | এলাংবম কুমার | হিয়াংলম | ১১/৫/৯৬,৯৮ | চীংগী ঈচল শাবী | ৪৫ |
| ২৮। | হুইদ্রোম ইঙোচাবী | ব্রাবগাই | ১১/৫/৯৬,৯৮ | থান্না শাবী | ৪৫ |

(ই)

| সেঃনংঃ | মমিং | লৈফম | উম্নবা তাং | লীলা য়াওবা | মশাগী চহী |
|---|---|---|---|---|---|
| ২৯। | এস. রোবীন্দ্রো | লংথবাল | ১২/৬/৯৭ | খমনু শাবী | ৪৫ |
| ৩০। | লাইশ্রম গোকুল | অংথা | ১০/৪/৯৬,৯৮ | লীলা মী | ৪৫ |
| ৩১। | হুইদ্রোম ঙানবী দেবী | শগোলবন্দ | ১৫/৩/৯৭ | লীলা মী | ৪৫ |
| ৩২। | গোকুল মঙাং | হুইকপ | ১/৫/৯৭ | লীলা মী | ৪৫ |
| ৩৩। | লৈতোং লোকেশ্বর | লৈতোং | ১/৫/৯৮ | লীলা মী | ৩৩ |
| ৩৪। | ক্ষেত্রি বীরজিৎ | কোংবা | ১/৫/৯৭ | রাজা শাবা | ৫৮ |
| ৩৫। | শগোলশেম তোম্বী | ময়াংইম্ফাল | ১১/১/৯৭ | কোমেদিয়ান | ৭৭ |
| ৩৬। | শাপম লুখোই | য়ুরেম্বম | | লীলা মী | ৩৫ |
| ৩৭। | থাংজম ইবেমল দেবী | থাংজম লৈরক | ১৫/১২/৯৭ | লীলা মী | ৫৪ |
| ৩৮। | এন শামু | হৈঙাং | ১২/৫/৯৭,৯৮ | অবিরখান শাবা | ৫৫ |
| ৩৯। | অশাংবম চন্দ্রাস | য়ুরেম্বম | ২৩/৬/৯৮ | লীলা মী | ৫০ |
| ৪০। | ফুরাইলাৎপম যুগেশ্বর | তাকয়েল | ১৫/২/৯১,৯১,৯২ | চৈতৈ শাবা | ৫৯ |
| ৪১। | তখেল্লম্বম বুধচন্দ্র | কোঞ্জেং লৈকাই | ৯৫-৯৬ | বীএ থিবা | ৭২ |
| ৪২। | লাইশ্রম কুঞ্জরাজ | মালোম | ৯৫-৯৬ | কোমেদিয়ান | ৭৭ |
| ৪৩। | লাইশ্রম তোম্বা | পোৎশংবম | ৯৪-৯৭ | বীনলাদেন শাবা | ৫০ |
| ৪৪। | এস. হেমন্ত | মৈস্ত্রাও | ৯৪-৯৯ | কোমেদিয়ান | ৫২ |
| ৪৫। | এল. মঙ্গিচান্দ | লুরাংশংবম | ৯৬/৯৮-২০০০ | প্রভা শাবী | ৭০ |

(ঈ)

## লীলা ইবশিং উন্নবা

| সেঃনংঃ | মিং | লৈফম | উন্নবা তাং | লীলাগী মমিং | চহী |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | এনজি ইবোহল | খুমন | ৬/৬/৯৬,৯৭,২০০০ | মোর্নিং ষ্টার | ৬৮ |
| ২। | থাংজম বীরচান্দ | ব্রাহ্মে অয়াংপল্লি | ১৭/৬/৯৬,৯৮ | খমনু ৮২ | ৬৭ |
| ৩। | থিংবাইজম ভুতেশ্বর | নাগমপাল | ২১/১/৯৬,৯৭ | ফিফটি থাউজন | ৬৭ |
| ৪। | অথোকপম তোমচৌ | কোঞ্জেং লৈকাই | ২৫/৪/৯৫,৯৭ | ইম্ফাল বাবু | ৬৪ |
| ৫। | য়ুমখাম রুপচন্দ্র ঘোস | খুরাই | ২৫/৬/৯৭,৯৮,৯৯ | ঈয়াইথক্কী থম্বাল | ৬৫ |
| ৬। | চানা লুখোই | চানা | ২০/৬/৯৭,৯৮,৯৯ | লৈশাবীগী মচা | ৫৮ |
| ৭। | হিয়াং দেবেন | হিয়াংথাং | ১০/৪/৯৮,৯,২০০০ | থাদোই | ৫৮ |
| ৮। | রাজেন তোইজাম্বা | নম্বোল কোংখাম | ]১১/৪/৯৮ | নুংশিবৈ চৈনাখোল | ৫৫ |
| ৯। | সলাম শামু | খুরাই | ১০/১০/৯৬,৯৭ | ঙাংখলৈমা নোঙ্গাবা | ৫৪ |
| ১০। | দিনেশ তোংব্রম | মোইরাং খুনৌ | ৭/৬/৯৮ | ঈগী মহাও | ৫৫ |
| ১১। | রনজিৎ নিংথৌজা | ব্রাহ্মে | ১৭/৬/৯৮,৯৯ | নীঙোল চাক্কৌবা | ৪৩ |

উ)

| মরী লৈনবা পণ্ডিত অমসুং ডিরেক্তর | | | | |
|---|---|---|---|---|
| সেঃনংঃ | মিং | লৈফম | উন্নবা তাং | চহী |
| ১। | খুলেম চন্দ্রশেখর | নাওরেমথোং | ১/৯/৯৬,৯৭ | ৭০ |
| ২। | তোঙাম ইবোতোম্বী | য়ুরেম্বম | ১০/৯/৯৬,৯৭,৯৮ | ৭০ |
| ৩। | বীরজীৎ ঙাঙোম্বা | নাগমপাল | ১০/৭/৯৪,৯৫,৯৬ | ৬৭ |
| ৪। | প্রফুলো | খোংহাম্পাৎ | ১/৯/৯৫,৯৭,৯৮ | ৬২ |
| ৫। | নবা ব্রারেপ্পা | হাওবম মরক | ১৫/৯/৯৫,৯৮ | ৬৩ |

(ঊ)

| শুমাঙ লীলাগী লমসিদা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা মতম শাংনা তেংবাংবিরিবশিংঃ- | | | | |
|---|---|---|---|---|
| সেঃ নংঃ | মিং | লৈফম | শিনফম | চহী |
| ১। | লাঙ্গোল ইবোয়াইমা | মোংশাঙ্গে | কলেজ ওজা | ৬৫ |
| ২। | এ.কে. মনি | নিংথেমচা কারোং | কলেজ ওজা | ৫২ |
| ৩। | লাইশংবম বীনোয়ভুষন | শিংজমৈ ওইনাম থিঙেল | কলেজ ওজা | ৫০ |
| ৪। | ডাঃ পি. কুমার | হৈরাঙ্গোইথোং | এমঃইউঃ ওজা | ৫০ |
| ৫। | এম. রঞ্জিৎ | ক্বাকৈথেল | কলেজ ওজা | ৪৮ |
| ৬। | গৌরো থোঙাম | তাওবুংখোক | ওজা | ৬৭ |
| ৭। | বীদেশ্বর শর্ম্মা | বামোন লৈকাই | প্রোগ্রাম ওফিসার | ৫০ |
| ৮। | খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম | ঙাইরাংবম | ওজা | ৪৫ |
| ৯। | তোংব্রম নিংথৌরেল | তাকয়েল | ওজা | ৩৮ |
| ১০। | লাইশ্রম লোকেন্দ্র | পাৎশোই | লীলাদা থব্রাই য়াওজবা | ৩৭ |
| ১১। | লাইশ্রম ওংবী মেমা দেবী | য়ুরেম্বম | লীলাদা থব্রাই য়াওজবী | ৫৭ |
| ১২। | মখোন মনি মোংশাবা | উরিপোক | লীলাদা থব্রাই য়াওজবা | ৫৭ |
| ১৩। | সলাম তোম্বা | তৌবুল | কলেজ ওজা | ৬৬ |
| ১৪। | ব্রাই. বীহারী | শামুরৌ | কলেজ ওজা | ৪৮ |

# বিব্লিওগ্রাফি

## (ক) মতেং লৌজখিবা মণিপুরী লাইরিকশিংঃ-


১) অচাইবা লৈ, এলাংবম নীলকান্ত, ও.কে. ষ্টোর ইম্ফাল ১৯৫৭

২) চৈথারোল কুম্বাবা, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (অহানবা অমসুং অনীশুবা খুৎনম) ১৯৮৬-৮৯

৩) থিয়েটরগী ব্রারোল, অয়েকপম শ্যামশুন্দর, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, ১৯৮৫

৪) নিংথৌরেল লম্বুবা, ও. ভোগেশ্বর, ১৯৬৭

৫) ফোকলোর বিজ্ঞান (অহানবা শরুক) ডাঃ ওইনাম ইবোচাওবা সিংহ, ইনষ্টিট্যুট ওফ মণিপুরী ফোকলোর, ইম্ফাল ১৯৯৩

৬) ফোকলোর মচাক খোমজিনবা— পৈশিনবা অমসুং নৈনবা, ওইনাম ইবোচাওবা সিংহ, ইনষ্টিট্যুট ওফ মণিপুরী ফোকলোর, ইম্ফাল ১৯৮৭

৭) ভারতকী নাট্য শাস্ত্র, (অহানবা তখায়) শ্রী সুরচান্দ শর্ম্ম, মণিপুরী ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৮৫

৮) মণিপুরদা থিয়েটর অমসুং ড্রামা, সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম, এন. টিএস পব্লিকেসন, ইম্ফাল ১৯৮৭

৯) মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর, এ. শ্যামশুন্দর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, ১৯৮০

১০) মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং ব্রারেং মখল-মখা, নিঙোম্বম ইবোবী, এন হেরামনি সিংহ, ১৯৮৬

১১) মৈতৈ নিংথৌরোল, সরাংথেম বোরমনি, ১৯৯৬

১২) মৈতৈ নাটকী লনগৈ, চিংশুবম লাইবা, ১৯৯৬

১৩) মৈতৈ নাটকী হরাও কুম্মৈশিং, খুল্লেম চন্দ্রশেখর,মৈতৈ ময়েক ওর্গানাইজিং এন্দ রিসার্স এসোসিয়েসন, ইম্ফাল ১৯৯৪

১৪) মৈতৈ লাই হরাওবা, ঙারিয়ানবম কুল্লচন্দ্র ১৯৯৩

১৫) রস হুম্ফুমরি, শ্রী সুরচান্দ শর্ম্মা, মণিপুরী ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল ১৯৭৮

১৬) সাহিত্য অমদি নাৎকী ব্রারেং খর, ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা, কে.কে. বুক ষ্টোর, ইম্ফাল ১৯৯৭

১৭) হিন্দু প্রৰ্ব্বদিন, নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ, এন. হেরামনি সিংহ, ১৯৮১

১৮) হরাও কুম্মৈশিং অমসুং ব্রতশিং, (অহানবা শরুক), খুল্লেম চন্দ্রশেখর সিংহ, ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কম্মিটি, নাওরেমথোং, ইম্ফাল, ১৯৯৪

১৯) হরাও কুম্মৈশিং অমসুং ব্রতশিং (অরোইবা শরুক), খুল্লেম চন্দ্রশেখর সিংহ, পী,কে,সি,এস, পব্লিকেসন, উরিপোক নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই, ২০০৫

২০) হাওরৈমা শম্বুবী থৌনাওজম চনু ইবেমহল, অরাম্বম সমরেন্দ্র, ২০০০

২১) মণিপুরী ড্রমাদা রিএলিজম, রাজেন তোইজাম্বা, লোংজম অরুন, ২০০৭

(ক) মতেং লৌজখিবা মণিপুরী চেফোঙশিং অমসুং সিমিনার পেপরশিংঃ-

১) ঈশৈ লীলা চাংদম্নবা, মণিপুর ষ্টেট শুমাঙ লীলা কাউন্সিল ইম্ফাল, ১৯৮৩-৯৫

২) একাদেমী এৱার্দস, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফাল, ১৯৮৭-৮৮

৩) একাদেমী এৱার্দস, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৯০ জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী, ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৯০

৪) ওল মণিপুর ফেষ্টিভেল ওফ ড্রামা এন্দ যাত্রা পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর ১৯৭১

৫) ওল মণিপুর ফোক ড্রামা ফেষ্টিভেল, নেতা, খুরাই, ইম্ফাল ১৯৮৮

৬) ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৯১-১৯৯৮

৭) কনানা কনানো, (অহানবা শরুক) ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ইম্ফাল ১৯৭৭

৮) পোক্লফম অখন্নবা চেফোঙ, ১৮শুবা চহী, ১৯৯৩

৯) মণিপুর ষ্টেট ঈশৈ লীলা ফেষ্টিভেল, ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, ১৯৭৯-৮০

১০) মণিপুরী থিয়েটর (অহানবা সেসন) ইডিটর ই. নীলকান্ত সিংহ, মণিপুর থিয়েটর কনফরেন্স, ইম্ফাল ১৯৬৮

১১) লোন সাহিত্য, কলচর অমসুং ফোক্কী ৱারোলশিং, প্রোঃ এম. তোম্বা সিংহ, শ্রীএম. সনাতোম্বা সিংহ, মণিপুরী বিভাগ, মণিপুরী তাইবঙ মহৈকোল, কাঞ্চিপুর ১০ শুবা রিফ্রেসর কোর্স ১৯৯৫

১২) মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী পাউজেল, মণিপুর ষ্টেট শুমাঙ লীলা কাউন্সিল, অহানবা মশীং, নভেম্বর ১৯৯৩

(ঘ)

১৩) ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল, ১৯৮৭-২০০৯

১৪) ঈশৈ লীলা চাংদম্নবা- ১৯৮৬-৮৭ মণিপুর ষ্টেট শুমাঙ লীলা কাউন্সিল

১৫) শুমাঙ লীলা, ওল মণিপুর যাত্রা এসোসিয়েসন, ১৯৭৬, ইডিটর, টিএইচ ফলেন্দ্র সিংহ

১৬) ওল মণিপুর জুনিয়র যাত্র কম্পিটিসন, ১৯৭৬ পুথোকপা, ওল মণিপুর যাত্র এসোসিয়েসন, ইম্ফাল

১৮) শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেল, ১৯৭৯

১৯) শুমাঙ লীলাগা মরী লৈনবা সিমিনার পেপরশিং।



**Dr. L. Sashikumar**

Born in Yurembam Awang Leikai, Imphal West. Awarded Docter of Phylosophy Degree for his thesis entitled SUMANG LEELA under the supervision of Prof. N. Tombi. Since his early days, he is associating many cultural and literary organisations of Manipur. He wrote Sumang Leela script and directed some plays and participated. He won best script writer and directer in early 1980s for the State Sumang Leela Festival organised by Manipur State Kala Academy. He has published many books on Sumang Leela scripts and novel.

This book entitled SUMANG LEELA AMADI MASIGI KHONGCHAT is a part of his thesis.

Nim publication
uripok achom leikai, imphal west 795001
tele:0385 241406[illegible] email: [illegible]@gmail.com